# রাজকুমারী অমবু

## অউনপোৎ ওইহনখিবা



খোমজরকপা -

খোমাওজম বীরমঙ্গোল

রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা

থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ

সগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল।



ফোংজবা : অইবা মশামক

অফোংবা : ২৫ সেপ্টেম্বর ২০০৯

কোপি মশিং : ৫০০/-

মমল : লুপা ৯৮/-



নম্ফম : **M.R. Offset Printers**

Sagolband Moirang Leirak Machin

Imphal - 795001

# কৎচবা

কৎচগে চরন্দা 'সিদং,
ৱাঙাং হৈবা, পাউখুম হৈবা,
দেবতা পুন্নমকপু চিংনবিদবা,
শোনখিবা ব্রহ্মাদেব খক্তবু ।
শিরবা জীববু হিঙ্গৎহনবা ঙম্বা,
সঞ্জীবনী মহা মন্ত্র হৈবা,
অথোইবা কবিরক্ত,
উশনা কবি হায়না কাউখিবা ।
মুণিরক্তা অথোইবা হে শুক্রাচার্য গুরু,
কৎচবী নংঙোন্দা,
ৱারী 'সিমতং,
ইজবনী হৈত হৈতনা ।
হাপ্পীয়ু থৌজাল,
চানবিয়ু যৌবোনগী পাঙ্গল,
ৱাহং হৈবা থৌনা নৈবা,
কৎচগে চরন্দা সিদং ।



*পাংজদ্রবা*

থৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহ

সগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল ।

# তৌবিমল খঙবা উৎচরি

ঐগী লাইরিক মচা ***রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা*** হায়না মিং থোনবা সংস্কৃত শব্দসু খর-খর য়াওবা বারী অসিবু ফজনা প্রভ তৌবিরকপগীদমক; ঐগী ইম্মাক শ্রীসোইবম ইবোচৌবা সিংহ, Retd. Joint Director Manipur Legislative Assembly বু ঐনা ঐগী অরাবা পুস্তক কোকহনবিববনি হায়না খঙদুনা ইম্মাকসিবু নুংশিনা থাগৎচরি।

*মহাক্কী মচা*
থৌনাওজম নীলমেজেন্দ্র সিংহ
সগোলবন্দ লৈশাম লৈরক, ইম্ফাল।

# তৌবিমল খঙবা উথচরী

ঐনা খোমগৎলগা ইজবা লাইরিক "রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা" হায়না মিংথোনবা ড্রামাগী লাইরিক অসি পুথোক্লবগীদমক লুপা লিশিং অমা (লুপা ১০০০) পাংবিরকখিবা ডাক্তর পদ্মশ্রী লাইশ্রম নবকিশ্বরবু থম্মোই শেংনা থাগত্তবা ঙমজরোই। শগোলবন্দ খম্নাম লৈরক্তা পোকপা নবকিশ্বরনা কিদনীদা লৈবা নুঙ খুদিংমকপু মচেৎ মচেৎ তোইহন্দুনা তাহনবগীদমক ভারতকী প্রসিডেন্ট ওইরম্বা লৈখ্রিদবা কে, আর, নরায়ননা পদ্মশ্রী তাইতল পীরকখিববুসু ইকাই খুম্নবা উৎচরী। য়াম্না মরমচানা পীরম্মী হায়জনিংই। মহাক নুঙগী লায়েংবা ডাক্তর অমা ওইবতা নত্তনা য়াম্না মীনুংশি চাওবা, থম্মোই চাওবা কখোকপদা হালেংবা লৈতবা মীশক অমসু ওইরী। মহাক্না অনাবা খুদিংমকপু মশা মশানা লাইয়েংজবা ঙমজনবা লাইরিক অমসু মীয়ামদা খুদোল তল্লী। অদুগা "চুম্মী হায়না লৌবীব্রা লাক্লি" হায়না লৌবীব্রা হায়না মীংথোনবা মীওইবা সমাজদা য়াম্না কান্নগদবা লাইরিক অমসু দান তৌবীরি। মসিনা তাকপদি মহাক থম্মোই চাওবা অইবা অম্সু ওইরি। অসিগুম্বসি খল্লুরগা মহাকপু তাইবং মপুনা মতম চুপ্পদা মাগী থম্মোইবু মনিং থুংহন্নবা ৱাৎত-পাদবা পীবিসনু হায়না তাইবং মপুদা নিজরী।

নিজরিবা

*থৌনাওজম বিরমঙ্গোল*

সগোলবন্দ লৌখাম লৈরক, ইম্ফাল।



Dr. Ambedkar National Fellowship Award - 2007



MEMBER
*Manipur Legislative Assembly*



# Message

I am very glad that a drama entitled " Rajkumari Amabu Awungpot Oihankhiba" ( to present a Princess as dowry) based on Indian classical culture and tradition written by Thounaojam Biramangol Singh is going to be released. I have gone through the whole text of the drama. When I started to read the text, an emotional influence lead me to complete it. Though the drama is of ancient nature, it clearly focuses the present days conflicting situation of extremism and killings of innocent peoples without consideration of human value In this drama the writer tries to reveal the fault of misinformation and suicidal spirit in learning a course of study The unavoidable difficulties faced by a girl for getting a child without proper marriage is also clearly focuses in this drama The unfortunate fate faced by the ambitious nature of human being is the main theme of this drama. The daughter of king Brishparva, Sharmistha, ill-treated Devajani, the daughter of Shukracharya, as slave and ultimately she herself became a slave of the latter is an amazing turn of the story of this drama. By dint of pride and prejudice Devajani forced Princess Sharmistha not to marry to another person and made concubine of her husband The text of this drama clearly gave a message that possessiveness, Jealousness and angriness created an evil impact in human life As a result of not avoiding such evil actions, killing and torturing among the human beings became a common nature Afterwards those sufferers sought for human right in vain. The writer has no courage those sufferers sought for human right in vain. The writer has no courage to express such evils in public So he tried to focus the present days conflicting situation in this drama So I have a firm belief that this drama will certainly give a clear message to the youths of Manipur that extremism is not the proper answer for the betterment of society.

(S. Kunjakeshor (Kebu) Singh)
19 Patsoi A/C



# কবি বীরমঙ্গলগী নাটক অসি পারুবদ

লাইরিক্কী চেখুমদ য়েকপ ছবি অমসুং রাজকুমারী অমবু অউন্ পোৎ ওইহনব শীর্ষক অসি উবদা ঙ কচানব অম পোকই। লাইরিক অসি অভিনয়কী মওংদ ইবা পৌরানিক দ্রামাগী মওংনি। ৰারীগী লিখুন পঞ্চমবেদ মহা ভারত্তগীনি।

মীওইবনা গৃহস্থাশ্রম য়ুম্বালব ধর্ম্ম চঙ লমদায়দা স্মৃতি শাস্ত্রন হায়ব উদ্বাহতত্ত্ব লুহোংবগী কাঙলোন নিয়ম জাৎ গোত্র য়েংনবগা বিবাহ অসি নিয়মগী মতুং ইন্না, বাগদান য়াথং থানব, বৃদ্ধি শ্রাদ্ধ যজ্ঞনচিংব তৌরগ পাংথোকনৈ।

লুহোংব মখল য়ামই, ব্রহ্ম বিবাহ, জাৎ মান্নবা, ধর্ম্ম মান্নব মশেল পূক্লিং শেংনা বেদ বিধি কায়দনা লুহোংব অদুনা খ্বাইদগী হেন্ন ফব অশেংব বিবাহ কৌই।

২। বর কন্যা মশক খংনদ্রবসু মায়গৈ অসিগী অহল লমন য়ানদুনা লুহোংবিব অদুদা বর কন্যা অনিদুন মপা মমাগী য়াথং ঙাক্তুন লুহোংবদু অদুন প্রজাপতি বিবাহ কৌই।

৩। মশা মশা য়ানদুন ধর্ম্ম মান্নব মশেল চেন্নকপ অদুন গন্ধর্ব্ব বিবাহ কৌই।

৪। নুপীন পামজব নুপাদা স্বেচ্ছাবরন নীংজব মতুং ইন্না বরিজব মখলগী লুহোংব— "সাবিত্রী সত্যবান অসিগুম্ব মখল অমা।"

৫। অঙকপ কুম্মৈ ওইনা লুহোংব মখল, অকনবং তান্ননহনব, কাউফাব কৈ ফাব লক্ষ্য ভেদ দেব ধনু থুদেকপা. ঙম্ব, অদুগুম্ব লুহোং মখলন স্বয়ম্বর বিবাহ কৌই।

"সীতা লুহোংব হরধনু ভঙ্গ

দ্রৌপদী স্বয়র অর্জ্জুন লক্ষা কাপ্পা।"

মতম অমদ নগ্নজিৎ কৌব নিংথৌনা লোইব যণ লাব কাউ ফাব ঙম্বদ মচা নুপী নগ্নজিতি লুহোংবদ শিশুপাল খোই কাউ ফানবা লাইবক য়েংনবদ ঙমখিদে, শ্রীকৃষ্ণন কাউ ফাদুন নগ্নজিতি প্রিয়া ওইখি। লাইনী নৈবাক মণিপুরদসু খঙ্গন কাউ, কৈ ফাদুনা থোইবী বিবাহ তৌখি

৬। মশক ফজব নিংথৌমচা ময়াম কৌরগা মচা নুপীন অপাম্ব বরদ লৈ হুকহনব মখলগী লুহোংব বিবাহদ কুন্তী দেবীন পাণ্ডুগী ঙকশমদ লৈ হুকখি।

৭। রাক্ষস বিবাহ নুপী নমহাদুনা ফাদুন লৌব মখলগী লুহোংব মন্দোদরী রাবন রাক্ষস বিবাহনি।

৮। মচা মচল আকপাক নাইদন লৌন লৈনব মখলগী লুহোংব পিশাচ বিবাহ কৌই। খ্বাইদগী তোনব মওংগী লুহোংবনি। হৌজিক সহরগী চিদাইদ ময়ুম মকৈ নিংথিন লৈতব নিদুন অমদি কৈথেল ময়াদ হন্দেকপা অচাপোৎ খুল্লগ চাব অদুগুম্ব মখলগী মীওইশিংগী মনুংদ লৈব কাংবু মখোয় অদু লোতনী হায়না খংনৈ। অশুমতৌন মীওইবগী মনুংদ বিবাহ পৰ্ব্ব মখল য়াম্না লৈখরে। অনুলোম, বিলোম থকখা ওন্নন লৌন লৈনব ক্ষেত্রিয়ন ব্রাহ্মানী লৌব, বিধি কায়ন লুহোংবদু মাতৃগমন তৌবগ মান্নৈ হায়।

শুক্রাচার্যগী মচানুপী ব্রাহ্মনীক্ষেত্রিয়দ লুহোংখিব বেদ বিরুদ্ধ বিবাহনি। অসুমদৌনা নিয়মগী বাংমদ তৌবা বিবাহ মখল য়াম্না লৈখরে। নুপীনা চহি হনব লুহোংব শ্রীকৃষ্ণগী ময়াম্বুং ইবুঙো বলদেব ঠাকুর রেবতী কৌবী নুপীন হনবী ইবেম্মগী মবুঙো ওইখি।

কলিদদি যাম্না য়াম্না থোক্রে । মহাত্মা গান্ধীজী কস্তুরীবাইন হল্লি। অরিব ইতিহাসকী যুক্তা ভারত্তা কালিদাসকী শকুন্তলা, পশ্চচাত্য দেবশাকী সেকসপিয়ারগী রোমি ও জুলেৎ আরবগী লৈলামজনু পূৰ্ব্বাঞ্চল মণিপুরদ খম্ব থোইবী, গুপ্ত বিবাহ মখল অমনি।

লেখক্ন পুথোকলিব অভিনয় অসিন সাহিত্য ভাণ্ডারদ, থোইদোকপ ৱাফম অমন --- এডোলোসেনস পেরিওৎকী মতাংদ লৈরিব নহারোন্দ মতৌ তম্নব নত্তে, পারুরগ তুংগী পুস্সিদ চোকশিন্নব পারা মখল অমনি হায়বা যাই।

অভিনয় অসিন পীরিব মূল তত্ত্বদি ফিভম অমদি মতম্না যাখিদবদগী থোকখিব থৌদোকনি।

শুক্রাচার্য্যগী মচানুপী ব্রাহ্মনী, মামন্নবীন গুহাদ ইক্সুরম্বনি শিব তারবনি লৌখৎপীরিব নুপা অদুদ আত্মাবরন তৌখিবনি কিম বঙ্না ?

লেখক্কী কাবা থাগৎনিংঙাইনি, মথং অতৈসু ইথরকশনু।

পি. জে. শৰ্ম্মা

সয়াং



# হায়জনীংবা ৱাফম খরদং

ঐগী মরম্পশ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহনা বাবী বাতাইগী মওং — ডাইলোগ ফোর্মদা ইবা "রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা" হায়বা মহাভারত আদিপর্ব্বগী বারী তাঙ্কক অমদা য়ুমফম ওইবা লীলাগী লাইরিক অসি ঐহাক পাজরে। বারীদি দেবযানী কচদগী হৌই, মতুংদা দেবযানীনা নিংথৌ যযাতী লুহোংবদা শর্মিষ্ঠাবু মাগী মনাইন্নুবী লৈশিং অমগা লোয়ননা মীনাই ওইনা অউনপোৎ ওইহনখিবা, মতুংদা নিংথৌ যযাতীগা মীনাই শর্মিষ্ঠাগা অরোনবা নুংশি মরী থম্নরক্তুনা আশুরশিংগী পুরোহিত, ব্রাহ্মন শুক্রাচার্য মুনিনা শাপ তৌদুনা যযাতীবু হনুবা ওইহনখিবা, শাপন্ত ওইনা শর্মিষ্ঠাগী মচা অতোনবা পুরুখক্তংনা মপাগী অহল ওইবদু লৌরগা মাগী নহা ওইবদু মপাদা পীদুনা মপা নিংথৌ যযাতিনু নহা ওইহন্দুনা চহী লীশিং অমা নিংথৌ ওইদুনা পালইনখিবা মতুংদা পুরুনা মপাবুং মহারাজগী মথংদা নিংথৌ ওইরকপগী বারীনি। মশা অনী অংগম লোঙবা লৌনাংঙ ই ওইবা পাউতাক পাউরোনা থনবা বারীনি। মহাভারতস্ত্র যাওবা য়াম্না মরুওইবা, ফজবা, নীংথিবা বারীনি। মহাভারতস্ত্র য়াওবা য়াম্না মরুওইবা, ফজবা, নীংখিবা বারী ওইবনা বিশ্ব কবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা 'দেবযানী কচ' হায়দুনা নীংখিরবা শৈরেং অমা ইবীরম্মী। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবিশিংগী মরক্তা অমা ওইনা শীংথার্নরিবা কবি ডাক্তর লমাবম কমলনসু 'দেবযানী' কৌরবা নাটক অমা ইবীরম্মী। অমাং অশেংগী অমদি জাং লেপ্পা না বগী, লোয়ননা নিংথৌগী মচানুপী ওইবগী নাপলদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা লীলানি।

লীলা অসিদা চানে শানাবরা বারী বাতাই পাবদা য়াম্না নুংঙাই জিরি জিরি চৎলি। ফজবা বাতৈ বাতা, প্রমান পাঙ্গে শীজিন্নৈ। সংস্কৃত লোন্দা ইরম্বা পৌরানিক বারী, বাতাই ওইবগী নতৌক মণিপুরীদা ইথোরকপদা মদুগা চান্নবা মতংদা সংস্কৃত বাহৈ খেৎচিন্দুনা শীজিন্নৈ। লাইরিক অসিদা মসিনা য়াম্না ওকচবা অমসু ওইহল্লি। অদুনা হায়জনীংই — কবিগুম্বা বাতৈ বাতা খরদা, বানানদা ভ্রামাগী প্রোটর্নাচংবা শেম্নদা



# নোল্লুক্লা হায়জবা

শ্রীথৌনাওজম বীরমঙ্গোল সিংহনা রাজকুমারী অমর অউনপোৎ ওইহনখিবা হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি মমল নাইদ্রবা বারী শীংবুল কয়াগী মপাল নাইদ্রবা পুকৈ ওইরবা, বেদশিংগী নুংগী ওইবা অথুপ্পা বামচংশিং, উপনিষদশিংগী মচি ওইবা বা পুন্নমক, লোয়ননা ইতিহাস পুরানশিংগী থৌদোক বাথোক শুনা যাওবনা, পৃথিবী শীন থুংনা কাওববা ধর্মগ্রন্থ মহাভারতকী আদি পর্বদা য়াওরিবা পুক্নিং তুজুংনিঙাই ওইরবা কজবববা প্রসঙ্গ অনিদা যুম্ফম ওইরগা অইব মশাগী কল্পনা খরা ফেনজিল্লগা ইথোকপা পৌরানিক নাটিক অমনি। নাট্য সাহিত্যনা চেংগদবা গুন শুনা যাওদে হায়দুনা কন্নাগুম্বনা মসিব উপন্যাস ওইনা লৌবিবসু যাই। লৌখৎলিবা প্রসঙ্গশিং অদুদি কচ দেবযানী অমসুং যযাতী দেবযানী শর্মিষ্ঠাগী ঙক্নিঙাই কিনিঙাই ওইরবা কাউওমদ্রবা বারীনি। বারী অসি ভারতকী সনাতন ধর্ম অমসুং আর্য্য সংস্কৃতিগী ঈচেং অমগা ঈরোইননা চেপ্লে। যাম্না লিরবা মহাভারতকী কৌরব পাণ্ডবকী লাঞ্জাও মমাংগী মীগা লাইগা শন্নরিঙৈ মতমগী বারী ওইদুনসু হৌজিক্কী সমাজগা অদুম চানরি। হৌজিক্কী মতমদা থোইদোক্লা দরকার ওইরিবা মী ওইবশিংনা চেংগদবা গুণশিং সদাচার, স্বদেশ প্রেম, গুরু ভক্তি, কত্থোকপা, অখাঙকনবা, আসুরী সম্পৎপু নাংথনবা দেবী সম্পৎকী গুন চাওখৎহনবা অসিনচিংবা শাস্ত্রগী পাউজেল যাওরি।

নাটক অসিদা শক্তম লাংলিবা মব ওইবা পাত্র চরিত্রশিং, নায়ক নায়িকাশিং অচম্বা মীওই অমত্তা নত্তে, অবাংবা থাক্কী ভনতনা লৈরেংলবা শাইগুল্লবা, মৈ হৌবরা মীথোই মীতেন ওঙাক্তনি। মখোয়গী শল্লপ্পা চরিত্র চিত্রণ থরদংপনবা মথৌ তারবরা হায়না খল্লি।

লীলাগী অহানবা তাংকক্কী নায়ক ওইবিবা যুবক ঋষিকুমার কচ অসি দেবরাজ ইন্দ্রগী অমসুং দেবলোক্কী পুরোহিত ওইরবা মহঋষি বৃহস্পতিগী মপারিনি। মহাক

লমচৎ শাজত্তা অমকপ্পা লৈতবা, ব্যাবহার ফজবা, মপাঙ্গল মথৌনাদা অৱাৎপা লৈতবা, তেজ বীর্য্যনা ঙাল্লবা, ইন্দ্রিয়শিং লাকশীন্দুনা থম্বা, ব্রহ্মচারি তপাসীনি। দেব সভানা মহাকপু শুক্রাচার্য গুরুদগী মৃতসঞ্জীবিনি বিদ্যা তম্লুনবা ভূলোক্তো থারকপনি। মহাক্না দেবলোক্কী অমসুং দেবতাশিংগী মঙ্গলগীদমক্তো খুদোংথীরবা হিংচাবশিংগী লমদমদা চত্নুনা শিব চঙবগী বাখল তুং ওইনরগা, শিন্নরক্লিবা থৌদাং অদু মপূংফানা পাঙ খোক্লবা শুক্রাচার্য গুরুগী মফমদা শিষ্য ওইনা চঙ জখিবনি।

শুক্রাচার্য গুরু যাম্না শক্তিশালী ওইবা মহাঋষিনি। ঋষিশিংগী মবক্তা সঞ্জীবিনী বিদ্যা হৈবসি মহাক মতোমতনি। ব্রহ্মদেবনা বিদ্যা অসি মঙে নতদা পীবীবনি। মহাক জগৎ পূম্নমক্কী গুরুনি। মহাক্কী মতিক মগুন যাম্না লৈবা অসিনা মহাকপু বেদ, ব্রাহ্মন, ইন্দ্র অমসুং দেবতা পূম্নমক্কা, বসুশিং, দৈত্যশিং অমসুং জগৎপূম্বগী প্রানীশিং পূম্নমক্কা মাঙোন্দা মকোক নোম্না খুরম্নরিবনি।

নায়িকাগী শক্তম লাংলিবী দেবযানী শুক্রগুরুগী অমত্তা পোকপী মমোমলোইনি। শক্তা চুদা, শাবান্দা, লমচৎ শাজত্তা থোইদোক্লা চঙ খোনবীনি, ইনখৎলক্লিবা যুবতীনি। মনিং মথা তৌনা হায়না হুম্না পানজরিবীনি। মৈরিগুম পূমঙান ঙানবী শক্তিশালীনী ব্রাহ্মনী কন্যানি। বেদ তৈবী মহৈ মশিংদা বাত্তবীনি। স্বর্গগী লাইরেম্বী অপসরাগুম শক হেনবীনি। অসিগুম্বা দেবযানীনা কচগী মফমদা শৃংগার রসতা তাওখিবা অঙকপা নত্তে।

মহারাজ যযাতী নাহুষ নিংথৌগী মপানি। অৱাংবা শাগৈ ক্ষত্রিয়কুলদা পোকপনি। নুপার ক্তগী অথোইবনি। পৃথিবী পূম্নমক্কী নিংথৌরেলনি। পাঙ্গলদা, থৌনাদা, লন থুম ঐশ্বর্যদা দেবরাজ ইন্দ্রগা চপামান্নরিবনি। দান বীরনি। আচার ব্যাবহার ফজবা, মুনি ঋষিশিংবু, প্রজাশিংবু ঙাকপি শেনবিবা ধর্ম লৈবা নিংথৌনি। মহাক্না চহি লিশিং অমা বিষয় ভোগ তৌদুনা লৈখোক্লুরে। মসিদগী মহাক্না খঙখি বিষয়শিং অদু নিংথুহনা চানগা বিষয়গী অপাম্বদু হেন্থবকপা তৌদে, অহোইনদুম অসুম অসুম হেনগৎলকই। অপেনবা, নুঙাইবা শান্তি হায়বদু ফংদে। চারিক্লিবা মেদা ঘী হাজক্লগা হেন্না হেন্না চাকখৎলকপাওম্বনি। পৃথিবী অসিদা ফংলিবা কৌ চেং, সনা লুপা, শা ঙা, নুপী পূম্নমক অসি ফংলবসু অওকপা অপেনবা হায়বদু লৈবরোই। মসিগী অপাম্বা তুকচা অদু থাদোকপনা সুখ শান্তি ফংগদবনি। অদুনা মমৈথাবা মহাক্না পূম্নমক অসি হুন্দোক্লম্লগা বাণপ্রস্থ ধর্মদা চঙখিবনি।

প্রধান নায়িকা ওইবিবী শর্মিষ্ঠা দানবরাজ বৃষপর্বাগী মচানুপী রাজকুমারীনি। মশক মতৌ লময়ৌনা ফজবীনি। করিগুম্বা অৱাৎ অপা অমত্তা লৈতনা, মনাই মশল

সম্পী লিশিং অমনা কোযশিন্দুনা হরাওভয়াম্লা নুঙাইনা লৈজবীনি। অমরোমদা মতাক পুকচেল চাংবী, অখাং কনবী, মরেলাক্কীদমক কংথোকপা ঙম্লনি। মদুননি মহাক্না মরৈনাক মজাতীবু কন্নবগীদমক মশাইগোন্দা লৈরিবী। মমাল্লীসি ওইরিবা দেবযানীগী লুহোংবদা মীনাই ওইনা উনবদ্ চনাওনা য়াজখিবা।

বিষয়বস্তুনা অরবা ওইরবসু অইবনা অরায়বা অচম্বা য়াহেনা তাদা ইবানিনা পাবদা লায়না অপনবা য়াওদনা চংলি, নুঙাই। অদুগুমদি ওইরগা মরক মনক্তা হিন্দি, সংস্কৃতকী বাহৈ তোকনা সেংনা থোক্নি। মসি মূলগ্রন্থগী লোলনা অইবদা প্রভাব তানা ওইরক্তা য়াওনমগী বিষয়না যাদনা তৌবসু য়াই। লাইরিক অসি মণিপুরগী সাহিত্যগী পুরেকা উনাও লৈনম শালগী অতোবা অনদান অমা ওইরগনি। মসিগুম্বা হিন্দু শাস্ত্রগী পৌরানিক কথাদা আধার ওইবগা ইথোকপলক্রবা লাইরিক অসি সাহিত্য প্রেমীশিং অমাদি সাধারন মীয়ামগা অমুক্কে মিৎয়েং [illegible] হায়না থাজে। মতুংদসু সাহিত্যগী মথক মখোল কনাগী [illegible] আশা থমজ্রে অমসুং মতম শাকলো অসি ওন্না পানবা অসি লাউথোকপা [illegible] ভগবানগী পাজল থৌনা পীনবীবা ওইসনু।

শ্রীলমারম রাজেন্দ্র সিংহ

ইম্ফাল ১/১/২০০৮ ইং

খুরৈ নাগনপাল, শংজুবুং লৈরক।



# ৱাহৈ খরদং

শ্রী খোমনা ওজম বীরমঙ্গলনা ইবা রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা হায়বা লিলা অসি ভারতকী মমিং চৎলবা নিংথৌ যযাতিগী পুন্সি ৱারীদা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা পৌরানিক লিলা অমনি। লিলা অসি ত্রেডিসনেল পৌরানিক প্লেগী খুদুং ইন্দুনা ইবনি। লিলা অসিদা মোর্দন থিয়েটরগী খুংঙই শিজিন্নদে। নেরেটিভ স্তাইলদা ইবনি। লিলা অসিদা শুক্রাচার্য অমদি নিংথৌ যযাতি অনীনা মরু ওইবা নুপাগী পাত্রশিংনি, শর্মিষ্ঠা অমদি দেবযানি অনীনা নুপীগী মরু ওইবা পাত্রীশিংনি। লিলা অসিদা হৈ শিংলবী ফাগীগী শক্তম ওইরবী ঘুর্নিকাগী লমচৎনা য়াম্না ফজরবা লৈতেং অমসু ওইহল্লি। মতাঙ্কী শক্তম অসিদি শকতেনবা কনাগুম্বীগী ৱাশি হেনগৎহন্নবা খজাইগী শমক্রুনি। লিলা অসিদা শর্মিষ্ঠা অমদি দেবযানি অনীগী মুরুবনা (Conflict) পাত্রী অনীমক্সিবু ভাবোকশিংগী মিনুংশিগী তুংনকম ওইহল্লি।

তাইবংগী অপাম লাংদা থুরবা নিংথৌ যযাতিগী শক্তম অসিনা লোইরা খম্না নাইদনা চেঙ্খরিবা অপাম নুংশিগী ঈচেলদা তাউথরিবা মীওইবনা শ্রীভগবানবু কংবা অমদি খঙবা ঙমদে হায়বদু ময়েক শেংনা উৎলি। শুক্রাচার্যগী শাপ্তুগী অহল ওইরদুনা সংসারগী অপাম্না মশাদগী মাংখ্রবসু মতাঙ্কী থম্মোয়দদি ভোগ বিলাসকী অপাম্বদু থাদোকপা ঙমদে। মতাঙ্কা মচানুপা পুরুদগী নহা ওইনবগী পুন্সি নদুনা ভোগ বিলাসতা তাউদুনা চহি কয়া লেপ্লি। তানৌরবা মচা পাখংবু অহল ওইহল্লি। মমৈথংদা অপাম্বা হায়দ্রাসিনা মীওইবনা ঈশ্বরদগী খাপ্নোকহল্লি খঙলকপদগী মতানপাদা পাখং ওইবগী পুন্সিদু অনুক হন্দোকপিদুনা নিংথৌ মশামক শ্রীভগবানগী খুয়াদা চঙজখি। লিলা অসিদা নিংথৌ যযাতিবু অপাম লাংদা থুরবা, মশানা মশাবু মশক খঙজদবা ঈশ্বর ভক্তি লৈত্রবা মিশক অমগী সিম্বোল ওইনা পুথোকই।

গুরু শুক্রাচার্যগী মতেং য়াওদনা বৃষপর্বগী লৈবাক লিংবা ঙম্লোই খঙবী, অথোই নাপল কাবরী দেবযানিনা নিংথৌ মচা নুপী শর্মিষ্ঠাবু মীনায় ওইহল্লি। মপানুং নিংথৌ

অমদি মবৈবাক্কীদমক্তা খন্দুনা শর্মিষ্ঠানা হরাও হবাওনা দেবযানিগী মীনায় ওইখি। মরৈবাক মজাতিগীদমক্তা পন্নমক কথোকপা ওন্নী রাজকুমারী অমগী শক্তম শাগৎলি, অদুবু লাঞ্জদ্রবী শর্মিষ্ঠা যযাতিগী ঔরসতগী মচা ফংজদুনা রাজমাতা ওইখি। জাতি ভেদ অমদি মশাগী শক্তিবু লান্না শীজিন্নবগী ময়েক লারবা শক্তম অমা শুক্রাচার্য ওইনা শাগৎলি।

ইস্রাও ওজাবেজবী ঘূর্নিকাগী চরিত্র অসিনা লীলা অসিদা ফাগীগী লৈথোং অমা চাপচিন্দুনা তোপ থোক্লগা মহাও ফমা পীনা লেখি, মসিমক অইবগী হৈশিংবা খুৎথা অমনি সেক্সপিয়ারগী মার্চেন্ট ওফ ভেনিসকী বিং ইপিসোদকুম্নি। লৈপাল অমদা কৈনা থিন্দোনরকপা মচু মান্নদবা লৈরাংশিনো লৈতেংবা লৈগী মসা অমগুম্নি, অউবশিংগী পুক্নিং শুমহৎনিংঙাইনি।

লিলা অসি ইচল চম্মা অমা নাটক খঙ্গনবগীদমক্তা ইবা লিলানি। পুক্সিবু মশক তাকপনি, শোক্ক শম্নবা নাদবগী মায়োক্তা, তীনাপ্রা ভেদ অমদি শক্তি লান্না শিজিন্নদনা মীনা মীবু নৈহৎপগী মায়োক্তা ইবনি। অহিংবা মক্কশীদমক ইবনি। শ্রী নীরমঙ্গলদগী অসিগুম্বা মঙ্গলগী লিলা কয়া ইথোকনবগা চনগীশ্রী ভেনাগা শীঙ্গানবনিরা ওইসন।

ইঙ্গেন ২০/১১/২০০৩ ইং
কৈশামপোক্পি।

কুঞ্জো সিং মাংশ্রেঙ্ক
প্রেসিডেন্ট, লোইয়োপাল

খঙগনি। মচল শুরবা য়েনশাংগী মহাও চারুচন্দ্রগী খক খঙদবগুম ওঝাগী লাইরিকশিং মহাও চেনবা নৎত্রবা চেন্দবদি খক খঙদবগুম ওঝাগী লাইরিকশিং মহাও চেনবা নৎত্রগা চেন্দবদি ঙসিগী অপাবশিং, নৈনরোইশিং অমদি লোযনশিল্লোয়শিংনা লেপ্পীগদবনি।

ওঝা বীরমঙ্গল কংলৈ লোয়নশিল্লোনগী পুক্কে থলহন্নবা হোৎনবদা হনবা লৈতনা হোৎনরক্লিবা অই লাম্মী অমনি। নোভেলিষ্টনি, কবিনি। থোইদোক্লা প্লেরাইট অমা ওইনসু শকখঙনবা য়ারবা অইবা অমনি। মমাঙদা লাইবিক মরি পুথোকখ্রবা মতুংদা মঙা শুবা লাইরিক ওইনা পুথোরুবা শেম শারিবা পৌরীনিক দ্রামা "রাজকুমাবী অমবু অউনপোৎ ওইহন্নখিবা" লাইরিক অসিনা ওঝাবু হেন্না মশক থোকপা অইবা অমদি শোয়দনা ওইরগনি। লাইরিক অসিগী নুংদা চেক্লিবা ঈচেল্দি অপাবশিং অমদি নৈনরোইশিংনা হেন্না পাক চাউনা নৈনবীরক্কনি নীংঙি। তশেংনমক ওঝাগী লাইরিক মখল অসি কংলৈ লোয়নশিল্লোনগী পুক্কেন্দা শবা তাঙনা থোকপা লাইরিক মখলনি। পৌরানিক দ্রামাসি কয়া ইবা ঙম্মদে। হীরম অশোমদা অইবগী মীৎয়েং থম্লকপা হায়বসি খ্বাইদগী মারপাকপা অমনি। মখা তানা অসিগুম্বা মখলগী লাইরিক কয়া ইবা ঙম্বা ওইরসনু।

রাকেস নাওরেম (কোকিল)
এক্স জেনারেল সেক্রেটরি
কংলৈপাক লোয়নশিল্লোন অপুনবা মরুপ (কলম)
ইম্ফাল।

চৈচং ২০/১১/২০০৮

# রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা নাটক অসিগী শন্নপ্পা ৱারী।

"রাজকুমারী অমবু অউনপোৎ ওইহনখিবা" হায়না মিং থোনবা পৌরানিক নাটক অসি মহাভারতকী খোমগৎচবনি। ৱারী অসিদা ময়েক শেংনা খঙহল্লি; মহে অমা তম্বদা হৈনিংবগী থৱাই পান্মুদবা মানা পামজবা মহে অদু ফংনবা হোৎনবদা মহাক মরিরক শিজখি। অদুবু মানা পাম্মীবা মহে অদুদি শিরবা মীবু হিঙ্গৎহনবা ঙম্বা মন্ত্রনি। মন্ত্র অদুমক্তা মহাক মরিরক শিরুবদু হিঙ্গৎহনখি। অদুগা হৌজিক্কী মতম সিদদি মী হাৎপদি য়াম্না ঙম্নরে। অদুবু হিঙ্গৎহনবদি থেংনদ্রি। উনা অমা ফাউবা তৎপু তৎখ্রবদি অমুক শমজিন্নবা ঙমদ্রি। মীনা মীবু হাৎপদি নোংম কাংদ্রি। অদুগা হ্যমেন রাইত হায়দুনা মীয়াম্না য়াম্না পাম্না ঙাংনরি, ইন্নরী। অদুবু মীওইবনা তাল্লিবা দাবীসি কনাদা তাল্লিবনো খঙবা ঙমজদে। মথোক কারকপা কারকপী পাখঙ লৈশাবী কয়া মতমগী নুংশিংনা থাঙদ কয়া, নোংমৈদা কয়া পুন্সি লোইশিল্লি। মখোইদুদি মমা মপানদি চাউনবা ৱানা য়োকচখিবনিনা নুংশিদবা ঙমদে, থম্মোই কায়দবা য়াওদে। অদুগী মথঙদা মতমগী য়াওলদা য়াওরকপা নিশাশিংনা পাখঙ ওইবগী পাঙ্গল ফংহনদে, অদুগা পুন্সি পীখম্নহল্লি। মসিদা হ্যমেন রাইত না কনাদা কমপ্লেন তৌগদৌরী। অসিগুম্বসি খক্লগা পৌরানিক নাটক ওইরবসু ৱারীসিগী মশানা হান্না য়াওজরম্বা অদুদা খরক্তা ময়েক শেংনবা হোৎনবসু য়াওখ্রে খল্লি। পৌরানিক অসিদা লাই ওইখ্রবা অইবশিংগী মরক্তা নিংথৌরেলনি খংনবা ডাঃ কমলগী ফজরবা ৱাহৈ "অশাউবদু মিকুপ অমতং খুররম্নবদি খুদোংথিবদু থোক্রম্লোইদৌবনি" হায়বগুম্না ৱারী অসিদা মশাগী য়াওজরম্মী। মদুতবু ঐনা পামজবদগী শত্তোক্তুনা ইথোকচবনি। ৱারী অসি দ্রামা শান্নরসু য়াগদ্রা খঙ্গে। অদুবু শিনগী মতাংদি শান্নবিনিংবা মীগী অপাম্বা তৌবিয়ু। ৱারী অসিদা বৃষপর্ব্ব কৌবা অশুর নিংথৌ অমগী মচানুপী রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা কৌবী অমনা ৱাত্ত-পাদকগী হৌনবী অকি অখঙ লৈতবা লমকেৎ লমহাইনা চাউথোকচনিংবা; অমরোমদা হায়রিবা নিংথৌ অসিগী রাজপুরোহীত ওইরিবা শিরবা জীববু হিঙ্গৎহনবা ঙম্ব শুক্রাচার্য মুনীগী মচানুপী দেবযানীসু মী হিঙ্গৎহনবা ঙম্বা ঋষীগী মচানি খন্দুনা কনাবুসু কিদে, হৃঙ্গাইদে মরমসিদগী দেবযানীনা বৃষপর্ব্ব নিংথৌবুসু মপাগী মনাইগুম্না খল্লি। মখোই অনিমক মাগী মাগী মপানা হেন্না চাউই খন্নবগী নাপলনা খংনরকপদা অখাকপা লৈনদনা চিন পেন্নবা ঙাংনরকপদা খুৎ য়াওনরক্তুনা ঐদি ব্রাহ্মনি খন্না লৈজরীবী দেবযানীদা য়াম্না উশিন্তনা খোঙপাক্লা ফাউবা কাউদুনা মাগী মনাই নুপীশিং ফাউবা

য়াওনো ফুবিরে। অদুগী মথক্তা অমুক্তসু লম্মন খুম্বা ঙম্মরোইদবী নংদি নরাইবক্তু ফগ্তেদকো খল্লগা গুহা অদুগী মপান্দ শু, শুদুনা শিজহৌরো হায়রম্মগা চৎখ্রে। মসিগী বাখোক্তগী শুক্রাচার্য য়ৌনদুনা খন্নরকপদা রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা মানা মীনাইনি খল্লগী দেবযানীগী মীনাই ওইবা তাখ্রে। অদুগী মথঙ্দা দেবযানী ভু মণ্ডল অসিগী নিংথৌরেল যযাতীদা লুহোংবদা শর্ম্মিষ্ঠা অমদি মাগী মনাইনুপী লিশিং অমগা লোইন্নগা মপুন্সিগী লুহোংবা য়াদবা হায়না ঙাংনরগা অউনপোৎ ওইরক্লে। চহি ফারকপদা দেবযানীগী মচা নিপা অমা ফংখ্রে। মদু উবদা শর্ম্মিষ্ঠানা মপুক্লিংদা কপ্প কপ্প হায়জে। লোন্ন লোন্ন তেংথাব হৌরক্লে। ও! ঐগী পুন্সিসিদি লৈখোক্ত কংদুনা মরন্নাই মাংজদ্রি ফাউবা ঙাইবা তারবা, ঐগী কাংখুল মুৎপা তারবকো। খোইমু অমত্তনসু ইনাক্তা ঙংজবা ঙমহন্দ্রবা খোইমু মশক উবা ফংজদ্রবী লৈরাঙগী পুন্সি ওইরেদো মসি পুন্নমক ঐগী ইচিন পেন্নবা অখাকপা লৈতনা ঙাংথোক্লুবা, অমদি ইখুৎ পেন্নবা ফুদোকউবা, অদুগী ফংফম থোক্লবা মহৈনি। খল্লুবদা নুংশিজরবা মশাবু হাত্তোকচনিংবা হৌরক্লে। অদুবু ঈশ্বরনা পীবিরকপা হকচাং অসি পাক হেক থাদোকপা ঙম্মদে। ওন্ন তৈননা মায়াগী পুকচেল অসিনা অপাম্বা, নুংশিবা অমসুং ঈশ্বরনা শেম্বীরকপা মথোৎ কারকপা থোৎন, নৌন ইনখৎলকপা হকচাং কয়াৎপু মথন্ত য়েংজরগা মপুকচেল ফাবা ঙম্মক্তরে। য়েৎচবা ফংদ্রবী উরীগুম মনাক নকপা পামেলদা হেক্ত য়েৎশিল্লশিরা খল্লক্লে।

অতৈ অমতা ফংলকত্রবদা যযাতী নিংথৌদা অকিবা পুন্নমক নম্মত্তনা লোন্না য়েৎপা হৌরক্লে। মশক মতৌদা অৱাৎপা লৈতনা ফজরবী, দেবযানীদগী ৱাৎত্রবী মপুং ফারবী শর্ম্মিষ্ঠানা যযাতী নিংথৌদা মচা ধার অমত্তং নিজরক্লে। যযাতীনসু য়াবিরদুনা লোন্ন লোন্না পান্নরে। মচা ধার ফংগদৌরে, লৈশাবী মাগী ফিভম কায়রক্লে। দেবযানীগী মীনাই ওইরিবনিনা হায়ফম খণ্ডনা ৱারে। মতম খর নাশিন্নদুনা পোখানবা মতম লৌজরে। দেবযানীনসু মতম শাংনা লৈমিন্নরকপদগী নুংশিরক্তুনা পোখানবা মতম পীবিরে। নুপী ওইবীগী শিব য়াবা অঙাং উনবদু মী অমত্তা খঙহন্দনা মথন্ত উনজরে। ফিশু-ফিজাম কনামক্তী মতেং ফংদ্রে। অদুক নুংশিখ্রবা মচা অদু নিংথম থাদা নুংশা ফংহন্দ্রে। কপ্পকপদা দেবযানীনা তাখিনী খনবদা অঙাং মচিন মেশিঙ্গরে। মী খঙহন্দনা য়ুম পাল্লুবদা পাউদমফম লৈতনা ৱাখ্রে। মতাং অসি মহাভারতকী ইতিহাসতা ইবিরম্বদগী ঐনা খরগা ময়েক শেংহনজবা খর য়াওরে। মসি ঙসি ওজাশিংনা ঙাকপিগনি।

*সেবারী*

থৌনাওজম বীরমঙ্গোল

সগোলবন্দ লৌখাম লৈরক।

# দ্বীপ প্রজ্বলন মন্ত্রম

সভা ময়াইদা হরি সংকীর্ত্তন নৎত্রগা নাটকনচিংবা হৌরমদাইদা মৈ চুখংপা। ধুপ থাওমৈ থাদুনা মৈ-পূজা তৌরমদাইদা শোনগদবা মন্ত্র ঃ

ওঁ ভো দ্বীপ দেব স্বরূপস্তং কর্ম্ম সাক্ষিঃ হ্যবিঘ্নং কৃত্তী।

যাবৎ কর্ম্ম সমাপ্তিঃ স্যাৎ তাবত্বং সুস্থিরো ভব।

অর্থঃ অশেংবা মঙান্না নংগী নশক্তি হে! মৈ কৌবা লাঈ নহাক্তী অশেংবা অচুম্বদ তৌব লাঈ হায়বদুগী মশক্তি, নহাক্তী থবক্কী সাক্ষীনি। বিঘ্ন অপনবা খুদোংথিব লৈহন্নবিদবনি। ঐখোইনা হৌগৎচরিবা কর্ম্ম অসি লোইদ্রিব ফাউব নহাক্না ইংথনা লৈবিয়ু অমসুং ঙাকপিয়ু।

ওঁ সহ নববতু, সহ নৌ ভুনক্তু, সহ বীর্যং করবাবহৈ,

তেজস্বিনাবধীমস্তু মা বিদ্বিষাবহৈ।

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ

অর্থঃ বক্তা, শ্রোতা ঐখোই অনিমকপু ঙাকপিয়ু। ঐখোই অনিমক বিদ্যাগী মহয় মান্নহন্নবিয়ু। ঐখোইগী ইশৈনা অমসুং নাটক্না অমগা অমগা য়েক্নহন্নবিগনু। ঐখোই ইশেন অমগা অমগা য়েক্নজরোই।

শান্তি ওইজগে, শান্তি ওইজগে, শান্তি ওইজগে।

হরে কৃষ্ণ।

*N.B. : শ্লোক অসি কথোপনিষদতগী লৌথোকপনি।*

## ওঁ ভগবতে বাসুদেবায় নমঃ

### ১বা তাঙ্কক

### ইন্দ্র লোকতা দেবসভা

(ইন্দ্র, বৃহস্পতী, অগ্নী, পৱন, বরুন নচিংবা দেবতাশিং মাগী মাগী আসন্দা ফমদুনা লৈনরী।)

দেবসভা ঃ তাবিয়ু ইন্দ্ররাজ ! ঐখোইনা অসুরশিং অসিবু মতৌ করম তৌরগা 'পরাজয়' মায়থিবা পিবা ঙমগদগে ?

ইন্দ্ররাজ ঃ অশুরশিং অসিগা ঐখোইগা থৱাই খুবাক্তা হাপ্পরগা মখোইবু ঐখোইনা ফন্না য়াম্না হন্ন হন্না হাৎলবসু মখোইগী পুরোহীত শুক্রাচার্য গুরুনা মাগী জীব সঞ্জীবনি মন্ত্রসিগী শক্তিনা ইলায় লায়না হন্না হন্না হিঙ্গৎহনবসিদা মখোইদি শিগনি হায়বগী করিসু চিংনদ্রে।

দেবসভা ঃ অদুনিনে ইন্দ্ররাজ দেবেন্দ্র শুক্রাচার্য গুরুগী জীব সঞ্জীবনি হায়বা মহা মন্ত্রসি ওঙ্গোক্না শক্তি লৈখ্রে। অসিগুম্বা মন্ত্রসি খঙ বা হৈবা ইন্দ্রলোগসিদা অমতা লৈত্রেনে।

বৃহস্পতী ঃ (ইকাইরপ তৌনা) হোই ! ঐনা দেবতশিংগী পুরোহীতনি অদুবু শিরবা প্রানীয় কনাবুসু হিঙ্গৎহনবদি ঙমজদ্রি। পরমপিতা ব্রহ্মানা জীব সঞ্জীবনি হায়রিবা মহামন্ত্রসি শুক্রাচার্য খক্তদা পীবিখি, অৱাবনি।

ইন্দ্ররাজ ঃ উং ! বৃহস্পতী গুরুদেবনা তাকপিরিবসি অচুম্বনি। সঞ্জীবনি মন্ত্রসি ঐখোই কনামতদা লৈতে। ঐখোইগী হায়ববু হাৎপা য়াবা বজ্রগুম্বা শক্তি লৈবা খুলাই খর পায়রিবসিদা মঙ ইরে।

দেবসভা ঃ হীংচাবশিং অসি শিগনি নাগনি হায়বগী মখোইদা করিমত্তা কিদ্রে। হিঙ্গৎহনবা ঙম্বা শুক্রচার্যগী জীব সঞ্জীবনী মন্ত্র লৈরিবনিনা। অদুনদি ঐখোই দেবতা শিংগী মরক্তা শুক্রচার্যদগী মন্ত্রসি তম্মনবা উপায় অমা খন্নসি।

বৃহস্পতী ঃ শুক্রচার্য গুরুনা অদুক ফবা মন্ত্রদুবু তাকপিয়ু য়ারক্কতরা ? মাগী ৱাখনদি ভগবান বিষ্ণু ফাওবা শিংনরিবনি হাৎনিংলিবনি। দেবতা শিংনা মায়থিব ফংলগদা হরাওজরিবনি।

ইন্দ্ররাজ ঃ সঞ্জীবনি মহা মন্ত্র অদুবু পিবু পিবিরবদি দুষ্মন্নাপিবা পোৎ ওইববসু লৌশনবদা অকাইব লৈতে। অদুবু পিয়ু য়াগদবা মান্দে।

দেবসভা ঃ অদুবু ফংলবদি হিংচাবশিংসু দেবতা শিংদা ব্যবহাব খবদি ফজরক্কনি। হৌজিক্কী হিংচাবশিংসি অধর্ম্ম ওইবা গর্ব্বগী প্রয়োগ ঙাক্তা চত্থবকপদা সংসার অসিদা মখোইগী অকিবা চিংনবা অমতা লৈত্রে।

বৃহস্পতী ঃ বল, পাঙ্গলগী নাপলনে, মিনম্বা হৈবগী নাপলনে, সাধুশিংসি মখোইগী অত্যাচারদা খাংবদা রাজরবনি। পৃথিনা খাংব ঙমদদুনা দোল মোল তৌরকপা তারে।

ইন্দ্র ঃ দেবসভা পুন্নমক তাবিয়ু শোইদনা কান্নগদবা রাফম অমা হায়জরগে।

দেবসভা ঃ তাকপিয়ু দেবেন্দ্র ! করম্বা জ্ঞানগী সহায়না মন্ত্র অসি ফংবা ঙমগদগে ?

ইন্দ্র ঃ মশক মতৌ ফজবা, জ্ঞানসু লৈবা, থৌনাসু লৈবা, অখাঙ কনবা, মীবু নুংশিহনবা ঙম্বা, শাউগন্দবা, ব্রহ্মচার্য পালন ঙমগদবা নহা ওইরিবা অমা দেবতা শিংগী মরক্তগী খন্নশি।

দেবসভা ঃ হায়রিবা গুন ময়াম অসি লোইনা শুনা য়াওবা কনা থাশিগে।

ইন্দ্র ঃ রূপ গুন চংখোনবা, নহা ওইবা, ইং তপ্পা, অমনা শুক্রাচার্য অর্মদি মাগী মচা নুপী দেবযানী অনিমকপু হেক শুম্মৎপমখৈ নুংশিহনবা ঙমগদবা লাঙ্গ মচা অমা থাগদবনি। মরমদি ঐখোই অসি মাগী শক্রুনি হায়বা খঙলবা ফাওবা নুংশিদবা ঙম্মরোইদবা ব্যবহার চৎপা হৈবা অদুতনা মন্ত্রসি লৌরকপা ঙমগদবনি।

দেবসভা ঃ হোই ! ইন্দ্ররাজগী আজ্ঞা অসি য়াম্না চুম্মী।

ইন্দ্ররাজ ঃ অদু ঙম্মোইদবা জ্ঞান রাৎপা, বুদ্ধি লৈতবা অমনদি থবকসি পাংখোকপা ওইরোই করি হায়গে বৃহস্পতী গুরু।

বৃহস্পতী ঃ ইন্দ্ররাজগী প্রস্তাব অসি য়াম্না চুম্মী। ঐদি স্বীকার তৌজে।

দেবসভা ঃ অদুনদি অদুগুম্বা গুণ পুন্নমক শুনা য়াওবা বৃহস্পতী গুরুগী মচা রূপ গুণসু চংখোনবা নহাসু ওইরিবা "কচ" অসি থারসিরা ?

বৃহস্পতী ঃ মঙোন্দবু হায়রিবা গুণশিংদু শুনা য়াওরবরা দেবসভানা খন্নবীয়ু। মাগী শক্তিনা শক্রুবু নুংশিহল্লগা মমল য়াম্নবা মন্ত্রদু লৌরকপা ঙমগদ্রা ? প্রানবু করিসু ওইদনা খলহনবা ঙম্বদি প্রেমতনি।

দেবসভা ঃ অহোয় শক্রুবু খুৎলায় য়াওদনা জয় তৌবা ঙমগদবদি প্রেমনি হায়বসিদা

ফকর্নিংঙাই লৈত্রে। সত্তানি

ইন্দ্ররাজ ঃ দেবসভানা খন্নরিবা বাখল পুন্নমক ঐখোয়গী পুরোহীৎ বৃহস্পতী গুরুগী মচা "কচ" হায়বসিদা শুনা য়াওরে। হৌজিক মাগী মপাও তারশি মানবু য়াবিরবদি শোয়দনা মঙ্গল ওইগনি খল্লি। কবি হায়গে ত্তু; কচসু লাকএ। আঃ কচ দেবসভানা হায়রিবসে তারবরা?

কচ ঃ শিন্নবিবা থবক খুদিংমক ঐগী লাইবক ফবনি। পাংখোকপসু ঙমজনবা অশির্ব্বাদসু পীবিয়ু দেবসভাগী মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা ঐগী থরায়দি করিসু নত্তে হঞ্জিন হঞ্জিন শিদোকপা ঙম্বা শক্তি থৌনা পীনবীয়ু।

বৃহস্পতী ঃ লাও! লাও! কচ! ঈপানা অশির্ব্বাদ পীবীবগে। দেবসভাগীদমক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন শিরবসু হিংদুনা লাকপা ঙম্বা ওইজৌ। থাজবা থল্লিবসি নংনা মাংহন্দবা ঙম্বা ওইজৌ। দেব সভাগী আশির্ব্বাদকা লোইননা ঈপাগী আশির্ব্বাদসু পীরবনি।

কচ ঃ খুউ লৈত্তানা মপাবুংদা খুরুমজৈ।

বৃহস্পতী ঃ তথাস্তু! তথাস্তু! তথাস্তু!

ইন্দ্ররাজ ঃ লাও! লাও! ঈপাগী আশির্ব্বাদসু লোইনখো। হিংচাবগী লৈবাক্তগী ইন্দ্রলোকসিদা অনা অয়েক য়াওদনা হল্লকপা ঙম্বা ওইজৌ।

## ২ শুবা তাঙ্কক

## শুক্রাচার্যগী আশ্রম

শুক্রাচার্য ঃ আঃ ঈপাগী দেবযানি! ঈপাগী পুজাগী মতম য়ৌরক্লে, হৈ-লৈ, খরদং থৌরাং লৈরবরা?

দেবযানী ঃ বাবাজী নচানা হৌজিকমক হেকচরুরগে (দেবযানি লৈ হেকপা লাকই অদুগা কচসু দেবযানী রোমদা চংশিল্লকই)

কচ ঃ নিংথিরবী শাওং শাদা অমহিকসুং অরাৎপা লৈতনা ফজরবী! চতুর্দসগী থাজনা ইকাইজগদবী মায়থোঙনা নংগী ওইরিবী ইবেম্মা! ঐ করিগুম্বা অমত্তা হংজগে? য়াগদরা?

দেবযানী ঃ হংবিয়ু মহাশয! ঐত্তাক লৌথুপ লৌকোই লৈতনা অশেংবা পরিচয় পীজগে।

কচ ঃ ইবেম্মবু স্বর্গগী অপ্সারারা ? নৎত্রগা করম্বা দেবীনো ?

দেবযানী ঃ ঐগী অচুম্বা পরিচয় হায়জগে তাবিয়ু। মহাশয়গী পরিচয়সু চুন্না তাকপিয়ু। অদোম্বু ঐনা সুম য়েংজবদা অচম্বা মী মানদে অদোমগী রূপ গুন্না বন অসি নুমিৎ অমা থোক্লককপগুম পুমঙান ঙানখ্রে। করম্বা দেবতা ওইরবনো ?

কচ ঃ য়াই ! ঐগী পরিচয় হান্না হায়জরগে তাবিয়ু। ঐ বৃহস্পতী গুরুগী মচানিপানি, ইমিংনা কচ কৌই। অদুগা শুক্রাচার্য গুরুগী আশ্রম থিজবকপনি। অদোমগী অমুক তাকপিয়ু।

দেবযানী ঃ ও ! ঐ মহাশয়না থিবিরকইবা ঋষি শুক্রাচার্য গুরুদুগী মচানুপীনি, ঐগী মিংনা দেবযানী কৌজে।

কচ ঃ ধন্য ! ধন্য ! য়াম্না নুংঙাইজরে, ঐনা পুজা তৌজগে থিজরকপা মহা ঋষি অদুমক্কী মচানুপীনি তাকপিরবনিনা ঐনা খুরুমজরি।

দেবযানী ঃ অমুক্তা ঙাইবিখো। অদুক রূপ গুন চংখোল্লবা মহাপুরুষ অমনা কন্যা অমদা খুরুম্বা হৌনদে। অদুগা করম্বা কার্যগী ?

কচ ঃ ননাই ঐ গুরুদেবদা জীব সঞ্জিবনী মহামন্ত্রদু তমজগে খঞ্জদুনা লাকচবনি। ইবেম্মনা গুরুদেবগী চরন সেবা তৌবা ফংজনবা সহায় অমতা তৌবিরগদি পুন্সিগী কাউজরোই।

দেবযানী ঃ মদুগী ওইরবদি ঐঙোন্দা শ্রদ্ধা থম্বীয়ু। ঐ হৌজিক বাবাজীগী হোমগী লৈ খরদং থিজবা লাকচবনি লৈ খর হেকমিন্নরগা হেক্তো লেংশিনমিন্নরশি।

(কচ দেবযানী অনি পুন্না চংমিন্নরকই)

দেবযানী ঃ বাবাজী ! ঐ ঙসিদি বাবাজীদা ব্রা অমা হায়জগে বাবাজীনা কৃপা তৌবিয়ু।

কচ ঃ ননাই ঐ গুরুদেবদা প্রনাম তৌজরি (খুরুমই)

শুক্রাচার্য ঃ (কচদা) আয়ুস্মান ভব ! দেবযানী ! ইপাগী ইবেম্মা ! নংনা হায়নিংবদু ইপা খংলে। যৌবন ওইবা মহাপুরূষ অসি কনানো ?

দেবযানী ঃ বাবাজী ! যৌবন ওইবা মহাপুরুষ অসিগী মমিং কচ কৌই। বৃহস্পতী গুরুগী মচানিপানি। পুকচেল শেংবা পুরুষ অসিনা বাবাজীগী ননাই ওইজগে সেবা ফংহনবিয়ু খুরুমজরি। বাবাজীনা মাবু আশ্রয় পীনবীয়ু।

শুক্রাচার্য ঃ ও ! ইন্দ্রলোগগী বৃহস্পতী — দেবতাশিংগী পুরোহীতকী মচা "কচ" !!

উং ঐ খঙলে। অদুগা ইচানা করিগী অদুক কন্না ইপাদা ম'গীদমক্তী নোঙ্গরিবা ! বৃহস্পতীদো দেবতা শিংগী পুরোহীতনি। ঐনা মাবু মুন্না

কচ ঃ গুরুদেব ! ননাই ঐ গুরুদেবগী শিষ্য ওইজগে গুরুনা পেনবীরবা মতমদা ননাইবু চানবিয়ু (শুক্রাচার্য খুমদে)

দেবযানী ঃ (মথংগী নুমিৎনি) কচ ! লাকও বাবাজীগী যজ্ঞ তৌনবা পোৎলম বন্দা থিরুশি। (কচ দেবযানি লৈকোন্দা লৈ হেকমিন্নরি) কচ ! ঙসিদি ঐগী বাখন্নরা করিনো ? বগীচা অসিগী লৈরাং পুন্নমক য়াম্না হনাও হরাও নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা ঐখোই অনিদা য়েংদুনা লৈবগুম তৌই। য়েংউনে ঐনা হায়জিন্নব্রা ?

কচ ঃ দেবযানী ইবেম্মা ! নং ঐগী খুদাং পায়বিরকখিনু লৈকোন অসিদা কনাগুম্বা লৈরম্মবদি করি খনগনি।

দেবযানী ঃ কচ নংনা কনাবু কিরিবনো ? ঐখোইনা লৈরিবা মফম অসিদা লৈরিবা মী, লাঈ, হিংচাবা পুন্নমক বাবাজীগী মখা পোনবা ঙাক্তনি নংনা কনাবু কিদুনা য়েংলিবনো ?

কচ ঃ দেবযানী ইবেম্মা ! অকিবা হায়বা শরুক অদু ঐগীদি য়াওরক্তে। অদুবু ইকাইবদি য়াওরি। য়েংঙোই আদা হিংচাবা অনিখক ঐখোইদা য়েংদুনা লৈরি। মখোইনা নোক্লখিরোইদ্রা ?

দেবযানী ঃ এ ! হিংচাবশিং অসিগীদি করিসু খল্লুনুদা, মখোইদি ইপাগী য়াথংতা ঙাইদুনা লৈজবা ঙাক্তনি, য়াথং য়াওদনা করিসু তৌজবা ঙম্বা নত্তে। লাও মখোইগী মমাংসিদা চেন চোংদুনদুম শান্নথোকখিসি।

কচ ঃ দেবযানী ! হিংচাবা অনিদো চংঙকলে করি হায়দোইনো ?

হিংচাবা ঃ দেবযানী ইবেম্মা নংগা লৈ হেকমিন্নরিবা মশক মতৌ ফজবা পুরুষ অসি কনানো ?

দেবযানী ঃ নখোই অনি সোমদা করিগী লাকইবনো ? নখোই সোমদা লাক্কনু। ঐখোই লৈ থিরিবনি থুনা চৎখ্রো। ব্রা মখা অমুক তারক্কনু।

হিংচাবা ঃ দেবযানি নংনা খুম্মীবদু ঐখোইগী প্রশ্নগী পাওখুম নত্তে। নখোইনা লৈ হেকপদা ঐখোইনা থিংখিবসু লৈতে।

দেবযানী ঃ হিংচাবাশা ! নখোইনা ঐঙোন্দা তর্ক তৌরিবা করিগীনো ? ঐনা ঙাংনিংবা

ঙাংবদা অদুম হায়না খুমগদবা নত্তে। ঐনা হায়রিবসিনা নখোইগী পাওখুমনি খল্লগা চৎখ্রো। ঐ অসি কনাগী মচানুপীনো কাওববরা ? চৎখ্রো। চৎখ্রো চৎলো (শিঘ্র হী) থুনমক !

হিংচাবা ঃ ঐখোই নংগী ননাইনি, অদুগা নংসে ঐখোইগী পুরোহীতকী মচানুপীনি ঐখোইসু খঙঙী। মরম অদুনা ঐখোইনা নংবু ঙাকশেনবগী দায়িত্ব লৈ।

দেবযানী ঃ অশুরশা ! নখোইসিদি অশুরনিনা থৌগল্লোন ব্যাবহার য়াম্না ৱাৎলি। মীনা খিত্তা ঙাংবদা ভাব তাগদৌবনি। ফরে য়াম্না থুনা চৎখ্রো। (শিঘ্র)

হিংচাবা ঃ মান্নি মান্নি ঐখোই অশুরনি অদুবু হৌন লিচত্তী ফজনা খংবা অশুরনি। ঐখোইদগী নংনা তমগদবা থৌগল্লোন ব্যবহার খর লৈরি। অদুগা সিমসু হায়গে মুন্না তাবিয়ু। মসি ঐখোইগী গুরুগী বননী বতাবরন মোৎহনবা য়ারোই। অসভ্য ওইবা থবক্তী ঐখোইনা য়াদে মরমদি নং হৌজিক্তী বিবাহ তৌদ্রিবী কন্যানি মসি খঙবিয়ু।

দেবযানী ঃ (শাওরকই) অশুরশা ! নখোইনা ঐগী চিঙ্কত্তা হঙ্গং হঙ্গংনা খুন্নবা হোৎনরি। অদুগা জ্ঞান লৈবা বুদ্ধিমানসু শাজবা শারী, মমৈদদি নখোইদা ঐগী শাপ লাক্কনি।

হিংচাবা ঃ অশেংবসু ঐখোই জ্ঞানী বুদ্ধিমানগী নিংথৌ ফাওবা ওইবা য়াবা গুন চেল্লিবনি। ঐখোইগী গুরুদেবগী মচানি হায়দুনা চপ চাবা পাওখুম পিদবগী ৱানি। নবানিগী প্রেমগী ৱারী শাননিংবদু শাহৌরো। অদুগা সিমতংদি হায়জরমগে —

দেবযানী ঃ করি হায়গদৌরিবা ? হায়রো হায়রো অদুগা চৎখ্রো।

হিংচাবা ঃ অদোমগী অহঙ্কারদুদি খর থাদোকপনা ফগনি। অহঙ্কার অদুনা নোংমদি শোইদনা নহাক নশামক্কী নিংজবা কায়রকপা য়াই। নখোইগী ননিং থুংহৌরো চৎলে।

দেবযানী ঃ কয়াদা অসভ্য ওইখ্রবা ৱাঙাংনো ? মথক মখা করিমতা খঙ্গদনা ঙাংলিবসে মখোইগুম্বনসু নিংথৌ ওইবা ঙম্বা গুন চেল্লিকাসু হায়রম্মী নসে।

হিংচাবা ঃ (চৎন চৎন ঙাংনৈ) দেবযানীগী নুংশিজবা মশক মতৌ চংখোনবা নিংশা অসি হয়েংমুক্কা থেংনববদি থোক হেক হাত্তোকঅগা চাথোকশি। ঐখোয়গী লৈবাক্তা মশক খঙদবা মী লাকঅবদি হাৎকদবনি।

হিংচাবা ঃ হাৎপদি লায়খ্রপোৎনদা, অমুক মথাই হাপ্পুনা হিংংগৎহনবা ঙমদ্রকস অদুগনে চারু লাইকউবদি য়াদে।

হিংচাবা ঃ করিগী চাবা য়ারোইদৌরিবা অসুক ফজবা অসিবু লেম্না হন্দোকপা পাম্মুদরো।

হিংচাবা ঃ ঐখোইনা অশিববু হিঙ্গৎহনবা ঙমদ্রকসু শুক্রাচার্য গুরুদি হিঙ্গৎহনবা ঙমই। অদুনা চারুবা য়াদে হায়বনি।

হিংচাবা ঃ অদু চাখোকখ্রবদি হিঙ্গৎহনবা য়াদ্রেদনা পুকনুংদগী মচেৎ মচেৎ করম্না হিঙ্গৎহনগদৌরিবা !!

হিংচাবা ঃ শুক্রাচার্য গুরুদি হিঙ্গৎহনবা ঙম্বনি। ঐখোইগী পুকনুংদগী মচেৎ মচেৎ তারবসু কৌথোকখিদুনা হিঙ্গৎহনখ্রবদি পুক শেগাইরগা থোকখিদৌরিবনি। অদুদি ঐখোইদি শিরোইদ্রো ?

হিংচাবা ঃ অদুদি চারুবা য়াদ্রে মদুমদি খঙ হৌবা ফে। অদুননি মচানুপী দেবযানীনা অসুক য়াম্না নাপল তৌরিবসে। (অমরোমদা কচগা দেবযানীগা ঙাংনবা)

কচ ঃ ইস ! দেবযানী নংদি য়াম্না শাওগল্লিকো ঐদি ৰা ঙাংগদবা কিজরে।

দেবযানী ঃ (নোকফেৎ তৌনা) শাওগনবী মানবরা ? মখোই থুনা চৎখিনবা শাওজিন্নবনি। নংঙোন্দদি সুকশাও শাওরোইয়ে নংঙোন্দবু ঐনা শাউই হায়বরো ?

কচ ঃ দেবযানী হিংচাবশিংসে য়াম্না শিংই। মখোইনা শাওরিবদু নঙোন্দা নত্তে। ঐঙোন্দনি। মমৈদা ঐঙোন্দা তাইনরক্কদৌবা মাল্লি।

দেবযানী ঃ অদুগীদি করিমতা চিংনরুগনু ঐগী বাবাজী লৈরি, ঐ লৈরিদনা।

কচ ঃ চিংনবদি করিসু লৈতে লৈবাক অসি হিংচাবগী লৈবাকনি ঐনা হায়লদগী খঙই। মরমদদা কঞ্জবা লম চখোকন্দবা অসভ্য ওইবা মীনুংশি খঙদনা হিংচাবগী লমনি। খুনুনা মখোংদা কঞ্জবা মওংনি।

দেবযানী ঃ অচুম্বনি লম চখোক্তবা হিংচাবা ঙাক্তনি। ইন্দ্রলোগতু নুংঙাইরমগনি। লাঙ্গী লৈবাকনিনা লাইরৈবাক্তগী লাকপনিনা মহাপুরুষ অমা ওইবগী গুন পুন্নমক শুনা য়াওরিবনি। নংগী ব্যবহার অসিনা ফজমনখ্রদুনা ঐগী থম্মোইবুসু নংগী পিঞ্জরাদা ফাজিন্দুনা থমখরে।

কচ ঃ দেবযানী ! নংনা অদুক য়াম্না থাগৎপিরিবদু তৌবিগনু। ঐদি নংনা হায়রিবা গুনশিংদু করিমতা যাওজদ্রি। ঐদি ইহৈ তঙ্গা লাকচবা নংগী শিযা অর্মা...

দেবযানী ঃ ঐগী শিষ্য হায়বিরক্কনু। মদু নংনা নাম্ভোক্লিংবগী ৱাঙাং মাক্লি। নংনা বাবাজীগী আশ্রম থিবা লাকপা নুমিৎ অদুমক্তদা ঐসে নংগী বন্দি ওইখ্রবনি।

কচ ঃ নংদি রূপ গুনদা অৱাৎপা অমত্তা লৈতনা ফজবী কন্যানি। নংগী গুন্না ঐঙোন্দগী য়াম্না ৱাংবা হেল্লি। গুরুদেবগী পুজাগী পোৎলম ঙাইরম্লগনি, খর থুনা য়ৌনবা তৌশি।

শুক্রাচার্য ঃ নবান্নি লাক্কী লাকলেদনা।

কচ ঃ আজ্ঞা ননাই ঐখোই লাকচরে খুরুমজরি।

শুক্রাচার্য ঃ আঃ য়ারে যারে! লৈমিন্নরবনিনা উনবা খুদিংগী খুরুম্বা হৌনদ্রে।

দেবযানী ঃ বাবাজী! বাবাজী! ঙসি হিংচাবা অনি থেংনৈ, মবুক ফত্তবনা ঐঙোন্দ ফাওবা খৎনবা হৌরকইবা। মখোইদো কচদা খৎনবা হৌরকপা য়াই। ৱাঙাং অমা তৌই।

শুক্রাচার্য ঃ ঐগী ইচাসিনা ঙাংইবসিবু করিনোনে। হিংচাবগী লৈবাক্তা লৈরবদি হিংচাবা থেংনবা তাবনিনে।

## ৩ শুবা তাঙ্কক

## কচনা ষন শেনবা

শুক্রাচার্য ঃ (মথংগী নুমিত্তা) কচ! নংবু ইপাগী ষন খরশি শেনবা হৈগদরা? নহাল মখৈ শেনবিনবা লৈতদনা ষনশিংসে ময়াং ইকং কংলে।

কচ ঃ ফগনি গুরুজী (কচ ষন ময়াম হোইদুনা চৎখি)

হিংচাবশিং ঃ আঃ কচ! নং লাকঅবরা? নংনা নহাল ঐখোইগী গুরু শুক্রাচার্যগী মচানুপী দেবযানীদা নখোই দেবতা শিংগী হৌনবী মায়াগী লাং থাকচিন্দুনা মাংহনগদবগী তৌরিবদু য়ারোই।

কচ ঃ নত্তে নত্তে! মহাশয় তাকপিরিবা ৱাফমদু ওন্নরে। ঐদি চুম্নগী বিদ্যা তমজবা লাকচবনি।

হিংচাবশিং ঃ (ফাক ফাক নোকই) নংগী ৱাদুবু অসত্য নত্তরনে। বিদ্যা তম্বা লাকপবু মথোক কাবকপী কন্যা অমগা ইশৈ নোংমাই সুম শকমিন্নবা, প্রেমগী বারী ঙাক্তা শানবা অদুগা খুজেং পায়নরগা কোইচেল চেনমিন্নবা

হৌনবরা ? নংগী ৱাদু মিথ্যানি। করি বিদ্যা তম্বা লাইকইবা হে অসভ্য।

কচ ঃ ঐ বিদ্যা তম্বা লাকচবনি অদুগী মথক্তা ঐদি আচার্য পালনসু তৌজবি। বিদ্যা তম্বা লাক্পবু অসভ্য হায়নবরনে। বিদ্যাদি তম্বগী লোইবা লৈতে।

হিংচাবশিং ঃ ও ! নংগীসি শুক্রাচার্য গুরুদগী জীব সঞ্জিবনি মহা মন্ত্রদু তম্নিংবগী লাকইবরা ? মদুগী ৱাদি লৈমিন্নবা ঐখোইদা ফাওবা তম্বীয়ু য়াদ্রিবনি। অদুনা হিঙ্গৎহনবমক হৈত্রবসু অউ অউবা হাত্তোকপদি য়াম্না হৈ। হিংচাবা ঐখোইবু করিগী অদুক পঙনা উরি।

কচ ঃ হোই ! মদুসু ফংলবদি তম্নিংই। হাৎপবুদি ঐখোইসু হৈ। হিঙ্গৎহনবা অদুমদি ঐখোইসু উপায় লৈজদ্রি। নখোইবু কনানা পঙঙী হায়রিবা ?

হিংচাবশিং ঃ কয়াদ ঙকখ্রবা ! ফংলবদি তম্নিংই বা হায়না খুমজবা শারী। নং ইরমসিগী মচা নত্তে হিংসা তৌনিংদে। অদুবু ঐখোইনা হায়বা ইন্দ্রবদি নথাইদু ঙাক্তা স্বর্গ য়ৌজনি খংলবরা ? নশাদি ঐখোইদা লৈহৌনি।

কচ ঃ হোই ! নরমনিনা নখোই ময়াম চংদুনা হক্চাং অসি লৌহৌরগে হায়ব্রা।

হিংচাবশিং ঃ (ফাক ফাক নোকপা) নং ভাব থুনা তাইদা, নংনা সঞ্জিবনী মন্ত্র পুদুনা স্বর্গদি য়ৌহল্লরোই। নং অমা হাৎপদি করিসু নত্তে। ঙসিগীদি নং হক্লো গুরুগী মনাক্তা অদুগা স্বর্গদা হিংনা চৎচখো নৎত্রবদি হিংন চৎপা ফংলোই। নথাই ঙাক্তা পাইজখিগনি। ভাব তারবরা ? কচ !

কচ ঃ শাওবিগনু অশুরশা নুমিৎ তারক্কদৌরে ঐগী যনশিংসে ময়ুম লোমদা চৎনিংলমান্নে, হয়েং অমুক উনরশি।

হিংচাবশিং ঃ কচ নংগা ঐখোইগা অমুক উনহল্লগনু হন্দকমুক্তা উনরবদি নংগী অরোইবা ওইগনি।

কচ ঃ (যন হোইদুনা লাকই) হৈ-হৈ ! অর অর ! তিতি তিতি !

দেবযানী ঃ (শোনজবা) আঃ কচ ! লাকলে ফরেদা নহনগী হিংচাবশিংদুগা খৎনবক্তবা জাৎলা। কচ ! লাকও লাকও ঐ নং লাকপা ঙাইরিবনি। অস নংনা তেক্ত কায়দনা য়ৌরকপা নুংঙাইরেদা নংবু হিংচাবশিংদুগা উনরক্তরো ?

কচ ঃ উনজরকই।

দেবযানী ঃ খৎনবা হৌরক্তরা ?

কচ ঃ হৌ রক তে দা ! (শুক্রাচার্য চঙলকপা)

শুক্রাচার্য ঃ হে ব্রহ্মদেব পিতা মাহ আঃ নবান্নিগী ৱারীদুবু করি ৱারীনো ?

দেবযানী ঃ বাবাজী ! ঐনা কচদা নহালগী হিংচাবশিংদুনা খৎনবা হৌরকত্রা হংবনি।

শুক্রাচার্য ঃ আঃ হঃ ইপাগী দেবযানী নংসিদি অনার্থ ওইবা বা ঙাক্তা কচদা করিগী অদুক তোইনা হংলিবনে।— কচদো শামৈন্যগী কচ নত্তে। মতিক চানা শিংলবা লাঈ মচানি করিসু হায়দোকপিরোই। অশেংবা ৱাদি।

## ৪ শুবা তাঙ্কক

## কচ হাৎপা

(মথংগী নুমিত্তা কচ যনয়াম হোইদুনা লাকই ) কচনা হায়রি — হৈ হৈ অর অর ! তিতি তিতি যনশিংসু হরাওনা খোং খোংদুনা গুরুং গুরুং চৎলি। — (হিংচাবশিং কচবু ঙাইদুনা লৈরি। হায়নরি লাকএ লাকএ মাগী কচ হায়বসি কযাদা উশিংর্ত্রিবনো ?) *লাওরকই হায় ! কচ ! বৃহস্পতীগী মচা ইন্দ্ররাজগী হুই নং হৌজিক ফাওবা ইন্দ্রলোগ চৎতরি, নং ঙসিদি নশা থনম্মগা নখ্বাইদি স্বর্গ যৌবা তারেদো।*

কচ ঃ করিনো মহাশয়শাঃ ! ঐদি শুক্রাচার্য গুরুগী আজ্ঞানুষার যন শেনবা লাকচবনি। গুরুগী য়াথংদি ঙাক্তবা য়াদবনি। শুক্রাচার্য নখোইগীসু গুরুনি।

হিংচাবশিং ঃ অদুদি নং ঐখোইগী ৱাবু করিসু ওইন খন্দরি। নং যন শেনবা ঙম্মরোই ইন্দ্রলোগতা হনখ্রগে হায়দ্রিব্রা ? নং নখ্বাই মাংবা কিদব্রা ?

কচ ঃ তাবিয়ু মহাশয়শা শিগদবা জীবনা শিববু করিগী কিফম থোকপগে — নখোইনা যন-তৌদনসু জীববুদি হাৎপা সুকঙম ঙম্মোই। নখোইনা হাৎপা ঙমগদবা হায়ববু মরাল লৈজদ্রবা হকচাংসিদনি। জীবনা পাইনিংবা পাইখিবদা নখোইনা উবা ফংগদবসু লৈতে। অদুগা ঐদি নখোই লৈবাক্তা লাকপা অতিথিনি। অতিথিবু হাৎপদি হৌনবা শাজন্তী নত্তে। ঐনা লান লাকপসু নত্তে, ঐ ইথন্তনি খুলাই অমতসু পাইরক্তে।

হিংচাবশিং ঃ মসিগী ইন্দ্রলোগ মচাশি খুম্বা য়াম্না হৈখ্রে। মাগী মচিন সিদি মথ্বাই হেক লৌথোকত্রিবমখৈ অদুম ঙাংগদৌরি। মসি হাৎলসি। (হিংচাবা অনি থাঙ পাইদুনা চোঙশিল্লকই। হিংচাবা অমগী থাঙদি কচনা মুনখ্রে। অদুগা অনিগা লান থেংনরি। হিংচাবা অনিমক থাঙনা খর খর শোকলে। অহুম শুবা হিংচাবা অমনা কচবু তুংলোমদগী মঙক কক্কুনা হাৎখ্রে) কমদৌইনংনদি ঙস্বা য়াববা ?

(শুক্রাচার্যগী আশ্রম যনশিংনা তুমিন তুমিন কচ য়াওদনা চংলকই। )

দেবযানী : অরে ! যনশিংদি কা[illegible]ক্কে অদুগা ক[illegible] লাকত্রে। ঙসি ঐগী মঙ য়াম্না ফৎলমদে। কচদুবু ধর্ম্ম য়াওদবা হিংচাবশিংদুনা হাৎপিরব্রা ? ঐ য়াম্না চিংনরে হো বাবাজী ! কচদি হল্লকত্রে যনদি লোইনা য়ৌরক্কে। অমুক্তা ধ্যান তৌরগা য়েংবিয়ু।

শুক্রাচার্য : হে ব্রহ্মাদেব পিতামা ! ইপাগী দেবযানী করি মতৌনোনেনংগী মঙংসিরো কচদো মথন্তা মরন্নাই অদুম লাকচনিনে।

দেবযানী : বাবাজী ঙসিদি কচদো শোইদনা হাৎপিরম্লগনি। ঐগী মিৎ অসি [illegible] লাক্কুনা চিংই। বাবাজীনা অমুক্তা কৌদুনা য়েংবিয়ু !

শুক্রাচার্য : দেবযানী, মহাক ঐগী য়েরুবা দেবতাশিংগী মচানি। মহাক্কা হল্লকত্রগা মহাক্কা করিগী অদুক বাব্বিরিবনো ?

দেবযানী : এ ! বাশিংদি করি মতৌনো ! কচদো শিদুনা হল্লকত্রবস্ করে হায়দৌরিবরা। ইস ! বাবাজীগী ধর্ম্মসিদি হিংচাবগা নৌমিন্নবদগী হিংচাবগী থম্মোই ওইখ্রবরা ? ঐদি কপনিংলক্কে খাংব ঙম্মক্তরে হো কচ ! ঐদি কনাগা লৈ হেকমিন্নগনি। (কৌ, কৌ কপই)

শুক্রাচার্য : ইতে ! ওহ্লোকপনিদা কচদো নংগী কনানো মবম ইচা চাদনা পঙ কপ কপ্পা হৌনদবা থবকনি। তুমিন লৈয়ু ইপা তানিংদে।

দেবযানী : বাবাজী ! বাবাজীদি জীব সঞ্জিবনী মন্ত্র হৈবনিনা কচবু অমুক্তা হিঙ্গৎহনবিয়ু। মা শিদ্রবদি ঙসাইনা নংগী সেব তৌবা লাকঅগনি। মহাক বাবাজীগী শিষ্যনত্তবরা ? সেঃ অমুক্তা হিঙ্গৎহনবিয়ু (হিক হিক কপ্পা)

শুক্রাচার্য : সে সে ! কপ্পা তোকলো, ইপা ধ্যান তৌদুনা য়েংগে। ও ! চুম্মে আঃ চিত্ররথ বনদা মতৎ মতৎ তাদুনা লৈরে।

দেবযানী : ও ! কচ; ওহ্লোকপনিদকোনংদি ঙা অশেঙ্বগুম লৈরবোইরেকো। হো কচ ! কৌ, কৌদুনা কপলি।

শুক্রাচার্য : সে সে ! কপ্পা তোকও ইপাগী মন্ত্রগী শক্তিনা মাগী হকচাং মতৎ মতৎশিংদো অমুক লোইনা শমজিন্নখ্রে, মা লাকঅনি। হো ! কচ নংবু ইপানা কৌবি। লাকও, লাকও শুক্রাচার্যগী য়াথঙনি।

দেবযানী : বাবাজী ! কচ হিঙ্গৎলবরা ? মা শোইদনা লাকঅগদরা ?

শুক্রাচার্য : য়ৌবু য়ৌরকঅনি তো! আদা লাকইবসে উরবরা করিমতা শোক

পন্দবদৌনা, উরবরা ? মপোপ ইকাই কাইদনা লাকএ।

দেবযানী : হো কচ নং লাকঅবরা ঐদি নং ঙাইবদা শিগদৌরে।

কচ : ঐ লাকচরে বাবাজী ঐবু বাবাজীনা অমুক পোকপিরবনি। ঐ লাকএ দেবযানী। নং কপ্পুরবরা ? গুরুদেবা নচা খুরুমজরি। জয় ! (খুরুম্বা)

দেবযানী : (কপ্প কপ্প ঙাংই) কচ নং শিরুরে হায়ববু চুম্বরা বাবাজীনা হায়রিবসে।

কচ : অচুম্বনি দেবযানী ঐ শিরুরবনি। গুরুদেবগী মন্ত্রগী শক্তিনা হিঙ্গৎপনি। গুরুদেবগী মন্ত্রগী শক্তিসিদি অঙকপনি মঙ গুম্বা থৌদোক্লী।

শুক্রাচার্য : ফরে ফরে পোথাজরুরো মদু পুন্নমক ঐঙোন্দদি থোইনা ঙকপা নংত্রে। দেবযানীনা কপ্পুনা চোংবদা ঐ ফাওবা জ্ঞান মাংগে তৌরুরে।

দেবযানী : লাকও ঐ হৌজিক নুংঙাইরে। নংদি হিংচাবশিংনা হাৎলবা মতুংদা নংগী থরাইদু কদায়দা লৈ।

কচ : ঐগী থরাইনা কোয়পাই পাইদুনা লৈ হকচাংনা মতৎ মতৎ তাদুনা লৈবদু ঐনা উরগা য়াম্না নুংঙাইতে। ঐ অসি শিরবনিকো খল্লি। অদুবু গুরুদেবনা কৌরকপদা ঐগী হকচাং মতৎ মতৎশিংদু অমুক শমজিন্নখি অদুদগী ঐগী থরাইনা হকচাংদা অমুক চংদুনা হিঙ্গৎলগা গুরু অমদি নংগী ননাক্তা লাকচরিবসিনি দেবযানী। বিষ্ণু ! বিষ্ণু ! অঙকপা ম্বতলানি।

দেবযানী : ফরে ফরে ! হায় ! নং বিষ্ণু শোনগনু মদু বাবাজীগী অশাওবীনি। বিষ্ণু শোনবা তারবদি নং মফমসিদা লৈবা য়ারোই।

## ৫ শুবা তাঙ্কক
## দেবযানীনা কচদা হৌবা

(দেবযানীনা কচগী খুজেং পাইরগা চিন্দুনা শান্নরি। অদুগা লৈ খুবাম খুবাম কচদা চায়রগা ইশৈ শকলি)

"নংগী পিঞ্জরাদা ইনিং তম্না শান্নজগে
নংগী রূপ গুন্দা থরাইনা শান্নজনিংই
ঙসিদি বনগী লৈরাং ফুগাই ফুগাইনা শাৎচরে
ঙাওরবা পবনদেব-নসু লিরি লিরি শিৎপিরে
নংগী পিঞ্জরাদা ——

বসন্তগী ঋতুনা লাকপদা থম্মোইগী লৈরাংসু শাৎকাইরে
পোমশাৎনবী কুন্দোবু করিগী খোইমুনা নাথৈরী
খোইশাউরবী লৈরাংনা লৈনমদা পাওজেল থাজরি।
লৈকাদা লৈহীনা থল্লগা খোইমুনা কোয়পায় কোয়পায় পায়রি
নংগী পিঞ্জরাদা ইনিং তম্না শান্নজরগে।

ওন্নরে ওন্নরে খোইমুনা কোইচেল চেল্লগা
তান্নরে তান্নরে লৈরাংনা কোইতান তান্নরে
থেংনরে থেংনরে থম্মোই পান্দ্রবা খোইমু অমা
কিরমাল্লে কিরমাল্লে খোইমুসে লৈরাং মতৌ উবদা
নংগী পিঞ্জরাদা ইনিং তম্না শান্নজরগে।"

কচ ঃ দেবযানী ! নংগা ঐগদি ইঙান ঙান্না থম্মোই পেন্না শান্নরি। অদুগা হিংচাবশিংনা অসুকপা নারক্তা লোন্না লুমদুনা য়েংলি।

দেবযানী ঃ হিংচাবশিং লৈরমগদরা ? লৈরম্বা য়াই। মবুক ফত্তবনিনা অঙানবদা ফোংনা ফন্নীদ্রবা, মীগী অরানবা থিগদবগী।

কচ ঃ অদুনি দেবযানী ঐখোইনদি ফত্তবা খন্দবনিনা অমম্বদা লৈনিংদে। অঙানব মফমদগী অমম্বদা য়েংবসু উবা ফংদে। মখোইদি অমম্বদগী অঙানবদা য়েংঙ কপনিনা ময়েক শেংনা উরমগনি। গুরুদেবদা তমশিল্লুরগা ঐ লৈবা য়াদদুনা তোক্কনিকো।

দেবযানী ঃ উনিংঙগা উজসনু মথ্বাই অদু প্রোক প্রোক হেক চাকপমখৈ। পাখত্তুনা ব্লাহ্বা য়াওগেসু য়াওবসনু।

## ৬ শুবা তাঙ্কক
## কচবু হাৎপা অনিরক শুবা

(হিংচবা খর ব্লা তানরী)

হিংচাবা ঃ হন্দক অমুক কচবু হাৎপদি মতুপ তরেৎ থোক্লা ককথৎলগা সমুদ্র ঈরম তরেৎতা তোঙান তোঙান থাদরক্লশি। হিঙ্গৎপা ঙমদনবা।

হিংচাবা ঃ হোই অদুম তৌরগা অমুক য়েংঙসি। হৈহৈ! কচ ষন হোয়দুনা লাকএ। তুমিন লৈয়ু।

কচ ঃ হৈহৈ! হানৌনা লেং লেং ইশঙ ইশঙনা হৌরিবা মফমসে অসিদা নবুক থন্না চারুরো। শঙ্গোম য়াম্না থোক্লবা।

হিংচাবা ঃ উং ঙসিদি নং শোইদনা শজিক চারনি। হন্দক্তৌ কচ নং অমুক হিঙ্গৎকনি খল্লুরনু। নং ঐখোইন্না হাৎলবসু হেক হেক হিঙ্গৎপসিদা শিগনি হায়বগী অকিবা লৈত্রেনে। অদুগা নংনা চেঞ্জখ্রবদি তান্নরগা হাৎপিরোই। নৎত্রবদি নংনা নিংগদবা লাঙ্গ নিংজরো।

কচ ঃ অশুরশা! নখোইন্না অনার্থদা ঐঙোন্দা করিগী য়েংথিরী। ঐনা নখোইগী করি মাংনবা তৌখ্রবগে? হিঙ্গৎহনবসু ঙমদ্রিবা নখোইনা কবিগী মীবু হাৎনিংইবনো? খুলাই পাইদবা ঐবু হাৎলগা নখোইগী থৌনা ফৈ খল্লিবরা?

হিংচাবা ঃ হৈ কচ! নং খুম্বা হৈগনু নৱা তানিংদে। পাংদবগী থবক অসি নংনা হৌহনবনি। নখুত্তা খুলাই পাইয়ু লানগী থৌবাং তৌ। হিংচাবা অনি থাংপাক পাইদুনা চোংশিল্লকই। থাঙ হৈবা কচনা হিংচাবা অমদগী থাং অমা মুল্লে। অদুগা থাঙ হাইনৈ। অনিমক কচগী মাঙদা থাঙবা ঙমদদুনা চেনখরে।

কচ ঃ য়েংঙোই অশুরশা নখোই নবুকচেল পিকমনখ্রে ঐ সঞ্জীবনি মন্ত্র তম্মগা চৎকদবা মরৈরে। মুখগী থবক তৌগনু। নখোই ঐখোই প্রান্নীয় জীব ঙাক্তনি নুংশিনবনা ফৎত্রা করি কান্ননি। নখোই অনিমক থাঙনা শোকলেদো। নাররিনি হায়রিঙৈদা তুংলোমদগী হিংচাবা অমনা থাঙনা কচগী মঙক ককখ্রে। (কচ আঃ ——————)

হিংচাবা ঃ লাক ও লাকও মতুপ তরেৎ থোক্লা ককথৎলগা সমুদ্র ইরম তরেৎতা থাদররসি।

ময়াম ঃ থাদররসি তস মাগুম্বনা কনবা য়াবরো। ঐখোই অসুক য়াম্ববু মা মথঙ্কনা ঙম্মগা সঞ্জীবনী মন্ত্র পুহনখিবা য়াবা নত্তে ইন্দ্র লোগতা।

দেবযানী ঃ বাবাজী! ঙসিসু ষনশিংসে মরু লুকথদুনা তুমিন তুমিন পরেং শানা চংলকএ। অদুগা কচদি লাকত্রে। ঙসিসু ফৎখিদ্রবা হিংচাবশিংদুনা হাৎপিখ্রমাল্লে। ষনশিংসে মরোল থোক্তবগী তৌবনি। মথাইনুংঙাইতনা লাকপা মাল্লি। কচবু হাৎপদা ষনশিংনা উরমগনি।

শুক্রাচার্য ঃ আঃ ইপাগী দেবযানী কচদো নংনা খল্লিবদো চুমখ্রা যাই। লাক ও ইমুং চঙঙসি চাক চখোম অমুসুম তং চারগা ইপা ইচা পোথাবসি নং কচগীদমক্তা বারুবনু। (রাদু তাবদা দেবযানী কপ্লক্লে)

দেবযানী ঃ (কপ্পা কপ্পা ঙাংবা) ইস! করি ঝানোনে বাবাজী কচ শিরম্বা যাই হায়রগা ঐখোইনা নুংঙাইনা চাক চারগা পোথাগদ্রনে? কচদো বাবাজীগী সেবাদা অবা অনা খিজদবনি। বাবাজীনা তাকপিরিবদুবু ব্রাহ্মন অমগী ধর্মরনে।

শুক্রাচার্য ঃ হে পিতামা! ব্রহ্মাদেব ঐবু করি তৌরসিগে ঐ হায়ফম খঙলকত্রে, ফরে ফরে ঐ অমুক কচবু হিঙ্গংহল্লগে। নং কচগীদমক্তা কপ্লদু তোকে।

দেবযানী ঃ বাবাজী! কচবু কৌবিবো। ঐগী বাবাজীগী মন্ত্রসে ফখেদা।

শুক্রাচার্য ঃ (মন্ত্র শোল্লগা কৌরকই) হো! কচ লাকও লাকও! এ মসিদি ঙনদ কী সমুদ্র ঈরম তরেংতা হুন্দোক্নুনা মচেং মচেং ঙানা চাবা তৌরেদনা। ইস! মখোইস্ শিংই হে! হিংচাবশিংসে য়াম্না বুদ্ধি লৈরে।

দেবযানী ঃ হা বাবাজী! মত্তুপ তরেং থোক্লা ককথংলগা সমুদ্র ঈবম তরেংতা খুংনবা তোঙান তোঙান হুন্দোকখ্রবা ওন্থোক্লা ফত্তেদা। পাপীশিংসে।

শুক্রাচার্য ঃ অদু ওইরবসু ঙাগী মবুক্তগী মচেং মচেংশিংদু পুনশিন্নরক্নুনা হকচাং শাগংপা লোইখরে লাক্লনি লাক্লনি। নুংশা থিরনু, তো তো আদা লাকইবসি উরবরা।

দেবাযানী ঃ বাবাজী হিংচাবশিংসিনা অসুক ফংত্রিবসি করিগীনো? মখোই অসিদি মথাংগী মপোক্নদি শা কৈ ওইনবু পোকঅনিনে।

শুক্রাচার্য ঃ ইবেম্মা হিংচাবদি হিংচাবগী বাখল থনগদবনি। হাংপা তুপ্পা মখোইগী থবকনি। মীনুংশি চাউরবদবু কদায়দগী হিংচাবা ওইগদগে?

## ৭ শুবা তাঙ্কক
## কচ শিবা অহুমলক শুবা

(মথংগী নুমিত্তসু কচ ষণ ময়াম হোইরগা লাকই)

হিংচাব অমা ঃ কচবু হাংপা অনিরক শুরে অনিরকমক গুরু শুক্রাচার্যনা হিঙ্গংহনখ্রে হন্দক করম্না হাংশিগে?

হিংচাব অনি ঃ হন্দক্তীথোংঙগা হুইদা পিজথোকঅসি । অদু ওইরবদি হিঙ্গৎহনবা ঙমদবসু য়াই মৈদা চং লবনিনা ।

হিংচাব অহুম ঃ মদুমক তৌরশি । তু অমুক্সু ষণশেনবা লাকত্র । হে কচ ! নং শিরবসু হিংঙ্গৎপা ঙম্মি খনবদগী হৌজিক ফাওবা ইন্দ্রলোক চৎত্রি । হন্দক্তী হিঙ্গৎপা ঙম্মরোইদো । অসি হায়রগা হিংচাবা ময়াম চংদুনা মাবু থাঙনা য়াল্লে, থিল্লে । কচ — আ আ তৌরগা অদুম হাৎখ্রে । মতৎ মতৎ ককলগা থোংবা হৌখ্রে, অদুগা হুই ময়াম কৌরগা পিজখ্রে । (শুক্রাচার্যগী আশ্রম লোমদা দেবযানিনা কচবু ঙাইদুনা লৈরি । যনশিং হান্নগুম্না মরু লুকথরগা তুমিন তুমিন শঙ্গোন্দা মরনাই চংজরি) মদু উবদা দেবযানি কপ্পা হৌরকলে ।

দেবযানী ঃ বাবাজি ঙসিসু যনশিংসি ঙাকপি শেনবিনবা কচ য়াওদনা মথ্থাইনুংঙাইতনা লাক্লিবসে য়েংবিয়ু । ঙসিসু হাৎপিখ্রমান্নে । কচনংবু অমুক্সু শিরবরনে । নং লৈত্রবদি ঐদি হিংবা ঙম্মরোই সংসার অসিদা হো —কচ! হো— কচ! কৌদুনা কপলি । ফ্রং ফ্রং চোংই— ফত্তেদকো হিংচাবশাঃ

শুক্রাচার্য ঃ ইহে ইপাগী দেবযানি ! নংসিদি ওহ্লোক্না নুংঙাইখিদ্রেদা কপ্পনু তোকলো । সে, সে ইপা কৌবিরগে ।

দেবযানী ঃ বাবাজি (হিক হিক কপলি) কচ নং অসি ওহ্লোক্না নারিনিদকো নংবু হাৎনবা ময়াম চংদুনা থাঙনা য়ানবা অদুদা হায়ফম খঙদনা ৱারমগনিদকো ।

শুক্রাচার্য ঃ (মন্ত্র শোনখ্রে কচবু কৌরকলে ) ইহে দেবযানি হন্দক্তী কচসে ইন্নাং ওইনা থোংলগা হুইদা পিজথোকখ্রেনে । হিংবা য়াররোই ।

দেবযানী ঃ (কপ্প কপ্প) অদু দি কমদৌনি বাবাজি হিংবা য়াররোই হায়বা হে কচ ! ঐদি মাংজরেদনা, ঐদি মাংজরেদনা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা কপ্লক্লে ।

(ওহ্লোকপনিদকো ঐগী ইচাসে)

শুক্রাচার্য ঃ য়ানি য়ানি ইপা কৌরগে হো কচ ! লাকও লাকও । নংবু শুক্রার্চাযনা কৌরি লাক্তবা য়াদে । দেবযানি কচসে হৌজিক হুই ময়ামগী মবুক্তগী থোরকলগা হকচাং শাগৎপা হৌখরে ইপানা কৌবদা খাঙবা ঙমদদুনা লাকপা হৌরে কপ্প গনু তোকলো ।

দেবযানী ঃ বাবাজী হিংদি হিঙ্গৎলববা ? বাবাজীগী মন্ত্রগী শক্তিসি অঙকপনি । বাবাজী ! কচ য়ৌরকলে । কচ নং অমুক্সু শিরুরববা ?

কচ : হোই দেবযানি ঐ শিরুরবনি। গুরুদেবগী কৃপাদগী অমুকসু হিঙ্গৎচরবনি। গুরুদেব ননাই ঐ অমুক্কসু হিঙ্গৎহনবিরে । ননাই ঐ খরুমজরি ।

শুক্রাচার্য : আঃ কচ — নংবু চাম্মরক হাৎলবসু ইপানা অদুম হিঙ্গৎহনগনি । ইপাগী মন্ত্রসিদি পিতামাহ জগদিশ্বর ব্রম্মানা ঐখক্তদা পীবিবনি । ঐনা হায়রিবসে অহঙ্কার নত্তে । ইপা পুজা আরম্ভ তৌরগে । নখোই ৰারি শাজরো ।

দেবযানী : কচ ! নং ঐখোই বাবাজী থেংনদ্রবদি মপোক কয়া ওনবগী তাঞ্জা ফংখ্রেদো । ঐনা কিজবদি নংনা শিরমদাইগী অৰাবদুনি। মীনা খুবাক্পা থাবা ফাওবা নাবনা খাংবা ঙমদে, নংদি থাঙনা মতুপ মতুপ ককপিরিবনি নং খাঙবা য়াম্না ৰারমগনি অমুকশিব মকসু কদায়নো হায়নরিবনি, নংদি অহুম্লক শুরে । নংনা শিরিবশি ।

কচ : ঐনা হঞ্জিন হঞ্জিন শিররিবসিসু ইপুখৌ ব্রম্মাগী নোংদমনি । নংনা ৰারন্দুনা কান্নদে । শিবা হায়বা পোলোই অসি অৰাবা পুম্নমক্কী অরোইগনি । অৰাবা খাংবা ঙমমক্তবা কান্দা শিনরিবনি । অদুবু ঐগী ফংফম্ম খোক্লবা ইথৌনি খল্লগা অদুম খাংলিবনি ।

দেবযানী : কচ ! নংগীদমক্তা খনবদা ঐগী থম্মোইগী লায়না অমা পোক্লবনি । অদুগা নংনা করম্বা যাদু তৌশিনবনো খঙদে নংবু উদ বদি ঐগী হিংফম লৈতবগুম তৌই মসি করিগীনো খঙদে । ঐগী থৰাই চেক্লাসি নংগী পিঞ্জরাদা চংখ্রে । কৌথোকপা সুকঙম ঙমদ্রে । নং উদ্রবদি ঐ হিংবা ঙমদে ।

কচ : নংগী নতৌ উবদা হিংচাবশিংশিনা ঐবু বিদ্যা তম্বা লাকপনি হায়বা থাজদ্রে মখোইনা হাত্তুনা কয়ারক শিখিগদগে হায়বসু খঙদ্রি ।

দেবযানী : মখোইনা কল্লকপা অমা য়াওরি । অদুবু নংনা ঐবু কাওবিগনু । ঐনা নঙোন্দা ঙাথজরগা নংনা সুম লাপথোক্কদবগী তৌরিবসি কবিগীনো ? নংনা ঐবু তান্নবিগদবনি । অদুগা ঐনা হন্ন হন্ন য়েং য়েংদুনা চেঞ্জরবদি থৰাই অসি পেঞ্জগদবনি । কচ নং অসি নশক ওহ্নোক্না ফজখ্রেদকো অদুমক্তা নংনা নাপল তৌ মাক্লে ।

কচ : ৰাখলদো ওন্নরে ঐদি নাপল তৌজদে । নংদি গুরুগী মচানুপীনিদো অদুনা ব্যাবহার কায়বা য়াদবনি । অদুগী মথক্তা ঐনা পামজরিবা মন্ত্র অসি ফংবা ঙমদনা হকচাং থনম্মগা থৰাই ঙাক্তা হনখিগদৌরিব্রা হায়বসু খংবা ঙমদ্রি অদুননী নং ঐবু ৰারৌগনু । ঐগী থবাই পল্লেপফম লৈত্রি ।

## ৮ শুবা তাঙ্কক
## কচ শিবা মরিরক শুবা

হিংচাবা অহান্বা ঃ (হিংচাবা ময়াম রা খন্নবি ) কচবু ঐখোইনা অহুন্নক হাৎখ্রে অদুবু অদুম হিংলি। হন্দমুক হাৎপদদি শুক্রাচার্য গুরুনা হিঙ্গৎহনবা ঙমদনবা করি বুদ্ধি তৌশিগে ?

হিংচাবা ২শুবা ঃ মদুনি খন্নগদবা, মা হাৎপদি অরুবা নত্তে। মাদি শিরনি খংলবসু চেনবদি চেল্লরোই। হাৎলগা হিঙ্গৎহনবা য়াদনবা অদুনি খ্বাইদগী লুরিবদি।

হিংচাবা ৩শুবা ঃ হন্দক্তি অসুন্না য়েংঙশি। মহাকশি হাত্তোরক্লগা মশা শি সংস্কার তৌদুনা উং ওলহল্লসি। অদু ফাওবা গুরুনা হিংহনবা ঙমগদ্রা ?

হিংচাবা ৪শুবা ঃ ঙম্বা য়াই। অদুবু হিঙ্গৎলবসু খোরকপা য়াদনবা গুরুদা পিজরশি। গুরুগী মবুক মনুংদা লৈখ্রবদি খোরকপা য়াদ্রেদনা। অদুনা গুরুগী খরুবা শুরাদা মাগী হকচাংগী উং খর হাপচিনখ্রশি।

হিংচাবা ময়ামঃ ইসঃ মদু য়াম্না ফরে। খন্নরিঙৈদা কচ লাকএ।

হিংচাবা ১বা ঃ ও ! কচ নং ঙসিসু শিবা লাকঅবরা ? নং শিবসি ফাগী ওইনা খল্লেনে। হন্দক্তি নংগী অরোইবনি হৌজিক নং সঞ্জিবনি মন্ত্র তম্মরোই হায়দুনা চৎখ্রবদি নং শিররোই। হৌজিক ফাওবা নংবু হাৎপিদনবা মতম পিরিবনি মসিদা নংনা ভাব তদ্রেগদি ঐখোয় ময়াম চংদুনা নংবু হাং লগনি।

কচ ঃ নুংশিরবা অশুবশা। নখোইগা দেবতাশিংগা অনার্থদা য়াম্না তোইনা লান থেঙনবি। মশিনা নখোয়দা, ঐখোয়দা করি কান্নরি। লান তৌরবদি মায পাকপা পান্নবনিনা চহি কয়াগী মমাংদগী তান্নরকপা লন পুম পাম্মুদনা অরেপ্পদা মাংহল্লি। শিখিবা কাংবুদি কখ্রে, মখোঙ ককলগা হিংহৌবা য়াওরি মখুং ককলগা হিংহৌবা য়াওরি। নিপা মখৈ শিখ্রগা নপী কয়া লুখ্রাবী ওইদুনা মচা মশু য়োক থাকপা ঙমদবা কয়া কয়া লৈহৌরি। লুখ্রাবীশিং অদুনা মপুরোইবা অশিবদু কোল্লগা কপ্পদা মথবাক্তা খুত্তুম্না সুজিনজবদা থবাক ঈপুম চংনরি। অশিগুম্বা হিংশা অসি তৌররোইশি হায়না রাশকপীয়ু ঐ হৌজিকমক সঞ্জিবনি মন্ত্র তমদনা ইন্দ্রলোকতা হঞ্জখ্রগে য়াবীরব্রা ?

হিংচাবা ঃ নংগী ভাযনদু তানিংদে ঐখোয়দি শুক্রাচার্য গুরু লৈবানিনা শিনবস কায়দে । অদুগা হিংশাদি হিংচাবা ঐখোইগী ধর্মনি ।

কচ ঃ হিঙ্গৎহনবগী মন্ত্রদু নখোয়না হৈবদি নত্রি । গুরু শুক্রাচার্যনা চৎঞবদি কমদৌনি । শুক্রাচার্যগী মন্ত্রদো ঐখোইনা হৈরবদি অশুর নখোই লান শোক্লবা থর তনগাদরা হায়দুনা তম্বা লাকইবনি ।

হিংচাবশিং ঃ অদু ওইরবদি আক্রমন । কান্নদে কচ হায়বসে থম্মরোইশি । মসি হেক হাপ্রোক্লগাসঞ্জিবনি মন্ত্র ইন্দ্রলোক য়ৌদ্রেদনা । হিংচাবা ময়াম চংদুনা কচ হাৎনবা থাঙনা য়ানশিন্নরকই । (কচনা চোংশিন্দুনা হিংচাবা অমগী মুন্দুনা ওহাকতী হাইনৈ অদুবু হিংচাবা য়ামনখিবনা কচ তুখ্রে । ময়াম চংদুনা য়ানশিল্লি )

কচ ঃ আঃ আঃ নখোইগী ধর্মসিদি ওম্ছোক্লা ফজদেদা । হায়রিঙৈদা ময়াম চংদুনা অদুম হাৎখ্রে , কচ আঙঃ আঙঃ তৌদুনা শিখ্রে ।

হিংচাবশিং ঃ শিং শেম্মো কচসি সংস্কার তৌবশি অদুগা মশা অসি উং ওলহল্লশি ।

হিংচাবা অমনা ঃ সেং সেং শুরাগী চফু অসিদা লৈবে । উং অদু চফুসিদা হাপচিল্লো অদুগা শুক্রাচার্য গুরুদা পিথকউরশি । (শুক্রাচার্য আশ্রমদা ফমদুনা লৈরি )

হিংচাবশিং ঃ নমো ! নমো ! গুরুদেব ! ননাই ঐখোই লাকচরি । গুরুনা ফান্নবা শুরা থর পুজরকই ।

শুক্রাচার্য ঃ আং ইচাশা ! নখোই শুবা পুবকই হায়বা । ফরে , ফরে, ইপাসু নখোই লাকখিদবা কুইরে হায়রম্মীবনি । পুবকও ইচাশিংনা পুরকইবা শুরাদো থবগা পোথারগো ইপা শুরা থকুবা কুইবে ।

হিংচাবশিং ঃ অদুদি গুরুদেব মসি হায়া থক্কোকপিরো অদুগা নুঙাইনা পোথাবিরো অদুনা ফরান ।

শুক্রাচার্য ঃ ফরে ফরে হায়রগা চফু থাঙ্গৎলগা থকই ইসং । ইচাশা নখোইনা পিথকলিবা শুবাশিদি হাওইহে । নহাল মখোগা মান্নদেনা ।

হিংচাবশি ঃ অদুদি গুরুদেব পোথাবিরো ঐখোই অমুক চৎচরগে ।

শুক্রাচার্য ঃ (ভাওরি ভাওরি) আঃ চৎলো চৎলো ইচাশাঃ ইপাসে হায়বং হায়বং তৌরকই হে নুংঙাইরকত্রহে । (মবৈ ইথা থানা)

দেবযানী ঃ হিংচাবগী মশক যেংনিংদদুনা ইমুংদা লৈরুবনি । কোম্ভোং লোমদা থোরকই কচবু ঙাইদুনা লৈরি নুমিৎ তা শিল্লকএ । মণ ময়াম লুকথা লুকথা

মচোই মচোই কারকলে, ষণ শেনবা চৎখিবা কচদি লাক্ত্রে। কপ্পা হৌরকলে। হো কচ নংবু হিংচাবশিংনা অমুক্কা হাতোকপিরবরা ঐবু করম্না হিংঙশিগে । হো কচ ঐবু বাবাজীদা হায়গদসু ইকাইজরকলে। ঐবু করম হায়না খাংশিগে। ঐনা তৌগদবসি ওহ্লোক্লা লুখরেদা ।

শুক্রাচার্য ঃ (মরৈ ইথাথা) দেবযানী । করি অমুক তৌরে। নং অমুকসু কপ্পবদি নংনা কচগীদমক্তা অসুক যান্না কপ্পীরিবসিবু নংগী পী অদুবু পাম্মুদরো।

দেবযানী ঃ বাবাজী ! ঙসিসু কচ হল্লক্ত্রে, মা শোইদনা হাৎপিরম্মগনি । ঐদি বাবাজীদা হন্না হন্না হিঙ্গৎহনবিয়ু হায়জগ দৌবা ইকাইজরকলে।

শুক্রাচার্য ঃ হে ! ব্রহ্মাদেব পিতামাহঃ অমুকসু হাৎপিখ্রববা । ইপা লৈরিবসিদি অমুকসু হিঙ্গংহল্লগা লোইরেদনা । অদুবু হিংহনবগীকান্নবা লৈগদৌমান্দ্রে । কচনা সঞ্জিবনি মন্ত্র তম্মগা চৎখিনি, ইন্দ্রলোগতা পুখিনি হায়বগী হাৎপা ওইরমগনি । লাইশিং অসিবু হিংচাবশিংনা অদুম হাৎনিংদুনতা লৈরিবনিদে। । ঐ ভাব তারকত্রে।

দেবযানী ঃ বাবাজী হন্দকমুক্তগা হিংহনবিখো অদুগা থাদোকখ্রশি । শুক্রাচার্যগী মখোঙ কোল্লগা কপ্প কপ্প হায়রকই। বাবাজী অমুক্তগা কৃপা তৌবিয়ু ।

শুক্রাচার্য ঃ হোই ! হোই ! ঐ হিঙ্গৎহনবিরগে । ইচানা কপ্পসি ঐ য়েংবা ঙমদরে । সঞ্জীবনি মন্ত্র শোল্লগা কচ কৌরকই ।হায় কচ কদাই চৎখরে । ঐনা য়েংবদা উবা ফংদেনা। অদুগা ঐগী পুক অসিদা মতুম মতুম তাখৎলকইবা অসিনা করিনো ? দেবযানী ইপা কৈনোমা তৌরে। পুকসি নাবনা খাংবা ঙমদরে । (মবুক মেৎপা)

দেবযানী ঃ বাবাজী করি তৌরে বাবাজীগী পুকতা মতুম মতুম তাখৎলকইবা করিনো। হায়নগা মপাগী মনাক্তা ফম্মী । বাবাজী কচ অমুক্তগা কৌবিখো। কদায়দা লৈবগে রের্বিয়ু ।

শুক্রাচার্য ঃ (থরো থরো ঙনখরে) হো ! কচ নংবু করি লমদা লৈবগে ইপানা কৌরিবসি তাবব্দি নং লাকও ইপাবু দেবযানীগী মতৌ য়েংবা ঙমদরে।

কচ ঃ শুক্রাচার্যগী পুক মনুংদগী খুম্মকই । গুরুদেব ।ননাই ঐদি গুরুদেবগী পুক মনুংদা লৈরে ঐ থোরকপা য়াদরে।

দেবযানী ঃ (অহানবা কচগী মখোল তাবতা হরাওরম্মী) কচ ! নং হিঙ্গৎলবরা নুঙাইরেদা। অদুদি নং কদায়দা লৈরি।

কচ : দেবযানি ঐ হৌজিক গুরুগী পুক মনুংদা লৈরে। ঐ থোরকপা য়াররোই।

দেবযানী : এ !! অদুদি কমদৌনি। হায়রগা মমিৎ মনা চপ য়ুংখ্রে। ঙহাক লৈরগা ফ্রুং ফ্রুং চোংদুনা কপখৎলক্রে। ঐবু করম তৌশিগে ! কচ নংবু সুম্মক উবা ফংলরোইদ্রা।

কচ : গুরুদেব ননাই ঐদি গুরুদেবগী পুক্নুংদা উৎ ওইনা লৈরম্বদগী গুরুদেবনা কৌবিরকপদুদা হিংদি হিঙ্গৎচরে ? অদুবু হকচাং শাগৎলকপদুদা পুক্নুংদ লৈবদা য়াম্না চিল্লে। ঐ য়াম বারে।

শুক্রাচার্য : (য়াম্না বানা খুম ই) উমঃ ইপাসু পুক অ সি কংথোরকপদা য়াম্না বারে। স্বর ফুনগদৌরে। পুক অসি য়াম্না বায় চিল্লে।

কচ : (য়াম্না বানা) অদুগা গুরুদেবগা প্রান বায়ুগা অপান বায়ুগা অনিনা পুন্সিল্লগা ওইবা বৈশ্বানর কৌবা মৈ মহি অসিনা চাক্লকপদা ননাইস্‌ থাংবা য়াম্না বারে। ঐগী হকচাং তুমশিল্লক্লে।

শুক্রাচার্য : (য়াম্না বানা) ইপাসু শিখিবনা হেন্না ফরে খল্লে। অদুবু নংনা মতৌ করম্না ইপাগী পুক্নুংদা চংখ্রিবনো। ইপাদা অমুক্তা হায়য়ু।

কচ : (য়াম্না বানা) গুরুদেব ! ননাই হায়জগে। ননাই ঐবু হিংচাবশিংনা হাৎপিরগা মৈ থাদোক্তুনা হকচাংসি উৎ ওলহল্লগা শুরাদা হাপচিল্লগা গুরুদেবদা পীথকখিবনি অদুদগী খঙখিদরে।

শুক্রাচার্য : ও ! ইপা ভাব তারে। হিংচাবশিংসে ফত্ত লৌশিং য়াম্না হৈরে। ঐঙোন্দ ফাওবা অসুক ঙমশিল্লক্রবা। হে ! পিতামাহ ! অঙকপনি।

দেবযানী : (কচগা মাগী বাবাজিগা ঙাংনবা তারগা কপ্ন কপ্ন হায়রকই) হেঃ কচ নংগী নখোল নুংশিবদি ঐনা তাজবা ফংলে। অদুগা নশক নুংশিবদুদি উব ফংদ্রে। ঐবু করম্না হিংউ হায়রিবনো ? (মখুৎ অনিমক থাঙ্গৎলগা কপ্ন কপ্ন লাউরকই) হেঃ মহাপাপী হিংচাবশা ঐবুসু হাৎলরো অদুগা কচগুম্না উৎ ওলহল্লগা ঐগী বাবাজিনা থক্লবা শুরাদা হাপচিল্লগা অমুক্সু পিথকপিররো অদু ওইরবদি ঐসু কচগা ইপাগী পুক্নুংদা লৈমিন্নজবা ফংজরগনি। ঐ বাবাজিগী মতৌসু য়েংবা ঙমজদরে।

শুক্রাচার্য : (য়াম্না বানা) ইপাগী দেবযানী ইপাবু করি তৌ হায়বগে ইপা য়াম্না বারে। ঐনা হৈরুবা জিবা সঞ্জিবনি মন্ত্রনা মীবু হিঙ্গৎহনবদি ঙন্নাগা ঐবুদি কঞ্জবা ঙম্মোইদৌরে। ঐ শিজনিংলে।

কচ : (য়াম্না বানা হায়রকই) গুরুদেবঃ ননাই ঐ করিগুম্বা অমত্তা হঙ্গৎচগে।

গুরুদেবগী অৱাবসু কোকপিনবা অদুগা ঐগী দেবযানীগী খাংঙমদবা মৈচাকসু কোক্লবা, ননাই ঐগী থবায়বুসু কনবিব ওইনা হায়জগে করি হায়বগে ?

শুক্রাচার্য ঃ ঐখোয় অহুম্মকী য়াইফনবা শুভ মঙ্গল ওইগদবা বা ওইরবদি নংনা হায়নিংলিবা ৱা হায়রো হায়রো তার শি। ইপা খাংবা য়াম ৱারে।

কচ ঃ গুরুদেবগী সঞ্জিবনি মহামন্ত্রদু ননাই ঐঙোন্দা তাকপিরো অদুগা ঐনা গুরুগী পুকমনুংদগী থোকচরকলগে।

শুক্রাচার্য ঃ অদুগা কমদৌবা ?

কচ ঃ ঐনা থোরকপদা গুরুদেবগী পুক শেগাইদুনা শিরগনি। শিরবা গুরুদেববু ননাই ঐনা গুরুদেবনা তাকপিবা সঞ্জিবনি মহা মন্ত্র অদুনা গুরুদেববু হিঙৎহন্নজরগে থাজবিয়ু। ঐ ৱাশকচরিবসিনি ঐ শোয়দনা হিঙৎহজ্জগনি। সত্যনা শক্ষিনি।

শুক্রাচার্য ঃ অদুদি ঐ নঙোন্দা মমল য়াম্লবা মহামন্ত্র অসি পিরগে হায়রগা সঞ্জিবনি মন্ত্র পিথোকখ্রে।

দেবযানী ঃ য়াদে, য়াদে, ঐগী বাবাজিনা পুক শেগাইরগা শিবদু ঐনা য়েংবা ঙমজরোই। ঐ শিখিবনা খ্বাইদগী হেন্না ফরগনি। হায়রগা দেবযানী থাঙ তাপ পাইরগা চেনগে তৌবা শুক্রাচার্যনা দেবযানি। (হায়রগা দেবযানীগী মখুত্তগী থাঙ মুল্লগা শুক্রাচার্যগী মবুক্তা থাঙনা খাইদোকখ্রে। খুদক্তা কচ পুকনুংদগী থোরকলে। মশা পুন্নমক ঈনা পুমঙাং ঙাংনা তৈরগা চেন খরে। শিরবা শুক্রাচার্যগুরু তাদুনা লৈহৌবে)

কচ ঃ দেবযানী! ঐ অমুক্তা ইরুজরুখিগে। গুরুসে কন্দবা য়াদে।

দেবযানী ঃ (কচবু চিংনদুনা ফাগদবগী দেবযানী তান্নরকই) ঙাইখো! কচ! কদায়দনো নংনা চেল্লিবা। কচঃ ঈশিংদা চোংথদুনা শেংনা ইরুজথোকলে। ইরুজদ্রবদি মন্ত্রসিদ্ধ লৈরোইনে। ঐ করিসু চৎলোই দেবযানী, নং নুংশাথিগনু ঐ গুরুবু হিঙৎহন্নবা শোইদনা হোৎনজগনি। হায়রগা গুরুনা পিবা সঞ্জীবনি মন্ত্র শোন্দুনা গুরুবু কৌরকলে।

দেবযানী ঃ (বাবাজী। বাবাজী কৌদুনা কপ্লি) অসি পুন্নমকসি ঐনা থোকহনবা ঙাক্তনিকো ঐগী বাবাজীনা তৌরিবা মতৌ অসিবু মঙলা হারা করিবো খঙজদ্রে। হো! বাবাজী হো! বাবাজী নচাবু করি ওইরশিগে। ঐ হায়ফম খঙদরে। হায়রগা ফ্রং ফ্রং চোংদুনা কপ্পুনা লৈরী। (অঙকপনি জীব সঞ্জিবনি মন্ত্রগী শক্তি)

শুক্রাচার্য ঃ গুরুদেবগী পুক শেগাইবদু কচনা মন্ত্র শোনবদা তাইশিন্নখ্রে । শুক্রাচার্য হৌগত্তুনা ফমলে ।

দেবযানী ঃ বাবাজীঃ হো ! ইপা ইবুঙো (হায়বগা হিক হিক কপ্পুনা লৈখরে) মপাবু য়েংঙগা ।

শুক্রাচার্য ঃ ইপাগী দেবযানি ! ইপা শিরুবদগী হিঙ্গৎলে নং ফম্না তোকলো নংগীদমক ইপা শিবা য়াদরি । কচ নং ধর্ম্ম কায়দ্রে । নং ব্রম্মন মচাগী ৱাশক ঙাক্লেবনি ইপানা নংবু পেল্লে । দেবযানীসী মপা লৈজদ্রবা মচা ওইরগদ্রা চিংনরুরবনি ।

কচ ঃ হেঃ গুরুদেব ! ননাই ঐঙোন্দা মহা সঞ্জীবনি মন্ত্র তাকপিবগী গুরু দক্ষিনা কৎচরগে গুরুগী অপাম্বা তাকপিরো ।

শুক্রাচার্য ঃ ইপাগী কচ নংনা ইপাবু অমুক হিঙ্গৎহনবগী ইপা পেল্লে অদুনা নঙোন্দগী দক্ষিনা অমুক লৌররোই । হে ! পরমপিতা ব্রম্মা নংগী লিলা অঙকপনি পুন্নমক নংনা ইদুনা লোইখ্রবা ঙাক্তনি ।

দেবযানী ঃ অদুম কপ্পুনা হিক হিক তৌদুনা কচগা মপাগদা য়েংদুনা লৈরি । শুক্রাচার্য অদুদি ইপা পোথারুরগে হায়রগা শুক্রাচার্য চংখ্রে । ঙহাক্তী ৱা অমত্তা ঙাংনদনা তুমিন তুমিন লৈনৈ । কচ ! নং হৌজিক্তী নংনা পামজবা মমল য়াম্নবা সঞ্জীবনি মহা মন্ত্রদু ফংলেকো । হঞ্জিন হঞ্জিন মরিরক শিরবা ফাওবা নংসু হনবা লৈতনা য়াম্না ৱানা তান্নরকপনি । হৌজিক্তী নংনা ঐবু নুং শিবিবা য়ারেদনা ।

কচ ঃ ইচে দেবযানী ! নৌপ্পানা নিংবা থুংজরে ইচেদা ঐনা খুরুমজরি হায়রগা দেবযানীদা খুরুম্লে । (দেবযানী ফৎ লৈথোক্তুনা খানা য়েংদুনা লৈ)

দেবযানী ঃ করিনো ? কচ ! নংনা ঐঙোন্দা তৌশিল্লকইবসে । ব্যবহার ফজবসু শারী, ইকাইবসু পীরি । নং নপুক য়াম্না শেংলমদেদা ।

কচ ঃ নত্তে ! নত্তে ! ইচেঃ ৱাখন্দু ওন্নরে ।

দেবযানী ঃ কচ ! নংনা ঐবু পাল্লক্তবদগী ইচে কৌশিল্লগা মিথ্যা তৌদুনা ঐবু হুন্দোক্লম্লবা হোৎনরী । মদু তৌগনু । ঐনা নংতবু নুংশিজরুবদগী কয়ারক হন্না নংগী নথ্বাই হিংঙ্গৎনবা ইপাদা কপ কপ্পুনা ইপাগী মখোঙ পাইদুনা নংগী থৱাইবু ভীক্ষা নিজখিবনি ।

কচ ঃ অশেংবনি ইচে নংনা ঐবু হন্না হন্না থৱাই কনবিববনি মদু য়াম্না চুম্মী অদুবু মরিরক শুবগী থৱাই কনবিবসিদদি ঐ গুরুদেব শুক্রাচার্যগী মবুক্তগী

অমুক পোকপিদুনা হিংহল্লে । মরম অদুনা ঐনা ইচে কৌফম থোক্লবনি ৱারৌবীগনু । মদু নৎলমদ্রবদি ঐনা ইচে কৌরমলোইদবনি ।

দেবযানী : কপ্লকলে । কপ্পা কপ্পা হায়রকই । কচ নংনা য়াম্না ব্যবহার ফজবা নিয়মদা পুশিল্লগা পুকচেল শেংবা নিয়ম নিতি চৎপা মহাপুরুষ শারি । অদুগা নংনা ইকাইথিবী নারী জাতীবু য়াম্না লায়না খোঙ্গুলদা তারবী লৈরাঙগুম নৈখায়বিরী ঐগী থম্মোইবু ।

কচ : ইচে! নুংশিবা হায়ব সিদি ইপুরোইবা ওইবা ফংদ্রগা নুং শিবা তোকপা হৌনদে । ইপুরোইবা ওইবা ফংগদবা পুরুষ খক্তদা নুংশিবা তারবদি ইচেনা নুংশিরিবা অদুবু অশেংবা নুং শিবা হায়গদরনে ? মদুদি মশাগী অপাম্বনা নমদুনা নুংশিশন্নবনি হায়গনি মদুদি মিহৌবা কৌগনি । কান্নগদবা থির থিরগা নুংশিরবদি তুং কোইবা য়ারোই ইচেবু ঐনা ঐগী ভর্যা ওইনা খল্লবদি মহাপাপকী মশক ওইগনি । ইচেদা পুজা তৌফম থোকপদো য়াররোই । অদুগী মহুত্তা ইচেনা ঐঙোন্দা পুজা তৌবা তারক্কনি । ইচেনা নৌপ্পা অমা ওইনা নুংশিবিদুনা ঐগী থৱাই মরিরক কনবিখিবনি । মদুগী ফজখ্রবা ধর্ম্মদো কায়হনবিগনু । ইচেনা পাম্বা পোৎ অমা কৎচরম্মগে । অমূক্তা তাকপিয়ু ।

দেবযানী : ফরে ফরে কচ ! নং শাস্ত্র নিয়ম য়াম্না কুপ্পা খঙ বা ব্রাহ্মন মচানি । নংনা ঐবু পামদ্রবনিনা জগৎকী চৎনবী নিতি নিয়ম পুন্নমক লোইনা পুথোক্লগা ফজবা ৱাহে পরেং কয়া কয়া তাহল্লে । ঐগী নাকোংসিদা শিংজা য়েবমখে ।

দেবযানী : অদুবু সিমদি নং খঙঙু নংনা নারী জাতীবু ইকাইবা পিবগী ঐনা শ্রাপ অমা বর ওইনা পীরগনি । নংনা য়াম্না পামজনা লৌজরিবা সঞ্জিবনী মহামন্ত্রদু শিদ্ধি লৈতবা ওইরো । ঐ শুক্রাচার্য ঋষিগী মচানুপীনি ।

কচ : এঃ ইচেদি ৱারৌরমান্নে । ফরে , ফরে , ইচেনা পিবিরিবা শাপতো ঐ লেপ্পা ফংজগে তৌবতবু মন্ত্র অসি ঐনা শিজিন্নবদা সিদ্ধি লৈত্রবসু ঐনা তম্বীবা, মী, কনাগুম্বা অমনা শিজিন্নবদদি সিদ্ধিসি লৈবা ওইসনু ।

দেবযানী : কচ ! নংনা খল্লি মদুদি নংগুম্না ফজবা রূপ গুণ চংখোনবা পুরুষ অমতা জগৎসিদা লৈতবগুম নংনা অহঙ্কার য়াম্না তৌরি । অদু ওইরবদি নঙোন্দগী বিষয় খুদিংমক্তা হেন্না ফবা মহাপুরুষ অমা স্মামী ওইবা ফংজবা ওইসন্ ঐহাক্কী ।

কচ : মদুমক ফংবা ওইবিয়ো অদুগা ব্রাহ্মন অমত্তনা ইচেবু বিবাহ কর্ম তৌবিদবসু ওইসনু । মসিনা নৌপ্পাগী বরনি ।

দেবযানী : কচ নং অসি ওহ্নোক্লা ফত্তেদা । ঐবু নহাক্লা অমুক্তদি নুংশিবীয়ু ঐ অসি ইকাই থীবী নারীগী মপোকনি । অদুবু ইকাই ইকি রাংমা লাল্লগা হায়জরবনি । নংনা নুংশিবিররোইদ্রা ?

কচ : ইচে নংনা নহাল মখৈদি ঐবু থাগত্তুনতা লৈবনি । অদুগা ঙসিদি ঐবু ওহ্নোক্ল ফত্তে তাকপিরি । ইকাই থীবী ইচেবু ঐনা ইচে অমা ওইনা অদুম নুংশিজরি ।

দেবযানী : কচ ! নংনা ঐনা কৌহন্নিংদবা ইচে হায়ব মিংগৌ অদু হন্ন হন্ন ব্যবহার ফজবা শারগা পেন্ন কৌরি । ঐঙোন্দগী নংনা চহিসু হল্লিবনি অদুগা করিগীনো নংনা অদুম্না লংনরিবা ?

কচ : ঐঙোন্দগী ইচেনা হান্না পোকপিরম্মে অদুনা কৌজবনি । রারৌবিগনু ।

দেবযানী : নংঙোন্দগী ঐনা করন্না হান্না পোকই হায়রিবনো । নং য়ান্না ফত্তেকো । নং তর্ক য়ান্ন হৈরে উৎলিবরা ? ✓

কচ : ঐদি গুরু শুক্রাচার্যনা হৌজিক্তা পোকপিবদা ঙাইজরি । অদুগা ইচেদি গুরুদেবনা হান্না পোকপিরবা নৎত্রো ?

দেবযানী : (খুম্ফম খঙদ্রে) ফরে ফরে কচ । নংনা খুমনিংবা খুমও ।

কচ : অদুদি ইচে নৌপ্পা অমুক য়ৌজরগে ইচেগী অশির্ব্বাদ ফংজরবনিনা ইচেদগী বিদায় নিজরী ।

দেবযানী : তৌফম খংদদুনা কচদা মুন্না য়েংদুনা চপ লেপ্তুনা লৈ ।

কচ : কৈদৌবিরবগে ইচে আজ্ঞা পীবিরো । নৌপ্পা ইন্দ্রলোগ য়ৌনবা তৌজবগে অদুগা ঐ গুরুদেবদা অমুক্তা প্রনাম তৌজরুখিগে । (শুক্রাচার্য চঙলকই)

কচ : গুরুদেব ! ননাইনা খুরুমজরী । গুরুদেবগী কৃপাদগী জীব সঞ্জিবনি মহামন্ত্র হৈজরে । ননাই অমুক য়ৌনবা তৌজরগে ।

শুক্রাচার্য : আঃ ফরে ফরে । নং মী হিঙ্গৎহনবা মন্ত্র ফংলবনিনা চৎলগেরা ? মন্ত্রগী পরিক্ষাসু চাংয়েংলে । শিরুরবা ঐবু হিঙ্গৎহন্নবা ঙম্লবনিনা মন্ত্রগী সিদ্ধিসু লৈরে হায়বসু নশানা খঙজরে ।

কচ : গুরুদেবগী কৃপাদগী সিদ্ধি ফংজরে ।

শুক্রাচার্য ঃ নং চৎনিংলে ঐ খঙলে। চৎলো চৎলো।

কচ ঃ শুক্রাচার্যগী মখোঙ পাইরগা খুরুম্মী অদুগা ইন্দ্রলোক তন্না পাইখৎখ্রে।

দেবযানী ঃ কপ্প কপ্প মুন্না য়েংদুনা লৈহৌরে কচনা চৎখিবা মায়কৈদা।

শুক্রাচার্য ঃ আঃ ইপাগী দেবযানী । ঙসিদগী ইপা শুরা থকপা তোক্লগে। ইপানা হিংচাবনা পিবা শুরাথকউবদগী ঐ ঙসি শিরুরিবসিনি। মসিবু থক্লবদি কনাগুম্বা দেবতা অমত্তদা পুজা তৌবদা দেবতাদুনা লৌদবা ওইরসনু । অদুগা মসি শিজিন্নবা মী লাঈ খুদিংমক ৱাখল য়াওদবা অমাংবা শাগৈ ওইরসনু । করিগুম্বা কচনা ঐবু হিঙ্গৎহল্লমদ্রবদি শুক্রাচার্য ঋষিদো শুরা থকউবদগী অপঙবা তাদুনা হিংচাবনা হাত্তুনা শিখিবনি হায়না জগৎনা ঙাংনহৌরমগদবনি। শিরবা মতুংদা লেপ্লিংঙাই লৈরোই।

দেবাযানী ঃ বাবাজী শুরা থকপিরগনু মসিনা মীবু য়াম্না মাংহল্লি ঙসি বাবাজীনা থেংনবদুনা শাক্কিনি।

শুক্রাচার্য ঃ অদুগা ইবেম্মা নংনা ঙসাই অত্মাঘাত তৌদুনা শিরগে তৌবদু মতুংদা তৌগনু। অত্মাঘাত তৌদুনা শিবদি নংগী প্রাণ অদু নোরোক্তা চৎখিনি । অদুগা মীনা হাক্তুনা শিবা কচদি স্বর্গদা চৎখিনি। নংনা মাগী মনাক্তা চংলুবা ঙম্মোইকো ইপানা হায়বা থাজৌ।

দেবাযানী ঃ ইসঃ ঐদি খঙ্গদবনিনা ফৎখিদ্রবা থবক অদু তৌরমদৌইদা ।

শুক্রাচার্য ঃ অদুনা ইপানা নখুত্তগী থাঙ মুন্দুনা নংগী থৱাই কনখিবনি । নংনা হেক শিখিবগা নংগী থৱাইনা ঐগী থৱাইগা করিসু থোক্লররোই । অদুবু ঐগী ইচা ওইনা মতম খরা লৈমিন্নবগী অদুক হায়বনি।



## ৯ শুবা তাঙ্কক
## বৃষপর্ব্ব নিংথৌগী কোনুং

(শুক্রাচার্য গুরুগী মচানুপী দেবযানী নোংমা বৃষপর্ব্ব নিংথৌগী মচা নুপী রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা উনবা লাকই । শর্ম্মিষ্ঠাগী ময়ুমদা মমান্নবীশিংনা ইশৈ শকলি, জগোই শানা শর্ম্মিষ্ঠাগী মমা মহারানীগা ফম্মীন্নরি । দেবযানী উখোঙ মরুমদা তুমিন্না ইশৈ তারি)

ইশৈঃ রাজকুমারী নিংথিবী ফজবী, অতিয়াদা পুর্নিমাগুম ঙাল্লিবী ।

থাজ অমত্তনা জগৎ ঙাল্লিবী, অতিয়াগী ফজবা নংনা ওইরিবী ।

থৱাম্নীচাক লাক্ষ কয়ানা থৌগল্লিবী

রাজকুমারী নিংথিবী ফজবী ।

ঐখোইদি নংগী থৱাম্নীচাকনি, থৱাম্নীচাক ঐখোইনা শান্নজরি ।

নংগী নঙান্দা নুঙাইজরিবীনি, নংনা ফুগাইনা শাৎপী থম্বালনি ।

ঐখোইনা কং মপাল গুম লৈজরী

রাজকুমারী নিংথিবী ফজবী ।

নংগী লৈনমদা খোইমুনা পাইররি, ঙংনে ঙংনে কোয়না ঙাওররী ।

খোইমু কনাসু য়েংবিদে ঐখোইবুদি , নংগী নগুন্না খোইমু উবা ফংজরি ।

থাবলদা নোংইন্না ঙাওজবা গুম্বনি,

রাজকুমারী নিংথিবী ফজবী ।

(শর্ম্মিষ্ঠাবু থাগৎপা ইশৈ তারগা দেবযানি খোইরাং খোইশাওনা চংলকই )

**মহারানী** ঃ **ইমাগী ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা ! নতা দেবযানী লাক্কই কৌশিল্লু ।**

**শর্ম্মিষ্ঠা** ঃ ইতা দেবযানি নং লাকপা নুংঙাইরে সোমদা লেংশিল্লকও ।

**দেবযানি** ঃ নুংঙাইদা ইতা ! নংদি অরাৎ অপা লৈতনা নুংঙাইবীরম্মী । থা অমা খক্তনা অতিয়াগী মশক ফজহনবগুম ওল্লাক্লা মকা লাম্না ঙানবীরম্মী । ইশৈনা মরোল অমা ফজরিবা ।

**শর্ম্মিষ্ঠা** ঃ ইতা নংনা করি ৱাৎলদনা, অদুগুম্বা পেন্দবা ৱাঙাং করিগী ঙাংবিরী ।

দেবযানি ঃ করিসু ৱাৎচদেদা ইতা । অদুবু ইতাগী রূপগুন উবদা নুঙাইজবগী চুন্না থাগৎচবনি। হৈনৌগী মপাল শারকপা ঋতু রাজনা লেংখোরকপা মতাংসিদা চিত্ররথ বনগী ময়াইদা ঐখোয়সু ঋতুরাজ উনরুশিরো ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ য়াম্না নুংঙাইবা ৱানি, লৈজ, লৈজবা ৱারি ৱাতাইসু শানরুশি। পাবুং মহারাজনা শেংদুনতা লৈবা ফজরবা সরোবর অমসু লৈবনি।

দেবযানি ঃ অদুদি মদুদা জলকেলিদুম শান্নরুশি, জল ফুহারসু লৈবদাইনে। ইতাগী ননাইসখি ময়ামসু য়াওহনশি। হী !! ইতা ঐগী পাম্বোমসি অসুক কন্না লাক লাক চিংবগুম চোংই করিগী ওইরিগবা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ করিবু ওইগাদগে ইতাঃ করিসু খনবীরুনু। জলকেলি শান্ননিংবগী ওইরমগনি, নত্রগা নিংজবা কায়দোংফম ফংঙমদাইদুম ওইরমগনি।

দেবযানি ঃ ফরে ইতা ওইনিংবা ওইজরসনু, ইতা নংগী ৱাতাশিদি কৈনোমা নিংশিংলকই।

*[চিত্ররথবনগী পুখ্রি (সরোবর) দা জলকেলি]*

(চিত্ররথবনগী পুখিদা শর্ম্মিষ্ঠানচিংবী, লৈশাবী লিশিং অমগা দেবযানিগা নোক্লগা খেনা শান্নবী)

শখি ঃ য়েংবীয়ু য়েংবীয়ু ! ইতা দেবযানি। ঐখোয়গী রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠাগী অপাবা ফিমা কুপ্লগা ঈশিংদগী কারকপসি ফজদরা ? লোইরেহে !!

দেবযানি ঃ অওইনি ইতাশাঃ রাজকুমারীগী যৌবোনগী মচিন তুমখৎলকপসি ওঙ্গোক্লা কা হেক্লেদা অসিদবু করম্বা রাজকুমারনা উরগা নাঙ্গোকপা ঙমগদগে ? লৈহাও লৈরেলগী কুচুগা মাল্লে, কনাগুম্বনা উখ্রবদি শোইজনিকো। (নোকপা)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ঐগীবুদি নংনা হায়বী, নংগীদুদী করম তৌরিবা ঐঙোন্দগী শরুক চাম্না হেক্লমগনি, অচোৎপা ফি অদুনা নপশিনখিবদা অচেংবা খ্বাং, অকুৎপা খোইদৌ, চাউরবা নিঙ, চাউরবা ফাইগল অনিদুদা উখিবদা রাজকুমার কয়াগী মোংকম ওইনি। (নোকমিন্নবা)

দেবযানি ঃ খংজরে , খংজরে , ইবেম্মা অমনা অমদগী করিসু হেন্নদ্রে । নিপাগী জাৎনা উরগা পঙথরোইদবা কনাসু য়াওররোই। জলকেলি শান্নবগী নুংঙাইবা খম থেংলে। তুঃ আঃ উতোন্দা য়োং অমনা মমিৎ কুপ্তনা রেংলি।

শখি ঃ য়োং অসি ফাওবা ঙাংরেমগ্নে। ঐখোই উবদা সরোবরনগা ফজবনে। নিপা অমতংগা লাকঅবদি বানবু নর্ক্লননে। (নোকপা)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অদুনবু পাবুং মহারাজনা সরোবর অসিদা ঐগী য়াথঙ য়াওদনা নিপা চংবা য়াদে হায়না থিংলিবনি। ইতাশা নুংশিৎ অঙাওবা লাকএ ঐখোই ঐখোইগী ফিরোল লোইনা মফম মরাং খংহনা থদরে। (নুংশিৎ মখোল) ইতাশা ! ময়াম কাখৎনবা তৌরশি। নশা নশাগী নফি ফাজহৌ।

দেবযানী ঃ ঐগী শাড়ী মাংবা য়ারোইকো ঐগী শাড়ীদি নখোইনা শেৎপা য়াদেকো হৈমা ! হায়রিঙৈ শর্ম্মিষ্ঠা নংনা শেৎলিবা শাড়ীদো ঐগী মাল্লি। অমুক্তা থুনা পিরকউ। ইস। শাড়ীদু মাংখোকলেদনা নখোই অশুরগী হৌনবী হেক্তা তৌশিল্লক - ই। ওল্লোক্লা ভাব তাখিদরেদা কমদৌনিসিদি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ করি হায়বা দেবযানী ! ঐসে রাজকুমারীনি। নংঙোন্দগী য়াম্না হেন্না থাক রাংলিবীনি। ইপানা নিংথৌ ওইরিবনি। নং খঙ্দ্রা ?

দেবযানি ঃ হে ! ঐসে অশুর নত্তে। য়াম্না বাংবা শগৈগী ব্রাম্মন মচানি ভাব তাও।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হোঃ ইবেম্মা ! নংগী নপা ব্রাম্মনদো ইপা নিংথৌগী মীনাইনি খঙজৌ। নং খঙ্দ্রমাল্লে ?

দেবযানী ঃ ইস ! হরে হরে নংগুম্বী অশুর নিংঙোলনসু ঐবু ননাইনি হায়রবা অদুগী মথক্ত অমুকসু ঐগী ইপাবু নপাগী মীনাইনি হায়বা ঙম্মবা ! ঙকচরেদা হিংচাবীসে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ নত্তদি নংসু ইপা নিংথৌগী মরল চাজরগা চাউরকইবনি নপা ব্রাম্মনদুনা ইপাদা মকোক লৈখা তানা খুরুমজবগা নিজখিবা চান থক্লবা ! ইপানা পিনিংবা খর পিবিখিব অদুনা নপা নচা চামিন্নরগা হীংজরিবা নংত্রা ? অদুনা নংগী শারেপসু ফাজবনি !

দেবযানী ঃ ইস। নুংঙাইরেদা ! অশুর নিংঙোল নংগী নপা নিংথৌদুনা ঐগী ইপা ইবুঙোদা মঙক্তা ফিয়েৎলগা খুরুমজরিবনি। মদুদা ইপানা চানবিরগা নখোইগী অরাবা দুখ দশা খুদিংমক কোকহনবিরিবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইসঃ নুঙাইরেদা ! ব্রাম্মন্নী নিংথৌবু নংগী নপানা চাউরবা।

দেবযানী ঃ হে ! অশুর নিংঙোল ! চিঙ্গাক ফত্তবা চাবনিনা বাখলসু ফরোইনহে। নশাগী মনমসু নমথিরমগনি। ঐসে নপাগী গুরুগী

মচানুপীনিনহে । নংনা ঐঙোন্দা চৎকদবা ব্যবহারদো নপা নিংথৌদা হংজরু চৎলু ।

শর্মিষ্ঠা ঃ করি মীনাইনুপী নং হৌজিক ঐগী ইতিক খঙনিংবরা ? মীনাইনংগা মপুগা খৎনবসু হৌনদে, লেমদে, নং ঙসি ঐগী খুত্তা শোইজনি খুৎয়াওরকউরো ?

দেবযানী ঃ হায় ! গুরুদা ঙাংগদবা, চৎকদবা খঙদবী নংগুম্বনা খুৎ য়াওরকউরা কা হায়না তৌরকইবদো নশমদো লোইনা ফোইদৎলুরা ? ( শর্মিষ্ঠানা শাউরত্তুনা দেবযানীগী মশম ফোইবা, দেবযানীসু শর্মিষ্ঠাগী মশম ফোইবা )

দাসি ঃ ব্রাহ্মন হায়বা জাৎসিদি চাউজনিংখ্রপোৎনি । হায়রগা দেবযানীগী মখুৎ ফাজিনবা — সে ! নখুৎসে থাদোকউ । মীগী ময়মুদা অপাম্বা, পোৎ উরুগনা মখোইগী লাইদা কৎলু হেক মহায়বা, —ময়ামসু মখুৎ পাইরকউ মসি লমহেনমল্লি গুহা অসিদা থাদরম্মসি । (ইন্থুরকপা)

দেবযানী ঃ হে ! অশুরগী মিনাই ! ঐ গুহাদা তারে নহে । অশুর নখোইগী নখোঙ মহাপাপী অদুনা ঐঙোন্দসু কাউরবা নখোঙদো কেনজনিহে ।

শর্মিষ্ঠা ঃ নংদি অশুর ঐখোইগী খোঙপাক অসিনা কাওবসিনা মতিক হেক চারবনি । নরাইবক অদু থিমল্লি হায়না খল্লগা গুহা মপান অদুদা শুগাইজরগা শিজহৌ । ঐখোই চৎলে মীনাইনুবী ।

দেবযানি ঃ হায় ! অশুর ! ভাব তাদবী ঐনা শিরবদি নংগী নরৈবাক করি ওইনি নংনা খংদ্রি । ঐবু করি ওইনা উই । ✓

শর্মিষ্ঠা ঃ চবেৎ চবেৎ ঙাংগনু ইশুং ইমান্নবী রাজকুমারী মসেল খৎনবা ওইরবদি মতিকচাবা থাঙশাং অমমম পাইনরগা চাংয়েংনগদবনি । নংদি মীনাইনিনা তাৎ পাৎ খর তৌরগা ইব্রা ব্রাদনা মীগী মপোৎ মরল লৌনবা মন্ত্রনি কায়না শোঞ্জিন্নবা অদুনদি য়ারোই । থাঙসু হৈরম্মোইদো ।

দেবযানি ঃ লাইরিক হৈতবা অপঙবা মীগী মরনদি লাইরিক লাইশু হৈবা মবুদ্ধি মরৌশিং লৈবা মীনা চাদদি কনানা চাগনি । নখোইসু নহৈ তম্মুদনা, নশানা নশাবু কনবা ঙমজনবা হোৎনৌদনা অপঙবী ।

শর্মিষ্ঠা ঃ মসি অশিংবা য়াম্না শাখ্রে— অমুক্কসু কাউশিনখিগে । (কাওশিনবা) মশিদি খোঙ, খুৎ অনি মক্না মনিং থুংনা, পেন্নবা ফুন্দৎকে । ইচিন্নসু পেন্নবা চৈ থৎলে । নপাপ্তুনা নংনা হোরেল শিরমদাইদা অমোৎপা গুহাদুগী

মপান্দা থরো থরো ওল্লগা লমশি শিজহৌরো। শাউগনবাদু হন্দোক্লম্মো দাসিশাঃ

দাসি : অওইবা রাজকুমারী, চাউজনিংখ্রেদা শক্তাচদা রাজকুমারীগুম্না ফজবীসু নত্তে। মপাঙ্গল কনবসু নত্তে। মচিন্না কল্লিবা ।

শর্ম্মিষ্ঠা : তৌরিবনি, ঐখোইসু মী নত্তবদু মঙাই, ঐখোইনা থোঙ থাকপ চাক ইন্দাংকা চাবিবা নত্তে । মা ঙহাক লৈরগা বনগী শা কৈনা মচেৎ মচেৎ চাজখ্রগনি, মমিৎ অসিনা লংজানা অদুম কোৎখ্রগনি । শিরমদাইদা মপা মমা পনাসু উবা ফংদনা শিরগদবনী গুহা মনুংসিদা ।

দাসি : হোইনে রাজকুমারী ! ঐখোইনা ময়ুমদকা চংখিবসি হুই হৌদোংকা লাকপদু মঙাই । শোক্লক্নুকা খোৎলক্নুকা তৌরিবা । মখোইদগী মীশিং ঐখোইনা য়াম্বসু ভারী অমা হেল্লি,করি থোকইনা ঐখোইবু উশিৎত্রিবনো ?

দেবযানী : ফৈঃ ফৈঃ নখোই ঐনা ব্রাহ্মন মচা অশেংবমক্তা ওইরবদি নখোই লোইনমক অমুক্তংদি ঐগী মীনাই ওইহনগেকো। অদুগা অমুক্তং নৈগে। মশিং য়াম্লগা কৈদৌদোইনো ।প্রজা লাক্ষ কয়াগী নিংথৌ অমখক্তনি। অতিয়াদা নুমিৎ অমখক থোরকপদা থৱাম্নীচাক লাক্ষ লাক্ষ মঙাল লৈবা ঙম্বা নত্তে । মখোইনা খঙজদ্রি । (মতাং অদুদা যযাতী নিংথৌ শাদানবা লাকই শগোলতোংদুনা)

যযাতী : ইস ! ওস্থোক্না শাখরেদা ঈশিং খজিক্তা থক্লিংখরেদা চিত্রথ বনশিবু গুহাকা লৈরম্মদি নুংঙাইখ্রনিদা । কোয়না চক্তুনা, লৈদুনা য়েংই। ও ! আদা গুহা অমদি লৈরে । শগোল তোংঙগা গপ গপ লাক্ই। এ ! করিনোসিদি মীরা, লাঈরা অমা লৈরেদনা। অসুক ফজবী কন্যা অমনা গুহাসিদা লৈবা হৌনদে, মসি শোইদনা মায়াবী ওইরমগনি চৎপনা ফরনি।

দেবযানী : হে! মহাপুরুষ ! ঐ মায়াবী নৎচদে, ঐ য়াম্না ৱারে গুহা মপানসিদা য়াল্লগা খাংবা ঙম্মক্তরে, ঐবু অমুক্তা থৱাই কনবিরম্মু ।

যযাতী : অসুক নুংশিখ্রবা ৱাঙাং অসিদা ঐনা করম্না হন্দোক্কনি। ওইনিংবা অমা ওইরসনু মসিদদি মথবাই কল্লমগে হায়রগা (চংশিল্লকই শগোন্দগী কুমথরগা)।

দেবযানী : ঐবু অমুক্তা কননিয় ঐ য়াম্না ৱারে ।

যযাতী ঃ অদুদি ইবেম্মা ফজবী নংগী নখুত্তু অমুক্তা থাঙ্গৎপিরকউ ।

দেবযানী ঃ ঐগী খুৎ অসি অমুক্তা পাইবিয়ু (খুৎ থাঙ্গৎলকপা, যযাতীনা দেবযানীবু চিংখৎলে খুরু খুদক কুল্লগা, মখুৎ নাম্মনা গুহা মপান্দা পাইরী)

দেবযানী ঃ ঐগী থরাই কনবিরিবা মহাপুরুষ মায় অদু খর লৈথোকপিখো ঐগী ফিজোল অসে য়াম্না পাখ্রে। (হায়রগা মাগী মপুংফারবী হকচাং অদু ইকাইজবগী থুপচিন্দুনা হোৎনজরি অদুগুম্বা ফিভম অদদা থোইনা হেন্না ফজখ্রে,অদুবু যযাতীনা মায় লৈথোকচরবসু হকচাং পুন্নমক মমি শামি ভাবনা উদবদি নত্তে)

যযাতী ঃ ঐ চৎচরগে অদুবু ইবেম্মা নংদি শোরারেনগী অপ্সারাদগী হেন্না ফজবীনি অদুগা নংনা গুহা অসিদা করম্না তাখিবনো ? খঙজবা য়াগদরা ?

দেবযানী ঃ কৈদৌরুনি মদুগী পেন্দবদু ফোংদোক্লগা পাঙ্গল শোনবীনি। মীনা খর লাকচখরে। অদুগী শরুকপুদি ঐগী থরাই কনবিরিবা মহাপুরুষকী পরিচয় অদুতংদি থম্মোইদা ইশিঞ্জহৌগে, মদুদদি পীবিরম্মু ।

যযাতী ঃ ঐগীসু শোইদনা পিজগনি, অদোমগী পরিচয়সু খঙজনিংবনা থম্মোই অসি লাংতক্লরে। অচম্বা শাগৈদা পোকপদি ওইরম্মরোই।

দেবযানী ঃ তাবিনিংদ্রবসু শোইদনা তাহনজগনি। ঐগী ইমিং হায়নিংবনা থম্মোই অসি ঈথক হৌরবনি। তাবিরগা নুংশিরীরোইদ্রা কিজবগী পাখৎচরিবনি।

যযাতী ঃ অদুক ফজখ্রবী ইবেম্মা নংগী মিংবু ঐনা কবিগী তানিংলোই ।

দেবযানী ঃ হায়জরগে । ঐ শুক্রাচার্য গুরুগী মচানুপীনি ইমিংনা দেবযানী কৌজে। ঐগী হায়জরবনিনা অদোমগী অমুক তাকপিরো।

যযাতী ঃ ইস ! শুক্রাচার্য গুরুগী মচানুপী ওইরবা অদুদি ইবেম্মদি য়াম্না মগুন রাংবা ব্রাম্নানী। ঐঙোন্দগী য়াম্না হেন্না বাংবা বননী । ঐনা খল্লুবা অরেম্বা ওইরে, ঐ অমুক য়ৌজরগে । বারৌবিগনু ।

দেবযানী ঃ অমুক্তা ঙাইবিখো ঐগী খুজেং অসি ঙসাই অদোম্না পাইবিবা অদুদা য়েক্লবা মীদা পাইবগুম পাইবিখ্রমান্নে য়াম্না নারে অদোমগী নাম শোঞ্জরগা ফবরা য়েংজহৌগে। অদুগা অদোমগী চংথোল্লবা রূপ গুনদি থম্মোই মন্দিরদা ময়েক লানা লৈখরে। নাম , পরিচয় অদুতদি ৱাৎলিয়ে।

যযাতী ঃ হায়জরগে। ঐহাক ভুপতী নাহুষ নিংথৌগী মচানি। ইমিংনা যযাতী কৌই। কবিগুম্বা শুক্রাচার্যনা উখ্রবদি ঐদি মাংলেদো, ঐ চৎচরগে। খুজেং

পাইরুবগী অনাবদুদি করিনা লম্মন শিংগনি। ঐগী খুজেং অসি থমজরম্মু হায়বিরবসু থমজরম্মগে।

দেবযানী ঃ এ! এ! তাকপিরিবদু করিনো। অদোমগী খুৎককথৎলগা নাগদবদি অদোম নত্তে ঐনিনে। অদুম্মকা তাকপিগনু থম্মোই অসি কায়গদৌই। থরাই কনবিরগা খুৎ ককথৎনবরনে।

যযাতী ঃ ইবেম্মঃ নংদি পার্ববতী দুর্গা গুম্না নিংথিবী ফজবনি। মতিক মগুন চাউবীনি ঐগী ইতিক ইপা নৎচদে। ঐ চৎনবা য়াথং লৌজগে। (শগোল তোংঙগা চৎখিবা)

দেবযানী ঃ ও! থরাই কনবিরম্মগা নিংথৌমচাসে, চৎখ্রে অদুগা থম্মোইদি পুবিখরে।

যযাতী ঃ (চৎন চৎন ঙাংলি) মাগী অপাবা অচোৎপা ফিনা নপশিল্লবা হকচাং অদু ওম্ভোক্ল ফজখরেদা শুক্রাচার্যগী মচা ওইরমদ্রবদি ঙহাক পঙ্গবা য়ারিবনি।

দেবযানী ঃ করম্বা মতমদা অমুক উনবা ফংগনি নুপীগী মপোক তোল্লিদা আঃ মাগী ফজখ্রবা মখুৎ অদুদা ঐগী খুজেং পাইরকপদুদি স্বাই লাউখি, তুঃ চুংখিদাঃ হকচাং পুন্নমক লোইনা পঙথখি। নুঙাইবগী হায়ফম খঙখিদে থম্মোই তনিক্ তনিক্‌খি। নুপীগী মপোকনিনা করম্না তান্নরুনি, পামজবা অমত্তসু ফাবা ঙমজদে। নুংশিজবা অমতসু ফোংদোকচবা ফংজদে, ইনাক নক্লকপদা ফা-নবা হোৎনজবা নতনা উপায় লৈজদে। মাদি শগোল তোংঙগা কয়াদা নুংঙাইনা চৎখ্রিবা, মশা পানবা খোইমুত্তম পাইনিংবা মফমদা পাইরগা তোংনিং তোংনিংব লৈরাংদা তোংবা ফংলিদো। শর্ম্মিষ্ঠানা গুহাদা ইন্থরম্বগী শাউনিংবদি কাওব্‌ কাওরক্লে। শগোল তোংঙগা চৎখ্রবা মাগী রাখলনা অহিং তুম্বসু যাবরোই। খাংফম খংদ্রে গুহা অসিদা অমুক চোংথরশিবা? চোংথগে তৌবা (তুংদগী ঘুর্নিকানা তাপ ফাবা —দেবযানী খংপ্রেক খঙবা)

ঘুর্নিকা ঃ ঙাইখো দেবযানী! নংগা হৌজিক রারী শানখিবদু কনানো? শের্ললিবা ফিজেৎ অদুগা নিপা অমগা রারী শানরিবদুবু ইকাইদ্রো? অদুগা অমুকসু পেলহৌদবাগীরা? গুহাদা চোংথরগে তৌরিবদুনা নবান্নীগী নাটক্কুনা ফজরিবা!!

দেবযানী ঃ (শাউজিন্নবা) খংদে, খংদে, ঘুর্নিকা। নংনা তুংদগী অমুক ঐবু খঙপ্রেক খঙহল্লিবা করিগীনো? নং লাকপা কয়াম কুইরে। নংসিদি যাম্না ঙস্মীনা।

ঘুর্নিকা : ঐনা লাকপবো। নংনা গুহা মনুংদগী পামজবা নিপাদা নখুৎ থাঙ্গৎলকপা অদুগা যযাতী নিংথৌনা নংগী খুজেং পাইদুনা চিংখৎপা উবদা ঐনা উ অসিগী মরুমদা লৈশঙ্গগা য়েংদুনা লৈথোকপনিদনা (নোকপা)

দেবযানী : ইস ! অদুদি নং লাকপা ফ-ন কুইরপোৎনিনা অদুগা নংদি করিগী কৌরকত্রীবা। অঙাওবীসিদি নংদি কুম্মৈ ওইনা খল্লিবোইরে।

ঘুর্নিকা : কুম্মৈ নত্তেলিলানি, অদুদবু ঐনা কৌশিল্লুরবদি নংনা শাওরক্লোইদ্রো।

দেবযানী : (নোকপা) ইস ! কৈদৌবগী শাউদোইবা । অতৈদি লায়রি হৌজিক্কী নিপাদুবু কনানো। নাংনা যযাতী হায়রিবদুবু চুম্মবরো।

ঘুর্নিকা : ইসঃ মা-নসু খঙঙবা, ঐনসু খঙঙবা অসিমক্তদা অমুক হংই। ও ! ইবেম্মা যযাতী নিংথৌনে নংনা মহারানী ওইগাদৌরিবা, লুহোংদ্রিবনে। নিংথৌদো নংগী ফিভমদু ফজখ্রেদা হায়না শোন শোন্দুনা চৎখ্রিবনী ।

দেবযানী : (নোকচবা) চরোদ হায়। ঐনা কদায়দগী মহারানী ওইদৌরিবা । নংগী নচানুপীনা মহারানী হেক ওইহল্লু । চৎনচৎন করি হায়খ্রিবা। মানা—

ঘুর্নিকা : ও ! ইবেম্মা ! নং শোইদনা মহারানী ওইগদৌরবনে থাজৌও।

দেবযানী : (হরাওজবা) চরোদা ! অঙাওবী নংনা হেক হায়দোক্লকপসিমা, ওহ্লোক ওহ্লোকপা ঙাক্তা হায়দোরকই (নোক্ল নোক্ল) চিন্দুং ইঞ্জগেকো ইবেম্ম।

ঘুর্নিকা : ইঞ্জৌ। ইঞ্জৌ। অতৈ লায়রি বাবাজীনা থিরুচো হায়দুনা লাকইনি। বাবাজীদো নুংশা থিহৌরবনি। ঐ শাড়ী অমা পুরকঅগে অদুগা চৎলশি।

দেবযানী : ঘুর্নিকা ! ঐদি শর্মিষ্ঠা মপামচাগী কোনুংদদি শুকচং চংঙরোই।

ঘুর্নিকা : ইবেম্মা ! ঐখোইসু তাজরে। শার্মিষ্ঠাগা নংগা খুৎথোক্লখ্রে, অদু ওইরবসু য়ুমদদি হন্দবা য়াবরো ?

দেবযানী : ওঃ ঐদি শর্মিষ্টা মপামচাগী লৈবাক্তদি শুকচং চংঙরোই। বন মনুং সিদা সুম শিরবসু শিজরগে খল্লে।

ঘুর্নিকা : ৱারৌচাউবী ইবেম্মা ! তৌনুদা বাবাজীদো অহল ওইরবনি, করিসু কান্নদবদা ৱাহল্লনু। বাবাজীনা নং থিবা অমুক লাকহল্লনু ।

দেবযানী : ও ! ঐনা হায়রিবসি অরেপ্পনি ঐদি ৱাশকখ্রে । নং চৎখ্রো ।

ঘুর্নিকা : য়াদ্রবনিনা ঐ চৎলে। (ঘুর্নিকা চৎখিবা)

দেবযানী ঃ (যযাতী নিংশিংলকপা) ও ! ঙসি যযাতী নিংথৌনা ঐগী খুজে পাইখ্রবা। অদুক ফজবা নিপাদি পুম্নিদা অমুক্তা উজখিদ্রে। মানা ঐগী খুজেং হেক পাইরকপদা হকচাংসি জিং হেক লাওই, লরাই শম চপ য়ুংখিবনি। মাগী থৌজান্না গুহাদগী কাখৎপা ফংজখি। মানা লেপ্লম্বা খোঙ্গুলদু অসিনি (খোংফম অদুদগী নাপী খর ফোইরগা কোক্তা হাপকৎপা) হে ! বিধি নোংদম্বা ! মাবু ঐগী ইপুরোইবা ওইহ্নবিয়ু । (শুক্রাচার্য গুরু লাকই) বাবাজীগা ঘুর্নিকাগসু য়ৌরক্লে।

ঘুর্নিকা ঃ (শা[illegible]পিবা) সি অমুক্তা শেৎচিনখো।

শুক্রাচার্য ঃ অ ! ইপাগী দেবযানী নংবু লাকওনে, খর শাউনরে, খর খৎনরে, ওক্লেনে।

দেবযানী ঃ (হিক হিক কপ্পুনা) বাবাজী । বাবাজী নচাদি হিংজনিংদ্রে ।

শুক্রাচার্য ঃ সেঃ সেঃ নপীদো পাম্মুই, ইপা তৈথোকপিগে। অদুম্না কপ্লগনু । অঙাং মচাদৌনা হেক তৌরদনা, নরিংজেন্না খারিবা নমায়দো লৈথোকখিনো। শর্মিষ্ঠানা করি করি হায়রম্মবগেনে ইচাদা।

দেবযানী ঃ (কপ্ল কপ্ল ঙাংই) মাগুম্বীনা ঐবু মাগী মীনাইনি হায়বদা নত্তনা বাবাজীসু মপাগী মীনাইনি হায়বা অদুগা মপাগী মরল চারগা চাউরকপনি। নপা নচানা হিংঙি বসি মখোইগী মপানা থাকপিদুনা হিংজবনি হায়বসি তারগা ঐনা করম্না খাংগনি।

শুক্রাচার্য ঃ হায়জসনু ইচাশিদি মাসু নংগুম্না মথন্ত পোকচবীনি অদুনা খর লমকেং লমহায়বীনি। অদুবু ইবেম্মা । ঙাকপিহৈবগী গুন্না পুম্নমক্তগী অহেনবনি। মাসু ইচানি অতোপ্পা নত্তেনে।

দেবযানী ঃ বাবাজী ! ঐসে অদুক য়াম্না শাউগনবী ভাব তাদবী তাহ্নবিগনু । শর্মিষ্ঠাগী য়াম্না কা হেনবা ৱাঙাং য়াওরি। বাবাজীনা মপা নিংথৌদা খুরু খুদক কুপ্লগা খুরুম্মগা নিরগা মাগী মপানা পিনিংবা খর পিবিবা অদুনা বাবাজীনা হিংবা ঙমজবনি মদুদা বাবাজীনা করিসু হায়জবা ঙম্বা নত্তে । অদুক তোন্না হিংবা অদুগী মচানি । অসি ফাওবা হায়রবনি ।

শুক্রাচার্য ঃ অদুবু ইবেম্ম ! শাউগন্দবা পুকচেল ইংবা হায়বসিনা খ্বাইদগী অশিংবা মমল য়াম্ব লৌশিংনি। অশাউবগা মান্নবা মীওইবগী য়েক্লবা অমা লৈতবনি।

দেবযানী ঃ বাবাজীনা ঐবু হন্না হন্না শাউগনবী তাহল্লি । অসিমসু তাবিয়ু মাগুম্বী অশুর নিঙোন্না নিংথৌগী মচানি হায়দুনা মাগী মনাইনুবীশিংদুগনা মখোঙ্ মহাপাপী অদুনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না কাউদুনা ফুরবা ফাওবা সুম্মক খাংখিগদ্রনে ?

শুক্রাচার্য ঃ হি ! ইচাবু মখোইনা মখোঙনসু কাউরম্মবরা মদুমক্তী খর হেনমল্লেদনা।

দেবযানী ঃ অদুতা নত্তে। ঐবু লৌজনাম হৈবী ব্রাহ্মনি হায়দুনা গুহাদা থাদরগা হাৎকেসু তৌরম্মীবনি । অদুগা মচিন পেন্না হায়রম্মী । লম্মন শিংবা ঙমজদবগী নুঙাইত্রগা নরাইবক্তু গুহা মপান্দা শুজিন শুজিন্দুনা শিজহৌরো ঐদি ইপানা নিংথৌ ওইরিবনিনা কনানসু করিসু তৌবা ঙম্মোই খংজৌ হায়রগা চৎখিবনি ।

শুক্রাচার্য ঃ মাসু মী শাউনবা ঙাংবদি ফন্ন ফজনা হৈরেনে ।

দেবযানী ঃ মাগী ৱাঙাংদু বাবাজীসু তারগা খাংবা ঙম্মীরোই । মানা লৈবা লৈবাক্ত লৈগদৌ শরুকপুদি শিখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ ।

শুক্রাচার্য ঃ শর্ম্মিষ্ঠা নবু অদুক কন্না ঙাংবা হৈবরনে ।

দেবযানী ঃ বাবাজী ! লাম্মৈনা চাক্তুনা তাঙ্গৈই ওনখ্রবসু অনৌবা ময়োল চোংলকই, শিংজংনা ককখিবা উশাসু ময়োন চোংলকই, য়েন্নিং হুল্লকই। অদুগা হন্দক্কী শর্ম্মিষ্ঠাগী মথ্বাই পেন্না চৈরম্বা খোনফমসিদি হন্দক মপোকসিদা কাউবা য়াররোই । মতম কুইর কুইরগা খোইন হেন্না মৈচাক হেল্লকনি । অদুগা হন্দকপু ঐনা মখোইগী লৈবাক্তা অমুক হঞ্জিন্না লৈখ্রবদি ঐবু মানা পুন্সিগী উশিত্তনা অদুম লৈখ্রগনি ।

শুক্রাচার্য ঃ য়ারে য়াবে ইবেম্মা । ইপাসু খঙলে, ইপাগা কোনুংদা চঙঙশি । ঐনা মাগী মপা নিংথৌদা করি হায়বগে তারো লাও ।

দেবযানী ঃ হে ! পিতা বাবাজী ! ঐনা ইপাগী গুন খঙদুনা ইপাগী গুন ময়েং তাদ নবা ৱাফম অসি হায়জবনি বাবাজীদি জগৎ পুম্বগী মী , লাইয়েক্ষ, রৈক্ষ পুম্নমক্না য়ান্না কিনা ব্যবহার তৌনরিবনি নচাসু খংজে দেবযানী হায়বী ঐসে লাইবক ফবদগী বাবাজীগী নচা ওইবা ফংজরি । বাবাজীনা নচানা হায়বা অসিম তংদি য়াবিয়ু ।

শুক্রাচার্য ঃ আ ! ফরে ফরে , নংগী অপাম্বা ননিং থুংনবা ইপাদা হায়য়ু ।

দেবযানী ঃ হাযজগে । বাবাজীনা মখোইগী মখাদা লৈতবা অশেংবা ওইরবদি — নিংথৌদে। মফম অসিদা কৌবিয়ু অদুগা ঐনা থোকপা হাযজগে । অদুগা

বাবাজীনা মখোইগী মখাদা লৈব ওইরবদি ঐনা খরমজরুগে শর্ম্মিষ্ঠাদসু।

শুক্রাচার্য ঃ ফরে, ফরে, ইপানা নংগী নিংবা থুংনবা তৌবিরগে ইপা চৎলে।

দেবযানী ঃ বাবাজী মঙ্গল ওইবিরকউ। হৌজিক ফজরবা লিলা অমা হৌবা তারে।

## ১০ শুবা তাঙ্কক
## বৃষপর্ববগী কোনুং

শুক্রাচার্য ঃ (চৈশু শুরদুনা চংলকই) হায়! হায়! বৃষপর্বব অশুর নিংথৌ তারিবরা?

বৃষপর্বব ঃ করি তাকপিগদবা গুরুদেব লেংশিনবিয়ু, খিত্তদি তপথবিয়ু।

শুক্রাচার্য ঃ হায়! নিংথৌ! নংগী নচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাগা মাগী লোইনবী দাসি (শাউনা) লিশিং অমদুগনা ঐগী ইচানুপী দেবযানীবু গুহাদা থাদরগা হাৎকে থৌরাংলম্মীবা করিগীনো? দেবযানী য়াম্না ৱারৌখ্রে নংনা দেবযানিদো য়ানবা থেম্নো লাও।

বৃষপর্বব ঃ হে! গুরুদেবা! ব্রাহ্মন অথোইবা অশুর ঐখোইগী থৱাই কনবিরিবা পুরোহিতসু ওইবিরিবা অমুক্তা তপথবিখো। ঐগী ইচা শর্ম্মিষ্ঠানা দেবযানীদবু অদুম্না তৌবম্মবদি ঐগী ইচা ওইরবসু লেম্না খক্ তোকচরোই।

শুক্রাচার্য ঃ মখোই ময়াম্না বৃষপর্বগী ফিভমদো নং য়েংঙো লাও। মখোইনা মখোংনসু কাউবীরম্মী হায়রী তমথিখ্রবা কয়াদা ফজখিদ্রবা শাজৎনো?

বৃষপর্বব ঃ ইস! শিবা! শিবা! অদুদি লেংঙশি গুরুদেব ঐ খাঙফম খংদ্রে।

শুক্রাচার্য ঃ নিংথৌ! হন্দক্কী ঘতনাশিদি ঐখোই ইপা ইচা নংগী লৈবাক্তা লৈনিংদ্রে। ইচানুপীনা লৈবা ঙম্মরোই হায়রে। ঐসু ইচাগী মতুং ইনখিবা তাবনি। ঐনা অশুরবু লুনা চান্না তৌরুবগী, অশুর ময়াম্না ইচাদা মখোঙনা কাওদুনা তৌরকইবসিনি। অসি গুশ্ব ব্যবহার অসিদা ইপা ইচা খাংবা ঙম্মরোই।

বৃষপর্বব ঃ হে! গুরুদেব! ইচানুপীনা লানখিবা পুন্নমক ঙাকপিয়ু। গুরুদেবনা লৈবাক অসি থাদোক্কুনা লেংখ্রবদি হিংচাবা ঐখোই লোইলমক সমুদ্রদা চোংথদুনা শিজহৌরগনি।

শুক্রাচার্য ঃ মদুগী ৱাদু নিংথৌ নংনা ঐঙোন্দা হায়ফম থোক্তে। ঙসি নচানুপী শর্ম্মিষ্ঠানা ইচানুপী দেবযানীদা মখোঙ্না কাউবা ঙম্লকইবসি নংনা

খঙহন্দবননি। অদুনা হিংচাবা পুন্নমক গর্বব হেন্না তৌমল্লি হায়বা খংলে। গবর্ব তৌরবা হিংচাবা নখোইনা সমুদ্রদা চোংথগে চোংথৌ, মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিগে শিজৌ, মদু ঐনা খংফম থোক্তে।

বৃষপর্বব ঃ ওহ্লোকপনিদা গুরুদেবসে য়াম্না ৱারৌখরে করি হায়রগা নুংশিবিগনি। ঐ দেবযানীদা কপ্পগা হেক্তা হায়জরগে।

(বৃষপর্বব নিংথৌ অমদি শুক্রাচার্য অনিমক দেবযানীগী মনাক্তা লাকই)

শুক্রাচার্য ঃ য়েংউ নিংথৌ! দেবযানীগী অবস্থা, আ ! ইপাগী ইবেম্মা! দেবযানী ইপা লাকএ, শর্ম্মিষ্ঠাগী মপা নিংথৌসু লাকএ,নংগী অপাম্বা হায়জরো।

দেবযানী ঃ বাবাজী ! ইপা ইচা অশুরগী লৈবাকসিদা লৈররোইশি । শর্ম্মিষ্ঠাগী মপা নিংথৌ লাকইবসি ঐবু অমুক ফুবিগদৌরিবরা ঐ য়াম্না কিজরে।

বৃষপর্বব ঃ ইবেম্মা দেবযানী ! ঐনা নংবু ফুনবা লাকপা নৎচদে। নংবু খুরুম্বা লাকচবনি। গুরুদেবসি য়াম্না ৱারৌখরে নংনা খরা থেমজিনবিয়ু । নংগী অপাম্বা অমা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ঐনা শোইদনা পিজগনি। ঐঙোন্দা লৈবা পোৎ ওইরবদি।

দেবযানী ঃ মহারাজ ! মহারাজদি ইপাগুম্বনি, মপানা মচা খুরুম্বা হৌনদে। অদুগা ঐনা নিজগদবা পোৎসিসু মহারাজদা লৈতবা পোৎ নত্তে। পিবদি খর ৱাবসু য়াই।

বৃষপর্বব ঃ হে! সত্য ঐঙোন্দা লৈবা পোৎপু ওইরবদি অওইব শোইদনা পীগনি। ঐনা হায়খিবা ৱা অমুক্তা হোংখিদরি । ঐ অশুর নিংথৌনি হায়য়ু, হায়য়ু ।

দেবযানী ঃ পীবু পিরবসু পীবু পিদ্রবসু য়াই। পিদ্রগনা ইপা ইচামক অশুর লৈবাক্তগী চৎখ্রগনি, ঐখোই ব্রাহ্মনদি মন্ত্র যন্ত্র খর শোঞ্জিন্নরগা দক্ষিনা লৌনবা তৌই হায়বনি। ঐখোই লৈত্রবদি নখোইগী দক্ষিনা চৎলরোই।

বৃষপর্বব ঃ ৱাফম অসিদি য়াম্না য়ৌনা হায়রম্মেদনা, ৱারৌবিগনু অপাম্বা তাকপিরো।

দেবযানী ঃ অদু ওইরবদি হায়জরগে। ঐনা লুহোংবা মফম অদুদা রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা অমদি মাগী দাসি লিশিং অমা ঐঙোন্দা ফুবা য়াওখিবিশিংদো। অদুগা পুল্লপ্পা ঐগী অউনপোৎ ওইদুনা মীনাই ওইহনবা অদুগা মখোই লোইনমক মপুম্সিগী বিবাহ কর্ম্ম তৌবা য়াদবা অসিনি।

বৃষপর্বব ঃ মদুমক ঐনা ইচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাদা শাস্তী ওইনা পিজগে। অদুবু ৱাফম

অদু শাংঙবা পুন্সি অমা লাক্কদৌরিবনিনা হয়েং মতম খরগী মতুংদা ইবেম্মা নংনা লাক্লবা বাগদবা খর লাকপা য়াই।

দেবযানী ঃ মদুমক ঐগী অপাম্বনি । মদুনা ঙসি শর্ম্মিষ্ঠানা মনাইনুপীশিংগী মমাংদা মচিন পেন্না চৈখিবা অদুগী লম্মন খুম্বা ওইজরগে।

বৃষপর্ব্ব ঃ ফরে , ফরে, অদু য়ৌনা ৱারৌরবদি শর্ম্মিষ্ঠা লৌরুখিগে।

শুক্রাচার্য ঃ ইপাগী দেবযানী। য়ানরবরা বৃষপর্ব্বনা চৎখ্রিবসে ? নংগী ননিং থুংঙববা ? নিংথৌ ফাওবনা নঙোন্দা খুরুমহল্লেদনা ।

দেবযানী ঃ হে ! পিতমুহো । ঐ পেঞ্জরে বাবাজীগী মতিক মগুন উবদা নচা নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈখিদরে। বৃষপর্ব্ব নিংথৌনা বাবাজীবু কয়া কিন্না চৎপগে হায়বদু নচানা উজরে। বাবাজীনা নিংথৌদা খুরুম্বদি খুরুল্লম্মরোই। নিংথৌনা বাবাজীদা খুরুম্বদি ঐনা উজরে। ঙসি অসিদা ঐগী খ্বাইদগী নুঙাইজরবা তাঞ্জাদু ফংজরে।

(বৃষপর্ব্ব নিংথৌ মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা নুঙাইতনা)

বৃষপর্ব্ব ঃ (লৱাই পাইরগা চংলকই) ইস ! ওহ্লোক্না লুরেদা ঐগী ইচানুপীসি মাংবদা তারবা ইপাগী রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা ইপাদি নংগী খনবদা লৈফম খংলোইদৌরে। ঐবু নঙোন্দা করম্না হায়রশিগে ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবা নচাবু কৌবিবরা ? নচা খুরুমজরি (খুরুম্বা)

বৃষপর্ব্ব ঃ ইবেম্মা নংবু শুক্রাচার্য গুরুগী মচানুপীগা খৎনরুরবরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবা ! দেবযানীনা বাবাবু কৌরকপরা ?

বৃষপর্ব্ব ঃ ইবেম্মা ! ঐ তবু কৌরগা তোকখ্রবদি ফংগদবনি। নংবুসু দাসি লিশিং অমদুসু লোইনা কৌরকলি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবা ! নচাবু করি তৌজৌ হায়হৌই দেবযানীনা।

বৃষপর্ব্ব ঃ দেবযানীদু খর শাউরে। অদুনা মপা শুক্রাচার্য পুরগা চৎখ্রগনি হায়রে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মখোই চৎখ্রগা ঐখোইগী অকায়বা করি লৈবগে বাবা মহাবাজ !

বৃষপর্ব্ব ঃ অশুর ঐখোইনা ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংগা লান থেংনবদা অশি অনা য়াওবা পুম্নমক শুক্রাচার্য গুরুগী জীব সঞ্জিবনি মহামন্ত্র অদুনা অশিবা ফাওবা হিঙ্গৎহল্লিবনি ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইস ! অদুদি ঐনা মাবু য়াম্না থিনা ফুরুরে কল্লক পেন্নসু চৈরুবে।

বৃষপর্ব্ব ঃ অদু পুম্নমক ঐনা লোইনা তারে। হৌজিক দেবযানিনা ইচাবু মীনাই ওইহনবা পাম্মী। নহ্দ নত্তনা নংগা লোইনরুবী ময়ামদুসুনি। হন্দক ইচানা নরৈবাক নজাতীবু অমুক্তং কন্দ্রবদি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (মরক থৎনা) বাবা মহারাজ ! মানা হেক পাম্মীব মখৈ ঐনা চিথিদনা পাংথোকচগনি। মদুগীদমক ইপা নিংথৌনা ৱাবিগনু। ঐনা মাবু কল্লকপেন্না ফুদোক্লুবা থম্মোই পেন্না চৈথোকলুবা অদুগী প্রাইচিৎ ঐনা ফংফম থোকই। ৱাখল থেনবী ঐগা তিন্নরুবদগী মখোইসু দশা অসি ফংগদৌরি। ঐ মখোইবুদি কনবা ঙম্বরা য়েংগে।

বৃষপর্ব্ব ঃ ইবেম্ম ! ইচাগী থম্মোই চাউইদা। নিংথৌগী মচানি হায়বদা মতিক চায়। অদুনী নিংথৌ মচা ওইবগী গুন, মদুগী ধর্ম্ম অদুনা লেম্না খক্ মাংলোই। নরৈবাকপ্রজাগী থৱাই কনবা ঙম্বগী ফলদি নোংমদি শোইদনা ফংগনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবা মহারাজ ! লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা শিঙ্গা অমা ফংজরিবসি ঐগী লাইবক ফরবনি। অদুত নত্তনা প্রজা ময়ামগীসু থৱাই কনবা ফংগদৌরিবনি, মদুগীদমক থম্মোইদা নুংঙাইজৈ। লেঙ্ঙশি। (মথন্তা শোনজবা ইস ! ঐনা মঙোন্দা নোঞ্জরুগদবসি লুইদা মাদি তাঞ্জা ফংলবনিনা নাপল তৌবা য়াবা তৌরক্লগানি)

(বৃষপর্ব্ব নিংথৌগা লোইননা শর্ম্মিষ্ঠা চংলকই)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইত্তা ইবেম্ম ! দেবযানী। ঐনা নংবু খঙ্গবা রাৎপদগী ইনিংখুংনা ইখুৎ পেন্না ফুবনব। অমাদি ইচিন পেন্না ঙাংনিংবা ঙাংথোকউবা ইরাল অদুগী ঐনা নঙোন্দা তৌগদবা পুম্নমক তাকপিরো। ঐ নংগী ননাই ওইরবনি খল্লো। ইবৈবাক প্রজাগীদমক থৱাই হকচাং কৎলবনি। তৌবতবু মরাল লৈজদবী শখি লিশিং অমসিদি নংনা ঙাকপিরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি।

দেবযানী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা নং রাজকুমারীনিনংনা ঐগী সেবা তৌবা হৌনদে। ঐ বাবাজী পুরগা চংখ্রগে নং নুঙাইনা ননিং তম্না লৈহৌরো।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ঐ রাজকুমারী ওইবদুনা ইবৈবাক কন্নবা তাঞ্জা ফংলিবনি। নং চৎপিখিগনু। ঐগা লোইন্নবী ময়ামসিদংগা কঞ্জবা ঙম্নবদি ফগানি খঞ্জবনি। ঐগী থৱাই হকচাং নংগী নখোঙদা কৎলবনি ইবৈবাক্কীদমক।

দেবযানী ঃ মখোই লিশিং অমদুদি থাদোকপা য়াদে মরমদি মখোইসু ঐগী খোঙ্ খুৎ ফাবা য়াওখ্রিবনি। অদুগা মখোইনা নংগী নখুত্তবু মনিং তমহন্নখিবনি।

শর্ম্মিষ্ঠাগী ঃ ইবেম্মা দেবযানী ! ইমা রা অমতা হায়জগে ' ঐস শর্ম্মিষ্ঠাগা লোইননা মমা মহারানি মীনাই ওইবদু য়াওজগে । মদু মতং য়াবিয়ু ।

দেবযানী ঃ ইমা মহারানী মদু য়ারোই । মমাগী মমাঙদা ঐনা ঙাংনিংবা ঙাংবা য়ারোই, মমা মচা পুন্না লৈমিন্নহল্লবদি মমা মচা কায়নবগী অবাবা কদায়দগী ফংঙগনি । মদু মীনাই ওইবগী চৎনবী নত্তে । সিদি দন্দিনি । ফংফম থোকপা ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইমা ! ঐগী ইরানগী মতিক চাব শাস্তী ফংজরগে । ঐনা তৌবা খবক্তা ইমানা উবিরগনু । বাবা মহারাজ ! ইমাবু পুশিনবিখরো । দেবযানী নংগী য়াথং ঙাইজরি ঐ করি তৌজরকউ হায়বগে ।

দেবযানী ঃ নিংথৌগী মচানুপী রাজকুমারী নংনা ঐগী মীনাই ওইরগে হায়রবনিনা নং হৌজিক ঐগী খোঙ নোইরবো নং হৈনগদরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতা ইবেম্ম ! হৈন্নবা হোৎনজরগে পোথাবিরশিনখোঙদু ঐগী তম্পাক্তা থাঙ্গৎচরগে ।

মহারানী ঃ ইমাগী শর্ম্মিষ্ঠা নংগী থবক অদু তৌরগা লৈবাক প্রজাগী অমদি মপাবুং মহারাজগী মথ্বাই কন্নবগীদমক ওইরবদি প্রজাসু লৈবাকসু মাংজরসনু ইমা ইচা কদায়দনো চৎখ্রশি । অদুগা ইবেম্ম দেবযানী নংনা কোনুংদা লেং শিল্লগা রাজকুমারী ওইবিহৌরো । নপাবুং নিংথৌসু পুজখ্রগে । ঐখোই পুন্সি চুপ্পা হঞ্জরক্ররোই ।

দেবাযানী ঃ মদুনা ঐগী অপেনবা ওইরোই । মদুদি পিঞ্জরাদগী থাদোকপিরবা তেনবাগুম মনিং তম্মুরগে হায়বনি । মানা পাম্বা নিংথৌ অমদা ময়ুম পান্দুনা মহারানী ওইরুনবা থাদোকপগা অম্মানি । ঐনা পাম্মীবদি মপুন্সি চুপ্পা ময়ুম পালহন্নদবা ঐগী মীনাই ওইহন্দুনা মপুন্সি লোইহনবা অদুতনি ।

মহারানী ঃ (কপ্প কপ্প ঙাংবা) মহারাজ ! নচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাগী খজিক্তদি খন্তবীয় ইচাশি মকচী খর ফুদোক্লবগীদমক মপুন্সি চুপ্পা মীনাই ওইহনবা অদুগী মথক্তা পুন্সিগী বিবাহ কর্ম্ম তৌবসু য়াহনবিদবা অসিবু করি ধর্ম্মনো ? অসিগী শাস্তী অসিদি মী হাৎপগী দন্দিদগী হেন্না লুম্বা দন্দি ওইরে । নচাবু হিংনা হিংনা হাৎপিরগেরা ?

বৃষপর্ব্ব ঃ হে । ইবেম্মা দেবযানী ! নংগী অপাম্বদুবু করিমতা হোংবিররোইদ্রা ? য়ারন্দি ইচাসিনা শোইখিবা মরালসিগী দন্দিশি খজিক্তা য়াংহনবিয়ু ঐ লৈবাক তংখাই অমা কৎচরগে ইচানুপীশি লুহোংবদদি য়াহনবিয়ু (খুরুম্বা) ।

দেবযানী ঃ ইপা ইবুঙো মহারাজ ! ব্রাহ্মন্না নিংথৌ ওইবা হৌনদে ঐ লৈবাক পামজদে। ঐনা পাম্বদি শর্ম্মিষ্ঠানা ময়ুম পানবা য়াহন্দবা অদু খক্তনি । মহাকপু হাৎপসু পামদে।

মহারানী ঃ (হিক হিক কপখরে) ইবেম্মা দেবযানী ! ইমানা নংঙোন্দা খুরুমজরি। নংনা লৈবাক পাম্বীদ্রবসু কোনুংসিদা লৈরিবা সনা, লুপা, হী, য়াই পুন্নমক নখুয়াদা লোয়না কৎচরগে। ইচাশিদদি বিবাহ কর্ম্ম থিংবিগনু ঐগীদি ইচা অসিমতনি কাংখুল মুৎপা তারে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইমা মহারানী অমদি ইপা নিংথৌদা নচানা খুরুমজরি। ইমা মহারানীগা বাবা মহারাজগনা ঐগীদমক অদুক য়াম্না মীঙোন্দা হায়জবা, নোঞ্জবা তাবা ঙমজদ্রে । লৈবাকসিদা লৈরিবা প্রজা পুন্নমক ঐগী ইচিন ইনাও ঙাক্তনি,মখোই পুন্নমক নিংথৌ অমদি মহারানীগী মচা ঙাক্তনি, করিগী কাংখুল মুৎকদবনো। নিংথৌ, মহারানীগীদমক শিবা কিদবা প্রজা ঙাক্তনি।

বৃষপর্ব্ব ঃ ঙসি ইচানুপী থম্মোই চাউবীগী থৌনা উবদা ইপা পেল্লে। মানা লৈবাক্কী নিংথৌ,অমদি প্রজা পুন্নমক্কী য়াইফনবগীদমক মপুঙ্গি দান কৎখরে। ধন্যনি শর্ম্মিষ্ঠা নংগী থম্মোইদা ইপানা লেংদনা লৈরি হায়বসি কাউগনু। লাকও রানী নংগী থম্মোইসু খর চাউথোকপা তস্মু । মহারানীনা থম্মোই পীকপা হৌনদে ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইপা ইবুঙোগী য়াথংবু ইকোক্তা হাপচরি। ইমা ,ইপা অনিমক্কী মুর্ত্তিবু ঐগী থম্মোই মন্দিরদা মতম চুপ্পা লাক্তুনা থমজরে। ঐগী প্রাইচিং কোক্লবা হোৎনবদা চেন্দুনা লৈবগী মহুত্তা চোংশিন্দুনা মায়োক্লবনা হেন্না ফৈ।

মহারানী ঃ ইচাগী থম্মোইনা ঐগী থম্মোইদগী শরুক লিশিং লিশিং চাউবা হেল্লম্মে। অদুবু ইবেম্ম দেবযানী ! নং নোংমদি নংগী ননিং থুংনবা হোৎনবদা নং নশাগী নমিত্তা নপি তারকপা য়াইকো। ঐনা হায়রিবসি ইচা কন্নবা হায়বা নত্তে শাপসু নত্তে। নংনা লাক্লনিংবা মওংদা লাক্লবিহৌরো নখুত্তা লৈরবা উচেক মচা অমগুম থনল্লবনি নতাদো ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অস ! ইমা ! ইতাসি ৱারৌখ্রগনি মখা তাবিরগনু ফরে,ফরে । ঐনা ইনিং তম্না ঙাংউবা শকউবা অমদি ইখুৎ পেন্নবা তৌরব্দুগী ফংফম থোকপা ফংজবনি। মসিদা ইমা মহারানী অমদি বাবা মহারাজনা ঐবু কনবিবা ঙম্মরোই।

বৃষপর্বব ঃ ইবেম্মা ! দেবযানী ! নমা মহারানীনা ঙাক্তবসি নং বাবৌগনু। মচা নুং শিবগী খর ঙাংজবনি। সংসাবসিদা পোকইবা এখোই পুম্নমক মতমগী খয়াক্তী নাম্বোকপা ঙমগদবা কনাসু পোকখিদ্রি। পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ্তা মানা মানা তৌরুবা কম্মগী মতুং ইন্না পাইনখিগদবা ঙাক্তনি। কনাগীসু লৈখোকফম লৈরোই।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবা মহারাজ ! ইমা মহারানীশি পুশিনবিখ্রো। য়েংবা ঙমদরে।

বৃষপর্বব ঃ লেম্না মাংঙোইদব হায়ববু মীগী উপকার তৌবা খক্তনি। ঙসি শর্ম্মিষ্ঠানা মরৈবাক মজাতীগী মপুন্সিবু কন্নবগীদমক থবাইদগী হেনবা দান অমা কংপদা ইকাইইকি লৈতবা অসি মথং মপোক্কী লেংদ্রবা দাননী। লাকও মহারানী, প্রজাগী খল্লগা হিংখিশি। অন্তপুরদা চংলগা কাউবা ঙম্বরা য়েংউশি।

মহারানী ঃ অন্তপুর চংলগা ঐবু কনা য়েংঙগা লৈরুগদগে ? মাগী কক্ষ (কা) অদু উরুরগা অমুক হেন্না খাংফম খংলরোই। ইমাগী শর্ম্মিষ্ঠা ! ইমানা অমতা পোকচবী ইচাবু মফমসিদা থনম্মগা ইমানা খোঙ অসি করম্না থাংদোকঅসিগে ইমাগী শর্ম্মিষ্ঠা। (লেকথখিবা)

বৃষপর্বব ঃ (মহারানীবু কোনখৎপা) মহারানী সে ! সে ! জ্ঞান তারো নথ্বাই চাউখৎলো। ঙসাইনচানুপীনা হায়খিবদো নিংশিংউ প্রজা পুম্নমক নচা ঙাক্তনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (চেনশিল্লকপা) ইমা নচা শিখিগদব নত্তে। ইমা ! ইমা ! তাবিরবরো।

দেবযানী ঃ (কল্লপ্না) শর্ম্মিষ্ঠা, নং নমাবু থাদোকউ মদু মহারানীনি নংনা ঐগী মীনাইনি। ঐগী য়াথং য়াওদনা নংনা চৎনিংবা চৎপা য়াদ্রে।

বৃষপর্ব্ব ঃ চুম্মি ! চুম্মি ! নং নমাবু থাদোকউ ইপাগী শর্ম্মিষ্ঠা ঐনা নমাবু অন্তপুবদা চেতন লাক্লবা হোৎনরুরগে। নং দেবযানীগী সেবা তৌহৌরো।

শুক্রাচার্য ঃ দেবযানী ! অদুম্মক য়ৌনা ঙাংবা হৌনদে। বৃষপর্ব্ব মহারাজ ! মঙ্গল ওইয়ু ! মহারানীগী চেতন লাক্লবা ঐনা হোৎনবিগনি। অদুগা দেবযানী দশাগী মনাই ওইরোইদবা কনাসু লৈতে। দশা তাবিঙেদা অদুম্না হায়বা হৌনদে।

## ১১ শুবা তাঙ্কক
## যযাতীগী কোনুং

(যযাতী নিংথৌ লৈকোন্দা চৎনচৎন মথন্ত ঙাংই) করিনোনে ঐগী থম্মোইসি চিত্ররথ বন্দা অদুম লৈহৌরমান্নে। তুম্মে বন্দা, থবাইসু তংখাই অমদি গুহা মপান্দা তাহৌরমান্নে। বন অদুনা ঐবু হন্না হন্না মখুৎ খৎতুনা কৌবক্নে। ঐ কোনুং সিদা লৈফম চাফম খংদ্রে , জাৎ বিজাৎ হংনদ্রিঙৈদা থম্মোই থম্মোই তিন্নখবে , করম্নসু নুংশিবোই মানা লৈরম্মীবা অবস্থা অদুদা, অদুক ফজখ্রবী মহাক্না পারবা অঙৌবা ফি অচোৎপদু হকচাংদা তপনপ্লা অদুদা লৈহাও লৈরেলগী কুচুদগী হেন্না ফজরবী অদুনা যৌবোনগী মতিক চানা ইনখৎলকপদুদি ঐনা করম্না কাউরশিগে ? মাগী ঙকশম , পাম্বোম, মনিংতম্বা থবাক,অদুনা ঈশিংগী ঈপোমদা নুংশিৎকী শাফুনা য়ৈবগুম নিংথিজখি। মাগী হকচাংগী মনমদু থম্বালগী লৈনম্না ইকাইজবীনি। মদুদা মানা মথ্বাই কনবিয়ু হায়দুনা ইকাই ইকাই পাম্বোম থাঙ্গৎলকপা অদুদা হকচাংগী ফজবদু লোৎচবদি ঙমজদ নুপী ওইবীগী হৌনবী রাত্তবী শাবান অদুনা মায়থোঙদি ইকাইজরগা চেনফমদি লৈজদবগী ইকাই নুংশি য়ান্নবদুদি পুক্নিগী কাউররোই। মাগী মখুৎ পাইরুবা ঐগী খুৎ অসি হৌজিক ফাওবা মাগী মনম নম্মীবোই নিংই। (মখুৎ মনম নম্বা) ইস ! ইস ! নুংশিখ্রেদা মসিগী মনমসি কোক্তবা ওইরসনু। জুবাকুশুমগুম থোৎন ঙাংলবী চিনবান অদুনা ইকাই ইকাই হায়জরকপা অদুদা নোংথাঙ কুপ্লগুম লংত্রিক লংলবা য়াতোন্দা নুমিৎকী মশেক্না য়ৈবদুদি ঐগী ঙকশমদা শিরিবা মুক্তা পরেংনা কৈদৌরুনি । মাগী খুৎশা অদুনা লৈহাও অপোম্বগুম্না পুম্বুম পুম্বুম থোৎনা ফজরিবা খুজিন অদুনা লোইনা থম্বাল শাৎলগা ফজরিবা। মদুবু পাইরুবা ঐগী খুৎসে মরাইবক ফব্বনি। নকশিন্না উরবা পীশুম অদুনা চুমথাঙ অনি খনবগুম্মী । কোইরাওনবী মিৎস্না অদুনা ইকাইজবগী উরু রুরু লৈদুনা খাংজবা অদুদি শাদানবগী লান্দা থুরবী শজি অমোমগী মিত্তগী কয়া হেন্নো ফজখি। যযাতী ঐগী ইমিৎসু মাগী মমিৎ নহা অদুদা লৈহৌরে। মাগী নুংশিরবা শক্তমসু ঐনা পুবগা লাকএ। খ্বাইদগী তমথিরিবদি মাগী শজি মিত্তো অদুদগী কপ্লকপা মচিন্দা ঙ য়াওরবা তেনজৈ অদুনি। ঐগী থম্মোইদা থুন্না য়ৈরবিবসি। শামান্নবা য়েরুবা অমগী তেন্না পানবদি শত্তোকঅগা তেঙৈঙ্দু লংথোকখিবা য়াই অনাবসু খাংবা ঙমগনি। অদুবু অবলাগী মিৎচিগী তেনশিদি মশক উবা ফংদে শত্তোরুবগী উপাইসু লৈতে। খ্বাইদগী লুরিবদি লৌনবা য়াদবা ব্রাহ্মনগী জাৎ ওইরম্বসিনি। অদুসু লৈবাক্না খংনবা অফাওবা শুক্রাচার্য গুরুগী মচা ওইরিবা, হেক চাবগা শোইদনা শিরগনি খংনরবা পোৎপু করিগী অসুক হেন্না

চান্নিংঙিবা মসিবু মীওইবগী মাংনবা ঈশ্বরনা শিল্লম্বরনে। ঐগী নিংশিংবগী শক্তিসি মাংহনবিখরো মীন পান্নদবা কাউগনবদো পীনবিরো অদুগা পোথাবা ওইজরগে । কাউরগে খল্ল খল্লগা থোইনা হেন্না নিংশিংহল্লে । ঐ খাংবা ঙমদরে। হো! কনা কনা লৈবগে ঐ মৃগয়া চত্তবা য়াদ্রে,অস্ত্র,বস্ত্র ঐগী শগোল অঙৌবা পুরকউ ঐ চিত্ররথ বন্দা হৌজিক চত্তবা য়াদ্রে। তেন্না থুম্না য়েশিল্লম্মে থম্মোইদা।

## ১২ শুবা তাঙ্কক
## দেবযানীগী যুম

দেবযানী ঃ ইতা শর্ম্মিষ্ঠা! হৌজিক্তী হৌখিবা থৌদোক বাথোক পুম্নমক কাউনরশি। বারৌনরবোইশি ঐনা লানখিবসু য়াওরমগনি । নংগী দাসি শখি লিশিং অসিগা নংগনা ঐগী থম্মোই পেন্নবা সেবা ফজনা তৌরকপসিদা ঐগী থম্মোই নখোইনা জয় তৌখ্রে। ঐনা চানিংবা অমতা ফংদবা লৈহন্দে। ঐনা শেৎনিংবা ফি মখল পুম্নমক লোইনা ফংহনবিরে। ঐনা পন্দ পনবদা নখোইনা পুরকপনা হাল্লে । দেবযানী ঐ মুক নুংঙাইবসিসু কদায়দা লৈরমগদগে । অদুবু ইতা শর্ম্মিষ্ঠা ! মায়কৈ অমরোমদা অবাৎপা অমদি ইয়াওদ য়াওবগুম তৌরি। চিত্ররথ বন লোমদা য়াম্না কন্না চৎনিংঙকই। কয়াম কন্না চৎনিংঙ কপগে হায়ববু ঙকশম অসিদা তৎপা ঙম্মরোইদবা নখোই ঐখোইনা উবদি ফদ্রবা কল্লবা থৌরী অমনা চিংলকপগুম থবাই অসি লৈয়তাবা ঙমদ্রে। মতম অসিসু বসন্তগী লৈরাঙশিংনা মনিংতম্না শাৎকায়রগা মাগী মাগী মতম্না পীরকপা নুংশিরবা লৈনম্না মালঙবদা শিঙ্গুংনা য়েঞ্জরকপা মতমসু ওইরি। অদুনা চিত্ররথ বনগী মালিকা, মালোতী, মাধবী জাতী জুতী নচিংবী লৈরাঙ শিংদুগী লৈকা লৈকাদা খোইমুশিংনা তোংদুনা নুংশি বারী শান্নজবদু ঐখোইসু তারুশিরা? ইতাশাঃ রূপ গুন্দা থোইদোক্না নিংখিজরবী রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা নংবু তারিবরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতা ইবেম্মা! লাইবক ফবী । ইতাগী অপাম্বত তাকপিয়ু ননাই ঐখোই লিশিং অম অসিনা ইতানা পাম্ব অদুমক তৌজনবা ঙাইজরী । ইতাগী য়াথঙতা তৌবিয়ু।

দেবযানী ঃ (থাগৎলে খঙনা হরাওজে) অদুদি রাজকুমারী নংদি রাজকুমারীনিনা

খোইমুনা ঙাওগদবা ফিজেৎ,খোইমুনা নাক্লোকপা ঙ ম্মোইদবা মনমসু খঙলমগনি,ৱাহৈ ৱাতাসু হৈরমগনি, নংনা খোঙ খুৎ নোযবসু খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইহনবা ঙম্মী ।নংনা ঐগী ফিজেৎ লৈতেং শেম্মুরো খোইমু ফানবা করম্বা চন্দন্ন ফাগদগে অদুসু ননাই শখিশিংদা তকহঙ্লুরো। অদুগা নংনা ঐগী হকচাংদা তৈগদবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতা ইবেম্ম! ইতানা খনবিরিবা ,পাম্বীরিবা অদুদগী ঐনা তৌরকপনা হেন্না ননিং থুংহনজগনি। ঐনা ফিজেৎ লৈতেংবদবু করন্না খোইমুনা লাঙ্লোক্তুনা পাইবা ঙমগদগে । ইতাগী মপা য়ৌরকপদা পোপ্ পোপ্ তাদুনা লৈহনজগে। অমুক্তং চাং য়েংবিয়ু । (ময়াম ৱা নোকপা)

দেবযানী ঃ অদুদি শর্ম্মিষ্ঠা নংনা রাজকুমারীনীনা ঐগী ফিনা থল্লবা অলমিরাশিং অসিদগী ঐঙোন্দা পকচগদবা শাড়ী নচিংবা ফি পুম্নমক খল্লগা পুথোরকউ। অদুগা নংগী দাসিশিংনা তকপা চন্দন মনম নুংশিবা অমদি কুচু ফজগবশিং অদু ঐগী হকচাং থুংনা নংনা তৈগদবনি অতৈ অমনা পায়হনবা য়াব নত্তে । দাসিনী লোইনা থাজবা য়াব নত্তে ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অচুম্বনি অদুগুম্বা. চেকশিনবা থবক পুম্নমক ঐনা লোইনা তৌজগনি। অদুগা খোইমু পঙথনবা চন্দন মচু ফজবা, মনম নুংশিবসু মখোইনা খঙবা নত্তে। খোইমুদি লায়রদনা নিংথৌ মচা ফাউবা ইবেম্মগী লৈকাদা তোংলমদনা লাঙ্লোকহঞ্জরোইদা। (নোকপা)

দেবযানী ঃ ইস ! ইতা নংনা নিংথৌ মচাগী ৱা অমুক হৌদোরক্রে। নোংমা চিত্ররথ বন্দা নিংথৌ মচা যযাতী কৌবা অমা থেংনখি। মাগী ৱাখলদো ইথস্তুনা পুব ঙম্মক্তবদগী নংগা পুমিন্নবা খল্লকপদা নংনা অমুক হৌদোরক্রে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ও! হো ! ইতা ঐনা হৌদোরকপা তারবরা মমিংদি তাজরে। মশক্তী উজদ্রি কমদৌই।

দেবযানী ঃ মাগী ফিভমসি নিংথৌ অমা ওইবগী অৱাৎপা পীফম খঙদে। য়েংউ য়েংউবা মফমদা মিৎফম হোংবা ৱানা থোকই। মাগী ফম্লপ তাবা লেংবান্দা ফজরবা লীরুং অমা য়ানবদুদি হায়ফম খঙদনা পকচৈ। অদুগা মনঙ্গন্দা তেন্দোং অমা পোরিবদুনা ফজরিবা । অদুগা মানা চৎলমদাইদা মাগী তেন্দোংদগী তৈঞ্জেশিং অদুনা মাগী পীশুমদা তেঙ্গা থোংলগা কাপশিল্লম্বা অদুদি ঐগী থম্মোইসি চিত্ররথ বন্দবু নিংশিংদুনা অদুম লৈহল্লে। ঐগী থম্মোইসে অনি থোকহন্দুনা বারী শানহল্লে।

শর্ম্মিষ্ঠা : ও ! অদুনরা ! ইতানা মদুগী চৈনা খাংবদা অহিং অথেংবদা তুম্বা য়াদদুনা তুমিন তুমিন নথন্তা ৰারি শানরিবদো । যযাতী নিংথৌগা ওইরে। অদুদি ইতাগী নুংশি মিতাদুদগীদি মাগী থম্মোইদুদা পান্নবা কাপশিনখিদ্রব্রো ?

দেবযানী : (নোক্ক নোক্ক) খরদি কাপখিবরা খনবনি অদুবু পান্দবরা খংদ্রে । নিপাগী থম্মোইনিনা নুংনা শারবরা কৈনো । অদুগা মানা শগোল তোংওগা চৎখিবদুদি ঐগী থৱাইসু থম্মোইসু অদুম পুখ্রে ইতা ।

শর্ম্মিষ্ঠা : এ ! ইতা মাসু ইতাবু কাউথোকপা ঙম্মোইদা থম্মোই থম্মোই বারী শাংখ্রবনি ইতাগী ৰাতাদুনা খংজরে।

দেবযানী : খংদে ইতা মানা ঙাংথোরকপা ৰাঙাংনা নুংশিরিবা ঐ হায়ফম খংদে মমাংঙৈদদি শিবা কাসে য়াম্না কিজরম্মী অদুবু হন্দক মাগী তেন্না থুম্না পানখিবা অদুদগীদি শিবা করিমতা কিখিদ্রে ।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইতা মানা লাক্ত লাক্তগা ঐখোইনা থিরগা পুরক্কনি থাজবিয়ু ।

দেবযানী : ইতাগী ৰাসি নুংঙাইদা । ঐগী ইন্দ্রি পুন্নমক ঐগী মিচংদা লৈত্রে । ঐনা শিবদা থৱাইনসু থম্মোইনসু খাম্মরোই । থম্মোইসিনা ঙাংজনিংই অদুবু কিগাল্লবা ইচিনসিনা ঙাংজগে তৌরকপদা লৈয়েংসিনা অমুক ফাজিনবীরি।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইতাগী থম্মোই অসি য়াম্না ৰানা খাংবিরম্মেদা । (নোকপা)

দেবযানী : ইতা ঐগী নাকোং অসিনা কন্নামতগী মপাও তানিংখিদ্রে । নিংথৌ অদুগী মপাও খক্তা তাদুনা লৈনিংলে । ইখোঙ অসিনা মহাক্তগী মতুংদা ইন্নদুনা লৈনিংই । ৰারকপা ঙমদ্রবা ইন্দ্রি পুন্নমক অসি মাগী ৰাখন্দা , হৃশংদা তাওবা হি গুম্না মফম মরাং খঙহন্দ্রে ।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইতাগী মীনা উবা ফংদবা পোৎলুমসিদি ওহোক্লা ৰানা, লম্না নথন্ত পুরম্মীবোরে । ফাগী নত্তে, ইতাবু য়াম্না থৌনা ফরিনে । নহাল মখৈ কন্নামতা হায়দোক্তনা অসুক ৰানা পুরম্মীবসিবু ঙকপু ঙকচৈনে । অদো থম্মোইগী পোৎলুমসিদি খর খর হায়দোক্লশি অদুগা খর য়াংবনি। ঐখোইসু পুবা য়াওজগে নংগীদো করিসু মুনজরোইদা । (নোকপা)

দেবযানী : ইতা ! নংসিদি য়াম্না শিংইবো । নংনা অৰাবা কোক্লবা ৰাহৈ শিজিন্নদুনা খরবু য়াংঙবোই নিংলে । নহাল মখৈ হায়দোক্কদববু ইকাইবনা থিংবিরিবা ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অশেংবনি অরাবসু ফুমদুনা থম্বদা থম্মোইদা লৈবা চল্লক্তবদগী পোকখাইদুনা মী শিনরিবনি। নুংঙাই মল্লবসু হায়দোকফম লৈত্রবদি অৱাবগী অদুম হায়না থম্মোই পোকখাইদুনা অদুম শিনবনি। অদুনবু লৈশাবীশিংনা ঈশিং শোকপা পুল্লপ পুল্লপ চৎমিন্নরগা ৱাঃ ৱাঃ নোক্লরিবদু অৱা- নুংঙাই অনিমক খাইদোক্লবগী অশেংবা উপাইনি ইতা ।

দেবাযানী ঃ ইতাগী ৱাতাশিংদি য়াম্ন চুম্মী । পুল্লপ ৱাঃ ৱাঃ নোকমিন্নবদো অৱা- নুংঙাই খাইদোকপনি। অৱাবসু নুংঙাইবসু, ভাবকী দোলান্দা খর কাখৎহল্লগা মাংহনবা য়াই ।অদুদি ঐখোইসু চিত্ররথ বনগী ময়াইদা ৱাঃ ৱাঃ নোক্তুনা শান্নবা চৎনবা তৌরশি।

## ১৩ শুবা তাঙ্কক

### চিত্ররথ বন

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতা দেবযানী ! বনগী ময়াই য়ৌরে শ্বাইসি ফন্নসু ফজে পোথারশিবা ?

দেবযানী ঃ য়ারে ইতা। ইকোই কোইনা লৈ শাৎলি মফমসি মীনা হেক শেম্বগুম ফজে। অদো ঐনা পোথানবা লৈগী শৈয্যা অমতং শেন্নবা দাসিশিংদা লৈ খর থিহল্লুরো। মখোইলিশিং অমনা হেক্লকপদা য়েন্দায় লিশিং অমনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতাশা ! ইবেম্মা দেবযানীনা হায়রিবসে তারবরা তিংখং য়াওন্দবা অমোনবা মনম নুংশিবা খর পিক্তক্ পিক্তক্ তৌবা মালিকাগুম্বা লৈ ঙাক্ত হেকশি।

দেবযানী ঃ ইতা ! আদগী হৈনৌ মনাপুংবা অসিগী মখোঙ্দা ইবানী পোথারশি পোথা পোথা নুংশি ৱারি পুথোক্লরুসি মফমসি উবদা থম্মোইসিনা মহাকপু নিংশিংলকই।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হোইনহে ! ইতা মফমসিদা নিংথৌদুগা য়েৎকা ওইগা ফম্মীন্নরবদি ঐখোইনা য়েংবদা ওক্লোক্লা ফজগনিদা। মাগীসু থম্মোই পাল্লিবনিদা । ইতা ! নংবু থিবা ক্লোক্ লাকঅবদি ঐখোইসু মশক্তী উজগনিদনা ।

দেবযানী ঃ নংনদি অদুম হায়রিবা ঐনা চিংনজবা অমা লৈরিনে ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অসুক নকশিন্নরগা করিগী অদুক লাপথোকহল্লিবা ইতা ।

দেবাযানী ঃ মানা পরিচয় হংবদা ঐনা অশেংবা খুমখি। ঐ ব্রাহ্মন শুক্রাচার্যগী মচানি হায়রুবদা কিবগুম তৌবা ৱাঙাং অমা হায়রম্মী।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ নিংথৌনবু অরাংবা ,অফবা বনবু করিগী পাম্মোইদগে । চিংনবিগনু ।

দেবাযানী ঃ অসুন্না হায়রম্মী । ঐ নাহুস নিংথৌগী মচানি অশেংবা ক্ষেত্রিযানি । অদোম্না ব্রাম্মন্নী কন্যা ওইরবদি বিবাহ কর্ম্ম তৌবদা শাস্ত্রনা অথিংবা লৈ । শুক্রাচার্য গুরুগী মচা ওইরবদি ঐ চৎচরে হায়রম্মগা অদুম্মক চেনখ্রে ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ এ ! ইতাগী ৱাশিদি য়াম্না নকশিন্নরম্মেদনা বিধাহগী ৱাফম ফাওৱা হৌদোক্লরম্মবা, অদুদি ইতাবু মানা বিবাহ তৌনিংই হায়ব ফাওবদি খংজরে । অদু ওইরবদি করিমতা চিংনবিরগনু । অতিয়াদা থোকপা থাবু কনানা পান্নদবগে । ফংঙরোই খনবগী লান্নদক্নি ।

দেবযানী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা ! নংগী প্রমান্দু ঐদি ভাব তাবা ঙমদ্রে ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতা ! অফবা শাগৈ জাৎ ব্রাম্মনবু করিগী পাম্মোইদগে হায়জবনি । অদুগা যযাতী নিংথৌ অশোনবা, পাংদবা অপঙ বসু নত্তে । ইতাবু মহারানী শোইদনা হাপ্লগনি । থাজবিয়ু ।

দেবযানী ঃ রাজকুমারী ইতা ইবেম্মা ! নুংশিবী ! নংগী নপাও তাবদা ঐগী থম্মোই লৈরাং লৈশাৎ তম্লক্লে । হৈখ্রেদকো ঙাংবা লোৎফম লৈতে ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতা ননাই নুপীশিংনা শেমজরিবা লৈগী শৈয্যাসে অমুক্তা মিয়েং তাবিয়ু ।

দেবযানী ঃ ইতা ইবেম্মা ! নংনা শিনবা থবক্তা ফজদবা লৈরোই । ফসু য়াম্না ফজরে । মসি উবদা ৱাখল অসি মথুম মরাং ইহৌ হৌই ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইতাশা ! ঙসিগী ইতা দেবযানীগী বন কোয়বা লাকপসিদি নিংথৌ ফাবা ঙম্নবা শৈয্যাসু সেম শারে । ঙসিদি শৈয্যা অসিদা বর কন্যা লেংশিল্লবা য়ানা লৈকো । ঙসিগী নুংশিৎসে মওং অমনি ।

দেবযানী ঃ ইতা ! ইবেম্মা ! করম্বা নুংশিৎ অমা লাকঅবগে । (নোকচবা)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (নোকপা) ঙসিদিনে ইতাশাঃ ঐখোইগী ইবেম্মা দেবযানীসে অমুনবা হৈনৌগুম মতা অমা ওইনা ফজরবনি করিগুম্বা শজি লাবা ইতানা খোইদাবা লাকঅবদি ঐখোই পুন্নমক লোইনা চখোক্কদবনিকো মবান্নীদা লৈগী শৈয্যাদা পোথাহনগদবনি কো (নোকপা)

দেবযানী ঃ হেরা ইতা নংসু খর হেনমল্লেদা ঐনা কনাসু চৎহনজরোইদা ।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হায়জিন্নব নত্তে য়েংউনে মশক অসে লৈচিন থাংদবা অত্তিয়াদা তরামরিনি পানবা থাজগা মান্নরেইমী । অসিগী মায়থোঙসি উবদা করম্বা নিংথৌনা পঙথরোইদবগে ?

দেবযানী ঃ হো ! ইবেম্মা ! নংনা ঐবুতা পংথা থাগৎলি। নংনবু হেন্না ফজখৎলকত্র, নংগী মপুং ফাবা শাওং শাদা দুদা ঙাওরোইদবা লৈরোইকো।

শর্মিষ্ঠা ঃ হৈমা ইতা ইবেম্মা নুংশিরবা শজি মচা অমা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা চেনশিল্লকএ । নুংশিদ্রা য়েংউ।

দেবযানী ঃ হোইনহে ! ইতা খর পুশিনবিরকউ । মাগী মমিৎ অসি ওল্লোক্লা নুংশিরেদা । মাগী মথ্বাই কনবিরশি, তান্নরকপা মীসু ফারশি।

শর্মিষ্ঠা ঃ য়েংবিয়ু ইতা শজি মচাসি অমোম্নী , মাগী মমিৎসে লায়য়েকপা হৈরবা অমনা কাজল থারকপগুম নুংশিনা ফজখ্রেদা ।

দেবযানী ঃ ইতা মদু প্রকৃতীগী খুশেন্নী । ঐখোই পুন্নমক্লা মাগী মিতাদু মান্নবা য়েক্লরিবনি। নংগী দাসিশিংদো মখোল ফবা য়াওবরা ইশৈ শকহল্লু । থৱাই নুংঙাই থোকশি।

শর্মিষ্ঠা ঃ ইতাশাঃ খোইমু লাবা ফাবা ঙমগদবা ইশৈ তারশি। নখোই ময়ান্না ইতা দেবযানীগী শৈয্যাশি কোয়শিল্লগা নুংশিরবা ইশৈ শকউ।

*ইশৈ ঃ*

ঙসি চিত্ররথ বন্দা শাৎলরে
থেংবা ঙমদ্রবা কামগী ইহৌনি
লৈরাংগী ইকাই ফিরুক হাংজরে
ইংলবা উন্দা মৈগুম শাররে
ঙসি চিত্ররথ বন্দা শাৎলরে।

শর্মিষ্ঠানা শকপাঃ

রাজকুমার নংতবু উদুনা লৈরে
নংদি থম্মোই পানবোই নিংলুরে
নহাক্লীদি থম্মোইসু পাল্লমদরে
কাপখিব তেঙ্গৈসু অরেম্বদা মাংজরে
ঙসি চিত্ররথ বন্দা শাৎলরে।

দেবযানিনা শকপাঃ

লৈরাংদি চৎপসু পাইবসু ঙমজদে
ঙাইজবতনা লৈরাংগী পাঙ্গলনি

নুংশি মিনোক্লা নংতবু ঙাইজরি
ঙাইবদা লৈরাং ঐখোইদি কংদৌরে
ঙসি চিত্ররথ বন্দা শাৎলরে ।

[মায়কৈ অমরোমদা যযাতী নিংথৌ শগোল তোংদুনা লাকই । (গুদুক গুদুক) ইস ! ইশৈশিদি নুংশিখরেদা । দেবযানী লৈরম্মবদি নুংঙাইনিদা (তপ্ন তপ্ন চংঙকই) ইস ! লৈরেদনা ঙসিদি মহারানী ওইরবরা করিনো ময়াম চংদুনা সেবা তৌরি । ইস ! মাগী মখোঙ নোয়রিবী অসিনদুম হেন্না মগুন লৈনা ফজৈদা মসি কনা ওইরিগবা । তুমিন্না ইশৈ অসি তাখিগে । যযাতী উখোঙ অমদা লৈশিন্দুনা তুমিন্ন ইশৈ তারি ]

ঙহাক তারগা হায়রকইঃ

যযাতী শাদানবগী শক্তমদা চংলকই । নুংশিখ্রবা ইশৈশি ঐ লাকপদা লোইশিনবিরবরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইস ! ওহ্লোক্ রূপ গুন চংখোনখরেদা (তুমিন্না শোনবা )

দেবযানী ঃ মহারাজ ! লেংশিনবিয়ু ।

যযাতী ঃ আঃ ইবেম্ম ! ঐনা ময়ামগী নুংঙাইরম্বা পুম্বা থুগাইরমন্নে । শজিমচা অমা তান্নজরকপনে । ইবেম্মবু নহালগী শুক্রাচার্য গুরুগী মচা ইবেম্ম দেবযানীদু নত্তবরনে ?

দেবযানী ঃ মহারাজ ! মহারাজনা গুহাদগী চিংখৎপিরগা থরাই কনবিখিবা ব্রাহ্মন্নি দেবযানীবু কাউবিরবরা ? মহারাজদি লৈবাক্কী অচৌবা নিংথৌ ওইবনিনা ঐখোইগুম্বী শকথিবীবুদি কন্দায়দগী নিংশিংবিগদগে । ঐখোই খক্তনা কাউবা ঙমজদবা ওইরে ।

যযাতী ঃ রাফমদুদি হেনমনখ্রেদা ! ঐসু ইবেম্মবু কাউথোকপা ঙমজবা নত্তেদা অদুবু করিগুম্বা অমতা হংজগে । রারৌবিগনু ।

দেবযানী ঃ তাকপিয়ু মহারাজ ! করম্বা মা য়াথং ওইরবনো ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ও ! যযাতী নিংথৌ হায়বদু ওইবা তারে । অসিননী দেবযানীনা ঙাওরিবা (তুমিন্না শোনবা করিগুম্বা অমতা রাক্তনা হেক ফজৈদা ) ।

যযাতী ঃ ইবেম্মগী খোঙ পাইদুনা সেবা তৌরিবী রূপ গুন থোইদোক্লা চংখোল্লবী অসিনা কনা ওইরবনো ?

দেবযানী ঃ মহাক ঐগী চান্নরবী ইভা রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা হায়বীদুনি । শখি ময়াম অসিনা মাগী দাসি ঙাক্তনি ঐগীসুনি ।

যযাতী ঃ এ ! রাজকুমারী অমনা ইবেম্মগী খোঙ্ হেক পাইদুনা সেবা তৌবশিদি।

দেবযানী ঃ মসিগী মতাংসিদি মখা হংবিরগনু ইবান্নী য়ানজবগী তৌবনি খনবিয়ু।

যযাতী ঃ (তুমিন্না শোনবা) ইস ! রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠাসিদি লৈচিন্না খন্দুনা থম্বীরবী শরতকী পুর্নিমা ওইরেদনা। অৱাৎপা লৈতনা ফজেদা । মগুন লৈখ্রেদা ।

দেবযানী ঃ মহারাজ ! করি খনবিরিবা । ইতাসিদা য়েংঙগা।

যযাতী ঃ ইবেম্মশিংনা ফাদুনা থম্বীরিবা শজি মচাসি ঐঙোন্দা পীবিরো। ঐ অমুক য়ৌজরগে।

দেবযানী ঃ করিনোনে মহারাজনা তাকপিরিবসিবো । মহারাজবু কিন্দুনা চেল্লবা শজিদু তমক পাম্বীবরা ? চেল্লরোইদবা মহারাজদবু শোঞ্জবা ইকাইথিবী শজিবুদি করিমতা নুংশিবিররোইদ্রা ? অদুগা মহারাজনা পুবিগে হায়বিরিবা শজি মচাসিদি ঐনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা চৎকনি ৱাশকখ্রে। মাগী মথাই কল্লগে হায়দুনা ৱাশকচখ্রে ইতা শর্ম্মিষ্ঠা শজি মচাদু থাদোকপিখ্রো।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হে ! বনগী শজি মচা শাদানবগী মখুত্তগী নাহোকচহৌরো লাপ্লা চেনখ্রো। (হায়রগা মথুন্দা পোপ পোপ ফুন্দুনা তাহোকপা) হৈমা ! চৎলু য়াদরে ইতা অকিবা অমা লৈরমান্নে।

দেবযানী ঃ মানা খল্লিবদু ঐগীদমক্তনি। ঐনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা চৎকনি হায়খিবদো মহারাজসিনা য়াবিরব্রা য়াবিদ্রিবরা অরেপ্পা অমা খংনিংদুনা কুন্দুনা ঙাইবা ওইরমগনি।

যযাতী ঃ (মকোক হোক্তুনা নোকই) ইবেম্ম দেবযানী ! নংগী ৱাঙাং তাবদা ঐনা থোইন্না হরাওজে ঐনা নংবু পামসু পামজে নুংসু নুংশিজে । অদুবু ঐখোই অনিগী মরক্তা সমাজগী চাউরবা পল অমনা !

দেবযানী ঃ করিনো মহারাজ করম্ব পন্ননো থিংঙরিববো । মীওইবা ঐখোই মশেল কনানা চাউরিবা কনানা পিকলিবা , কনানা মাংইবা কনানা শেঙভীবা । মদুগী ভেদ ভেদী অদুনা মীওইবা ঐখোই মশেল নুংশিনদনবা চাউরবা মরম অমা ওইহল্লি ।

যযাতী ঃ মদু পুন্নমক ঐনা থুগাইবা ঙম্বা শাস্ত্রগী নিয়ম নত্তে। মদুনি ঐনা কিরিবা।

দেবযানি ঃ মদুগী শাস্ত্র অদুনা নুংশিনবগী কাতি ওইদুনা অমগা অমগা তোঙান তোঙান তানহল্লি।

যযাতী : মদু চৎনবা য়াবা রাফম ওইরোইনে। মরমদি ইবেম্মবু পোকপিরিবা। গুরুদেব শুক্রাচার্যদু অচম্বা ব্রাহ্মন নত্তে। মীবু উৎ ওলহনব ঙম্বা, উৎপু মী ওইহনবা ঙম্বা ময়াদা মৈ হৌবা ব্রাহ্মনী। ব্রাহ্মনগী নিতি নিয়মসু ক্ষেত্রিয় ঐখোইদগী য়াম্না হেন্না কুপ্পনি। অদুনা শিংকসু হেনবনি।

দেবযানী : মহারাজগী রাঙাং অসি ঐ খঙজরে ঐবু কয়া নুংশিবিদবগী রানি।

যযাতী : নত্তে নত্তে ! রাখল অদু ওন্নখরে। ঐনা হায়জবদি ব্রাহ্মনদা লংজবা ওইনা থোক্রবদি ঐদি মিৎনা কুপ্পদা উৎ ওলহনবিবা য়াই হায়জবনি।

দেবযানী : অদু ওইরবদি মহারাজনা রাংনা থাঙ্গৎপিরিবা ঐগী ইপা শুক্রাচার্যদু ঐনা য়ানবা ঙাংনজরগা পুজরক্লগে। মহারাজনা ঐগী মায়দি ঙাকপিয়ুকো বেদ শাস্ত্রগী তর্কন্দদি ঐনা মহারাজগা ঙাংনবা ইতিক লৈররোই। মহারাজ লৈগী শৈয্যাসিদা ঙহাক্তং পোথাবিরম্মু ঐ অমুক্তং চৎচরুখিগে। কুইজরোই লেংবিরমখিগনু। (হায়রগা দেবযানী মপা শুক্রাচার্যগী মনাক য়ৌনবা চেন্ন চেন্ন লাকই)

## ১৪ শুবা তাঙ্কক
## শুক্রাচার্যগী আশ্রম

শুক্রাচার্য : আঃ করি অমুক তৌরে ঐগী ইচা নুপী দেবযানীনা অমুক লাকইবসিনা।

দেবযানী : বাবাজী ইবুঙো ঐ করিগুম্বা অমতা হায়জগে। নহাল গুহাদগী চিংখৎপিরগা ঐগী থরাই কনবিখিবা যযাতী নিংথৌদু লাকহৌই।

শুক্রাচার্য : হোইনে ! নিংথৌ অদুনা নংবু কনবিরে অদু হৌজিকপু নিংথৌদু ফারুচো হায়বরো। (নোকপা হাঃ হাঃ)

দেবযানী : ঐখোই বাবাসিমা ! মানা বাবাজীবু য়াম্না মুন্না খঙঙম্মী। হৌজিক মানা বাবাজীবু ঙাইদুনা লৈহৌরি বিবাহগীদমক।

শুক্রাচার্য : মাদি ঐবুদি করিগী ঙাইবিরিবা। কনাগী বিবাহগী ?

দেবযানী : বাবীজীসিমা ! ভাব তাগনখিদরে। মানা ঐগা বিবাহ তৌগদববু বাবাজীবু কিজবদগী।

শুক্রাচার্য : ঐবু কিবদগী চেনগদৌরিব্রা নত্রগা নংবুদি কিদবদগী ? ঙাইহৌরিব্রা (নোকপা)।

দেবযানী ঃ মানা ঐগী খুজেং পাইশ্লবনিনা হায়জরবদা।

শুক্রাচার্য ঃ দেবযানী ! মাদি নাহুস নিংথৌরেলগী মচানি চন্দ্র বংশনি ভূপতীনি। মানা কদায়দগী য়াবিগদগে নংবু মহারানী ওইহনবদি অদুগী মথক্তা মাদি ক্ষেত্রিয়নি, ক্ষেত্রিয় মঙোন্দা ব্রাহ্মনি কন্যা অমনা করম্না বিবাহ তৌগদৌরি। ঐনা মঙোন্দা হায়গদৌবসি য়াম্না লুই।

দেবযানী ঃ মহারাজদুগা ঐগদি ৱারী পুন্নমক লোইনা লোইনজরবনি। হৌজিক বাবাজীগী য়াথংত ঙাইদুনা লৈহৌরবনি।

শুক্রাচার্য ঃ আঃ আঃ ৱারী পুম্নমক নংগা হান্না লোইনরবা। ঐ য়াওদবা য়াদবা মতাং লাকঅবরা ? য়ারবদি ঐ সুকয়াও য়াওহল্লনুবা। ইবেম্ম !

দেবযানী ঃ বাবাজী ! ইমাদু লৈজদবনীনা ইপাদা নাওথি শাজদদি কনাদা শারুগনি। ঐগী ৱারী শানফম কনা লৈবগে ? (মমায় লৈথোকপা)

শুক্রাচার্য ঃ ঐনা ইচানুপী অমতং পোকপসিদি ওহ্লোক্লা ৱাথোক চাউখ্রেদকো, মানা হায়বা য়াদ্রগনা প্রান ত্যাগ তৌরগে হেক মহায়বা। অদুগা নিংথৌদুনা য়াবিরবদি ফৈদো করিগুম্বা য়াবিদ্রবদি ঐনা তৌগদবসি লুখ্রেদকো। ঐসে অহল ওইরবনিনে ইবেম্ম।

দেবযানী ঃ ৱাবাজী নচানা হায়জরিবসি খল্লদুনা য়েংবিয়ু। মতিক চাদবা নিপাদা য়ুম পানগে হায়বা নথচদে বাবাজীগী ইজ্জৎ হুন্দনবা হায়জবনি অদুগী মথক্তা ঐনা বাবাজীগী য়াথং য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমতা ঙমজদে হায়বসু থমজবনি।

শুক্রাচার্য ঃ হোই ! হোই ! ইবেম্মাঃ ঐ নংনা হায়বদ য়াজরগে। । ইচা ওইরবসু নংগা তর্ক তৌনবদি ঙম্মরোই। দেবতাশিংগা ঙাংনবদদি ইপানা মায়থিবা য়াওখিদ্রি। নংবু নুংশিদবা ঙমদবসিনা নংনা অদুম ঙম্মবনি।

দেবযানী ঃ অদো ঐসু খঙঙি হায়বা। চৎনবা তৌরশি শর্ম্মিষ্টানচিংবী সখি ময়ামগী মরক্তা ঙাইদুনা লৈহৌরিবনি।

শুক্রাচার্য ঃ শিংঙিদকো ঐগী ইচানুপীসে মপুরোইবা অফবা খনবনা হৈরিবা। ঐসে মহাক থকসিদা লোইরেনে মানা হেক হায়রিবমখৈ ইনবদা অচোপ অরেম লৈখিদরে।

দেবযানী ঃ ঐগী বাবাজীসে ৱারেম ঙাংদুনা লৈরে। অমুক্তা চৎনবা তৌশি।
দেবযানীনা শুক্রাচার্য পুদুনা লাকই। শুক্রাচার্য চৈশু অমা পাইরগা কোক কোক শুদুনা চংলকই।

যযাতী ঃ নমোঃ নমোঃ গুরুদেব ননাই ঐ খুরুমজরি। (খুরুম্না)

শুক্রাচার্য ঃ আয়ুস্মান ভবঃ মহারাজ মঙ্গল ওইয়ু। মঙ্গল ওইয়ু নংগী নঙান্না বন বন্দা শাধু বৈষ্ণবশিং মনিং তৌনা নুংঙাইজরি। নরৈবাক্তা হুরান চিদ্ধি অমতা লৈবসু ঙমহন্দে। প্রজাশিংবু অৱাবা ফংহন্দে।

যযাতী ঃ চানবিদুনা তাকপিরি পাংদ্রবা ঐবু। কৃপানি গুরুদেবগী।

শুক্রাচার্য ঃ মহারাজ! ঙসি নঙোন্দা দান অমা কৎচবা তারে। মসি লৌবিদবা য়াদে। ঐগী ইচানুপী দেবযানী হায়বীসে নংনা মাবু গুহা মনুংদগী চিংখৎপিরগা মথ্বাই কনবিব্দুদা মাগী থম্মোইনা নংবু কাউবা লৈখিদরে। মরমসিনা ঐনা মাবু নিংথৌ নংঙোন্দা কৎলবনি। মাগী মহুং শিন্নবা অতোপ্পা অমা পিনিংঙাই লৈতে।

যযাতী ঃ (তুমিন্না ঙাংই) ঐনা পামজরবা পোৎ অমা নমদুনা পিবিদৌরে নিরুকসু নত্তনা। মতাং চারিঙৈসিদা ব্রাহ্মনগী অহঙ্কার খরদি য়েথেকহৌরগে— গুরুদেবা ননাই ঐ করিগুম্বা অমতা হঙ্গৎচগে।

শুক্রাচার্য ঃ হায়য়ু হায়য়ু তান্নশি নিংথৌ।

যযাতী ঃ গুরুদেব ননাই ঐদি চন্দ্রবংশনি, ক্ষেত্রিয়নি লোৎপা য়াররোইদবা নাহুষ নিংথৌগী মচানিদো। অদুগা লোৎপা য়াদ্রবা ব্রাহ্মন্নী কন্যা অমগা বিহাহ কর্ম্ম তৌগদবশিবু পরম পরাদগী চৎনরক্তবা শাস্ত্রনা য়াদবা অমা লৈবা নৎত্রনে ?

শুক্রাচার্য ঃ হোই মদুগুম্বা অমদি লৈবগুম তৌবনি। অদুবু নিংথৌ! অসিগুম্বা গোত্রগী বর্নগী চৎনবী য়াবা, য়াদবা হায়বসি ব্রাহ্মন ঐখোইনা শেম্বনিদা অসিগুম্বসিদি মন্ত্র যন্ত্রনা পুজানা থৈদোক থৈজিন য়াবা পোৎনিদা।

যযাতী ঃ ও! মন্ত্র যন্ত্রনা থৈদোক থৈজিন তৌবা য়াগদরা গুরুদেব।

শুক্রাচার্য ঃ (তুমিন্না ঙাংবা ঐখোইনা পুথোকপা নিয়ম ঐখোইনা অমুক ককপা তারবা চোপ্পেদনা ঙসিদি অদুবু নিংথৌ অমনা ইক্ষাক ওইরমদাইসিদা ঙম্নবা ঙাংনদবা য়াদ্রে)। (ফোংনা) অদুগা নিংথৌ হায়বসিদি বিষ্ণু শক্তীনি, বিষ্ণুগা ব্রাহ্মনগনা তৌবা থবক্তা কন্নানা থিংবা ঙমগদগে। হংবগী মতিকসু লৈরোই।

যযাতী ঃ গুরুদেবনা তাকপীরিবসি অঙম্বনা নিয়ম থুগাইরবদি মচাশিংনা হংবা

য়াদে হায়বনিনে। ঐনসু থবাই কন্নবা হোৎনবদা দেবযানীগী খুদাংদি পাইরুরে।

শুক্রাচার্য ঃ হো ! লুরিবদি অদুনী নুপী হায়বশিদি য়াম্না লুইনে। কনাগুম্বনা কন্যা অমবু খুদাং হেক পাইবা য়াদে। করিগুম্বা পাইরুরবদি কন্যা অদুগী মপুরোইবা ওইদবা য়াদে হায়বা অমসু লৈরিনে।

যযাতী ঃ গুরুদেবনবু য়াবিরবদি ননাইসু য়াজরে।

শুক্রাচার্য ঃ ইপাগী দেবযানী নং, নংগী স্বামীদা হুকনবা লৈ পরেং পুরকও। মহেন্দ্র দণ্ড ওইরিঙৈসিদা হুকচহৌরো।

দেবযানী ঃ (লৈ পরেং পুরগা হরাওনা চংলকই) ঈশ্বরগী কৃপাদগী ফংজবা ইবুংঙোদা প্রেমগী মালা অসি হুকচরগে। (হায়রগা চংঙকপা অদুগা হরাওনা লৈ হুকপা শুক্রাচার্য আশির্ব্বাদ পীবা)

শুক্রাচার্য ঃ অদুগা হে নিংথৌ অসিমতংগা হায়গে। মুন্না তাও মসিদা লৈরিবা রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠানচীংবী মশক ফজরবী কন্যা লিশিং অমসিসু নংগী অমদি দেবযানীগী ননাই ঙাক্তনি। মখোই লোইনমক দেবযানীগী অউনপোৎকী মনুং চল্লি। মসি করিগুম্বা মরম খরদগী ওইনখিবনি। অদু ওইরবসু নংগী ফমুং মখোইনা শোকপা য়াদে, অদুগা মখোইগী ফমুং লৈবা কাদা নং চংবা য়াদে। মখোইশিং অসিগা অচিকপা মফম অমত্তদা লৈমিন্নবা য়াদে। শন্না হায়রবদা নংগী রানীগুম্না শিজিন্নবা য়াদে। ঐ চৎলগে নখোইগী মঙ্গল পীবিরম্মগে। যযাতী অমদি দেবযানী চঙওক্তুনা শুক্রাচার্যগী মখোঙ শোক্লা খুরম্মী। যযাতী অমদি দেবযানীগী মকোক্তা আয়ুস্মান ভব ! হায়না অহুল্লক শোল্লগা নানবিরগা শুক্রাচার্য চৎখ্রে।

যযাতী ঃ (তুমিন্না শোনবা) ইসঃ হে ব্রাহ্মন ওহোক্লা শিংখ্রেদা নিংথৌদি মহারানী লিশিং অমা থম্বা ঙম্মীবনি। অদুবু লোইনমক শো লোনশিল্লগা চৎখিদা।

## ১৫ শুবা তাঙ্কক

## শর্ম্মিষ্ঠাগী খাংপোক শঙ

(মতমগী খোংচৎ খঙহৌদে দেবযানী লুহোংবা চহি অমা ফাখ্রে)

শর্ম্মিষ্ঠা : (মথন্ত ঙাংজবা) দেবযানীগীদি মতম্পাক্তা নুংশিরবা মচানিপা অমা পমজবা ফংখরে। ঐদি লৈনুংদা মুন্দুনা কল্লবা থৈবোংগুম য়েংবিনবা কনা লৈতনা সুম্মক মাংজবা তারবকো। ঈশ্বরগী চরন্দা চংজনিংলবসু কৎপিনবা কনাসু লৈজদ্রবনিনা লোইরেদকো ঐগী পুন্সিদি। লৈবাক্লৈনা মালেম থিনগাইদুনা লৈশাৎ তম্লগা মনিং থুংনা লৈনম য়েনবগুম ঐগীদি থৌনাসু লৈজদে। ঐগী যৌবোনদি থোঙলোন লিশিং কয়া লোনশিনবিখরে। তোল্লিদকো ঐগী মপোকসে। ঐঙোন্দগীদি পিঙ্গুরা মনুংদা মখোঙদা ঝিঞ্জুর থাংলবা চেক্লা তেনবানসু হেন্না ফৈ খোংনিবা খোংজবা ফংজরি। ঐদি নুংশি শৈরোল অমসু শকচবা ঙমজদে। খোঙথাঙ খুদিং কনাগা রারী শানবা য়েংদুনা লৈখ্রে। নিপা অমতা মশক উজবসু ফংখিদ্রে। দেবযানী মহারানী নংগী থম্মোই কনখ্রেদা, নিংথৌগী শক্তিসু নংগী ওইখরে।

দাসি : (মনাই অমনা তারদুনা) হে ইবেম্মা রাজকুমারী ঐখোই পুন্নমক নংগী রাখনদা খন্নদুনা য়াম্না নুংঙাইনদ্রবনি। যাযাতী নিংথৌমরুসু ইবেম্মা রাজকুমারীবু নুংশিবিবগী পাম্বীকগী মিয়েং লৈবা উজদ্রবনি। রাজকুমারীগী রূপ গুন্না দেবযানীদগী হঙ্কুবদি নত্তে, নিংথৌনসু খনবা মাল্লি।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইতা ! যযাতী নিংথৌনা ঐবু নুংশিবিবগী মওংদি কৈদৌঙৈ য়েংখ্রিবা নখোইদি।

দাসি : ইতাবু তাবিহৌদ্রবরনে ইতানা দেবযানীগী মখোঙ পাইদুনা সেবা তৌবা মতম অদুদা যযাতীনা হায়খিবদুদি। দেবযানী নংগী নখোঙ পাইদুনা সেবা তৌরিবী ইবেম্মসিবু কনানো মীচম মান্দে — ইহে ! ঐসু রাজকুমারীদা ইতা হায়জিল্লুরে। রারৌগনুকো রাজকুমারী।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইতা নংনা ইতা কৌববু করি কায়বগে অদুম কৌবিয়ু। মহারাজনা

দেবযানীদা হায়খিবগুমদি তৌখিবনি।

দাসি : অদুগা নিংথৌগী মিৎয়েং রাজকুমারীদদা অদুম লৈখিবনি। অদুগা রাজকুমারীগীদমক্তা খনখিবগী মওংসু মানখি। মহারানী ওইরিবী দেবযানীনা করি হেন্না ফজরদুনা। শাউনা শাউগাল্লিবা।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইতা অদুম্না হায়গনু দেবযানীনা তাখ্রবদি লোইরে।

দাসি : হোই হোই রাজকুমারী ই চৎচরগে। (চৎখিবা)

শর্ম্মিষ্ঠা : (মথন্ত ঙাংজে) নিংথৌনা ঐবু নুংশিবিব্রা য়েংঙশিরা?

## ১৬ শুবা তাঙ্কক

## শর্ম্মিষ্ঠাগী লৈকোল

(শর্ম্মিষ্ঠা মাগী লৈকোন্দা চৎন চৎন ইশৈ শকলি।)

হিংন হিংন হাৎপিরবা পুম্সিনি
ঐগী যৌবনসি কারি তৌনগনি
লোইরেদো পুম্সিসে শর্ম্মিষ্ঠা ঐগী
ঐগুম্না লাইবক থিবী কনা লৈরী
হিংন হিংন হাৎপিরবা পুম্সিনি।

লৈকোনগী লৈরাংশা নুংঙাইরিনিদকো
নখোইদি লৈকা ফন্ন শাৎপা ফংলিদো
ননিং থুংনা লৈনমসু ফোংজবা ঙমলিদো
লৈকাদা খোইমু তোংঙবসু থিংবিরোই
হিংন হিংন হাৎপিরবা পুম্সিনি।

শাৎচবা ঙমদ্রবা লৈরাংদো ঐনিকো
লৈনুংদা ফুল্লবা লৈরাং ওইরেদো
ঐগী যৌবনদি লৈনুংদা সুম লোইরেদো
খোইমু কনানসু থিবা ফংলরোইদো
হিংন হিংন হাৎপিরবা পুন্সিনি।

(ঈশৈ শক্ক শক্ক হিক হিক কপচরি) [শর্ম্মিষ্ঠা কপ্ন কপ্ন ঈশৈ শকপদু তারগা যযাতী মথক্তা হায়রি ও! ওহোকপনিদকো ফজখ্রবী সনাগী থম্বাল অমা কনা খঙহন্দনা মাংহনবা তারবরা? শর্ম্মিষ্ঠাগা দেবযানীগা য়েংনবদা শর্ম্মিষ্ঠাদি শরৎকী পুর্নিমা থানি। দেবযানীদি মপাগী মগুন্না চাউজবনি। মশকসু শর্ম্মিষ্ঠাগুম য়ৌন ফজবীসু নত্তে। শর্ম্মিষ্ঠাগী অৱাবসি ঐনা করম্না কোকহনবিশিগে? মানা কপ্পিবসে কপফম থোকই। শুক্রাচার্য গুরুগী অকনবা অথিংবসু লৈ। (ৱাখল তৌন তৌন শর্ম্মিষ্ঠানা লৈবা লৈকোললোমদা তপ্ন তপ্ন লাকই — শর্ম্মিষ্ঠাসু যযাতী নিংথৌনা লাকপা উরদুনা অপাবা শাড়ী অমা শেৎলগা মাগী যৌবনগী ফজরবা থবাক, পুক্কী খোইদৌ ফাওবা উহল্লগা লৈকোন ঈশিং চায়রি মথক্ত অনুতাপ তৌজরি) যযাতী তানবা হা বিধি নোংদম্বা ঐবু করিগী হৌজিক ফাওবা হিংহনবিরিবনো? ৱাকচিংগী উনলেন্দা থম্বীরবা থম্বালনা কয়াম কুইনা হিংখো হায়রিবা— নুমিৎকী মঙালদি উহল্লগা মঙালগী নুংঙাইবা মৈশাদি ফংহনবিদবা। নুমিৎতু উবা ফংজদ্রবসু ঐগী নুমিৎ লৈজদে খঞ্জরগা ইংলবা উলেন্দা থম্বালসে কংদুনা মাংজখ্রগে। অদুসু নত্তবা। নুমিৎপুসু উবা ফংহনবিবা মঙালসু ফংহনবিদবা ঐবু করম্বা পাপকী ফলনো? ননাইবু হিংবগী অধিকার ফংলিবরা অপঙবা জীবননিনা খাংবগী শক্তি লৈজদ্রে ননাইগী পুন্সি মায়াগী থৌরীনা পুন্দুনা অরানবা লম্বীদা পুশিনখিগদৌবে। ননাইবু অমুক্তা কনবিয়ু। ইমান্নবী দেবযানীগী মতম্পাক্তদি নুংশিরবা মচানিপা অমা পমহনবিখরে। মচাদা নুংশিনা অমৃত ইনবা ফংজরে। ঐদি নিংথৌগী মচা নুপী ওইজরবসু ফি মচেৎনা শাবী লাইফদিবী অমনা হেন্না লাইবক ফখরে। লাইফদিবীদি মশুং মমান্নবা অমগী ওইদা ফমজরগা বিবাহ তৌবিরী। য়োৎকা ওইগা ফম্মীন্নবা ফংজরি। ঐগীদি পুন্সিচুপ্পা নিপা হায়বা জাক্তুগা লুহোংবদি লায়রদনা ৱারী শানজবা, ফাওবা থিংজিনবিখরে। ঐনা কদায়দগী ইতম্পাক্তা ইচা পমদুনা নুংশিনা য়েংজবা ফংঙুবনি। প্রকৃতীনা তাইবংগী চৎনবী হকচাংগী কয়াৎসু শুনা পিবিরি। করিগী অপাম্বা নুংশিবসু ঐগী পম্মোইদা হাপ্পীরম্মী। অসিবু ঐনা নোংমখক ইচিন পেন্না, ভাংঔ, শকউবা, খুৎ পেন্না ফুরুবা অদু খক্তগীরা? হাৎলুবসু নত্তবা। মসিগী বিধিনা

পিরিবা দগিসি ওন্নদবরনে ? অসুন্না অসুক ঙৌন হিংহনবিগদৌ শরুকপুদি পুন্সি অসি লৌশিনবিরোগবা। লৈকোনসিদা হৌরিবা হৈরাং পুন্নমকময়োন চোংদুনা অনৌ অনৌবা মনা পাল্লকই মপাল শাৎলকই মহৈসু য়াল্লকই। ঐগীদি ইকোক্তা হৌবা শম ফাওবা লোইনা কেনবা হৌরক্নে। শর্মিষ্ঠা ঐঙোন্দগীদি লৈকোন্দা হৌরিবা তিংথৌ পান্বীসিনা শরুক চাম্না হেন্না ফখরে। মাদি অহিংগী লিক্লানা মথক্তা খিকপিরি। নুমিৎ থোরকএ নুংশাগী মঙাল ফজনা ফংজরি। অমরোমদা যযাতী শর্মিষ্ঠানা অনুতাপ তৌদুনা ঙাংবদু য়াম্না নুংশিনা তারি চিনিচম্প্রা মরুমদা তপ্ন তপ্ন চৎলম্বদগী শর্মিষ্ঠাগী মমাংদা লেপ্লরে।]

শর্মিষ্ঠা : মহারাজ ননাই শর্মিষ্ঠানা খুরুমজরি। কদোমদা লেংবিগদৌরিবনো ?

যযাতী : রাজকুমারী শর্মিষ্ঠা অৱাৎপা লৈতনা ফজবী ঐ নংগী ঈশৈ তাবদা নুংশিমনখ্রদনা ননাক্তা লাকঅবনি।

শর্মিষ্ঠা : মহারাজ ননাইগী ঈশৈ তাবিহৌবরা ? ওহ্লোক্রা ইকাইজরেদা— ননাইগী পুন্সিদি থন্না খেঞ্জোংগী মনাক্তা শাৎপা ফংজবী থম্বাল অদুদি নথচদ্রেদো।

যযাতী : অচুম্বনি, শর্মিষ্ঠা নংগী পুন্সি ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈহৌরগদবা নুংশিরবা ৱারী অমা ওইরগনি শোইদনা।

শর্মিষ্ঠা : ইরোন্নুংদা শাৎকায়রবা পুন্সিগী ঈরাল্লরবী স্বর হোনবা ফংজদ্রবী থম্বালদুগা ঐগা করি খেন্নরি। খোইমু কনানসু উবা ফংলরোইদবা, উরবসু চংজফম লৈত্রবা ঈশিংনা ইরেপ থুমখ্রবা থম্বালদু ঐহাক্লী। খোইমুগী মহুত্তা ঈশিংগী জীব কয়ানা মচেৎ মচেৎ শেক্তুনা চার ফাউবদা চেনফম লৈত্রবা ঐহাক্লা প্রকৃতীনা পিবিরকপা লৈনাসু, লৈরিকসু, লৈহীসু ইশা পুন্নমকসু ঈরোন্নুংদগী কৎচরি। মপু মাগী চরন্দা ।

যযাতী : শর্মিষ্ঠা ঐনা নংগী থম্মোইদা চাকলিবা মৈচাক ঐনা য়েংব ঙম্মক্তদুনা নংগী নুংশি থৌরিনা ঙক্তা পুনখিদুনা চিংঙকপদা ঙসি ননাক্তা থুংঙরবনি।

শর্মিষ্ঠা : মহারাজদা নিজরি। কৃপাগী থৌরীনা ননাইবু ঈরোন্নুংদগী অমুক্তং চিংখৎপিয়ু। দেবযানীবু গুহাদগী চিংখৎপিবগুম।

যযাতী : শর্মিষ্ঠা নংগী অৱাবা অমসুং তৌফম থোকত্রবা নথৌবুসু ঐনা উরি। নং দেবযানীদগী হেন্না ফজবী নিংথৌগীসু মচা ওইরিবিনী। অদুগা নংনা দেবযানীগী মখোঙ পাইদুনা সেবা তৌরি। অদুগী মথক্তা অয়াকপা

মীচৈসু নংনা ফংলি। অদুদসু নংনা নোংমতা রারৌবা উহন্দে, ফজবা ব্যবহারনা মাবু অদুম পেলহল্লি, মসিসু নংগী যাম্না চাউরবা গুন অমনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ননাইগী অরাবা অমসুং তৌফম থোকত্রবা থবক তৌরিবা অসি পুন্নমক উবিরিবা অসিখক ননাইগী লাইবক ফবনি, উন্নবসু তৌজরিবনি।

যযাতী ঃ মসি পুন্নমক উনা উনা ঐনা নংগী মতেং পাংবা ঙমদ্রি। মরমদি নংনা খঙলিবদু মঙাই, মাগী মপা শুক্রাচার্যনা শিংবনিনা ঐখোই অনিগী লাক্কদবা প্রেমগী থৌরি পুন্নমক মৈ থাদোক্লস্নগা চৎখ্রিবদুনি। ঐনা মতেং পাংলুরগা ইবান্নীমক অরাবা তাহনবা ঙম্বা শুক্রাচার্যনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (তপ্লপ্না) মহারাজ! দেবযানী কোনুংদা চংখরে মহারাজবু থিরকঅনি।

যযাতী ঃ (তপ্লপ্না) অদুদি শর্ম্মিষ্ঠা ঐ তাঞ্জা য়েংঙগা মরক মরক্তা লাকঅগে। (চৎনে চৎনে ঙাংই) ঐ হৌজিক শর্ম্মিষ্ঠাগী পামজবা, অমদি ঐঙোন্দা খোইদাজরিবা অসি মনিং থুংহন্নবা অচুম্বা লম্বী খর খর থাদোকপা তারে। শর্ম্মিষ্ঠাসু অপাম্বগী মৈচাক্লা অকিবা থাদোরক্লে।

## ১৭ শুবা তাঙ্কক

## সিন কোনুংলোমদা

দেবযানী ঃ ধাত্রী! ধাত্রী! ধাত্রী লৈতবরো? মহারাজনা কদায়দা?

ধাত্রী ঃ মহারানী করি তাকপিগদবা ননাই ঐ লাকচরে।

দেবযানী ঃ মহারাজদি কদোমদা লেঙখি।

ধাত্রী ঃ স্বাইদা লৈরমগনি।

দেবযানী ঃ মহারাজ থিরকউ; হন্দক্তী শর্ম্মিষ্ঠাদো য়াম্না মশা নানবা মকে শেম্বা হেনগৎলকইয়ে।

ধাত্রী ঃ ইবেম্মা! মাগুম্বীনা মশা নানজদনবু কৈদৌদোরিবা। মনাক্তা কনামতসু চংবা ঙমদ্রবা অদুদগী কনাগুম্বা অমদা রা অমতং হংজবগী শক্তিসু লৈজদ্রবী। ঐনা কুপ্ন য়েংদুনা লৈরিবনি। লৈ পাম্বী মথক্তা কংদুনা মাংজরগদবা লৈ, মানবু কৈদৌজরনেইগে।

দেবযানী ঃ হোই হোই ধাত্রী ! মাদি ইফ ফজনা মরাইবক থিবী হায়বদুদি ওইরবনি। ঐসু নুংদি নুংঙাইরকত্রে। অদুবু মানা তৌবনা মানা ফংবনি ঐখোইনা খল্লশি। অদুদা ঐখোইগী মহারাজসু শর্ম্মিষ্ঠাগী ৱাবিবা য়াওবিরুরবদি বেড়া লাক্কনি অদুনা ঐখোইনা চেকশিঞ্জহৌবনা ফগানি হায়বনি।

ধাত্রী ঃ মহারানী — মদুগীদমক্তী ঐনা কন্না শেন্নজরি চিংনবিগনু।

দেবযানী ঃ মাগী খাংপোকশং কাদু য়াম্না নাম্না উরে অদুগা মাগী মমাংগী লৈকোন্দুসু ফজনা নানবা উই। মদু হান্নদি নাপীনা লাকহল্লুনা লৈ পাম্বীশিংদু শিরুম নারুম তৌরুববনি। মা ৱাখল অমা লকপগী মমি তাইকো।

ধাত্রী ঃ চুম্না নানজবদি ফৈ, অদুগা কারল তুরল তৌরকঅবদি ধাত্রী ঐ লৈরিদনা মশম অফবকাদু শিং নাম্না ফোইদংকন্দবনি। ও ! মহারাজ লেংঙকএ।

দেবযানী ঃ মহারাজ কদোমদা লেংবিরুরে।

যযাতী ঃ লৈকোন্দা ঙহাক্তং পোম্বারুবনি রানীনা করি হায়নিংবা।

দেবযানী ঃ (নোকমি নোকমি) আঃ করিসু হায়নিংঙাই লৈজদে। য়ুমদা হেক হল্লকপগা অতে নিংশিংদে মহারাজদবু হেক্তা নিংশিংই। শানবা কালেন্দী নুংশাসে মহারাজবু উজরবদি মেরাগী থাবলগা চপ হেক মান্নজরি। মপুবোইবা নিংবসে ঐনা খব হেল্লবরা করিনো খঙদে।

শর্ম্মিষ্ঠাগী খাংপোকলোমদা —

[শর্ম্মিষ্ঠা (মথন্তা ঙাংজৈ) ওল্লোকপা লাইবকনিদা ঙহাক্তং নুংশি ৱারী শানবা হৌরকপদা ঐগী ওইবা য়াদবনিনা নমদুনা চিংথোকপিখ্রে। ঙসিদি ঐগী লাইবক খনকপদ্রা খল্লুরবনি। চাক্ল, চাক্ল লৈহৌরেদো। অশেংবা মপু লাকপদা মঙলম্বা মঙলান খুদক্তা মিকপ থোক্তুনা কনা লৈজদবা ঐগী তাইবংদা হেক লৈরম্মীদা। নিংজবা লৈকোনগী ময়াইদা আশাগী শৈয্যাদা নুংশি ৱারী শানজরম্বা লোইন কায়খিদা। অদুনু ঙসিদি ঐগী আশাগী ময়োল খজিক্তং খিনগৎচবা কংলগদরা খনজবা ফাওবদি ঙমজদে। থোকঅ থোকঅবা লাকঅনন্‌ মহারাজনসু চানবিগাদবগুম তৌই। ঐসু মহারাজদা ইচা অমতং পিবিয়ু হায়না ইকাই ইকি ৱাংমা লাল্লগে। প্রকৃতীনা শেম্বীরকপা অপাম নুংশি অসি ঐগী ইন্দ্রিসিনা খিংবা ঙম্মক্তরে। দেবযানীগী মপা শুক্রাচার্যনা উৎ ওলহল্লগে ওলহল্লসনু। ইস ! ধাত্রী অমুক লাকইবসিনা করিগী ওইরিগবা। মসিগী নুপীসিসু ফৎখিদ্রবনি।]

মমা মপা অনিমক ফজদবা অমতসু য়াওদে।

দেবযানী ঃ ফজবরা শর্ম্মিষ্ঠা ! মপা নিংথৌ মানবরা ঐ মানবরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অনিমক্কী শক্তম ইয়ান য়ান্ননা উই। নাতোনসিদি মহারানী মান্দ্রনে। (মখুৎনা অঙাংগী নাতোন পাইবা) অস ! মশকসিদি নুংশিবনা হেক ঙাওই হে ! মায়থোঙ সে থাজনি পুর্ণিমাগী।

ধাত্রী ঃ ঐখোই পুম্নমক্কী থৱাই হকচাংসে মানা লোইনা চিংশিনখরে। ঙহাক ঙহাক চথোক্লরুরবসু হক্লকপগা মাদনি থিনরিবা। অদুবু ইবেম্মা নংগীদি অসিগুম্বসে খল্লুদুনা কান্নদ্রেদো।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হোই ! ঐদি ইপা নিংথৌগী অমদি ইরৈবাক প্রজাগীগমক থৱাই হকচাং ইন্দ্রি লোইনা কথোকখ্রে অসিগুম্বদি কদাইদগী ফংগদগে ? অদুবু ইপা নিংথৌগী প্রজা পুম্নমক ঐগীসু ইচিন ইনাও পোকমিন্নবা ঙাক্তনি খঞ্জরদুনা হিংজরিবনি।

ধাত্রী ঃ হোই নংগী ৱাখনদু ফজে। নংগী দান অসিসু অচৌবা দান অমনি। পুম্নিগী য়ুম পাল্লরোই হায়বসি য়াম্না চাউবা ৱাফম অমনি।

দেবযানী ঃ ধাত্রী ! ৱারীদো পোখারসি। অদুগী সরুকপুদি নুংশিরবা ইশৈ অমদুম তানিংই শর্ম্মিষ্ঠা গী মখোন ফবনি শর্ম্মিষ্ঠা ! নুংশিরবা ইশৈ অমা তাসি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ফনি মহারানি ইশৈ থিখিগে অসুক নুংশিবশিংগীবু করিগী ইশৈ লৈতদগে ?

ইশৈঃ

ঐখোই পুমনমক্কী পুর্নিমা ওইরিবা,
ভারত পুম্বগী অমত্তা ঙাইরবা থাজও
নংনা ঙালহল্লুকো ভারত পুম্বসে,
ঐখোই পুম্নমক্কী পুর্নিমা ওইরিবা।

যুগ লিশিং লিশিং পুম্নিয়ুকো,
লক্ষ্মীনা ৱাত্তপাদবা পীরসনুকো,
নংনা নমাবু রাজ মতা ওইহল্লুকো,
ঐখোই পুম্নমক্কী পুর্নিমা ওইরিবা।

নহাক থক্তা ঐখোই পুম্বা নুংঙাইজগে,
প্রজা সাসন হৈবা ওইয়ুকো,
মীনুংশি চাউবা নিংথৌ ওইয়ুকো,
নমা ওইবী ঐখোইবুসু নুংশিবিয়ুকো,
ঐখোই পুন্নমক্কী পুর্নিমা ওইরিবা।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইশৈ লোইবগা হিক হিক কপ্লকই।

দেবযানী ঃ করি তৌরে শর্ম্মিষ্ঠা ? নংগী ইশৈ ওহোক্লা নুংশিখ্রে। সেঃ সেঃ ঐগী মুক্তা পরেং অসি লৌজরো (হুঞ্জিলকপা)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারানিনা চানবিদুনা পিবিরিবা মমল য়াম্লবা মুক্তা পরেংসে ঐগী ওইনদি থোইনা কানফম লৈজদে। মহারানীগী খুদোলপোৎনিনা লৌজদবদি তৌজরোই। অসুক ফজবা লিক অসে ঐনা কদায়দা চৎপদা শিকনি।

দেবযানী ঃ হোই ! হোই ! নংনা হায়বা চুম্মী রাজকুমারীনিনা লৈরমগনি। ঐদি ইচম চম্না নংগী ইশৈগী মরোল নুংশিবদুদা পেঞ্জদুনা পিরিবনি। নং অদুম থমজিল্লো— অদুগা নংনা কপ্লকইবদুনা কদায়দগীনো কপ্লীবদুনা।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ কদায়দগী পোক্লকইবা প্রেমনো খঙজদে মহারানী !

দেবযানী ঃ ফরে ! ফরে ! ঙসিদি নং পোত্থাজরুরো।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অদুদি মহারানী ঐ য়ৌজরগে (হিক হিক তৌরগা চৎখিবা)

ধাত্রী ঃ মহারানী ! ঙসি শর্ম্মিষ্ঠানা মরম ইচা চাদনা কপ্পিংলকইবদো করিগীনো?

দেবযানী ঃ মদু ঐখোইনা খন্নরোইশি। মানা তৌখিবা কু কম্মশিং অদুগী খল্লবদা মথম্মোইদা নুঙাইরক্তবা ওইরম্বা য়াই। অসিগুম্বগী মরমদা খক হংঙক্নু। মানা তৌজবা কম্মগী মতুং ইনজবনি।

## ১৮ শুবা তাঙ্কক

## শর্ম্মিষ্ঠাবু যযাতীনা চানবীবা

[শর্ম্মিষ্ঠা হান্না গুন্না অপাবা শাড়ী হুকচাং উগাদবা অমা শেৎলগা লৈকোন্দা চৎলি। (মতোমদা শোঞ্জরি) ঙসিদি মহারাজ লেংলক্লবদি শিরগ শি, প্রেম ভিক্ষা হেক্তা নিরগে। দেবযানীগী মচা অদু ফজখ্রেদা অদুগুম্বা ইচা অমতং ইচা ওইনা ফংজরবদি নুংঙাইনিদা— এঃ এঃ মহারাজ যযাতী লেংঙকলে। ঐ উবদা ঙাওনবা খরদি য়েংহনবা ফরে। দোষ লৈতে (ফোংনা) মহারাজ ননাইনা খুরুমজরি। ]

যযাতী : শর্ম্মিষ্ঠা নংগী লৈকোন্দগী শন্দোরকপা লৈ মনমসে ওস্লোক্লা নুংশিখ্রে। খাংফম খংদে, নংগী লৈদুগী পরেংনা থৌরী অমা ওইদুনা ঐগী ঙকশমদা হেক হেক পুল্লরি। লংনা লেংবা লৈপরেং ওইরবদি থদৎপা ঙম্বসু য়াবনি। লং য়াওদনা লেংবা পরেং সে থৎপা ঙমদেনে।

শর্ম্মিষ্ঠা : (হ্রাওজে) লং নত্তবা করম্বা পোৎশক্লা লেংবা লৈপরেং ওইরবনো মহারাজ ঐসু খঙজবা য়াগদরা ?

যযাতী : নংগী প্রেমগী থৌরিনা লেংবা, মীনসু উবা ফংদবা থৌরিনি। অদুবু খাংবা ঙমদদুনা তুমিন তুমিন খোঙ অসি সোমদা হেক্তা চৎখ্রিবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা : অদুদি মহারাজ মীনা উবা ফংদবা থৌরি কোঙ্গোই অদুনা ননাই ঐবুসু পুন্না হুকচিনবিরো— তৎলরোইদবা নুংশিগী কোঙ্গোই অদুনী ননাইনা পামজরিবা!

যযাতী : শর্ম্মিষ্ঠা নংবু উখিবা খুদক অদুমক্তদা ঐনা নংবু খোইদাব্রবনি। অদুনা ঐসু নংগা কোঙ্গোই অমত্তা পুল্লগা লৈনিংবনি। অথিংবা অমা লৈবসিনা ঙানা ৱা ঙাংনিংলবসু ঈশিংনা থিংলি।

শর্ম্মিষ্ঠা : অদুদি মহরাজ ননাই ঐ করিগুম্বা অমতা নিজগে মহারাজদি পুকচেল চাওবা পীনহৈবনিনা ভিক্ষা অসি হাপ্পীরম্মু। নিংথৌদি মিনাইশিংবু দান পিবিবনি, তোল্লবিবু ঙাকপিগনি। তাকচবনি খনবিগনু।

যযাতী : শর্ম্মিষ্ঠা! নংনা পাম্বা পোত্তু নিরকউ। ঐঙোন্দা লৈবা পোৎ ওইরবদি

ঐনা শোইদনা পিগনি। মসি ঐগী শকখ্রবা রাশরি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অদুদি নিজরগে ইক্তী ইকাইখ্রেদা ————

যযাতী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা ! ঐনা লাক্লিবসে কুইনা লৈবা য়াব নত্তে। নংনা খংলিবদু মঙাই।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অদুদি নিজরগে মহরাজ, দেবযানীগুম্না মমা ওই বা ফংজগে।

যযাতী ঃ ইসঃ শর্ম্মিষ্ঠা ! নংনা নিরিবা পোৎসিদি ঐনা পিবদা য়াম্না লুবা পোৎ ওইদা। মরমদি নং অমসুং দাসি ল্শিং অমা অসিদি দেবযানীগী অউনপোৎনি। ঐ মক্কী পোৎ ওইবদি নৎত্রিনে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অচুম্বনি মহারাজ — ঐখোই মী ওইজরবসু শা, শনগুম্বা অউনপোৎনি। ঐখোই লোইনমক দেবযানীগী মরম্নী অদুগা মহারাজদি দেবযানীগীসু মপুনি। মরম অসিনা দেবযানিসু ঐখোইসু মহারাজগীদি নরন্নি অমসুং ননাইঙাক্তনি। অদুনা মহরাজনা ঐকুসু দেবযানীগুম্না মহারানী হাপ্পীদ্রবসু শিজিন্ননিংবা মওংদা শিজিন্নবিবদি অকাইবা লৈরোই।

যযাতী ঃ নংনা হায়রিবদো শাস্ত্রগী নিয়ম মতুংইন্না চুমদে করম হায়গনি। অদুমকপু শুক্রাচার্যনা হায়রমবদু নংসু তারমগনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অদুবু মহারাজ— যৌবোন ওইরীবী কন্যা অমনা যৌবোন ওইবা পুরুষ অমগা ফাগী জুগাই তৌনবা অমসুং কনাগুম্বনা থরাই কন্নবগীদমক্তা ওইদবা ঙাংবা দোষ লৈতবনি হায়না শাস্ত্রনা লাওরি।

যযাতী ঃ উং নংনা হাযরিবা ৱারী অদু ঐনসু তাখ্রবনি। অদুগা নংগী যৌবোনগী অমৃত চেল্লবা হৈরাং অদুবুসু অরেম্বদা মাংহনগদৌরে হায়বদু ঐনা খংঙি । খর খল্লদব য়াদব অমা ঐগী থম্মোইদা লৈরি। অদুনা ঐ অমুক লাকচগে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অমুক্তা ঙাইর্বিখো— মহারাজ অসিমতা তাবিখো। প্রকৃতীনা শেম্বীরকপা অপাম নুংশিনা উরী ওইদুনা মনাক নকপা পামেল অমদা য়েৎনিংদুনা চংজরক্রবদা পামেল অদুনা য়েংহন্নিংদদুনা নাথৈদুনা চেনখ্রবদি উরী অদুগী মশাদা অহিং তুম্বা য়ারক্তবা অদুগী মথক্তা চানিং থক্লিংলক্তবা লায়না পোক্লকই। লায়না অদু খাঙমদবা পোৎলুম অমগী মমানি। মদু মহারাজনা খং বিরবদি [illegible] ফগনি। করিগুম্বা খঙবিদ্রগদি উরীদু কন্দুনা মাংশিবসু য়াই।

যযাতী ঃ ইস ! শর্ম্মিষ্ঠা — ঙাইখো নংগী ৱাফমদো তাবদা ৱারে। ঐগীসু থম্মোই পাল্লিবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ অদু ফাওবা পামেল অদুনা মীনুংশি খংদদুনা সুমক খংশিন্নদ্রবদি ইকাই খাংদগী তৌগদবসি, আত্মঘাত খক্তা ঙাইরকই।

যযাতী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা — অমুক্তা ঙাইখো। নংগী হায়হ্নেদবা পাপ পুগদবা ৱাদু পনখিনু মদুদি মীওইবনা তৌহ্নেদবা থবক্নি। ঐনা হায়বদি অসিনি নিংথৌনা প্রজাশিংগী অচুম অরানগী বিচারপতিনি। অদুগা ঐমক্না অরানবা থবক তৌরবদি প্রাজাশিংনা করি হায়গনি হায়বা খক্তনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজগী ৱাফম অদু ঐ নুংশিবা ৱাৎপগী ৱাফম ওইনা থোকই।

যযাতী ঃ নত্তে ! শর্ম্মিষ্ঠা নংবু নুংশিদে হায়বদি ঙমদে। নংগী নরাল লৈরম্মবসু নংনা দেবযানিদা তৌরিবা ব্যবহার অসিনা কোকপা য়ারবনি। ঐসু খঙই নুপী ওইবশিংনা নুংশিজরবা মমা মপাশিংগিদমক্তা মথৱাই কৎপদি পাক ঙমদে। অদুবু নুংশিজবা নিপা অমগীদমক্তদি ইরাই লাইনা মথৱাই কখোকপা ঙমই। ঐসু খংদবা নত্তে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজনা ননাইবু চানবিবা য়াই খন্দুনা প্রেমগী ভিক্ষাসি ইকাই ইকি ৱাংমা লাল্লকপনি। লাইবক থিবী ঐনা নুংশিবগী লংলাদা মিত্তগী তারকপা পীরাংনা কুন্দো ওইদুনা প্রকৃতীনা শেম্বীরকপা ৱাখলগী ইহৌরকফমগী য়েত্তুমসিনা মতম কয়াদগী লেংজরকপা কুন্দো পরেংসে হুকহ্নবীয়ু।

যযাতী ঃ (ইস ! ঐনা মসি ফাওবদা য়াদ্রবদি ঐদি ব্রহ্ম হাত্যগী পাপ শোইদনা পুরগনি। অসিগী মথক্তা ঐঙোন্দা নীরবা ভিক্ষাদি শোইদনা পিগনি হায়বগী ৱাশক অমসু লৈরিবনি। ঐ মাবু মনিং থুংহ্নবা তাই।)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজ করি ওইরবনো মরুম মুরুম শোনবিরিবদুবো ? দেবযানিবু নুংশিবিরকপরা নৎত্রগা করিগিনো ?

যযাতী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা — ঐনংগী প্রেমদা ঙাওবা তারে নংনা হায়রিবা অনিমক অমত্তা নত্তে। লাকও ননিং থুংনা নংগী প্রেমগী মালা হুক্করো ঐ য়ারে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ যযাতীগী মখোংদা কোল্লগা খুরুমজে— অদুদি হুকচরগে লৎনবীগনু হায়রগা কুন্দো পরেংহুকখ্রে। যযাতীসু হৱাওনা য়াবিখ্রে।

## ১৯ শুবা তাঙ্কক

## থা অহুম লোমগী মতুংদা কোনুংদা

(যযাতী মহারাজগা শর্ম্মিষ্ঠাগা লোন্ন লোন্ন মরক মরক্তা উনরে)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (তপ্প তপ্প) মশা ইঙম ঙমদনা হৈনিংদনা চংলকই।

দেবযানী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা ! নং করি হায়নিংই নশা ঙমদব্রা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হোই মহারানী ঐ হকচাং অসি ইহৈ হৈনিংদে ওনিং ওনিংদা তৌদুনা লৈরে। মতম খরদংদি পোখাজগে হায়জবা লাকপনি।

দেবযানী ঃ হোই ! হোই ! শর্ম্মিষ্ঠা নংগী কুচুশি ঈ ইথাং থাংদবগুম তৌই। নশা ঙমদ্রবদি পোখারুরো ঙম্বা কালদা হেক লাকউ মখোই অতৈসু লৈরিদনা চৎলো চৎলো পোখাজরুরো।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইস ! নুংঙাইজরেদা মহারানী মঙ্গল ওইবিয়ু অদুদি ঐ চৎচরে।

দেবযানী ঃ ধাত্রী ! শর্ম্মিষ্ঠাসি মসা ঙমদ্রে হায়রি। অদুবু মাগী মশা মঙমদসি মশা ব্বায়শঙদবগী মওংদৌনা কুচুকাসে ইনৌ নৌথোকপগুম তৌ—দ্র—নহে—।

ধাত্রী ঃ অদুম হায়নদি ওইরম্মোইদা নিপা অমক্তাসু কৌন— ঙাংনবসু উদে। মাগীদা চংবা ঙমগদবা নিপা অমক্তসু লৈতে।

(থা ৬—৭ কী মতুংদা শর্ম্মিষ্ঠা অঙাং উনবা)

শর্ম্মিষ্ঠা মথন্ত ঙাংজৈ ঐনা ওইরিবা মতাং অসি লৈবাক খঙনা বিবাহ তৌরগা গর্ভপুবা ওইরম্মবদি ময়াম চংদুনা নুংশিবিগদবা মতাংনি। অদুবু ঐগীদি অব্বাবা অসি মীনা উখিনি হায়বগী পাখৎচরি করম্না ইতেং পাংবিবা লাক্কনি হৌজিক কুম থা শুজিনলক্রবনিনা খাংফম খংদনা ব্বারে। ইচা অসি ফংজনবা ভিক্ষা পিরম্বা নিংথৌনসু ইতেং পাংবিবা ঙমজদে। তোল্লিদা ঐগী লাইবকসে। মহারাজনা খংবদি খঙবিরমগনি, নুপী ওইবগী শিবা য়াবা তাঙ্গানি। অব্বাবা ফংনবা ভিক্ষা নিজরুবনি। হো!

ইমা নচাদি ওহোক্লা ব্বারেদা নচানা ব্বারিবসি ইমা নংকুসু ঐনা খঙহনবা ঙমজদে । ফমুংদা থরো থরো ওল্লি। চৈনা খাংবা ঙম্মক্তদুনা খংলাও লাওরকই (ঙহাক লৈরগা অঙাং কপ্লগী মখোল তারকই) হয়ো ইমা ঐ শিরেদনা।

(যযাতীগী ব্বাখল)

কোনুং লোমদা যযাতী ইস ! ওহোকপা লাইবকনিদা শর্ম্মিষ্ঠাগী লাইবকসে মাবু মথন্ত করম্না অঙাং উনবা ঙম্মগদগে ? দেবযানীনা অঙাং পোক্রমদাইদদি ময়াম চংদুনা হোৎনখি। মাদি মমা লৈরবসু তাকচবা ঙম্মোই। ঐনা নিংথৌ ওইরবসু করিমতা পাংবা ঙমদেদা — হা ! গোবিন্দ নং নত্তনা শর্ম্মিষ্ঠাগী উপাই লৈত্রে। ঙসি ফাওবা ননাইনা করিগুম্বা অমতা নিজখিদ্রি, শর্ম্মিষ্ঠাগী অব্বাবা গোবিন্দ নংনা মতেং খর পাংবিয়ু ননাইনা চরন্দা খুরুমজরি। ঐনা লানখিবনি।

## ২০ শুবা তাঙ্কক

## শর্ম্মিষ্ঠাগী মচা কপ্লকপা

(শর্ম্মিষ্ঠা মথন্তা ঙাংজে) ইচানিপা অমা নিংথৌদা লোন্ন নিজবগী ফংবদি ফংজরে। অদুবু নুংশিবা ইচাসে মীনা উখিনি হায়বগী চিংনবদা ইচাসিনা অঙাংগী হৌনবী কপচরকপদা ইচাগী মচিন মেনশিল্লশিরা খল্লি। ইচাসি মীনা হঙঙরগা করি খুমগনি খনবদা লৈফম চাফম খংদেদকো (কপ্ল কপ্ল হারকই) ইমাগী ইবুঙো নিংথৌগী মচা নংবু ঐনা মীয়াম খঙদনা ফোংনা নুংশিজবা ঙমদেদকো মীগী মচা হুরাল্লগা থম্বগুম ইমানা নংবু ওহোক্লা কিনা মী খঙহন্নীংদনা নুংশিজৈদকো। ইমানা মীগী মপুরোইবা ব্বাইরগা নংবু পোকচবগী ওহোক্লা তোন্না হিংঙেদকো। মীয়াম খঙনা বিবাহ তৌরগা পোকপা ইচা ওইরম্ববদি নপু নবেন্না মুন্না মুন্না চুপ্লগদবনি। হুরাওজবদা ঈথক্লা জগোয় শাবগুম চোংগদবদো উহন্দ্রেদো, খঙহন্দ্রেদো, ওক্তবীগী মচা ওইরেদো। অশেংবা মপা ফাওবনা ফোংনা য়েংজবগী শক্তি লৈখিদ্রে। (হিক হিক কপ্পা) ইমান্নবী কয়ানা, নপু নবেনগী মন্ত্রীনচিংবা কয়ানা নংগী স্বস্তী পুজাদা সনাগা লুপাগনা নরেপ থুম্না হৈথগদবদো। ইচাদি মীনা উবা ফন্দনবা লোৎপদা লৈরোন্দা ফুমদুনা থম্বীরে। কন্নানসু নিংথৌগী মচানি হায়বিররোই। ইমা ইচাগী লাইবক করম্বা মতমদা ফরক্কদগে ইমা

খঙদ্রে, ইস ! ধাত্রী লাকএ, (মপী তৈখোকই) অঙাং উখ্রবদি কমদৌনি, করি খুনগনি। (অঙাং ইমুংদা শৎ পুশিল্লগা লোৎপা) থোরকঅগা ধাত্রী নং অসিদা লাকইবরা করি হায়রকই মহারানীনা ?

ধাত্রী : করিসু হায়দেদা নং নশা ঙমদে হায়রম্লগা চংখিবদো থা ৮/৯ হেল্লম্মনি। লাকমল্লকত্রবদুদা নংবু কয়াম কন্না নাখ্রবগে হায়দুনা লাকপনি।

শর্ম্মিষ্ঠা : হোই ! ঐসে হকচাং ইনুং নুংঙাইতে, অদু ঙহাক ফম্মীন্নবা য়াবনি। অদুবু ঐ তুরেলদা ফি খিত্তা শুরুখিগে কোন্না অমুক উন্নরশি। (তাল্লক অদুদা ইমুংদগী অঙাং কপ্লকপা)

ধাত্রী : হৈমা শর্ম্মিষ্ঠা কনাগী অঙাং অনৌবনো অমা নংগী ইমুংদা কপ্লরিবসে।

শর্ম্মিষ্ঠা : ঙহাক তুমিন্না লেপ্লি, করি হায়শিগে খল্লি লোত্তুনা কান্নররোই খল্লগা তপ্পা হায়রকই, ঐগী অঙাংনি।

ধাত্রী : (ইঙক ঙক্ল) ইনংগী অঙাংনি হায়বা নংদি নয়ুমসু পান্দনা —

শর্ম্মিষ্ঠা : পোকএ, ঐসু নুপীনিদনা —

ধাত্রী : ফরে, ফরে নংগী অঙাং ওইরবদি ফরে। অদুবু শর্ম্মিষ্ঠা ঐঙোন্দদি থুপকনু নংনা নয়ুম পাল্লিবসি কনানো। অঙাং অসিগী মপাদু কনানো— হায়য়ু লোৎকনু। ঐবু চিংনগনু। ঐসু নংবু নুংশিরিবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা : ধাত্রী নংনা ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু ঐ অশেংবদু হায়জরগে।

ধাত্রী : হায়য়ুনে হায়য়ুনে ঐনা কনাদসু হায়দোক্কদৌ লৈতে।

শর্ম্মিষ্ঠা : (ইংনা তপ্প হায়রকই) মহাক অদু তেজ ব্রীজ য়ান্না কনব মহাঋষি অমনি। মাগী মগুন্না কনমনখিবনা ঐনা মাগী মমিং ফাওবা হংজবা ঙমখিদে। মা উবদা ঐ মফম খঙদনা লেকথখি। মতম অদুদা মানা ইচাসি পিরম্বনি।

ধাত্রী : নংগী বাতাশিদি ঐখোইদি কিন্দুম কিজরক্লে। অদুদা নংনা থম্মোই পিখ্রবা, ফরে, অসুক ফজবা অঙাং অমা ফংলগা স্বস্তী ফাওবা শোন্দ্রবরা ?

শর্ম্মিষ্ঠা : কদায়দগী স্বস্তী পূজা মনিং থুংনা কপচবা, নোকচবা ফাওবা ফংজদ্রবা শ্বর ফাওবা কন্ন হোলহন্দ্রবা মরাইবক থিরবা অঙাংনি। বিবাহ তৌবা থিংজিনবিরবী ঐনা ইচা পোকচবসিদি সিদগী হেন্না অরাবা অমা লৈরম্মরোই, মমা ওইরবনিনা ইচাবু নুংশিদবসু ঙমজদেদো।

ধাত্রী : হোইনে শর্ম্মিষ্ঠা নংগী লাইৱক অসিসু ওহোক্লা ফৎখিদ্রে। নুপী ওইবী ঐখোইনা ইচা ফংজনিংবদি হৌনশানিদো। দেবযানী মহারানীসু মীগী ময়ুম পাঞ্জগদববু থিংজিনবিবদি হকমল্লা ফৎখিদ্রে। অঙাং অসিদি যযাতী মহারাজগা ওহোক্লা মান্নখ্রে। তো তো নাতোন কাসে মান্দ্রনে।

শর্ম্মিষ্ঠা : মানবরা ? খংদেদা ধাত্রী ঐসে স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল মরোল অহুম্মক্তা লোৎফম লৈতে। আত্মাঘাত তৌরবসু শুক্রাচার্য ঋষিনা ইপা নিংথৌ বৃষপর্ব্ববু হন্দোক্তুনা চৎখিদৌরি। মানা চৎপ্রবদি দেবতাশিংনা ইপাবু অমদি অশুর জাতীবু হাৎপিগদৌরি। কনবিনবা কনাসু লৈরবোই। অসিনা শিবসু ঙমদে।

ধাত্রী : ও! নংনা অসুক য়াম্না বানা থাংলিবসিদি য়াম্না চাউবা মরম অমা লৈবনা ওইরে। অদুদি নংগী পুন্সিসিদি নবৈবাকনজাতীগীদমক্তা নোবোক্কী মৈরক্তা খাংঙবনিনে।

শর্ম্মিষ্ঠা : মান্নি ধাত্রী! অশিবদগী হেল্লা বাবা দণ্ডি ঐনা ফংলি। ঐ খক্তা নক্তনা ঐগী দাসি ওইজবী লিশিং অমসিসু অবাবসি ফংলিবনি। ঐগী ইরান্দা।

ধাত্রী : ময়াম অসিগী পাপ্তী দেবযানী মহারানীনা নোংমদি শোইদনা ফংলখিগনি মানা ঙম্মী হায়দুনবু অসুক য়াম্বা লৈশাবীশিং অসিবু ময়ুম পালহন্দব হৌনবরা য়াম্না তৌহৈদবা থবকনি। ঐ চৎলগে অমুক থিরমগনি নং করিমতা চিংনগনু ঐনা ফনবা শিল্লকে। (ধাত্রি চৎখিবা)

শর্ম্মিষ্ঠা : ধাত্রি নংনা ঐবু অমুক্তা কনবিয়ুকো ঐ থিন্দোকঅরোই। ধাত্রি চৎন চৎনা খল্লি শর্ম্মিষ্ঠাবুসু নুংশিরি। অসিগী বাফমসিবু হায়দোকহৌশিরা হায়দোক ওইশিরা? হায়দোকঅসু হায়দোকত্রবসু খঙগদৌদি লৈরে। ঐ হন্দক্তী দেবযানীনা ইশমদি শোইদনা ফোইরগনি চেনফম লৈতে। ঐনা চেনগদবসি কদোমদনো?

শর্ম্মিষ্ঠা মথন্তা শোঙবা দেবযানী শোইদনা লাকঅনি ঐ করি খুমশিগে ঐনা মাগী মিনাই ওইবসিদি মী খ্বাইগী মিনাই মীওইগা সুকমান মান্নদে। নিংথৌ খনবা নুপী নুপা অসুকয়াম্না লৈরিবসি নিপানা মাগী নুপীগা উনজনবা নুমিদাং ময়ুম হলহল্লি। নুপীসু মপুরোইবগা ঙহাক পোখামিন্ননবা থাদোকপি। মদুন্দা নুপীসু নিপাসু অনৌ অনৌবা পাঙ্গল ফংনজদুনা পোখাবা ফংনজে। মচা মশু পোকপা তারবসু নিংথৌদা

ইচা পোকএ শেল থুম মতেং পাংবিয়ু হায়জবা ঙম্মী। নিংথৌনসু নুংশিবিদুনা মতেং পাংবিরী। নিংথৌ মহারানী তিন্নজবগী মীয়াম্না ব্যবহার ফজনা তৌবিরী ঐগী মিনাই মওইসিদি জগাত্তা লৈরম্মরোই। মী অমত্তা ৱারী শানবসু ফংহন্দে । ঐগী ইচা পোকলগা মহারানী উখিনি খনবদা খর ফুপ্লি। এ! এ ! দেবযানী ফেং ফেং চোংদুনা লাকলে। কমদৌশিগে?

দেবযানী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা নংবু অঙাং অমা পোকএ হায়রিবসিবু করিনোনহে কদায়দগী অঙাংনোনে, নংগী ওইরম্মোইদা অঙাংদো।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারানী অচুম্বনি, ঐনা পোকচবনি।

দেবযানী ঃ হৈমা অওইবোইনা হায়রেনহে। ঐদি ওইথোক্তবা ৱা ঙাংই হায়দুনা ধাত্রিবু তপ তানখৈ ফুরুরে। মশমকা লোইনা ফোইরুরে। কদায় কদায় পুরকউ য়েংঙশি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (ইমুংদগী অঙাং পুথোকচরকই) মহারানী অসিনী য়েংবিয়ু মহারানীগী অঙাংদুনা য়াম্না হেন্না ফজবনি।

দেবযানী ঃ হৈ! অসিদি মগুন য়াম্না লৈনহে। অঙাংশি অচম্বা মান্দে। অদুবু নশর্ম্মিষ্ঠা অঙাং পোকপা হায়বসিদি নপুরোইবা অমা লৈতনদি ওইবা য়াবা নত্তেদো। নংগী নপুরোইবসি কনানো? হায়য়ু চিংনগনু।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারানী ঐগী অঙাংগী মপাগী মরমদা ধাত্রিদা লোইনা হায়জখ্রবনি। ধাত্রিনা হায়দ্রিবরনে?

দেবযানী ঃ নংনা ধাত্রিদা হায়রবসু অমুকা তাখিশি। ঐ মানা ঙাংবদো থাজদদনা নিংথিনা তারকত্রে। ঐনা নংগী নয়ুম পানবদা থিংলরোই। চিংনবা লৈতনা হায়য়ু।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারানী ঐনা ঋতু স্নান তৌরগা তুরেন্দগী কারকপদা তেজ কল্লবা অদুগা মৈরীগুম ঙাল্লবা তপসী, মহাঋষী অমা লৈকোনসিদা লৈরম্মী। মহাক্কী ব্রহ্ম ব্রিজ তেজদু বিষ্ণু ভগবানগুম্মী য়েংবদা পুক্লিং হুনা ফজৈ। মতম অদুদা ননাই ঐসু য়ুমপানবা য়াদবা অথিংবা লৈ হায়বা কাউথোকখি। অদুগুম্না ঐনা ফাথবা ঙমদবা মতাং অদুদা মহাক্না ঐগী গর্ভদা দান অমা পিবিরম্মী। অদুদা ফংজখিবা ইচানি।

দেবযানী ঃ (নোক্লা নোক্লা) ওঃ মহাঋষি তপসী অদুদি নংগী ইন্দ্রি কনামক্তনা উদ্রিবা থম্বাল লৈনাদগী হেন্না থোৎলবসিদা মহাক্না দান অদু পিরম্মবনিনে। তপসী অদুসু মরাইবক ফৈদা অদুদি নংদি মাগী লৈফম অমসুং মমিং করিমতা হংহৌদ্রবরা ?

শর্মিষ্ঠা ঃ মহারানী মদু হংজবগী থৌনা ফাওবা লৈখিদে। মরমদি তপসী অদুগী মগুন্না হেনমনখিবনা মঙোন্দা মায় অসি ওনশিনবা ফাওবা হেক ঙমখিদে। ঐ মাগী মমাঙদা পুমপঙ পঙথখি লাঙ্গীগী শক্তিনি।

দেবযানী ঃ ফরে, ফরে, ইতা নংনা অপাম্বা অমদা নয়ুম পানবদা ঐগী অথিংবা থাদোকপিরবনি ঐ অমুক চৎলগে।

শর্মিষ্ঠা ঃ (খ্বর শাংনা হোন্দোকপা) তস ! অসিগুম্বা মতাংদা ওইদবা ভাংবা দোষ লৈতে। মসি ঐঙোন্দা মানা শাস্তী পিবদা খল্লবা ৱাৎপগী দোষনি। মীবু মপুন্সি চুপ্পা য়ুমপানবা য়ারোইহায়না শাস্তী পিবা হৌনবরা ? ইচাগী মথ্বাই কন্নবা ওইদবা ভাংবগী দোষ লৈরবসু ফংজরগে। জীব অমা কন্নবগী মহৈদুম ফংই হায়বসু লৈ।

## ২১ শুবা তাঙ্কক

## শুক্রাচার্যগী আশ্রমদা ঘুর্নিকা

ঘুর্নিকা ঃ গুরুদেব ! ননাই ঐবু করিগুম্বা অমতা হায়জগে।

শুক্রাচার্য ঃ হায়য়ু ঘুর্নিকা। ঐনা কিজবা ইচানুপী দেবযানীদি উচিন্না বিবাহ তৌগ্রে। হৌজিক ঐনা কিবা নং অমা লৈহৌরি নংগীসু হায়রো লোইশিন্নগে।

ঘুর্নিকা ঃ হায়জগে। মমাঙঙৈ চিত্ররথ বন্দা ঐনা দেবযানীবু মহারানী ওইয়ু হায়না ফাগী তৌবদি অওইবা মহারানী ওইখ্রে।

শুক্রাচার্য ঃ হোইনে, ওইখ্রে। অদু কৈদৌশি হায়বা।

ঘুর্নিকা ঃ মানা হায়বা ৱা অমদি ওইদ্রি।

শুক্রাচার্য ঃ মানা করি হায়রম্মীবা হায়রোদনা তারশি।

ঘুর্নিকা ঃ আঃ মানা ঐগী ইচানুপীনা মহারানী ওইয়ু হায়রম্বনি। মাদি অচম্বী নুপীসু নত্তে গুরুদেবগী মচানি অশেংবা ব্রাম্মন্নী।

শুক্রাচার্য ঃ (নোকই) ইয়া ! অঙাওবীসিদি ওহোক্রা মঙাও থিদা নংবু নয়ুম পাল্লবরো, নপুরোইববু লৈজরবরো ?

ঘুর্নিকা ঃ অসঃ গুরুদেব ইপুরোইববু লৈজরবদি করিগী য়াজরনি।

শুক্রাচার্য ঃ হা ! হা ! নোকই অঙাওবীসিদি নপুরোইবসু লৈত্রিবা অদুগা নচানুপীনা মহারানী ওইহন্নিংইবা। নপুরোইবা লৈত্রিঙৈদা নচানুপীগী নিপা থিবা হৌরবা অদুসু অচম্বা নত্তবা নিংথৌ ওইরবা।

ঘুর্নিকা ঃ অদু-অদা ঐ করিমতা খঙজদে। গুরুদেবনা পিবা বরদি লেম্না খক মখদে হায়নৈ। ঐগী ইচানুপীনা মহারানী ওইহনবিদবা য়াদে। অদবু পিবা ঙমদ্রবদি শুক্রাচার্য গুরু হায়না ফাওরিবসি ঐঙোন্দদি করিসু কান্নদ্রে।

শুক্রাচার্য ঃ ইহে ! অঙাওবীসিদি লৈবাক্তা তাদ্রিবা লৈ মরূ কদায়দগী হৌগদগে। হৌদ্রিঙৈদা কদায়দগী লৈশাৎ তমগদগে ? মদুগী বরদুদি মহাদেবগুম্বা অঙাওবা লাইনা পীগদবনি।

ঘুর্নিকা ঃ এ ! অদুদি গুরুদেবগা ঐগা করিসু খেন্নদ্রেনে। ব্রাহ্মনগী হৌনবী করিগুম্বা অমতং পীয়ু হায়রগনা মীঙোন্দগী লৌরুচো মহায়বা, থবক শিজিন্নরমদাইদনা গাধাগুম শিজিন্ননিংবা। অদুদি ঐ ঙসিদগী গুরুগী লৈ থিবা চৎলরোই, ব্রাহ্মনগী মীনাই ওইবা তোকচরে মহাদেবগী মনাক্তা চৎলে। জয়রামজী বিদায়। গুরুদেব ননাই চৎচরে। (চৎন চৎনা ঙাংই।)

শুক্রাচার্য ঃ হায় অঙাওবী ঙাইগোনহে নংবো। রা হায়বা লোইদ্রিনে (হো ঘুর্নিকা, ঘুর্নিকা কৌই) ইহে চৎখ্রেনে।

ঘুর্নিকা ঃ চৎনা চৎনা হো চৎচরে ব্রাহ্মন অহল ! পীরমদাইদনা পোত্তী য়াওদনা চিন খক্তা আশির্ব্বাদনি বরনি হায়জিল্লগা করিসু য়াওদনা কোক্তা হেক নালশিন্নরগা তোকপা খঙজরে খঙজরে ব্রাহ্মনগী চৎনবীদো। (হায়রগা অদুম চৎখ্রে।)

(মহাদেবগী মন্দিরদা পরপ পরপ চংঙকই। মহাদেবনা পাম্বা হৈংখাগোক মনা পানবা মইহেত্তমসু য়াওই। শঙ্গোইদাক মপাল অঙৌবসু য়াওই অদুগা লৈহাও মচিংবা লৈ খরগা য়েন্দায় থন্না হাপ্লগা মহাদেবদা চহিকয়া তপস্যা তৌখি।)

মহাদেব ঃ মনাই ঘুর্নিকা অঙাওবীনা মমিত্তা মপী তানা তপস্যা তৌরকপদা (মহাদেবনা থৌজালবিরদুনা স্বয়ং অর্ভীভুত ওইনা চোংথোরক্লে। অদুগা হায়রকই) ঐ নংগী তপস্যাদা পেক্লে। (হায়রো নংগী অপাম্বা)

ঘুর্নিকা ঃ হে ভোলেনাঠ শিব শঙ্কর ননাইগী ইচানুপীনা মহারানী অমুক্তা ওইহনবীয়ু হায়না খুরম্মী।

মহাদেব ঃ ইবেম্মা ঘুর্নিকা! ঐ নংগী বর পীরগে নংগী নচানুপীদি চহি কয়াদি শুজরে মপুং মরৈ ফারব্রা?

ঘুর্নিকা ঃ চমকার হে প্রভু! প্রভুদি ননাইবু চানবিদুনা স্বয়ং লেংথোরক্লে। ননাইগী হায়জনিংবা হায়জখিগে।

মহাদেব ঃ হায়য়ু হায়য়ু ইবেম্মা নংদি লৌথুপ লৌকোই লৈজদবীনি। চিংনদনা হায়য়ু।

ঘুর্নিকা ঃ হে প্রভু! ননাইগী ইচানুপী মপুঙ মরৈ ফাবদি লায়রদনা পোকপফাও পোকচদ্রি।

মহাদেব ঃ (নোক্রকই) করি হায়বা অঙাওবী! নচানুপী পোকত্রীবা নংদি ঐঙোন্দগী হেন্না গঙ্গা থক্রবরা? নপুরোইবদি মমিং করি কৌই। কনানো?

ঘুর্নিকা ঃ (ইশিশিনা নোকই) অস! প্রভুদি লাইনি হায়রগা করিসু খঙদ্রিনা। ও! ঐবু লুহোংবীনবা নিপা লৈজদ্রিয়ে। অদু ফাওবা সুম তাকখিগদ্রা ?

মহাদেব ঃ (শিথ শিথ নোকই) ব্রাহ! ঐগী জ্ঞান পরিক্ষা তৌবা নংনা লাকঅবা! নংগী বর খুৎনিশিদি ইপা পেক্লেহে। অদুবু ইবেম্মা! নং লুহোংদ্রবদি নিপাদি কদায়দগী ফংগনি। নিপা য়াওদনা নচাদি কদায়দগী লাক্কনি। নচাসু লৈত্রিঙৈ দা ঐনা নচানুপীবু মহারানী ওইনবা বর করম্মা পীগনি।

ঘুর্নিকা ঃ এ! অদুদি প্রভুদি লাই ওইরমদ্রেদনা। ননাইনা লাই ওইরবোই নিংদুনা পুজা কৎচগে খল্লুরিবসিদি অরেম্বা তারে অদুদি ইচানুপীনা মহারানী ওইহনবা ঙমগদবা লাই অমদা কৎচরুরগে। (হৈ লৈ পুম্নমক খোমজিনব্রে)

মহাদেব ঃ হায় ঙাইখোনে! অঙাওবী নংবো! নংগী মঙাওসিদি ঐঙোন্দগী ফন য়াম্না হেক্লিহে। পুজাগী পোৎলম পুখ্রে হায়দুনা বর পীহৌদ্রবদি ঐবু অচারম য়াম্না পাম্বা লাইনি হায়নখিবা তারেনে।

ঘুর্নিকা ঃ হে ! প্রভু পুজা তৌদ্রবসু বর পীবিখিগদ্রা ? পুজা তৌদ্রবনিনা অফবা বরদি কদায়দগী ফংঙগদগে ! বরকা অমতা প.মজদ্রে ।

মহাদেব ঃ অদুবু ঙাইখোনে অদুক হাক্কা ফিংখিনু । নচা নুপীদু ফংনবা তাকপিখিগেনে ।

ঘুর্নিকা ঃ হা ! প্রভু ইচানুপী ফংনবা করি তাকপিগদবা ?

মহাদেব ঃ দান য়াম্না পীগনবা শিবি কৌবা নিংথৌদা নচানুপী অমতা ফংজগে নিরুচো ঐনা হা... পনি হায়য়ু ।

ঘুর্নিকা ঃ ধন্যবাদ প্রভু ।

মহাদেব ঃ নচানুপীবু ফংলবদি মহারানীদি শোইদনা ওইহনবিগে ।

ঘুর্নিকা ঃ প্রভু প্রভুগী য়াথঙ মতুং ইন্না ননাই শিবি নিংথৌ থিবা চংচরে । শিবি নিংথৌদি য়াম্না ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনি যযাতীগুম্বনি হায়না তাই ।

## ২২ শুবা তাঙ্কক

## শিবি নিংথৌগী কোনুং

ঘুর্নিকা ঃ মথন্তা কিরূপ কিরূপ য়েংদুনা চংলকই । ইস ! মগুন লৈদা শিবি নিংথৌ ।

ঘুর্নিকা ঃ মহারাজ ননাই ঐ মহারাজদা করিগুম্বা অমত্তং নিজবা লাকচরি (হায়রগা খুরুম্বা)

শিবি ঃ হায়য়ু হায়য়ু নুপীমচা নংনা পাম্বা করিনো ? ঐনা শোইদনা পীগনি ।

ঘুর্নিকা ঃ অদুদি মহারাজ বাশকপীয়ু ।

শিবি ঃ ইসঃ নুপীমচা ! বাশকউরা ফরে ফরে সত্য— শোইদনা নংনা অপাম্বা করিনো হায়য়ু ঐনা পীগনি হায়খ্রবা পোৎ পীখিদবা য়াওখিদ্রি ঐদি সত্যবাদিনি ।

ঘুর্নিকা ঃ ননাই ঐগী ইচা নুপীনা মহারানী ওইহনবীয়ু ।

শিবি ঃ নচা নুপীদি য়াওরকপ্রা মশক অমুক্তা য়েংগে ।

## ২৩ শুবা তাঙ্কক

## দবযানীগা যযাতীগা হকচিক লাওবা থোরকপা

দেবযানী : মহারাজ ঙসিদি লৈকোল লোমদা হকচিক লাওবা কোইরুশি মমাংঙৈগী চিত্ররথ বন অদু মাললিবরা য়েংউশি।

যযাতী : ওঃ মমাংঙৈগী নংনা গুহ্য মনুংদা তাদুনা লৈরম্বদো চিত্ররথ বন্দনিকো। চহি তরামুক্তী মমাং ওইরনিকো।

দেবযানী : ঐগীদমক্তদি চিত্ররথ বন অসিদি পুন্সিগী কাউবা ঙম্মরোইদবা নুংশিরবা যজবা মনী।

যযাতী : মতম অদুদা মহারানী নংনা গুহ্য অমনবদুগী মনুংদা লৈরম্মীবদো মতৌ করম্না লৈরম্মীবনো ?

দেবযানী : মহারাজ ! মদুগী বারীদু তাবিখিদ্রিবরো ?

যযাতী : মদু মহারানি নংনা শর্ম্মিষ্ঠাগা খংনখিবগী বারী হায়ফেং তাখি। মুন্না তাবদি যংখিদ্রি।

দেবযানী : নোক্লিশ্রবা বানিদা ! শাউনদবা য়াবা করিসু লৈতবা মরম্নীদা— ঐখোই জলকেলি শান্নবা লোইরগা মাগী মাগী শাড়ী শেংনরকপদা শর্ম্মিষ্ঠানা নিংথৌগী মচানুপীনি হায়বগী মতাগুম ঐগী শাড়ীদু হেক্তো শেচিন খিবনি। অদুগা থওই উসিত্তনা ঙাংলকপনি।

যযাতী : শর্ম্মিষ্ঠা মাদি করিগী মহারানীগী শাড়ীদি সেংলিবা ?

দেবযানী : মাসু খংনা তৌববুদি ওইরম্মোই। মাগী শাড়ীগা ঐগী শাড়ীগা সি ঐখোইগী বাবাজীদা কনাগুম্বা নিংথৌ অমনা কংলকপা অদুদা ঐখোই বাবাজীনা শর্ম্মিষ্ঠাদা তমা পিবা অমনা ঐনা শেংহৌবনি। শাড়ী অনিশি চপ মান্নে।

যযাতী : অদুবু মাগী মাগী ফি থম্ফম তোঙান তোঙান থম্নহৈদ্রবরো ?

দেবযানী : ফি থম্ফমদি ঐদি তোঙান্না থমজবনি। অশুরশিংগা ফি তিন্নবা ঐদি

কয়া পামদবনি। অদুবু অঙাওবা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা মখোয়গী শাড়িশিংদু হমদোকখিদুনা মফম মরাং খংহনখিদবা অদুদগী ঐগী শাড়ীদু মাগীনি খন্দুনা শেৎখিবা অদুদগী ঐসু নংনা করিগী ঐগী শাড়ী শেৎলি হায়রুবা মানসু ঐনা শেৎলে নং কৈদৌগেগে হেক খুমদোরকপা অদুদগী চাউরবা ৱাথোক অমা ওইখিবনি।

যযাতী : ও! শাড়ী ওন্নকগী ৱারৌনরকপা ওইরে।

দেবযানী : অদুদগী ঐসু ৱরা থিনা হায়রুরে। আশুর নখোইগুম্বনা ঐগী শাড়ী করিগী শেৎলিবা। মা-নসু নংদি ঐগী মিনাইনি অদুগা নংগী নপা হুন্নুবা শুক্রাচার্যদুসু ইপাগী মিনাইনি হেক হায়রকপা ইবান্নিমক হায়নিংবা ৱা অমতা অখাকপা লৈতনা ঙাংনরকপদগী খুৎ য়াওনরকখিবনি। অদুদদি মাগী মনাই ময়ামদুগা ঐ ইখক্তগা ফুনরকপা অদুদা মখোই ময়াম চংদুনা মখোঙনা কাউবা ফুবা তৌরগা গুহা অদুদা থাদবিবনি।

যযাতী : ও! অদুনা ওইরে রানীনা অপাবা শাড়ী অমগা গুহা মনুংদা য়াম্না পুক্লিং নুংসিনা লৈরম্মীবদো।

দেবযানী : মদুমক্তনি অদুনা ঘুর্নিকা লাকঅগা শাড়ী অমা আশ্রমদগী অমুক লৌহক্সুরগা শেৎলিদনা, নুমিৎ অদুদা শাউমনখিদুনা মাগা মাগীদাসি লিশিং অমাশিগা ঐগী মিনাই ওইহল্লবা হায়নখিবনি। হৌজিক্কী ৱাখলসি ওইরম্ববদি অদুক কন্নসু শাউরম্মোইদবনি।

যযাতী : অদুবু করিগুম্বা শর্মিষ্ঠানা গুহাদা থাদরমদ্রবদি মহারানীগা ঐগদি থেংনরম্মোই। মদুদা ঐনা নংগী শক্তম্বু কাউবা ঙমখিদবনি।

দেবযানী : অওইবনি ঐবু গুহাদগী চিংখৎপিবদা ঐগী পুক্সিগী লোইনবসু ফংজখিবনি। নুমিৎ অদুদা ঐনা ইকাইখিবসি হায়নিংঙাই লৈতবনি। থবাইদি শিনিংদবনিনা ইকাই ইকাই ঐগী খুৎ থাঙ্গথখি। ইকাইবা মরক অদুদা নুংশিকগী অমসুং হরাওজবগী ইপোমসু হৌরকখিদবা নত্তে।

যযাতী : মদুগী ইকাই নুংশিগী পাওজেল অদুনা ঐগী থবাই ফাজিনখিবনি।

দেবযানী : মহারাজ! হৌখ্রবা ৱারী নিংশিংনরগা অমুক হক্লকউ য়ারৱোইদবা যৌবনগী নুংশিখ্রবা নুংঙাইবদু নিংশিংনরগা থম্মোই অসি ইনৌ নৌইকো। অদুনা চিত্ররথ বন অসিদি পুক্সিগী কাউবা ঙল্লরোইদবা নুংশিখ্রবা মফমনি।

যযাতী ঃ চিত্ররথ বন খক্তনা নংগা ঐগা থুংনহন্নখিবনি হায়গদ্রনে।

দেবযানী ঃ চিত্ররথ বন ভাক্তনা ঐনা মহারাজবু ফংখিবদি নত্তে। ঐগী ইপা ইবুংঙো শুক্রাচার্যনা মহারাজবু ফাবিরগা ঐবু নমদুনা দান ওইনা পিবিখিবনি। নৎত্রবদি মহারাজসু চেনগে তৌখিবনিদা। (নোকপা)

যযাতী ঃ রানী নংদি ব্বারৌবা য়াই। নংগা ঐগা থুংনহন্নবা অশেংবা মী অমা নংনা হায়বদা ইয়াও য়াওদ্রি। অমুক্তং নিংশিংখো।

দেবযানী ঃ ঘুর্নিকানা ঐনা গুহাদা তাদুনা লৈবা মতমদা ঐগী ইপা ইবুঙোদা তাকপিরমদ্রবদিঐগী ইপানা খঙলম্মোই ঐগী ইপানা খঙলমদ্রবদি ঐনা মহারানী ওইবা ফংলমলোই অসিরা ?

যযাতী ঃ অদু পুন্নমকসু চুমদি চুম্মী। অদু পুন্নমকপু থোকহন্নলিবদি ঐনা খনবদদি শর্ম্মিষ্ঠানি। করিগুম্বা শর্ম্মিষ্ঠাগা নংগা খৎনরমদ্রবদি নং গুহাদা তারম্মোই। নংনা গুহাদা তারমদ্রবদি ঐনা শাদানবা লাকপদা নংগা থেংনরম্মোই। অদুগা ঐনা গুহাদগী চিংখৎপসু ফংলম্মোই।

দেবযানী ঃ (নোক্লা) অদুসু চুম্মী । শর্ম্মিষ্ঠাবু মহারাজনা য়াম্না পঞ্জনিংলি।

যযাতী ঃ ঐনা নংবু গুহাদগী চিংখৎপা ফংলমদ্রবদি নংগী ফজবা ফিবম উবসু ফংলম্মোই অদুবু ফংলমদ্রবদি ঐনা শাদানবগী নমাদা চিত্ররথ বন্দা নংবু থিবা অমুক লাক্রমগদ্রা ? নংগী শকতমদু থিবা লাকখিবনি।

দেবযানী ঃ ওঃ মহারাজনসু তশেংনা মৃগয়া লাকপা নত্তবা । ঐবু থিবা লাকপিখিব্রা ? অদুগা পামদবা, নুংশিদবা অমুকশু শারিবা ?

যযাতী ঃ মদুদি ব্রাহ্মনগা ক্ষেত্রিয়গা বিবাহ কর্ম্ম তৌবা য়াদে, হায়বা অমা লৈবদু করম্না থুগাইবা য়াগদগে খঙনিংদুনা নৈনহৌবনিদা। খরুসু হংনজখিবনি।

দেবযানী ঃ হৈমা ! মহারাজ — অমুক্তা য়েংবিয়ু শর্ম্মিষ্ঠাগী মনাক্তা নিপামচা অহুম শান্নরিবসি কনাগী মচানো ? কদায়দগী অঙাং চঙঙকপা ঙমগদোইনো ?

যযাতী ঃ হেরা মহারানী— মাগী মরিমতাগী মচাশিং ওইরমগনিদা। মাসু খর মনিং তৌজসনু, য়াম্না য়েংশিনবিরুনুদা !

দেবযানী ঃ নিপামচাশিং অসিনা লৈরিবা মওং অসি মীগী মচাশিংনা লাকঅগা লৈবা মান্দে।

যযাতী : য়েংঙোই মহারানী শর্মিষ্ঠাগী অঙাংশিংদা য়েংউদুনা কান্নদে। অদা উশা অমদা পানবা উঁহে অমখক্তদা মুন্ন-মুন্ন চামিন্নরিবা উচেক অনিসে নুংসিদ্রা ?

দেবযানী : এ মহারাজ শা উচেকী বাবু কান্নদেদা মখোইদি তোংমিন্নজকীবানি। ঙহাক লৈতনা চিক্লবনি। ঐনা হায়বদি মাগী অঙাংশিংসে নিংথৌগী মচাগুম্না য়াম্না মশুন লৈরেইমি। মীসী মচা মান্দে।

যযাতী : হয়রসি লাকও, অশোমদা বাহোং অমগা বাইনু অমগা পুন্না চাক্তামিন্নরে। অভকপনি সুম লৈমিন্নরকপা হায়বসে জাং ভিনদবা উচেক অনিসে কয়াদ নুংশিনরক্লবা অভকপনি।

দেবযানী : মহারাজ ! শর্মিষ্ঠাসে মহারাজগা ঐগা উবদা অঙাংশিংসে সোমদা চংখিদনবা লোন্না কৌশিনজরিয়ে। ঐখোইবু হৃঙ্গৈইরি মান্নে। অমুক্তা য়েংবীয়ু এঃএঃ মহারাজ অঙাং অনিসে থাং হায়নরকএ য়াম হৈরিনহে। (থাংগী মখোল)

যযাতী : সোমদদুম য়েংঙ কউ কদম পাম্বী অমদা উরিরৈগো পরিজাংকা য়েংন য়েংন শাংমিন্নরি। অনিমক্কী লৈ ফজনা শাংলি। মনমসু কয়া নুংশিরিবা। উরী অনিমক্কী থম্মোইসে ফজগ্রেদা।

দেবযানী : এঃ এঃ অঙাং অহমমক সোমদা করিসু চিংনদনা লাকএ। মহারাজদা য়েংঙ- য়েংঙগা হ্রাও হ্রাও চংশিল্লকএ ইমি নুংশিদ্রা মশকসে।

শর্মিষ্ঠা : (ঈপা পাখংনা) ইবুঙো অদোমদা চংখিনো মহারাজগা মহারানীগা কোইরকই মান্নে। নখোইদি ব্যবহার খঙ দ্রিবনিনা, নিংথৌ মহারানী হায়বসে ঈশ্বর গুম্বনি, ব্যবহার কায়রননিয়ে— ইসে চংখ্রেদো।

যযাতী : ইস ! দেবযানী য়েংভুনেহে ! মনম নুংশিরবা লৈশিংসে নুংশিং শিংলকপসিদা, হেকউবা য়াওদনা, মরনাই কেক্তরক্লিবসে; লৈ লৈদুনা লৈমইদা জগোই শা-শাদুনা তারক্রি। মসিদি সোরারেন্দগী অপ্সরানা কুমথরকপা মান্নেহে। য়েংবদা পুক্লিং হৃদরা ?

দেবযানী : করিনো মহারাজ মগুদা ঙাংবগুম ভৌরিবদুবো ? শর্মিষ্ঠাগী অঙাংশিংনা মহারাজগা খঙনবদৌনা করিসু কিদনা হৃঙ্গৈইদনা হ্রাও হ্রাও চেনশিল্লকইবসে নুংবু নুংশিনে। নিংথৌনি খন্দবনা—

অঙাংশিং ঃ নমস্তে! নমস্তে! মহারানী। (মখুৎ জুরতৌবা)

দেবযানী ঃ ইস! মখুৎ মচাশিনা নুংশিরিবা তনৌ তনৌরদনা নমস্তে! নখোইবু কনাগী মচানো-ইচাশা?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইস! লোইরেদনা তৌরিসিদি ঙসিদি ঝা অমদি শোইদনা থোক্লরনি। (মমিৎ মনা চপ য়ুংনা লেপতুনা লৈরি)

যযাতী ঃ মহারানী ঐ চৎলে নং ঙহাক লৈহৌখো। (যযাতী চৎখিবা)

অঙাংশিং ঃ পাবুং মহারাজ! অমুক্তা ঙাইখোব্রো পাবুং পাবুং ঐবু পম্বী ও! (মখুৎ থাঙ্গৎত্তুনা কৌবা) শর্ম্মিষ্ঠা তৌফম খংদনা পাখত্তুনা লৈবা।

দেবযানী ঃ (অঙাং অহন অদুদা) ইবুঙো নং কনাগী মচানো? নমা মমিং করি কৌই?

অঙাং ঃ তু! আদা লেপ্পীবসে ঐখোইগী ইমানি।

দেবযানী ঃ অদুদি নখোইগী পাবুংদি মমিং খংব্রা?

অঙাং ঃ খঙডী! ঐখোইগী পাবুংনি অসিদা চৎলিবা মহারাজ অসে।

দেবযানী ঃ (খঙলাও লাওরকই) মহারাজ তাবিরিব্রা অঙাং অসিনা হায়রিবসে; করিগীনো মহারাজনা নচা অহুম উরগা চেনবিরিবা। (যযাতী লেপ্তুনা লৈবা) অসিনা ওইরে ঙসাইদগী ঐনা অঙাংগী মরমদা ঙাংঙগা ইতুম তুমদনা মঙগী চোইরোল লোনবিরিবদি। হা! শোরারেন্দগী অপ্সরাশিং কুমথরকএ, আঃ উরিব্রো পারিজাৎকা পুন্না শাৎমিন্নরে কাইনা উপদ্রোপ ঙাক্তা ঙাংবিরিবা, অসিমদি খঙবিয়ু ঐদি উরিরৈসু নস্তে পারিজাৎসু নস্তে। কনামক্তা উ পাম্বী অমত্তদা পুন্না শাৎমিন্নজবা ঙমজরোই। হৌজিক্তী হুরানবা ফরবনিনা দেবযানী ঐগী ইতিক খঙলোইদ্রদো মহারাজ! ঐ চৎলে। বাবাজীগী মনাক্তা।

যযাতী ঃ ঙাইখো ঙাইখো মহারানী দেবযানী নং খজিক্তা তপথখো।

দেবযানী ঃ (শর্ম্মিষ্ঠারোমদা) হায়! শর্ম্মিষ্ঠা হায়বী অশুর নিঙোল নংনা ঐগী ইপোৎ খক্তা অদুক পাম্মীবসি করিগীনো? মমাংঙৈদসু ঐগী শাড়ী নমদুনা শেৎপিবা অদুগা অমুকসু গুহাদা ইস্থবিবা। হৌজিকসু ইপুরোইববু হুরান্দনা নচা পোক্লরম্বা করি ধর্ম্মনো? নখোয় অশুরগী হৌনবিরা?

চিনিচম্প্রা মরুমদা ইকাইখিন্নদুনা লোৎলিবদো থোরকও, লাও কান্নরোই, ঐগী শোগাইনশি নংনা ঙম্মগা ঐসু হাৎলো লাও। নংবু মহাঋষি তপসী মগুন য়াম্না লৈবা অমগী মচানি হায়বদাই নংগী নচাশিংসে নং হৌজিক খঙঙোইদ্রদো ব্রাহ্মন ঐগী মতিক করি লৈ —

শর্মিষ্ঠা ঃ (ইংনা তপ্না) মহারানী ইবেম্মা ননাইনা লানখিকগী বাফম ঐনা মহারানীদা হায়জগে অমুক্তা তপথবিখো। ইবেম্মদি লৈবাক্কী মপুনি ঙাকপি হৈকগী শুনসু বাঙনা য়াওবিনি।

দেবযানী ঃ তপথবিখো! তপথবিখো কায়না হুরানবা হৈকগী মতিক ব্যবহারসু ফজনা লৈরি ইস ঙম্মীদকো হে আশুর নিঙোল নংনা ঐবু নংগী লুখাক পিজরম্বা ঐনদি ইথঙ্গী ইপুরোইবনি খঙ্গরগা সেবা তৌজরম্বা। অদুগা নংগীসু নচা পোক্করন্নবা লোন্না লোন্না ইস! খল্লুবদা তুক্কচরকইদা। (মতিন শিৎপা)

শর্মিষ্ঠা ঃ অদু পুম্নমক ঐ খঙ্গী দোষ নত্তে।

দেবযানী ঃ (মরক থৎনা) নংগী নৎত্রবদি কনাদা তাইনগদৌরিবা ?

শর্মিষ্ঠা ঃ হায়জগে, জগৎপু শেম্বীরিবা ঈশ্বরগী খুশেম্না ঐবুসু সংসারগী চৎনবী অপাম নুংশি কৌবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা মশক লোত্তুনা লৈবা পোৎ অমা ঈশ্বরনা পিবিরকপননী।

দেবযানী ঃ কয়া ঙকখ্রবনো ? ইকাই খঙদবীসে মীগী মপুরোইবা মুনবিরগা।

শর্মিষ্ঠা ঃ (মরক থৎনা) মহারানীসু অবাংবা বনগী ব্রাহ্মন জাতীদা পোক্রকসু জাতী তিন্নদবা ক্ষেত্রিয়দা য়ুম পানবিরকইবদু প্রকৃতীনা শেম্বীরকপা অপাম নুংশি অদুনা ঙাওরকপদগী তৌরকখিবা নত্তবরা ?

দেবযানী ঃ ইস! হুরে হুরে, কয়াদা ঙকত্রবনো ? মীগী চাকলুক মুললগা মানদুম অচুম্বা শাগৎলক্রে। ঐগীসি নত্তবা অতোপ্পা নিপা অমা লৈত্রবরো ?

শর্মিষ্ঠা ঃ মদুগী মরমসু হায়জগে। মহারানীনা নখোঙ পাইদুনা সেবা তৌহল্লকসু করিসু কায়দবনি। নুপী ওইবী অমবু নিপা অমত্তগা উনবা য়াহন্দবা, নয়ুম পানবা য়ারোই হায়না থিংজিনবিরমদ্রবদি ঙসিগী দশা অসি তারম্লোইদবনি। খঙবিয়ু।

দেবযানী ঃ হে! লমচৎ নাইদবী চিজ্বিবী বিবাহ তৌদুনা মীয়াম খঙনা পান্নরিবা

ঐগীদি ইচা অনীখক্তা ঙাইরি। ইপুরোইবা হুরানবী নংদি নচা অহুম শুরম্লেনহে। হুরানবী হিংচাবী!

শর্মিষ্ঠা ঃ মহারানী ইবেম্মা ফিংগৎলগা থোইনা মাংমিন্নরগনি। মহারানীনা অশাউবনা লুতোন কাখিবদগী ঐগী ইমা মহারানীনা হায়খিবদু তাখিদবননী, নিংশিবিয়ু ইবেম্মনা পাম্বীরিবা শর্মিষ্ঠাদা পিরিবা শাস্তী অসিনা হয়েং ইবেম্মদা অকাইবদি লাকওইদ্রা, হায়খিবদু অমুক্তা খঙ্ছবিয়ু। কাউবিরব্রা?

দেবযানী ঃ অদু ওইরবসু নুপী খিবা ফংদ্রবা নিপা অসুক য়াম্না লৈরিবসিদা নয়ুম পাল্লম্মুদনা ঐ করিসু হায়রোই। নংদি ঐগী খোঙ নোইবা লাকঅগা ঐগী মহারাজদা যাদু তৌবা লাকপা ওইরম্মে। ইপুরোইবা মুল্লবনিনা ইশুন খঙহনবা তারেদনা ঐ হৌজিক ইপা শুক্রাচার্যগী মনাক্তা চৎলে। লোইন তুম্না মাংহল্লগে। খঙগনিদো !!

যযাতী ঃ (তান্নরগা ফাবা) মহারানী নংবু অমুক্তা ঙাইখোনে খজিক্তা তপথকো অশাউবনা মাঙ থারবদি লোইনমক মাংমিন্নবা তারে। নংবু ঐনা নুংশিরিবনিনে। নংসু মাঙ্ঙনিনে।

দেবযানী ঃ মহারাজ তপথগদবা মতাং নত্তে ঐবু ফাবিরগনু মহারাজদি অশুর নিঙোল লৌরবনিনা অশুরগী মিচং চংবিরো। ঐদি ফত্তবী ব্রাহ্মনী।

যযাতী ঃ ইহে! ওহোকপনিদা শাউমন্দুনা মথন্তা মৈনুংদা চোংশিনগদৌরে ( খুদাং পাইবা)

দেবযানী ঃ (মখুৎ কহোকপা) ঐনা মহারাজবু খর হেন্না পামজরুবদগী জাতী তিন্নদ্রবসু, হঙবা জাতীদা য়ুম পাল্লবসিদা মহারাজদি ব্রাহ্মনবু করিসু থওইদ্রে। অদুগা মিনাই মিশল ফাওবা মহারানী ওইহল্লকদৌরি।

যযাতী ঃ ক্ষেত্রিয় ঐনা ব্রাহ্মন নিঙোল লৌরুবসিদি ওহোক্লা লাইবক থিরেদা নিংথৌ অতৈগুম্না রানী ১০/২০ থমজবসু নত্তে। ব্রাহ্মন নিঙোন্না খর ইংগদ্রা খল্লুবসিদি হেন্না শাথিখরে। মপোক মপোক খুদিংগী ব্রাহ্মন নিংঙোল কৌবদা হন্না য়েংজখ্রবোই।

দেবযানী ঃ ঐসু ক্ষেত্রিয়দা মপোক মপোক খুদিংগী য়ুম পাঙ্গররোই। ঐনা খাইদগী নুংশিখিদ্রবা, খৎনখ্রবা অশুর নিঙোল অমা লৌশিল্লকঅগা কনানা

শাউনিংঙোই। অশুর নিঙোল অসিনা ঐবু কদায়দগী উশিংকনি।

যযাতী ঃ অদুবু খর ইংনা খঙ্বরগা থবক অদু চথসি হায়বা।

দেবযানী ঃ মীনাইনা মপু ওইরক্রবা ফাওবা সুম শাউদবা ঙম্বা হৌনদ্রে। ঐদি ফত্তবী শাউগনবী ব্রাহ্মন নিঙোলনি। মীনাই নুপী অদুগা ননিং থুংনা পানবিহৌরো। ঐদি চৎলে।

যযাতী ঃ ঙাইখো দেবযানী ! ইহে লোইনা মাঙ মিন্নবা তাবেদো (হায়রগা দেবযানীবু তান্নবা)

## ২৪ শুবা তাক্কক

## শুক্রাচার্যগী আশ্রমদা দেবযানীনা শাওরকপা

শুক্রাচার্য ঃ করি অমুক তৌরবনো ? ঐগী ইচানুপী দেবযানীনা মপী ঈরা চেল্লগা অশাউবগী মায়থোঙদা তফিং তফিং লাকইবসিনা করি ওইরিগবা ?

দেবযানী ঃ (কপ্প কপ্প) বাবাজী ঐদি মাংজরে, ঐদি মাংজরে। মীনাইনুবীনা মপু ওইরকলে। অশুর নিঙোলনা ইথক্তা কাখৎলক্রে।

শুক্রাচার্য ঃ করি অমুক তৌরবা দেবযানী। নংসে ব্রাথোকচাউবী শাউকানবী খৎনগনবী ওইদৌরিব্রা ?

দেবযানী ঃ ঐ যযাতী নিংথৌদা লৈবা ঙমজরবোই। মমাংঙৈদা বাবাজীনা হায়বিখিবা য়াথঙ শিংদো নিংথৌনা অমত্তা ঙাক্ল চৎখিদরে। (কপ্পা)

শুক্রাচার্য ঃ হোইনে অদুবু হৌজিক করি করি তৌরম্মবগে হায়য়ু হায়বনি।

দেবযানী ঃ বাবাজীনা হায়বিখিবা নিংথৌ নংগা রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠাগা অচিকপা মফম অমত্তদা ব্রারি ব্রাতাই শানবা য়াদে হায়বিখিবদো (কপ্পা)

শুক্রাচার্য ঃ হোইনে অদুবু হৌজিক করি করি তৌরম্মবগে হায়য়ু হায়বনি।

দেবযানী ঃ মাদি শর্ম্মিষ্ঠাগা লোন্না পান্নদুনা মচা অহুম পোক্লরম্মে। ইপানা ফোংনা থাজবিবা নিংথৌগী মহারানী ওইরিবী ঐগীদি ইচা অনিতবু ঙাইহরি। যযাতী হায়রিবা নিংথৌসে মমিৎ য়াম্মী মামুক ফত্তবা নিংথৌ লৈরমদ্রে।

শুক্রাচার্য ঃ করিনোনে ইবেম্মা ? নংবু মমাংঙৈদা যযাতীমুক ফবা নুপা অমা লৈত্রে হায়খিবা নৎত্রনে। মঙোন্দা য়ুম পান্দ্রবদি অথ্মা ঘাত তৌরনি হায়খিবা নৎত্রনে। অদুগা হৌজিক্তা মামুক ফত্তবা নিংথৌ অমা লৈরম্দেনা। ঐ নংগী ননিং থুংনবা হোৎনবা ঙম্মরোই।

দেবযানী ঃ বাবাজী ঐনা হায়জবসি অমুক্তা তাবিথো। অদুগা বাবাজীনা ঐঙোন্দা ঙাংবিবদা নত্তনা ফুবিয়ু ঐ য়াজগে। ঐগা শাথিনা খৎনখ্রবী শর্ম্মিষ্টাবু মহাক্তা লোন্না মহারানী ওইহল্লকপা অদুদা নচানা খাংবা ঙম্মক্তবনি। মসিদবু কনানা শাউনিংঙেহিদগে (মতাং অসিদা যযাতীসু কিনা কিনা চংঙ কপা)

শুক্রাচার্য ঃ (যযাতীদা মুন্না য়েংবা) হায় ! নিংথৌ করিনো ঐনা তারিবসে।

যযাতী ঃ বাবাজী ননাই ঐ খুরুমজরি (খুরুম্বা)

শুক্রাচার্য ঃ উংঃ নিংথৌ নংদি শুক্রাচার্য ঐগী য়াথঙবু থৌশাদ্রে ঐগী য়াথঙদি ইন্দ্রদেব ফাওবনা ঙাক্ত চৎলিবনি। অদুগা নংগুম্বা অমনা সম্রাট ওইরে হায়দুনা ঐগী য়াথংবু থৌশাদ্রবা।

যযাতী ঃ নত্তে ! নত্তে ! বাবাজী ঐবু অদুক লান্না লৌবিগনু। ঐ নাপল তৌবা নৎচদে। কন্যা অমনা ইকাই ইকি ৱাংমা লান্না ইচা অমতা পিবিয়ু হায়জরবা ফাওবদা ঐনা নিপা অমা ওইনা পিবিদবা তারবদি ব্রাহ্মহত্যা তৌবা (অঙাং হাৎপা)গী পাপ পুই হায়বদু কিজবদগী পিজরুবনি।

শুক্রাচার্য ঃ ও ! নিংথৌ নংদি শাস্ত্র য়ান্না খঙলম্মেদনা।

যযাতী ঃ অদোমদা খনবিগনু। ননাই ঐগী ৱাশক অমা লৈজে।

শুক্রাচার্য ঃ নংগী করম্বা ৱাশক লৈদুনা অশুর নিঙোল পাম্মরুরিবা।

যযাতী ঃ ননাই ঐগী ৱাশক্তী অসিনি। নিংথৌ অমা ওইনা কনাগুম্বা কনাগুম্বীনা নিরবাদান খুদিংমক ঐনা শোইদনা পিগনি হায়বাৱাশক অমা লৈজে। ৱাশকঅদু ঙাকচরুবনি।

শুক্রাচার্য ঃ ৱাহ ৱাহঃ থৌজাল হৈবা নিংথৌ ! মশক ফজবী কন্যাদা দান পীগনবা ধর্ম্ম লৈনা নংগী ধর্ম্ম অদুনা শুক্রাচার্যবু থৌশাদ্রে। পুরান, শাস্ত্র, ধর্ম্মগী নিতি নিয়ম পুম্নমক ঐনা ইরগা নংনা ন্যায় শাস্ত্র ঐঙোন্দা তাকপা হৌব্রুবা।

যযাতী : ননাইনা লানখিবা ঙাক্তনি বাবাজীনা ঙাকপিয়ু।

শুক্রাচার্য : উং ঙাকপিনি। শোইদনা ঙাকপিগনি। নং নুপীদা শাস্ত্র নিয়ম য়াম্না খঙবা নুপীদা মচা দান পিগনবা য়াম্না ধর্ম্ম লৈবন্নিনা ঙসিদগী নশক্তু নুপীনা য়েংনিংদবা, নংনসু নুপী অমত্তদা য়েংনিংদনবা হৌগৎ কাংখৎপা ঙমদ্রবা (জরা) হনু হুপ্পী হায়বদু ওইরো (শঙ্খ জল চায়রকপা খুদক্তা যযাতী হনুবা ওইখরে, মঙৈ থক থক নিকখরে উনশা পুম্নমক লোইনা খুইথখরে— মশানা মশাবু মশক খঙ্গবিদ্রে)

দেবযানী : ইহে! ইহে! মাংলেদনা তৌরশিদি বাবাসিদি করিমতা খল্লদনা অসুক কনবা শাপ তৌশিনখ্রে। ঐনা কঞ্জগে খল্লিঙৈদা শাপ তৌবনা হানখ্রে। ঐদি মাংজরেদনা ঐগীদি ইচা অনিখ্তা ঙাইজরি। হৌজিকপু ইপুরোইবসিনা অসুক য়াম্না শোচ্ছগ্রগা নহা ওইরিবী ঐনা কৈদৌনরুগনি। (কপ্লগা মহারাজ যযাতীদা কোনবা) মহারাজ ননাই ঐবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু যযাতীবু য়েংঙগা হিক হিক কপখ্রে।

শুক্রাচার্য : ইহে! ঐগী ইচানুপীসিদি ঐঙোন্দা অমুক শাউরকএনে। ঐনা পুরান শাস্ত্র ফন য়াম্না ইদুনসু ঐগী ইচানুপী দেবযানীবুদি মনিং থুংহন্নবা বুদ্ধি লৌশিং লৈত্রে।

দেবযানী : মহারাজ! অপঙবী শাউানবী নাপল তৌগনবী, ঐনা নমদুনা লৈবিবদগী ঙসিদি মহারাজবু লৈখা তানা মাংহল্লে। ঐবু ঙাকপিনবা কনাসু লৈররোই। ঐগী বাবাজীনা মহারাজদা পিখ্রিবা শাপ অসি ঐগী নিপা হুরানবী শর্ম্মিষ্ঠাদা পিরম্নবদি ঐনা পেনগদবনি। অদুবু ঐনা ফত্তবদগী মীবু মাংহন্নবা খল্লুবনা ঐ ওইনা মাংজরে। (কপ্লা)

শুক্রাচার্য : তুম্মিন লৈয়ু কপচেন্সী। মমাংঙৈদসু নংগী পাওদমদগী বৃষপর্ব নিংথৌগী মচানুপী অমবু নংগী মিনাই ওইহল্লে, নখোঙ ফাওবা নোইহল্লে। ঙস্মী খঙনা লাকুরবনি রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠাবু নহাক্তা। অদুগী মথক্তা কন্যা অমবু ময়ুম পানবা য়ারোই হায়বিরে। নংগী অহকপা চৈরাক অদুনা নুপী ওইবীগী ঋতুবু থিংজিনবিবা ঙম্বরা? নিপা অমতগা উনকসু য়ারোই হায়রবন্নিনা। অদুমক্তা শর্ম্মিষ্ঠানা য়েংচক্সম থিজরকপদা পামেল অমতা থিজবা ফংলত্তবদগী মনাক নকপা নংনা য়েংলিবা পামেলদা তুম্মিন তুম্মিন কিনা য়েংচনবা লামজরকপা ওইগনি। ঐদি হৌজিক শর্ম্মিষ্ঠাদা অমুক হল্লা অরাবা পিব ঙম্মরোই।

দেবযানী ঃ মহারাজ ! মহারাজনা হায়বা ইঙ্গুরম্মদি ঙসিগী দশা অসি তারম্লোইদবনি। ঐ ওহ্লোক্লা পঙনা ফংখিদরেদা। (কপ্পা)

শুক্রাচার্য ঃ অদুগা হৌজিকপু নতৈ ননাও খংনবগী মরক্তা ঐবু করিগী য়াওহল্লি। নংগী ননিং থুংনবা নপুরোইববু ঐনা শাপ তৌরগা হৌজিক্লা ঐবু নবান্নীমক্কী দুস্মন ওইহল্লবা। ঐবু নংনা অঙাওবা ব্রাহ্মন তাহল্লে। ঐসে ফরসু ফংত্রসু নংবু পোকপা নপানিকো।

দেবযানী ঃ ইস ! ওহ্লোকপা কর্ম্মনিদা ঐবু পোকপা ইপানসু ঐবু ৱারৌখ্রে। অদুগা ঐগী পাওদমদগী ইপুরোইবসু লৈতবগা মান্নরগনি।

শুক্রাচার্য ঃ হৌজিক্তা খর খর জ্ঞান তারকলি, মাঙবা লোইরবা কান্দা।

দেবযানী ঃ অদু বাবাজী ঐ লাঞ্জরে চিঙ্খিবী, পাওদমগনবী ঐবু নুংশিবিদ্রবসু নশু পিশক অনিসিগী য়েংঙগা মহারাজগী হৃনু হঙ্কি ওইবা লায়না অসি মতম খরদংদি লৌথোকপিবা য়াররোইদ্রা ? (খুরম্মগা কপ্পা)

শুক্রাচার্য ঃ দেবযানী ! ঐসে নংনা হেক হায়বিবমখৈ ইনবদা নংনা পায়বা শগোল শাজৈগা চপ মান্নরে। ঐসু জ্ঞান তারকত্রে। নংনা ফুনিং ফুনিংবা মী খুদিংমক ফুরুবদা ঐসে শোইদনা পাপ পুরগনি।

দেবযানী ঃ বাবাজী হন্দক্তগীদি ঐ ইঙক্তা থাংনা য়াল্লকঅবসু য়াঞ্জখ্রসনু বাবাজীদা পাও সুকতম তমজররোই অদুম শিজখ্রগে। পাও তম্মগা মী খংনহল্লি ঐগী পাওদমদগী ঙসিদি ইপুরোইবা অসিবু মনুং মতম চাদনা অশিবগা মান্নহল্লে। মসি পুম্নমক ঐনা থোকহনবনি।

যযাতী ঃ বাবাজী ! ওক্তবা, ঐবু নুংশিবিদ্রবসু নৌজরিবী দেবযানীগী য়েংবিদুনা ঐবু মতম খরদংদি নহা ওইহনবিখো। ঐ দেবযানীগা মতম খরদং নুংশিননা লৈমিন্নজখিগে। ঐগী শরু শয়াং লোইনা হিকথখরে, উনশা পুম্নমক লোইনা পদ্রাক পদ্রাক তাখরে। লৈবাক ঙাকপসু ঙম্মরোই। কনানসু ইবা লৌবিররোই। মসিদি ঐদগী নত্তনা দেবযানীগীসু লৈবাক প্রজাগীসু লোইনা মাংলগনি!

দেবযানী ঃ (মপুরোইবা যযাতীদা য়েংঙগা হিক্র হিক্র কপ্লকলে) ঐদি মাংজরেদো ও ঐনা ইপুরোইবা অসুক ফবা অসিবু নমদুনা মাংহললে। ঐমুক ফত্তবা, পাপীশিবু কদায়দা লৈরমগদগে ? পুম্নমক ঐনা লোইনা মাংহনবা

ঙাক্তনি। হে ! ভগবান ননাই পাপী ওইরবী , ইহাক থক্তা লৈবাক নিংথৌবু মাংহল্লবী দেবযানী ঐবু হৌজিক ফাওবা করিগী হিংহনবিরীবনো ? ননাইবু লৌশিনবিরো ননাইবু অমুক হিংহনবিরগনু। (যযাতীগী মখোং কোল্লগা কপখ্রে) মহারাজ ! মহারাজগী নখোঙ অনিমক্কা ঐগী থবাক্তা নেৎখাইদুনা হাৎপিরো। অদুগা ননাইগী পাপ খরা কোকহনবীয়ু। (হিক্লা হিক্লা কপলক্লে)

শুক্রাচার্য : ও ! ওনথোকপা কর্ম্ম ওইরেদো। ঐসু মাগী পাওদম অদুদা পিঙ হেক লাওদুনা ঐগী ককপা য়াদবা শাপ তৌরুরে। ঐ হৌজিক করি তৌসিগে ? দেবযানী ! নংনা হৌজিক শিনিংঙ কইবদু নংনা মী য়াম্না অৱাবা পীথিবদুগী পাপ্নি, নং শাউগাল্লি, নচিনসু কল্লি, নংনা নিংবা থুংদ্রিমখৈ অফ-ফত্ত তুংদা লাকদবা খঙ্বা ঙমদে। অদুনা ঙসিদি নপুরোইবদা হিংনা হিংনা অশিবগা মান্নরেদো। নংনা ঙসি ফংইবা দশাসি শর্ম্মিষ্ঠাগী দোষনে অদুগা দাসি লিশিং অমদুগী দোষনে ময়াম অদুগী দোষ ময়ামদুনা ফংলিবনি।

দেবযানী : মান্নী ! অচুম্বনি বাবা— বাবানা তাকপিরিবা পুম্নমক লোইনা চুম্মী। ঐ মহৗ পাপীনি। ঐগী মাংজবা ঙম্নবা নাপল (অহঙ্কার) দুনা বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক লোইনা মাঙহনলে। ঐ নোঙ্লুকপা হৈতে, ঐ য়াম্না পংঙী, লাইগুম্লবা ইপুরোইবগী য়াথং ইন্দে। ঐ অতোনবনি।

শুক্রাচার্য : উং ! নংনা হৌজিক জ্ঞান খর খর লাকই। নংগী নাপল কোকচনবা নংনা য়াম্না লাক্লবিখিবা শর্ম্মিষ্ঠাদু কৌরুরো।

দেবযানী : (শুক্রাচার্যদা মখোঙ কোলগা অমুক খুরুম্বা) বাবাজীনা ঐগী ইতা, ঐনা শাথিনা লাক্লখ্রবী শর্ম্মিষ্ঠাবু অমুক শাপ তৌবিরগনু। মঙোন্দা তৌগদবা শাপতো নচা ঐঙোন্দা তৌবিরো নচানা ফিগাও শানা য়াজরি।

শুক্রাচার্য : দেবযানী ! ঐ হৌজিক নংগী শগোল শাজৈ ওইররোই। নংনা হায়রগা ঐনা তৌগদবা নত্তে, ঐনা কৌরুরো হায়রবদি কৌরুরো।

দেবযানী : ঐগী বাবাজীনা শাউবিবা চুম্মী। অদুবু শর্ম্মিষ্ঠাবুদি ব্বারৌবিগনু ঐ বাবাজিগী য়াথং হিকতোকচরোই। মাবুদি ঙাকপীয়ু ঐ বাবাজীগী য়াথঙ ইন্দুনা কৌবদি কৌজরুরগে।

[শর্ম্মিষ্ঠা কপতুনা লৈরি— হাঃ বিধি ঐবু করিগী অসুক ফত্তনা তম্লম্বগে

ঐমুক লাইবক থিবা জগৎশিদা কনা লৈরিবগে অত্যাঘাট তৌদুনা শিরশিরা খল্লি শিবা ঙমদে। ঐনা শিরগা শুক্রাচার্য মুনি চৎখিদৌরী, ঐগীদমক্তা ইমা ইপাবু ৱাহনগদৌরি।]

অঙাংশিং ঃ ইমা! ইমা! করিগীনো? ইমাগা মহারানীগা খৎনরিবা।

শর্মিষ্ঠা ঃ ইচাশা! ইমানা মীগী মকাদা য়েৎলুবদগীনি। ইমানা মীগী মপুরোইবা ৱাইরুবগী ৱাথোক্লি, ইমা খাংফম তৌফম খংদ্রে। নখোই ইমাদা ৱা হংঙক্নু ইমা নিংথুংনা অমুক্তা কপখিগে। ইমাগী নিংথুংনা লোকচবসু ফংজদে কপচবসু ফংজদে। অৱাবা পুন্নমক মী উখিদনবা হোৎনদ্দা ইমা মীনা ৱাবগা মান্নবা ঙমদে।

অঙাংশিং ঃ ইমা! মহারানী অমুক কপ কপ্পুনা লাকইয়ে।

শর্মিষ্ঠা ঃ খর কপচগে তৌকসু কপ্পা ফংঙরোইদবা ওল্লোকপা লাইবক্নীদা। (লোইবক্তা খুত্তুম্না শুবা)

অঙাংশিং ঃ মহারানী ঐখোই অহুম্মক খুরুমজরি। নমস্তে নমস্তে নমস্তে।

দেবযানী ঃ ইচাশা! নখোইনা করিগীইমাদা অদুক কিনা খুরুম্মীবনো? (কপ্পা) নখোই অহুম্মক ঐঙোন্দা মহারানী কৌগনু ইমা অমুক্তা হায়য়ুকো।

অঙাংশিং ঃ ঐখোই লোইনা তাজরে, ঐখোইগী ইমানা মহারানীগী মপুরোইবা ৱাইরুবগী মহারানীনা শাউবনি হায়য়ে। মহারানীনা ইমাবু খর ঙাকপিয়ু।

দেবযানী ঃ (কপ্প কপ্পা) ইচাশা! অদুম্না হায়রগা ইমাগী থম্মোই অমুক্তা হেন্না কায়গদৌরে। নখোইগী নমা করিমতা লান্দে ঐনা লানবনি। ইতা ইবেম্মা রাজকুমরী ঐনা লানখিবা পুম্বা নংনা নুংশিবিদুনা ঙাকপিয়ু। বাবাজীনা নংবু কৌরুচো হায়দুনা ঐ লাকইবনে। নং করিমতা চিংনগনু চৎলশি লাকও। (মখুৎদাং পাইদুনা চিংবা)

শর্মিষ্ঠা ঃ মহারানী ইবেম্মা ঐবু শাপ তৌবিরবসু করিসু কায়দ্রে ঐ চেনজররোই, নুং ওলহনবিরবসু ঐ য়াজরে, উৎ ওলহনবিরবসু য়াজরে লেংঙশি। ইপাগী লৈবাক্ত দি থাদোক্তুনা চৎপিগনু। অদুগীদমক্তা খল্লগা ঐ অত্যাঘাত তৌদুনা শিবা ঙমদ্রিবনি। শিনিংব ফাউবদা শিজবা ঙম্লম্লবদি ঐনা মহারানী নাগী নফমদা য়েৎলম্মোইদৌবনি। (মপী তৈথোকপা)

দেবযানী ঃ (শর্ম্মিষ্ঠাগী পেন্দবা বাঙাং তারগা চপ লেপ্তুনা মমিত্তা মপী তারকই) মতোন্তা হায়জে ও চুম্মীনে মানা হায়রিবসে ঐনা হায়খিবা ব্রা অদুনা মহাক আত্মঘাত তৌগদকসু ঙম্মমদবা ওইরে। নংনা শিদোকখ্রবদি ঐনা নংবু লাক্লবা নিংথুংহৌরোই। নংনা আত্মঘাত তৌদুনা করিগুম্বা শিদোকখ্রবদি ঐগা বাবাজীগা নরৈবাক্তা লৈবিররোই। অদু ওইরবদি অশুর নখোই পুম্নমক দেবতাশিংনা হাৎপিরগা হিঙ্গৎহনবিনবা লৈতদুনা অশুর জাৎ তুম্না মুৎলগদবনি। হায়খিবা ঐগী ব্রাহে অদুনা মাগী থব্রাই চেক্লাবু ঐনা হেক শিজিন্নরিবা মখৈ খাংবা ওইরবোইরে। মাগী মরিংজেল অসিবু ঐনা থাগাত্তবা ঙম্মোই। হায়রক্লগা শর্ম্মিষ্ঠাবু কোক্লগা নোংখোংবগুম কপখ্রে। কপ্ন কপ্ন হায়রকই ইতা ! অশুরগী থম্মোই চেনবীদি ঐনি। ঐনা নফমদা হায়নিংঙাই লৈতনা লানখ্রে। অমুক্তা লেংঙুশি। ইপানা নংবু শাপ তৌগদবা নত্তে। নংগী হক শোইদনা ফংঙগনি। (অসি হায়নরগা মবানি শুক্রাচার্যগী মনাক্তা কিনা কিনা চংলকই)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবাজী ঐ লাকচরে খুরুমজরি। (মখোঙ শোকপা)

শুক্রাচার্য ঃ শর্ম্মিষ্ঠা নং লাকঅবরা ? ইচাবু খর লাল্লুরবরা (নোকপা হা হা)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবাজী নচা খরদ নত্তে য়াম্না চাউনা লানখরে। ঐবু ঙাকপিরনু।

শুক্রাচার্য ঃ (হা ! হা ! নোকপা) করিগী লাল্লুরিবা ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ বাবাজী নচা হঙ্গৎচগনি। হঙ্গোইজররোই। ঐগী যৌবনগী মথোক কারকপদা কনাসু হল্লা য়েংবা উরকত্রবা মতমদা ঐনা নিংথৌ হায়বসিদি প্রজা পুম্নমক্কী মপুনি খন্দুনা ভিক্ষা পিবিয়ু নিজরুবনি। মদুদা মহারাজ অসিনা প্রেমগী ভিক্ষা অসি পিরোইদবগী চেনবনি। অদুদা ঐনা ব্রহ্ম হত্যাগী শাপ অমা তৌগে তৌবনি। মদুদা প্রজাবু নুংশিবিবা মহারাজনা শাপ কিবদগী ভিক্ষা অদু নচাগী ঝুলিদা হাপ্পীখিবনি। অদুনা মহারাজদা তৌবিগদবা শাপ অদু নচা ঐঙোন্দা পীনবিয়ু।

শুক্রাচার্য ঃ ইহে ! অদু ঐদি নংগী ব্রা তাদ্রিঙৈদা যযাতী নিংথৌদা শাপতী হান্না তৌথোকখরে। নং যযাতী নিংথৌ অসিদা লেপ্পীবসে উরব্রা ? মানা ওইরিবা হনুবগী অবস্থা অসি ঐগী শাপগীনি। (শর্ম্মিষ্ঠা যযাতীদা মুন্না য়েংলগা নোং খোঙবগুম কপখ্রে।)

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইস ! মাংলেদনা ঐদি মশক খঙহুদরে, থৌজাল হৈবা, মীনুংশি খঙবা

নিংথৌ অমা মীনুংশি খঙবগীদমক অসুক কনবা শাপ ফংলবা। ও! মহারাজ ননাই ঐগীদমক মহারাজদি অশিবদগী হেনবা দষা অমা তারবোরে। অদুদি বাবাজী ঐগীসু মতিকচাবা শাপ অমতা পিবিয়ু। য়ারবদি মহারাজদা তারিবা দষা অসি ঐঙোন্দা পিবিয়ু।

শুক্রাচার্য ঃ য়াররোই ইবেম্মা ঐগী শাপ হন্দোক হঞ্জিন তৌবা য়াদে। হৌজিক ঐনা নংঙোন্দদি য়াম্না অকনবা শাপ অমা তৌবা তারে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ পিনবিবো বাবাজী ঐবু উৎ ওলহনবিরো। ঐ মহারাজগী দষা অসি উদনবা তৌবিরো। নচাসু ৱাজররোই।

শুক্রাচার্য ঃ নং ঙসিদগী অনিগুবা মহারানীগী পদবী ফংজরো। (মকোক্তা নানবা)

দেবযানী ঃ বাবাজী নচা পেনঙ্গরে নচানা পাম্বামক বাবাজীনা পিবিরে। (মপাগী খোঙ শোকঅগা খুরুমজবা)

শুক্রাচার্য ঃ অদুগা যযাতী নিংথৌ, ঐনা তৌখিবা শাপগী নংনা তারিবা দষা অদুগী প্রাইচিৎ ঐনা তাক্কে নং মুন্না তারো।

যযাতীঃ (থক থক নিক্না) তাকপিয়ু বাবাজী।

শুক্রাচার্য ঃ নংনা হৌজিক ফংলিবা (জরা) হনুবা হায়বা লায়না অদু ইপানা খুদক্তদি কোকহনবা ঙম্মরোই। নংগী নচাশিংগী মরক্তা মবুকচেল চাউবা অমা য়াওরক্লনি মঙোন্দা নংগী মতম চাদনা হনুরিবদু শিন্নবা য়াগনি, অদুগা নচাদুগী নহা ওইকগী মপাঙ্গল পুন্নমক লৌবা ঙমজবা ওইয়ু। অদুগা নংগী শোল্লবা হনুবগী ফিভম অদুনা নচাদা শিন্নবা ঙমজৌ। নংনা চহি লিশিং অমা ফাওবা শিজিন্নবা য়াগনি। অদুগী তুংদা নংনা নচাদগী হনুবগী ফিভম অদু অমুক হন্না লৌরগা নংনা শিজিন্নরম্বা নহা ওইবগী পাঙ্গল পুন্নমক অদুনা নচা অদুদা পিবা ঙম্বা ওইজরো। অদুগুম্বা ধর্ম্ম লৈবা নচা অদুদা নিংথৌ ওইহন্লু। মাগী মপাঙ্গল ময়ামদগী হেন্না কনগনি অমসুং পুক্নিগনি। মসি ইপাগী আশির্ব্বাদনি।

যযাতী ঃ য়াম্না নুংঙাইজরে বাবাজীগী য়াথং ফিগাও শানা লৌজরে।

দেবযানী ঃ য়াম্নদি ফরে অদুবু ইচাশিং চাওবা ঙাইবা তাবনি (হায়রগা লুকথবা)

শুক্রাচার্য ঃ ইপাগী য়াথঙ লেম্না খক মাংঙোই। অসিদগীদি দেবযানী নং ঐঙোন্দা অমুক হন্না পাও তম্মরনু ঐনা নংগী নৱা লৌররোই। মরমদি নং ৱাখল ৱাৎলি। তুংদা লাক্কদবা খন্দে।

## ২৫ শুবা তাঙ্কক
## চহি ১৫ গী মতুং

যযাতী ঃ ঐ হৌজিক য়াম্নদি শোনবা মতম ওইদ্রিবনি। অদুবু শুক্রাচার্যগী শাপ্তগী (জরা) হনুবা হায়বা লায়না অসিনা শোনবা য়াবা শোলহল্লে। শিদ্রি হায়বা খক্তা মঙাইরে। অদুনদি ইচা নিপা মঙা মক্না মথোক কারকপগী ফজখৎলকপা মতম অসিদা শুক্রাচার্য বাবাজীনা হায়রম্বদুগী মতুং ইন্না ঐগী হনুবগী ফিভম অসি ইচা অমদা শিন্নরগা মাগী মপাঙ্গল অকনবদু লৌরগা নহা ওইরিঙৈদা পেলহৌদবা অদু ফুক্কত্তুনা চহি লিশিং অমা নুঙাইনা লৈখিগে। আঃ দেবযানী মহারানী তারিবরো ? নখোইবু ঐনা শোনবা কুইরকপা অসিদদি ইনাক্তা ফাও চংনিংদ্রবরো ? ঙহাক্তা লাওনে।

দেবযানী ঃ হোই হোই, নাবনা কুইরক্লবদি ঐখোইসু খর খর কাউরকই। তৌদ য়াদবা থবকননী খনবিয়ু করি তাকপিগদবনো মহারাজ ?

যযাতী ঃ দেবযানী নংদি হৌজিক্তা ইনখৎলকপা নৈশাবী মচাগুম য়াম্না ফজখৎলকএ। নং উবদা থৱাই য়াম্না নুংঙাইতে, নংবু ইনাক্তা চংনিংদ্রবরো ? খিত্তা নকশিল্লকউদনা। ঐসি নপুরোইবনিনে শোল্লবসু।

দেবযানী ঃ ঐনা নপাঙ্গল শোল্লবা অদুদা চংঙক্তবনে। ঐনা ননাক্তা চংঙক্লগা মহারাজনা ননিং থুংঙোইদবদু খল্লুবদা নুংঙাইতদুনা তৌবনি। নংগী ননিং থুংনবা নহা ওহোকলোদা— শর্ম্মিষ্ঠানসু পামজনবা।

যযাতী ঃ হোইনে, অদুগী কৌবনিনে। নহা ওইদ্রবদি চঙঙক্লরোইদ্রা— নচা নিপা অহল যদুদো অমুক্তা কৌরকউ। মাঙোন্দা হায়নদুনা য়েংগে। অদুগা নংঙোন্দগী হেন্না নহা ওইথোক্লেনে। অদু ওইরবদি হৌজিক নংনা অমুক তান্নরক্কনিদো, ইনাক্তা ফমনিংঙক্কনিদো হা ! শর্ম্মিষ্ঠাগা নক্লখ্রনি হায়বগী নুংশা থিগনিদো।

দেবযানী ঃ হো কোচিদো খিৎ তোকপিরো। ঐ হেক উবগা কোচি হেক্তা কোৎনিংলকমাল্লে ঐ যদু কৌরক্কে। হো যদু নং পাবুংনা কৌরিয়ে।

যদু ঃ পাবুং মহারাজ করি তাকপিগদবনো ? ঐ লাকচরে। ইস ! ঐখোই

পাবুংসে ওঙ্গোক্লা নমথিরেদা য়েংবদা তুক্কচবা অমা য়াওরে অসিন নিংথৌনেনা মখোলসু থক থক নিকএ। ওঙ্গোক্লা থিরেদা।

যযাতী : হোইনহে! ইপাসে হনুরেনে। ইপা নঙোন্দা ৱা অমা হায়গে তৌনি।

যদু : হায়বিরো, হায়বিরো, ঐ অথুবা অমা চৎকদবা নৈ।

যযাতী : নং য়াদবা তৌগনুকো নংদি ইপাগী খ্বাইদগী নুংশিজবা ইচা অহলনি। ইপাবু অহল ওইবশি য়াম্না নুংঙাইতরে। নংগী যৌবনগী ফজবা নশক অদুগা নপাঙ্গলদো ইপাদা মতম খর পিয়ুনে। অদুগা অহল ওইবা. অশোনবা ফিভম অসি নংনা মতম খর লৌখো। নংগী যৌবন অদু মতম খর ইপানা ৱাইজখিগে। নংগী যৌবনদু নং অমুক ফংগনি। অদুগা ঐগী অহল ওইবা ফিভমসি অমুক ইপানা লৌজগে। ঐনা হায়রিবসি নংনা য়ারবদি নং য়াম্না পুন্সিগনি।

যদু : পাবুং, পাবুংগী অহল ওইবগী ফিভম অদু ঐদি য়েংবদা কিদুম কিজৈ। পাবুংগী ফিভমদুদা চহি লিশিং অমা পুন্সিরবসু ঐদি পামজদ্রে। মদুগী কৌবিবা ওইরবদি পাবুং ঐ ঙমজরোই। ঐ চৎচরে। ৱারৌগনু।

যযাতী : কয়াদা ফংখিদ্রবা মচানো ব্রাহ্মনী নিংঙোনগী মচাসে। নং শাপ তৌগে। নংগী বংশদা নিংথৌ ওইবা ফংঙগনুকো। অদুদি নং তুর্ব্বসু অমুক্তা কৌরকউ।

যদু : কৌরক্কে। হোঃ তুর্ব্বসু পাবুংনা লাও হায়রি। (তুর্ব্বসু চঙঙই)

তুর্ব্বাসু : অস! ঐখোই পাবুংসিদি ওঙ্গোক্লা থিরম্মেদা, নহাল মখৈ য়েংউদবদুদা তৌরব্রা কৈনো? পাবুংসিদি মীবু মান্দ্রেনে। নশমদুসু ঙৌরোক ঙৌখরে. পিশুম, কোয় লোইনা ঙৌরবনিনা বিকার অমা তৌরে।

যযাতী : হোইনে! ইপাদি মী মান্দ্রবনিনে। খুৎ নিকপসিনা ঙৌরবা শম-কোয়সু কোক থোকপা ঙমদ্রদো। অদু ইপানা নংবু কৌবদি নংগী যৌবনগী মতাং অদু ইপা মতম খরদং ৱাইজখিগে। ঐগী অহল ওইবা ফিভম অসি নং মতম খরদং লৌখো হায়ববু করি হায়বগে?

তুর্ব্বসু : ইস! পাবুংগী ফিভমদুদি — ঐদি লৌবা ঙমজরোই। পাবুংনা মিৎয়েং কারণ চৎলুবদগী ঐখোই ইধৌ শুক্রাচার্যনা শাপ তৌরকপা লায়নানি। ঐ ঙমজরোই কনানো তামদা হায়বিয়ু ঐ পামজদে। অদুগী ওইরবদি ঐ চৎচরে হায়রগা চৎখ্রে।

যযাতী ঃ ফংসু ফত্তেদো মসিগী মচাশিংসে, মপাবু করিমতা হেক নুংশিদেদো হান্নগুম্না পাঙ্গল ফরবদি তান্নরগা ফুনিংইদা চেনখ্রেনেসে।

তুর্বসু ঃ চেন্দদি কৈদৌনি। বাবানা ওস্মগা তান্নরগা ফুজৌদনা—

যযাতী ঃ দেবযানীনা পোকপা অনিমক অমতা হেক ফত্তেদো। নংদি প্রেসশিংগী নিংথৌ ওইরুচো। ঐখোইগী ভারত্তা লৈবা ফংওগনুকো শা, চাবা মীরৈবাক্তা পাল্লুরো। (শাপ তৌবা) অদুনদি শর্ম্মিষ্ঠানা পোকপা মচাশিংদা অমুক য়েংওগে। শর্ম্মিষ্ঠা ! শর্ম্মিষ্ঠা লৈতবরো ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজ ননাই ঐ সিদ সুম লৈজেয়ে করি তাকপিগদবা ?

যযাতী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা নংসু ইনাক নকনিংদ্রবরা ? নংবু মমাংঙৈদদি ঐবু য়াম্না লুনা তৌজবদাইনে। খর খজিক চংশিল্লকও নশক্তু অমুক্তা য়েংগেনে। অদুগা পোখাবা য়াবরা য়েংগে। ঐ য়াম্না বারে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজ ! ওহোকপা বাবু তাকপিরেদা ঐবু মহারাজগী সেবা তৌবা তনখিবা নুমিৎ য়াওপ্রবরনে। নিত্তিগী লাকচরিবদুদি কাওরবরো।

যযাতী ঃ শর্ম্মিষ্ঠা নং য়াম্না নহা ওইরিদকো, অদুবু লুখ্রাবীগা মানরেদো নপুরোইবা লৈরকসু লৈতবগা মান্নরেনে। হা মান্নদ্রো ?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজ মান্নদে মান্নদে নশক উবা ফংজরিবসে ঐগী পাপ কোকচরিবনি। করি তাকপিগদবনো হায়বিয়ো।

যযাতী ঃ নংগী নশক্তু উবদা নহা ওইনিংঙকএ। নংগী নচা অহলদু খর কৌশিল্লকও।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ কৌজগে তপথবিয়ু। হো ! দ্রুহ্য ! নংবু কদায়দা লৈবগে নংগী পাবুংনা কৌরিয়ে।

দ্রুহ্য ঃ পাবুং নচা লাকচরে করি তাকপিদবা লৈবগে ?

যযাতী ঃ ইচা দ্রুহ্যরা লাও ইপাগী নাক্তা।

দ্রুহ্য ঃ পাবুং ঐ খাইদা সুম লেপচগে, পাবুংসে য়েংবদা হঙ্গোইরে।

যযাতী ঃ নংসিদি ইপানা হায়গে খঙ্গীবসি য়াগদৌ মান্দে।

দ্রুহ্য ঃ হায়বিয়ু, হায়বিয়ু, ঐনা য়ানিংবা ওইরম্নবদি করিগী য়াদনি।

যযাতী : ইবুঙো ইপাগী হনুরিবা ফিভম অসি নং মতম খর লৌ অদুগা নংগী যৌবন ওইবদু ইপানা মতম খরা রাইজগে য়াবরা ?

দ্রুহ্য : এ ! অদুগী ওইরে অদুদি কনাসু য়ারোই। অদুক তুক্কচব ফিভম্বু ঐনা ওইগদবা ! মদুমা পাবুং ঐ ঙমজরোই ঐ চৎচরে। রারৌগনু।

যযাতী : মসিমসু য়াদ্রে অদুদি নংসু শাপ তৌনি। (শাউবা) অদুদি নংনা নিংবা অমতা থুংঙগনু। নং বর্ন মফম মরাং খঙদবা মীরমদা পাল্লুরো। নশক্তু য়েংনিংদে। অদুদি অনু অমুক কৌরকউ।

দ্রুহ্য : ওঃ অনু পাবুংনা অমুক্তা লাও হায়রি। (অনু লাকয়ে)

অনু : পাবুং ঐ লাকচরে। করি পীজগে হায়বনো ? অস ! পাবুংনা পাইবা অচাপোত্তী চাগদবা হঙ্গোইদা। পাবুং মহারাজসে য়াম্না মোৎলেনে।

যযাতী : নংনা চানিংবা পোৎ অমা ইপানা হেক্তা পিজগনি। ইপাদি করিসু চানিংখিদরে। চারিবা মখৈ অমতা তুম্বা ঙমদ্রে। নংগী মখুৎনা লৌজৌদা ইপানা পাইবিরোইদা।

অনু : অদুদি তাকপিরো করি পীজদোইনো ? ঐ লৌজরগে।

যযাতী : পীজগনি, য়েংঙোই ইপাগী হনুরিবা ফিভম অসি চহি লিশিং অমা নংগা ওন্নশি নংগী যৌবন ওইবদো ঐনা মতম খরদং রাইজখিগে। অদুগা নংবু নিংথৌসু ওইহনগে য়াবরা ?

অনু : অদুগী ওইরবদি ঐ পাবুংদগী করিমতা চাজরোই। পাবুংগী মিৎশাং কারবা ইচোৎ চোৎলবা মিৎ, অদুদগী। চৈসু য়াওদনা চৎপসু ঙমদ্রবা, চাবসু তুমদ্রবা, অদুক থিবা ফিভমদুবু ঐঙোন্দা লৌ হায়রিবা। মদু ঐ ঙমজরোই রারৌবিগনু।

যযাতী : মসিমসু য়াদ্রে। অদুদি নং নমিৎ চোৎপা, চাবা তুমদবা হায়বদু নপুন্সিগী ওইরো। অদুগা নংগুম্বা নচা চাম্মা পোকঅগা নংগী অবস্থা অসি য়ৌরকপদা লোইনা শিবা ওইরো। চৎখ্রো চৎলু। য়েংনিংদে হে !

অনু : নংনা তান্দ্রবসু চৎচখ্রগে, নশক্তু উবদা নমথিরে। (চৎখিবা)

শর্মিষ্ঠা : ইমাগী পুরু, ইমা বা হায়গে নয়াম্ব লৌইনমক নপাবুংনা হায়বা অমতা য়াখিদরে। অদুনা নপাবুংসে য়াম্না রারৌরে। নংনা নপাবুংনা পামজরিবা নহাগী অবস্থা অসি খর পিয়ুদনা, অদু ওইরবদি নং শোইদনা নিংথৌসু ওইগনি, পুন্সিবসু হেনগনি, নপাবুংনা অফবা পুন্নমক খল্লগা বর আশির্ব্বাদ

পিবিরকনি। চৎলু নপাবুংগী মনাক্তা।

পুরু : ফগনি ইমা নচা চৎচরগে। পাবুং মহারাজ নচা লাকচরে। নচানা খুরুমজরি। পাবুংনা অপাম্বা নচাদা তাকপিয়ু।

যযাতী : নুংশিদা ইচাগী ব্যবহারসিদি ইপাবু নঙোন্দা ৱা অমতা হায়গে তৌবনি নং য়ারক্কদরা খংদেনে।

পুরু : পাবুং মহারাজ চিংনবিগনু পাবুংগী য়াথং শোইদনা ঙাকচগনি।

যযাতী : অদুদি ইপা হায়রগেকো। য়েংঙোই ইপাবু সংসারগী নুংঙাইবা ভোগ চাবা হৌরকপদা নবুধৌ শুক্রাচার্যগী অকনবা শাপনা মতম চাদনা হনুখরে। অদুবু মসিগী হনুবা হায়বা লায়না অসি মতম খরা পীথোকপসু য়াই অদুগা অমুক লৌশিনবসু য়াই। বাবাজী শুক্রাচার্যগী অশির্ব্বাদনি।

পুরু : (নোকফেৎ তৌরগা হৱাওনা হায়রকই) পাবুং মহারাজগী সনা য়াথঙবু লৈখা তাহঞ্জরোই ফিগাও শাজরী। ( মচা পুরুগী থম্মোই চাউবা ৱাঙাং তারগা)

যযাতী : নুঙাইদা ইপাগী ইবুঙো নুংশিবা নপাউ তাবদা ইপা পেল্লে।

পুরু : পাবুং মহারাজ চিংনদনা পাবুংগী (জরা) হনুবা হায়ব লায়না অদু নচাদা চহি লিশিং অমা পীবীরো। অদুগা নচাগী যৌবন ওইবসি পাবুং মহারাজনা চহি লিশিং অমা নিংথৌংনা শিজিন্নবিয়ু। চিংনবিগনু।

যযাতী : ইচা থম্মোই চাউবগী ৱা তাবদা ইপা পুমপেল পেল্লে। নংনা নয়ার্ম্বশিংদগী শরুক চাম্বা হেন্নে পুন্সিজরো। অদুগা য়েক্লবা ঙম্বা খ্বাইদগী কনবা নিংথৌ ওইজরো। নংগী নমিংনা সংসারসিদা নুমিৎকুম্না মঙাল চাউবা ওইজরো। লাও ইপা কোনগে অদুগা ইপাগী (জারা) হনুবা ওইবা লায়না অসি শিন্নরগে অদুগা নংগী মথোৎ কারকপা ফজবা, নপাঙ্গল অদু ইপাদা অমুক ফংহল্লু হায়রগা কোনবা অদুগা শুক্রাচার্যবু স্মরন তৌরকপদা পুরুদো যযাতীগী অহল ওইবা থিরবা ফিভম পুম্নমক লৌখিদুনা পুরু মানখিদ্রে। অদুগা যযাতী নিংথৌনা চিত্ররথ বন্দা দেবযানীগা অহানবা উনখিবগী শক্তম অদু ওইখ্রে। মদু উবদা যযাতী হৱাওমন্দুনা মচা পুরুন্দা হায়রকই। ইপাগী ইবুঙো নংবু ইপানা সেবা তৌগনি। নংগী অপাম্বা পুম্বা ইপাদা হায়য়ু।

পুরু : মখোল থক থক নিক্না হায়রকই। পাবুং মহারাজ নচাগী অৱাৎপা করিসু লৈজদে। ময়পানা মচা সেবা তৌব হৌনদে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ মহারাজ ! ইচা পুরুগী সেবাদি ননাই ঐনা ফংজগে চিংনবিগনু।

দেবযানী ঃ মহারাজ ! ইচা পুরুগী সেবাদি ননাই ঐসু তৌজগনি। ঐখ হুন্দোকপিগনু।

যযাতী ঃ (হরাওনা লাউরকই) মহারানী অনিমক য়েংঙো লাউ ঐ হৌজিক পাখঙ ওইরে কনাবুসু কিদ্রে। রাজবেস শেংলগা সিংহাসন্দা ফমদুনা য়েংকা ওইগা ঙাল্লুরসি, নিংথৌ অমা ওইবগী শগোল ভোংদুনা শাদানবা চৎপসু ঙম্মগনি। লাঙ্গেংনবসু ঙম্মগনি। শর্ম্মিষ্ঠানা পোকপা পুরুনা ঐগী নিংবা থুংহল্লে। ধোন য়ৈরগা শগোল পাউ চেল্লু ব্রাহ্মন. বৈষ্ণব, শৈব, লায়র প্রেজা পুংনক কৌথকুনা সদাব্রত খাংদুনা মপুক থন্ন থন্ন পীজরো সনা লুপা দান তৌরো হায়না লাউরকই।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ হো ইচে দেবযানী ঐখোইগী মহারজসে পাখঙ মচা ওল্লোকখ্রে। শগোল থৌরগা লান চৎপা ঙম্মগনি হায়রে। তাবিহৌদ্রবরো ?

দেবযানী ঃ (হরাওনা) ঐসু তাজরে থাইনগী ঐখোনা চিত্ররথ বন্দা উখিবা শক্তমদো মাল্লবনি। পুন্নমক নংনা পোকপা ধর্ম্ম লৈবা মপানিংবা পুরুগী থম্মোই চাউবদগী ফংইবনি হায়রগা যযাতীবু মুন্না য়েংঙগা হিক্ক হিক্ক কপ্লক্লে। অসুক ফজবা শক্তম, শাবান অসি লোইনা মাংহল্লগা হনু হল্লিগী শক্তম ওইহনখিবসি ব্রাখল য়াঞ্জ্রবী, পাউতমগনবী, চিঙ্গিবী ঐগী ইচিন্দগী থোকখিবনি ! অদুবু ইতা শর্ম্মিষ্ঠা নংগী কৃপাদগী মহারাজগী ফজবা শক্তম অমুক হন্না উজবা ফংজরিবনি। অসিদগী হেন্না নুঙাইবা কদায়দগী লৌরুনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ কদায়দগী ইচে মহারানী ঐনবু করি ঙমগাদগে ?

দেবযানী ঃ হে রাজকুমরী নিংথিবী ! বৃষপর্ব্ব নিংথৌরেনগী অমতা পোকচবী শর্ম্মিষ্ঠা ফজেদকো নংগী পুকচেলসে। ঐনা ঙসিদগী হান্নগী মিঙ্গৌ ইতা হায়বদো অদুম কৌজরগে। নর্খদি ঐগী লোন্নবীনি খল্লরোই লমজিংবিবা লাকপিবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ করি বানোদা ইচে মহারানী ! লৈশারীঙৈগী মিঙ্গৌবু করন্না কৌনগাদগে ? ঐনা তৌফম খংদবদগী নকাদা য়েংশিবনি। অদুগীদমক ইচেনা ঙাকপিয়ু। অদুগা সোমদা অমুক্তা য়েংবিরকউনে নচা নিপা অতোম্ব পুরুগী শক্তমসে উবিরব্রা। (খুদোল্লী থিল্লগা তাকপা) মমা ঐনা ফাওব মপক খঙব ঙমখিদরে ইচাশে।

দেবযানী ঃ হেমা ! অসিদি মতৌ করন্না অসুক শাথিবা অসি ওইখ্রিবা ?

যযাতী : নংদি ভাব তাদ্রেদনা ঐনা পাখণ্ড ওইরিবসে মাগী মহৎনি। অদুগা মানা মঙৈনিকপ মখৈ হনুখ্রিবসিনা ঐঙোন্দা লৈরম্বা জরা কৌবা লায়না অদুনা মঙোন্দ চণ্ডখিবদগী ফিভম অসি ওইখ্রিবনিনে দেবযানী নংনা করিগী খংদ্রি।

দেবযানী : ইস ! হরে হরে ঐখোই বাবাজীগী শক্তীসিদি ওহোক্লা কনখ্রেদা।

পুরু : (অহনগী মখোন্দা থক থক নিক্লা) ইমা ঐগী খোনফমসে কৈনোম্ম তৌখ্রে। য়াম্না নিকখ্রে।

দেবযানী : ইবুঙো খঙলে নপাবুং মহারাজদা লৈরম্বা লায়না অদু নংনা লৌরুকননি। (শর্মিষ্ঠারোমদা ওক্সিল্লকপা) ইতা ইবেম্মা মহারানী শর্মিষ্ঠা নংনা নচাশিংসে পোকপা মতমদা রাজখিবদো ওহোক্লা রারমগনিদকো। মী উদনবা হোৎনবদা নংনা তৌরমগদবদো খল্লুবদা নুংশিরকই। অদুবু নংনা রানা য়োকচরকপা নচা অসিনা ঙসিদী ঐখোই পুন্নমক্কী অবাবা কোকহল্লে।

যযাতী : মাগী অঙাংশিংসে ষষ্ঠী পূজা ফাওবা শোনবিখিদবনি। ইচাশিংসে মপানী হায়দুনা চাক চখোম অমা ফাওব ইনবিখিদবনি। ঐনা নিংথৌ ওইরকসু ইচাবু নোংমতা ইতম্পাক্তা থাঙ্গৎপা ঙমখিদে নংবু কিবদগী।

দেবযানী : (মরক থংনা) মহারাজ মখা তাবিরাকনু। ঐ মফম অসিদা লৈবা ঙম্রক্তরে। ঐনা ফংখিদবসে শর্মিষ্ঠাগীসু থম্মোই পাল্লি হায়বা ফাওবা হেক খনখিদে। অদু পুন্নমক ঐগী ফংত্রবা পুকচেল অসিনা থোকহনখিবনি।

যযাতী : নংনা খল্লকইবদো খর থেংমনখ্রে।

দেবযানী : অদুবু মহারাজ ঐনা পামজবা অমতং নিজগে মসিমতংদি হায়হনবিয়ু।

যযাতী : হায়য়ু হায়য়ু মহারানী। নংনা হায়নিংবা পুন্নমক ননিং তম্মু। অদুগা হৌরবা মতমগী রারী ব্যাবহার কায়নখিবা পুন্নমক কাউথোক্লদুনা নুংশিননবা লম্বীদা লাক্লবা হোৎনরসি। মদুনা ঐখোইগী অফবা ওইগনি।

দেবযানী : ঐনা অরাংবা জাতীগী ব্রাহ্মণী খন্দুনা নাপল য়াওবা রাঙাং কয়া শিজিন্নখিবা অদুগী পাপ পুন্নমক কোকচনবা ইতা শর্মিষ্ঠাবু রাজ মাতা ওইহনবিয়ু অসিমতংদি মহারাজনা কৃপা তৌবিয়ু ঐনা ফিগাও শানা নিজরী।

শর্মিষ্ঠা : নত্তে নত্তে ! ইচে ইবেম্মা মহারানী, মথক্তা ইচেনা পোকপা ময়াম্বশিং লৈন লৈন, নচা অতোম্বা পুরুন্দা করম্না নিংথৌ খুভম শিন্নগদগে ? মদু ফজদে।

যযাতী ঃ ব্রাফম অদুমদি ঐনা নবান্নিগী ব্রা ইতা তাদ্রিঙৈদা ঐগী বচন পিথোকখ্রে। অদুগা ঐগী বচন অসি অদুম্মক কায়দবা ওইরসনু।

দেবযানী ঃ অদুদি মহারাজগী (বচন) ব্রা অদু ননাই ঐখোইদা তাকপিরো।

যযাতী ঃ ঐনা ঐগী তমথিরবা জরা হায়বা মতম চাদনা হনুহনবা লায়না অদু শিন্নবা য়াব ইচাদা নিংথৌ খুভম শিন্নগনি ব্রাশকখ্রে।

দেবযানী ঃ নুংঙাইজরেদা, মদুমক্কী ননাই দেবযানী ঐনা পামজবসু ঐগী নিংবা থুংজরে। মপানা ব্রাগদবা শরুকতা ঐনা ব্রাজগে চোংথোরকপা মচাবু ঐখোইনা নুংশিদনা কনাবু নুংশিরুগনি। মানা নিংথৌ ওইগদবনি।

যযাতী ঃ অদুনা মহামন্ত্রীদা হায়য়ু। ঙসিগী নুমিৎসিমদি নুমিদাংদা নুমিদাং ওইহনবা য়াদে। নগর অসি নুংথিনগা মান্নবা থাওমৈ থানগদবনি। অদুগা ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, নুপী অঙাং ঐগী প্রজা পুম্নমক মবুক পেন্নবা পিজদনা হলহনখিবা য়াদে। ঐগী প্রজানা নুংশিবিরগা নিংথৌ ঐগী লাইবক ফগাদবনি। ঐনা পুল্লিগাদবনি। অদুগা নিংথৌনসু প্রজাশিংবু অকি তুজুং লৈহল্লোইদবনি। ঈশৈ-হৈব কৌথহলো ঈশৈ তারসি (নাকল অমদগী নুপী ময়াম থোরক্লুনা ঈশৈ শকপা)

ঈশৈঃ

ঐখোই পুম্নমক্কী সূর্যদেব অমত্তনি, পুম্নমক্কী ঙালহনবিবা দেবতানি
নিংথৌনা ঐখোই পুম্নমক্কী সূর্যদেবনি
ঐখোই পুম্নমক্কী সূর্যদেব অমত্তনি।
প্রজাবু য়োকপিবা থৌজাল হৈব নিংথৌনি, অদুনা সর্ব্বভুমাপতীসু ওইরিবনি
নংগী লৈকোন্দা ঐখোই পুম্নমক হিংজরি।
ঐখোই পুম্নমক্কী সূর্যদেব অমত্তনি।
অমৃত খিকপিব নুংশিহৈব নিংথৌনি, ব্রাস্তু পাদব পিনবিসনু লক্ষ্মী মাতানা
ইনিংথৌগীদমক ননাই ঐখোইনা নিজরি
ঐখোই পুম্নমক্কী সূর্যদেব অমত্তনি।
বিজয় পত্র থেৎপিয়ু ইনিংথৌগী, লানফম খুদিং মায় পাকপা পিনবিয়ু
লেংদবা মিৎচৎ লৈহনবিয়ু সংসারসিদা
ঐখোই পুম্নমক্কী সূর্যদেব অমত্তনি।

## ২৬ শুবা তাঙ্কক
## যযাতী নিংথৌগা দেবযানীগা সিংহাসন্দা

দেবযানী ঃ ঙসিদি ঐখোইগী মহারাজসে ওহ্রোক্না ফজরেদকো য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। মমাংঙৈ চিত্ররথ বন্দা ঐবু শুহা মনুংদগী চিংখৎপিখিবদো নিংশিংলকই। নুমিৎ অদুদা মহারাজনা ঐগী খুদাং পাইরগা চিংখৎপিবা অদুদা ঐহাকসে খঙহৌদনা নোঙথাঙ কুপখি হকচাংদা তু খ্যাও চুংখি। লবাই শেৎ কায়বনি ইকাইহনসু হায়ফম খঙখিদে। অদুগা অশাও মৈরীবু নমহৎতুনা ঙহাক্তংদি জ্ঞান মাংখি। নুমিত্তুদা মহারাজনা ফজবসিদি হায়নিংঙ ইপ্রমান লৈতে। নিপা ওইবগী শুন পুম্নমক শুনা তিনখি।

যযাতী ঃ মহারানী! ঙসিদি ঐগী হকচাংদা নংগী তুক্কচবদো লৈখিদ্রবরা? নহাল মখৈদি মিশাং তৈরক্কনি নমখি হায়দুনা ইনাক্তা অমুক্তা চঙঙকউ হায়বা য়াখিদেকো। ঙসিদি ইনাক্তগী চখোকউ হায়বা য়াখিদ্রে।

দেবযানী ঃ ফুগাইনা শাৎপা থম্মালবু কনানা হেক্লিংদবা য়াওবগে? মখজাই ঙাংশং ঙাংনা মুম্লবা হৈনৌবু চানিংদবা কনা লৈবগে? অদুক ফজরগবু কনানা ননাক্তগী চখোক্লিংগদগে মহারাজ।

যযাতী ঃ অওইবরো— নংনা য়েংবদা য়াম্না ফজরবরো?

দেবযানী ঃ অওইবনি, অসুম হায়না ফজরকখিনি থাজরুদ্রে।

যযাতী ঃ অদু ওইরবদি শর্মিষ্ঠানা য়েংবদসু ফজৈ হায়রগদ্রা?

দেবযানী ঃ তু! শর্মিষ্ঠাবুদি নিংশিংলকএ ননাক্তা লৈবা ঐবুদি তাহোকপিরি। শর্মিষ্ঠা কৌরকউরো মহারাজ! (কেশনবা)

যযাতী ঃ নংনা ঐগী অহান্বা রানীনি। শর্মিষ্ঠাদি অনিশুবনি। মাকুসু নংনা নুংশিরগদি নিংশিংবিয়ু য়াম্না বানা খাংজরক্লবিনি।

দেবযানী ঃ নুংশিদা মহারাজগী বাতাসে (নোক্ল নোক্ল) ঐ শর্মিষ্ঠাবু অমুক্তা হান্না কৌখিগে। (তপ্প কৌবা) হো শর্মিষ্ঠা নংবু মহারাজনা নুংশি হায়রে। (নোকঅগা যযাতীদা নুংশিনা কেনা য়েংবা)

শর্মিষ্ঠা ঃ করি তাকপিগদবা ইচে মহারানী (চংলকপা)

দেবযানী ঃ তো! তো! মাসু বাখলদি মহারাজদা লৈরম্মাল্লে। অমুক্তং তপ্পা

কৌবশিংদা য়ৌরকপনা হাল্লেনেসে (নোকপা) মহারাজসে ফজবদ্রা ? নংবু নুংশিরকই হায়বনি লাও লাও ফমখো লাও ঐ চৎখ্রগে ?

শর্ম্মিষ্ঠা : অস ! ঐখোই ইচেশিমা মহারাজনা নহা ওইথোরকপসিদ। ইঙাও ঙাওরমান্নে। ঐনচা পুরুগী মখোঙ মখুৎ হাম্বীরুখিগে ঐ চৎলগে। (হায়রগা নোকফেৎ তৌদুনা যযাতীদা য়েংদুনা লৈবা)

যযাতী : ঙসিদি ঐনা পাখঙ ওইখৎলকপসিদা মনমসু নমথিখিদ্র মাল্লে নবান্নীমক ইনাক্তগী অমত্তা চৎনিংদ্রবরা (অহুম্মক নোকমিন্নবা)

দেবযানী : কন্যানা চখোকনিংনি হায়গে শা ফাবা হৈবা নিংথৌগী মনাক্তগী। মিত্তা ফজবী শজি অমসু ফাবিনবা ননাক্তা তুবৎ তুবৎ চেল্লরী।

শর্ম্মিষ্ঠা : অস ! ঐখোই ইচেগী ৰাতাশিদি ঐখোই লৈবা ঙমজদ্রে। ঐ চৎচরেকো (নোক্না নোক্না চংখিবা)

দেবযানী : য়েংবিয়ু মহারাজ শর্ম্মিষ্ঠাসে নুংশিদ্রা ? ঐদি মাবু ইচিন ইনাও ফাইবোককুম্না খল্লে। ঐনা ফনা থিন লংনরবসু মাবু শাউহনবদদি মঙমদ্রে। মানা পোকপা মচা অতোম্বা পুরু অসিসু মমাগুম্না পুকচেল চাউই।

যযাতী : অদুনবু ঐনা মাবু নিংথৌ হাপ্পা য়াগনি খল্লিবনি মানা নিংথৌ ওইরবদি মচিন মনাও পুন্নমকপু নুংশিনা য়েংগনি। অদুগা প্রজাগীসু ফনবা খনগনি। মীনা লাকচবা য়াদবা থৌনাসু লৈবনি। নিংথৌ অমা ওইবদা চংগদবা শুন শুনা য়াওবনি। মীনুংশি চাউই অদুগা অকিবসু লৈতে। (যযাতীনা মচা পুরুগী যৌবনগী পাঙ্গল ফংলদুনা ফজখৎলকপদা স্বর্গগী অপ্সারাশিংনা পুষ্প রথতা পুখিদুনা নন্দন কানন্নচিংবা হৈকোল লৈকোলপুন্নমক্তা পু পুদুনা শান্নমিন্নখ্রে। শুক্রাচার্যগী কৃপাদগী যযাতীনা য়ৌবা ঙমদবা মফম লৈখিদ্রে। যযাতীনা অমুক হন্না লৈবাক ঙাকপা ঙন্নক্তুনা নিংথৌ ওইরকপসিদা প্রজা পুন্নমক্কী অকি তুজুংবা অমতা লৈখিদ্রে। সাধু বৈষ্ণব পুন্নমকসু মনিং থুংনা মানা মানা নিংজবা দেবতা নিংজদুনা অজা পুজা তৌজব ফংজখি। হুরান চিম্থি তৌবা লম্বী লমখাংদা লুট পাৎ তৌবা ডাকু অমতা লৈখিদে। লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পানখি য়াম্না ধর্ম্ম লৈবা অমসুং মীনা লাকচবা য়াদবা অকনবা নিংথৌ ওইখি।)

## ২৭ শুবা তাঙ্কক
## শিব মন্দিরদা ঘুর্নিকা হল্লকপা

[ঘুর্নিকা য়েন্দাই অমদা লৈ পিক থন্না হাপ্লগা হরাও হরাও চংলকই। অদুগী লৈশিং অদু প্রভু মহাদেবগী মুর্ত্তিদা ফজনা কৎলি। হে ভোলেনাঠ শিব শঙ্কর ননাই ঘুর্নিকা অঙাওবীনা পুজা কৎচরি। ননাইগা রারী শানগদবা লৈ ঐ ইথন্তা পঙ ঙাংদা ঙাংলকসু মীনা অঙাওবীনি হায়খ্রনি য়ারবদি স্বয়ং অমুক্তং লেংথোকপিরকউপ্রভু হায়রগা খুরুম্মী। মহাদেব স্বয়ং লেংথোরকই ঘুর্নিকানা মমিৎ পাংদ্রিঙৈদা]

মহাদেব : হায় ঘুর্নিকা! নং অমুক হল্লকঅব্রা? করি হায়নিংই।

ঘুর্নিকা : রাহ! রাহ! নুংঙাইজরেদা প্রভুনা ননাইবু চানবিরে। ননাইগী পেন্দবা হায়জরগেকো। রা ঙাংবা হৌরকপদা মাংদি মাংবিখিগানুকো প্রভুখোইগি য়ান্না মাংগল্লিনে।

মহাদেব : (নোকই) নংদি হৌজিকসু ঙাওবা হন্দ্রিনা। ঐগীদা লৈ কৎপসু লাকখিদ্রে।

ঘুর্নিকা : প্রভুনা পীবা ঙমদবা পোত্তো ননাইনা ফংজরে।

মহাদেব : উম ঐনা পীবা ঙমদবা পোত্তু কনানা পীবীরে।

ঘুর্নিকা : শিবি নিংথৌনা পীবিরে।

মহাদেব : অদুদি হৌজিক্লা ঐগীদা করিগী লৈ কৎলরিবা?

ঘুর্নিকা : অদুবুরো প্রভুনা পীবিদবা য়াদবা অমা লৈরে। মসিবু পীবিদ্রবদি প্রভু মহাদেব লাইনৎলমদ্রে হায়দুনা স্বর্গ, মর্ত্ত পাত্তাল থুনবা লাওজরগনি।

মহাদেব : ওঃ শিবি নিংথৌনা নচানুপী অমা পীবিরে হায়দুনা ঐঙোন্দা গর্ব্ব তৌরুগে লাকইবরো?

ঘুর্নিকা : অহেই ননাইনা পোংজবা য়ানবা প্রভুনা পীবিরবনিনা ইচানুপীসে মহারানী ওইহনবিরো খরগা গর্ব্ব তৌজবা য়ানবা। নিজবা লাকইবা।

মহাদেব : ওঃ অদুদি নচানুপী অদু লৈশাবী ফারব্রা?

ঘুর্নিকা : প্রভু লৈশাবী ফারকপদু নবু প্রভুগী নাক্তা লাকচরিবনি। নৎত্রবদি কন্দায়দগী লাকদগে তাইবঙমী ঐখোইগী চৎনবীনি অপাম্বা অমা লৈত্রবদি লাঙ্গবুসু নিংশিংদবনি।

মহাদেব ঃ ওঃ অদুনদি নংনা ঐবু নিংব নৎত্রেনে হা অঙাওবী মহাদেব ঐবু পাখোল শিজিন্নবা লাকপা ওইবে। মহাদেব পাখোল শিজিন্নবা ঙম্বদি নং মঙাইরে।

ঘুর্নিকা ঃ অদুবুদি প্রভুদি লাঈ অমত্তনা শেৎনদবা কৈ মঙল থোল্লিবনি। গঙ্গাসু ফানবনি, উফুল রাইফুল তৈরিবনি। লিক সিনিংঙাই লৈতবনিনা মহু কল্লবা লিনবু লিক মালা ওইনা থোল্লিবনি। অদুনৎত্রবদি দেবী ময়াম্না তান্নবদা প্রভু লোইগাদবনি। খাংব ঙম্মোইদবনি।

মহাদেব ঃ ইয়া ! অঙাওবীসিদি মানা ঐবু শিদোকইবসিদি লোইরেনে।

ঘুর্নিকা ঃ অদু ফাওবদা গঙ্গা মাতানা কোয়তান তান্নদুনা প্রভুগী জটাদা দুর্গা মাতানা উদনবা লোৎলিবদাইনে।

মহেদেব ঃ ইয়াঃ তুমিন লৈয়ু নহায়। নমা দুর্গা তারবদি কমদৌনি।

ঘুর্নিকা ঃ অদুদি প্রভু ননাইগী ইচানুপীবু মহারানী ওইহনবীরো নৎত্রবদি মাতা অনি খৎনহনগদবনি।

মহাদেব ঃ ইয়া অঙাওবী ! মসিদি মঙাও থিত্রেদা। হায় অঙাওবী। ঐ না হায়গে তাওনে। নচানুপীদো অচম্বা মহারানী ওইহল্লোই। সর্ব্ব ভুমাপতী নিংথৌরেনগী মহারানী ওইহনবিগনি। যযাতী নিংথৌগী মনাক্তা চৎলু। (হায়রগা অন্তর ধ্যান ওইখ্রে)

ঘুর্নিকা ঃ অস ! ওহোকপা লাইনিদা মাংথোকখ্রেনসে। রা ঙাংনবা লোইদ্রি হায়বকা খর্ববদে। যযাতী হুরবা অদুদবু করম্না ইচা লৈশাবী পীরুগনি। অদুগা দেবযানীনসু য়োৎকে তৌরকনি যযাতীনসু য়াবিরোই। অদুমকপু প্রভু মহাদেবনা হায়বদি অরেম্বদা খক মাংলোই। ঐ ইচানুপী পুবগা চত্তুর্নদি ময়েংউরগে।

## ২৮ শুবা তাঙ্কক

## পুরুদা নিংথৌ

যযাতী ঃ ঐনা ইচা অতোম্বা পুরুগী নহা ওইবা হকচাং লৌবিদুনা মশক ফজবী যুবতী কয়া লোইনখ্রে। দোলাই অপাইবী (বিমান) তোংদুনা স্বর্গ অমদি ইন্দ্রলোগনচিংবগী ফজ ফজরবা নন্দন কানন্ পুম্নমক অপ্সরা কয়াগা লোইন্না কোয়মিন্নরুরে। অদুগা ইন্দ্ররাজগী সভাদা ফজরবী অপ্সারশিংনা

শাবা জগোই য়েংউরে, ঈশৈ কয়াসু তারুরে। অমব্রাপুরগী ফজরবা লৈকোনদসু অপ্সারশিংগা জগোই শামিন্নরুরে ইশৈ কয়া শকমিন্নরুরে। অদুবু যৌবনগী নুঙাইবদি পেনবা কৌবা নাইদে। অসুক শাংব্রবা মতমসি যৌবনগী কামগী ইরাংদা ঙাওরিঙৈদা চৎখিবা খঙহৌদ্রে। ঐনা ইচা পুরুদা ঐগী তুক্কচরবা জরা কৌবা লায়না হনু হঙ্গি ওইবসিবু পিশিন্দুনা ব্রাহল্লিবসে মতম শাংমনখ্রে। ইচা অসি নহা ওইবগী চেন্দুনা চোংদুনা শান্নজগদবা পুন্নমক ঐনা মুনবিদুনা লাক্লবিরিবসে হাকমল্লে। মাদি ৱানা খাংবনিনা মতম অসি ওহোক্লা শাংঙ মগনি। অদুগা ঐ ইশাগী চহিগী মতাংসু নহা ওইদুনা লৈফম থোকত্রে। অদুনদি ঐগী ফংফম থোক্লবা লায়না অসি ঐনা অমুক লৌশিল্লগে। (হায়বদুনা দেবযানী কৌরকই) দেবযানী ! দেবযানী ! মহারানী নংবু তারিবরো ? (মতাং অসি দেবযানীদি হনুরে)

দেবযানী ঃ (অহনগী খোনফমদা) করি তাকপিগদবা মহারাজ ননাই ঐ লাকচরে।

যযাতী ঃ য়েংঙোই মহারানী ঐখোইনা কামগী অপাম্ববু মনিং থুংনা পিজবা সুকঙম ঙস্মরোই। নংসু ঐসু নহাওইবগী নুংঙাইবদো পেন্দদুনতা লৈরগদবনি। অচাকপা মৈগী কুণ্ডদা ঘি ফনা য়াম্না সুম হৈজিল্লবসু মৈনা ঘি ওকএ কৈঙৈদসু হায়রকওই। হৈজিল্লিবমখৈ হেন্ন হেন্ন চাক্লীংঙক্ননি। অদুগুম্না কামসু অপেনবা লৈরোই। হনুরমক্তদা শিনিংঙোই। শোল্ল শোল্লগা অফবা (মাইবা) বৈদ্য থিনীংঙকই।

দেবযানী ঃ অদুবু মহারাজদি যৌবনগী অবস্থাবু কাইবু কাইদ্রি। ননাই ঐখোইদি যৌবনগী মতম লোইখ্রমাল্লে। ইমিৎসু উরকত্রে, ইনাবু তারক্তরে, ইয়াসু লোইনা কেনখ্রে য়ারিদা মঙাইরে, উনশাসু ইখুই খুইখ্রে, তোংশাসু পদ্রাক পদ্রাক য়াম্বখ্রে, খোনফমসু চুম্না ঙাংব ঙমজদ্রে।

যযাতী ঃ ঐসু নহান্না য়াররোইদবনি। বাবাজী শুক্রাচার্যগী কৃপাদগী ইচাগী নহা ওইবা অবস্থা ৱাইব ঙমজবগী অদুক য়েংবা য়ারিবনি। অদুগা নংদি চহিগী ওইফম থোকপা ওইরকপনিনা ঐবু পোকপা য়ানা হনুরেনে। অদুগা নংগী থাইনগী ঐদি অচৌবা ব্রাহ্মন্নীকা হায়দুনা শর্মিষ্ঠাবু নখোঙগকা নোয়হনখিবদুদি অহল ওইরক্লবা মতমসিদা নিংশিংলিব্রা ?

দেবযানী ঃ অওইনি ঐসে ওহোক্লা ভাব তারমখিদরেদা। জাতীগী অচৌ মচা ভেদা ভেদি ওহোক্লা খাইরম্মীদা। জাতী খুদিংমক্কী ইদ্রি চপ মান্নে। হকচাংগী

হকচাং চপ মান্নে। চপ মান্নবা থম্মোই পাল্লি হায়বা ফাওবা খল্লমদেদা। ঐদি ব্রাহ্মন্নী ঐনা হান্না চাগদবনি হেক হায়বা ঙম্মম্মীদা। জীবগী জীব অম্মাগী অম্মানি খঙঙমদে। ওঙ্গোক্না পঙনা অশিংবা মকোক শারমখ্রেদা।

যযাতী : মদু হান্না খলহৌদবগী মেনখৎপা য়াদ্রবা অশোইবা হায়বদুনি। নহালমক্কী মপোক্তা তৌখিবা কর্ম্মগী ফল অফব ওইরবসু, ফত্তবা ওইরবসু ঐখোইনা অদুম ফংলি নাঙ্গোকপা ঙমদে। মসিমা ময়ান্না ইখন খন্নদে।

দেবযানী : অদুম্না মহারাজ ঐখোইনা ফংলিবা অৱা নুংঙাইশিংসে।

যযাতী : অদুম হায়না তাইলাই গুরুগী মচিন্দগী। সিমসু হায়রি ব্রাহ্মনগী ঈনা ঙাংলগা জাতী অতৈগী ঈনা মুগদবা নত্তে, ভৌগদবা নত্তে। জাতী খুদিংমক্কী ঈ লোইনা ঙাংব ঙাক্তনি মী পুন্নমক্কী শরু লোইনা ভৌই, ঐনা মীঙোন্দা চৈন ফুবদা মীদুনা নারিবদো। ঐঙোন্দা মানা অমুকফুবদা ঐসু অদুম নাগনি। অদু খঙ্গনদবদগী নুংশিনদবা ময়াম থোরক্তুনা তৌরিবসিনিনে রানী।

দেবযানী : ইস ! অদুদি ঐনা শর্ম্মিষ্টাদা ওৎখিবা নৈখিবশিংদো মহাক্না ওঙ্গোক্না ৱানা খাংলমগনিদা। মদুগী পাপ অদু ঐনা শোইদনা ফংগনি পাপ অদুবুদি ফংজরসনু। অদুদা নুঙাইরক্তবদি অদু য়ৌনা মানা অৱাবা খাংখিবদো, অদুদা মানা অৱাবা উহনখিদব, মোমোন মোমোন নোক্তুনতা লৈখিবনি। মদুবুসু ঐনা কিদব ঙমদে। ঐগী থম্মোইবু মানা জয় তৌখি।

যযাতী : শর্ম্মিষ্ঠানা অৱাবা পুন্নমক নোক্ন নোক্ন খাংখিবদো মদুগী মরম অমা চাউনা লৈরি।

দেবযানী : করিগী মরম লৈবননো মহারাজ তাকপিয়ু।

যযাতী : অদু পুন্নমক মপাবুং বৃষপর্ব্ব মহারাজগী অমদি মৱৈবাক মজাতীগী খল্লগা রাজকুমারী অমগী থৌদাং য়াখিবনি।

দেবযানী : অদুগুম্বা মতিক মগুন চেনবী, মশকসু ঐঙোন্দগী হেন্না ফজরবী রাজকুমারীদুনা মপাবুংগীদমক খল্লগা ৱাখল য়াঙ্গ্রবী ঐগী ইখোঙ ফাওবা নোয়দুনা খাংখি। মতম অদু ঐদি ইচম চম্বী মাগী প্রজা অমনি। হৌজিক কুমনা মহারানী ওইবসু নৎত্রি।

যযাতী : হায়বিবা নুমিৎ অদুদা ঐনা ঙকখি। রূপ গুন চংখোল্লবী কন্যা অমনা দেবযানী নংগী মখোঙ পাইরদুনা সেবা তৌরিবসি করিগীনো খনখি।

ঐনা মদু হংসু হংখিদমাম্নে।

দেবযানী : হংখি মদুদা ঐনা খুমখিবনি। মহাক ঐগী ইতানি অদুগা নিংথৌগী মচানুপী রাজকুমারীনি। মদুদা ঐনা খনখি। রাজকুমারী অমনা ইখোঙ পাইদুনা সেবা তৌরবনিনা ঐ অসে য়াম্না চাউরবনি। ঐবু মহারাজনা শোইদনা পাম্বীরগনি খল্লগা হরাওখি।

যযাতী : মতাং অদুমক্তদা শর্ম্মিষ্ঠানা ইকাই ইকাইনা নংগী খোঙ পাইবা তোকপা ঙমখিদে। নংবু য়াম্না কিজখি। মদুদা ঐগী থম্মোইনা শর্ম্মিষ্ঠাদা য়াম্না নুংশিবা অমা পোকখি। মানা ইকাইজবা অদুদা হেন্না হেন্না নুংশিখি। অদুগা নংনদি থোইনা হেন্না হরাওখি অপঙ থৌনাদা।

দেবযানী : ঐনা পঙলম্বসে কয়াদা পঙলগ্রবনো ? ফজগ্রবী রাজকুমারী অমনা ঐগী খোঙ পায়দুনা নোয়রিবনি হায়দুনা মহারাজদা লেন্নঙরিবনি।

যযাতী : মদুদা শর্ম্মিষ্ঠাগী রাজকুমারী অমা ওইবগী মতিক চাবী মগুন অদুবু ঐনা থাগৎখি। অদুগা কনাবুসু কিদবগী মগুন অদুসু উখি। মপাবুং বৃষপর্ব্ব অমদি মজাতী প্রজাশিংনা অৱাবা তাহৌগদবশিংদু খল্লুরগা মাগী আত্মাঘাত তৌদুনা শিজগদবসু থিংবিখি। নৎত্রবদি শর্ম্মিষ্ঠানা কনাবুসু কিবদি লৈখিদে। শিবদি মাগীদা করিসু নত্তে।

দেবযানী : মদুমক চুমগনি মহাকমরিন খাবনি ঐ খঙঙি। অদুবু ঙসাইগী মহারাজনা তাকপিরিবা মপাবুংগী অমদি মরৈবাক্কী খনবদা মহাক্কী থৌনা লিংজেন পুন্নমক লোৎখিবনি। ঐনা মদোমদা মুন্না খন্থরুদবনি। অমরোমদা হায়রগা মাগী চেনফম লৈতব অদুদা ঐনা খুদোংচাবা লৌবীখিবনি। ঐদি ইশাবু শিংই খঞ্জরগা অ শিংবা মহারাজ গুম্বনদি ঐগী অরানবদু শোইদনা উরমগনি।

যযাতী : হোই ! মতম অদুদা কনাগুম্বনা নঙোন্দা হায়রুবদা কান্নরোই। নংগী শাউব ঙম্বা মতাং অদুদা থোইনা হেন্নদুম শাউরক্কনি। অদুনা কনানসু হায়নিংখিদে। মতম অদু নংগী নাপন্না থুম্মাৎপা মতাংনি। মরমদি নংনা শুক্রাচার্য ব্রাহ্মনগী মচা ওইরমদ্রবদি শর্ম্মিষ্ঠাদা ফন শাউনিংলবসু শাউবগী মহুত্তা নোনবু নোঞ্জাখিগদবনি।

দেবযানী : অশেংবনি। ঐনা নাপল তৌজবদি ঐগী ইশাগী শক্তি শার্মথনা তৌজবনি হায়বা য়াদে। ঐনা মহারাজদা ওনখত্তুনা শাউব ঙমখিবা অদু পুন্নমক ইপা শুক্রাচার্যগী মঙান্দগী তৌখিবা ঙাক্তনি। মদুগীদমক মহারাজনা

ঙাকপিয়ু। ঐ লানখ্রবনি। অদুগা শর্ম্মিষ্ঠানা মাগী মথৌনা মবিংজেল লোইনা হনখিবদুদি মপাবুং বৃষপর্ব্বনা ঐগী ইমাংদা ইপাগী ইবেম্মা নংনা নরৈবাক নজাতীবু অমুক্তা কল্লু হায়খি। মদুদা শর্ম্মিষ্ঠানা খুমখি।

যযাতী ঃ করি খুমখি শর্ম্মিষ্ঠানা হায়য়ু মহারানী।

দেবযানী ঃ মদুদা শর্ম্মিষ্ঠানা মমিত্তা ঈ কারগা পীগা েোইননা খুমখি। ইপা নিংথৌগীদমক অমদি ইরৈবাক ইজাতীগী থরাই কন্নবগীদমক্তা শিবদগী হেন্ন ৱাবা দগুি লিশিং লিশিং খাংবদা ৱারে কৌবদা হায়খ্ররোই। নচাসু নিংথৌ মচাগী ঈ অশেংবনি। ঐনা দেবযানীগী থম্মোই পেন্নবা হোৎনবদা থৱাই থারবসু চেঞ্জরোই। মদুগীদমক পাবুং মহারাজ অমদি প্রজাশিংনা থোইদিং মখাই চিংনবিগনু।

যযাতী ঃ মরিংজেল খাবা অদুনবু মচা অহুমসি পোকপদা কনাদসু হায়দনা মথন্ত পোকচখ্রিবনি। মশাগী সেবাসু মথন্ত তৌজখিবনি। কনাগী মতেং য়াওদনা মচা অহুমসি চাউনবা য়োক্লকইবনি। অদুগা মহাক শিংসু শিংই। ফরে মাগী ৱা থল্লশি। ঐনা ইচা পুরুগী নহা ওইবা ইন্দ্রি ৱাইবসি কুইমনখ্রে। ঐগী অহল ওইফম থোকপদো অমুক লৌশিল্লগে।

দেবযানী ঃ মহারাজ! নহা ওইবা ওকলে হায়বা মতম খরদংদি ঙাইবিখোদা অসুক নুংঙাইবা নহা ওইবশিসু ওক্লবরনে।

যযাতী ঃ উং! ঐ অহলগী ফিভমদু পাল্লকএ ইচাদু ৱারম্মগনি মানা মপুকচেল চাউমনবদগী ৱারে হায়রকতবনি। আঃ অসিদগীদি নখোই অমতা ইনাক্তা চংবিনিংঙরোইদো।

দেবযানী ঃ চংঙক্কনিদা করিগী চংঙকওইদগে শোনসু শোন্দ্রিঙৈদা হান্না ৱারৌবা হৌরবরা?

যযাতী ঃ মতম শাংনা অৱাবা খাংব হৈরবা, অৱাবগী মগুনসু খঙলবা ইচা পুরুনা নিংথৌ ওইরবদি প্রজাগী অৱাবা খঙগনি। সাসন তৌবা হৈগনি। অদুগা ঐগী তৌগদবা ইথৌদি অমত্তসু তৌহৌদ্রে মতম লৈরকত্রবা কান্দা নিংশিংলকই।

দেবযানী ঃ করি তৌবা ৱাৎখ্রবগে মহারাজ। মহারাজগী থবক অদু ঐনা তৌজবা য়ারোইদ্রা?

যযাতী ঃ রানী নংনা ইহুৎশিল্লগা তৌবা য়াবা থবক নত্তে। ঐনা তৌজদ্রবদি ঐনা

ফংবা য়ারোই। নংনা তৌজবনা নংনা ফংঙ্ঙ্গাদবনি। ইবান্নি কায়নগদকসু কুইরকত্রবনি।

দেবযানী ঃ করিনো তাকপিরিবা ৱাদুবু ননাইদি ভাব তাব ঙমজদ্রে। করিগীনো অদুক য়াম্না তোঙান তাবিনিংইবদুবু ঐবু হৌজিক ফাওবা ফম্ভনা অদুম খনবিরিবরা ?

যযাতী ঃ তোঙান্নিংবা অমতা লৈতে। ঐনা লৈননবা য়ুমগী য়ুম্ফম অমতসু থোল্লমদ্রে। ঐনা চারুনবা ফৌ মরু অমতসু লৌবুক্তা থাদরমদ্রে ঙাইবিয়ু য়াদবা মতমনা লেপ্পা লৈতনা অসুম চৎখিবনা ঐগী পুন্সিগী নুমিত্তী ময়ুম চংখিগদৌরে। মথঙগী নোংঙাল্লকপদা করি ওইনা পোক্লগনি খংব ঙমদে।

দেবযানী ঃ মথঙগী মপোক্কী ৱা খন্নরবদি মহারাজদি য়াম্না ফরমগনি খল্লি। ঐদি ফত্তবা য়াবা ফৎখিদবনিনা মী ওইবগী মপোক ফাওবা ফংগনি থাজদ্রে নাপলগী মায়ানা থুমহৎখিদুনা মথঙগী মপোক লৈরি হায়বা খনখিদ্রে।

যযাতী ঃ পোকপু পোকঅবদি শিব হায়বসিমদি শোইদ্রবনি। শিবু শিরবদি অমুক পোকপা সোইদ্রবনি। মরমদি হৌজিক য়ুম পাল্লিবশিংসি মচা পোক্লনবনি। কাংখুল মুত্তনবনি, ধার থনম্নবনি, মসিদা ককনিংঙাই করি লৈরি।

দেবযানী ঃ অশেংবনি মহারাজ ঐমক্লা ইচা অনি পোকলে। ঐনা শিত্রগা কাংখুল মুৎলরোই।

যযাতী ঃ মসিদা মায়াগী লাংনা কুপখিবনা শিগনি হায়বা কাউরুরে। নহা ওইরিঙৈদা ইশক ফজবা ঐ মঙাইরে, ইপাঙ্গল কনবা ঐ মঙাইরে খন্দুনা অপাম নুংশিগী ইরাংদা তৌগদবা ইথৌদি অমত্তসু তৌহৌদে। লিন্না মখুন চংলমদাইদা চুমথোরকপগুম হৌজিক্তা চুমথোক্লগে খল্লকই।

দেবযানী ঃ অদুদি মহারাজ ঐদি অপঙবীনি। পুন্সি লোইরমদাইসিদা হয়েং মপোক্কী অফবা য়ুম্ফম ফংলুনবা অমদি চারুনবা লম্বী খর তাকপিয়ু।

যযাতী ঃ চুম্মী ! হৌজিক ইবান্নি কৈদৌঙৈ শিনি খঙব ঙমদে ঐগীসু নংগীসু মথঙ মপোক্কী তৌবা য়াবা খর হোৎনরমশি। নৎত্রবদি থৱাই অসিনা নুংশিরবা হকচাং অসি হেক থাদোকখিবগা ঐনা ঙাংবা, নংনা ঙাংবা অমনা অমবু তাবা ঙম্নররোই। নংনসু ঐগী ইতেং পাংনিংলবসু পাংবা ঙম্মরোই। শিবু শিরবদি ঐনা ঐনা তৌবা কর্ম্মদুগী মতুং ইন্না নংনা কদায়দা চৎকনি ঐনা কদায়দা চৎকনি তম্বা ঙমদে।

দেবযানী : মহারাজনা তাকপিরিবদু চুমগনি। ঐনা তাজবসু থবাইনা থবাইগী মতেং পাংবা ঙম্মদে। মতেং পাংনরিবসিদি থবাইনা হকচাংদা লৈরিঙৈদা হকচাংগী মতুং ইন্না পাঙ্গল ফংই। অদুদা পাংনবা ঙম্বনি। থবাই য়াওদ্রবা হকচাংনা ফনা চাউরবসু ফন ফজরবসু উতুপ অকংবা তাবগুম লেংব ওৎপা ঙম্মরোই। অদুনা হকচাং য়াওদ্রবা থবাইনা নুংশিরবা ইমাগী, ইতুগী, ইচাগী, ইপুরোইবগী কমদৌনা পাংবা ফংগনি।

যযাতী : অচুম্বনি রানী দেবযানী নংসু মগুন লৈবা গুরুদেব শুক্রাচার্য ব্রাহ্মনগী মচানুপী মরী ফজনা খঙলক্মী। হন্দক ঐখোইনা অফববু ওইরবসু ফত্তবসু ... রবসু ফংলরিবা পুন্নমকসে ঐখোইনা হৌখিবা মপোক্তা থমজরম্বা ঙাক্তনি। ঐনা হন্দক্কী মপোকসিদা অশোনবা মী মরাল লৈজদবা অমদগী ঙম্মী মতাগুম নমহাদুনা মুন্দুনা লৌবিরুরবদি ঐসু মথঙগী মপোক্তা মাগুম্না অশোনবা জীব অমা ওইনা পোকই হায়না ইনরি।

দেবযানী : ৱাফম অদু শোইদনা চুমগদরা খঙ্জে। হৌখিবা মপোক অমদি মথঙগী মপোক্কী ৱাফম্দি ঐনা থোইনা লাম্বা ফংজদ্রে। হন্দক্কী মপোক অসিদা মহারাজবু ফংজখিবদি ঐগী লাইবক ফবনি খঙ্জে। বিধিনা তম্বীরক্কুনা ঐনা মহারাজগী ফজবা শাবান উজবা ফংজখি। মদুদা মহারাজনসু পাম্বীনবা ঐগী ইকাইনা থমজবা মথোক কারকপা শাবান ইকাই ইকাইনা উৎচনিংখি। অপাম্বদগী নুংশিবা পোকপিনবা থক্লগা।

যযাতী : মদুমক চুম্মী ঐনা নংগী মথোক কারকপা উকুবদগী নংবু নুংশিবা পোকখিবনি। অদুনা নুংশিনবা অয়াম্বা মাগা মাগা মতিক মপা চাবা য়েংনবগা নুংশিনখিবা ওইগনি খল্লি।

দেবযানী : য়াম্না চুমথ্রবা ৱানি। হৌজিকমকসু মহারাজনা পাখঙগী অবস্থা ওইবদা ঐখোইনা মহারাজগী ননাক্তা চংজনিংইবসিনি মহারাজগী রা অজরগা ঐনা লানখিবা পুন্নমক কোকচনবা ধর্ম্ম কায়ব থবক অমতা তৌনিংদ্রে অদুনা শর্ম্মিষ্ঠাবু পেলহন্নবা হোৎনবনা ঐগী ইথৌ ওইরগে।

যযাতী : অদুদি শর্ম্মিষ্ঠাবু কৌবিরকউ মাগী মচা নুপা অতোম্ব পুরুদা নিংথৌ খুভম শিন্নবা য়ানবা। রাজনিতী, ধর্ম্মনিতী, অর্থনিতীনচিংবা পুন্নমক তম্বীরম্মগে। ইস ! নুঙাইজরেদা মহারাজ হায়রগা।

দেবযানী : হো ইতা ইবেম্মা শর্ম্মিষ্ঠা নংবু মহারাজনা নিংশিংলকই।

শর্ম্মিষ্ঠা : করি ওইরবনো ইচে মহারানী ঐ লাকচরে।

দেবযানী ঃ ঐনা নংবু ইতা কৌরবমক্তদা নংনা ঐঙোন্দা করিগী ইচে কৌরিবনো। ঐ থাইনগী হিংচাবীগী রাখল চেনবী ব্রাহ্মনদু নত্রবনি। ঐ হৌজিক মহারাজনা তম্বীরবা সৈন্যাসি ওইরবনি।

শর্মিষ্ঠা ঃ ঐদি ইচে অসুম কৌজগে, ইচেনা হান্ন লৈরম্লবনিনা মহারাজদা ঐনা কোন্না লাকঅগা লৈরবনিনা মিঙ্গৌ অসি হোংজররোই।

দেবযানী ঃ ফরে ফরে ইতানা ময়াদ্রবনিনা অদুম কৌবিরো ঐদি ইতা কৌজরগে।

শর্মিষ্ঠা ঃ ঐদি ইচে অদুম কৌজরগে।

দেবযানী ঃ ইতাগী অখাং কনবা, ইং তপ্না অসিনা পুন্নমকপু জয় তৌদুনা হৌজিক্তী মতম কয়া রানা খাংঙুরবসু রাজ মাতা নিংথৌ পোকপী হায়বদু ওইব তারে। ময়ান্না পান্নবা তুংগী পোলোই ফব হায়বদু ওইবিরো ঐনসু ইতানা অরামল ফংজবসি থম্লোই পেন্না, শেংনা নুংঙাইজে, হায়জিন্নবা নৎচদে। ইতাবু ঐনা য়ান্না রাহনম্রবনি।

শর্মিষ্ঠা ঃ ইচে মহারানী! মীওইবা ঐখোইনা লান্নদববু ঙম্বরা। ঐনসু লানখিবা য়াম্না লৈখি। হৌখিবা নুংঙাইনখিদবা পুন্নমক অমুক্কা নৌহৌনা নিংশিংনররোইশি। ইচেগী নচানিপা পোক্তবা নত্তে। ইচেগীনচা নিপা অহল যদুনা নিংথৌ ওইগদবনি। যদুসু ঐগী ইচানি। মদুদা পোইনা হরাওজগনি ঐনা মাগী মবুক খঙ্ঙী।

দেবযানী ঃ ঐনসু যদুবু খঙঙী। অদুবু পুরুগুম্না ধর্ম্ম লৈবা মীয়োক মীচান ফবা অহল্লম্মনবু ব্যবহার ফজনা তৌবা ইচানি হায়দবদি ঙমদে। ইচা পুরুদি মা মশাগী ইনখৎলকপা যৌবনগী মমল য়াম্নবা মপাঙ্গলবু মপাবুং মহারাজদা শিন্নথোক্তুনা মপাবু পেলহল্লি। মাগী মপান্দগী ঐখোই ফাওবা নুঙাইহল্লি।

শর্মিষ্ঠা ঃ অদু ওইরবসু ইচে ময়াম্বশিং লৈনা লৈনা মানা —পুরুনা হেক্তো নিংথৌ ওইবদি মানসু য়ারোই ঐনসু য়ানিংদে।

দেবযানী ঃ পুরুগী মথক্তা ময়াম্বা ফ-না য়াম্না লৈম্রবসু মাগী পুকচেল ফজবা থকশি খাশি ফজবা অদুদা ঐনসু নিংথৌ ওইহন্নিংঙি। ঐতগী রা নাত্তে। মহারাজগীসু য়াথঙনি।

যযাতী ঃ অচুম্বনি শর্মিষ্ঠা! ঐনা ঙসি নহাগী পাঙ্গল ফংদুনা অকনবা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক্কী মনিং থুংহনবা ঙমলিবশি ঐনা মাগী মপাঙ্গল রাইজব ফংলমদ্রবদি কদায়দগী ঙমগদগে।

দেবযানী : অচুম্বনি মহারাজনা হায়রিবসে ইতা রাজকুমারী। মহারাজগী য়াথঙ্ ঐখোইনা লৈখা তাহল্লোইশি।

যযাতী : মানা (পুরু) মতম চাদনা অহল হনু হঙ্খি ওইদুনা মঙৈ থক্ থক্ নিক্তুনা ৱানা খাংলিবদো ঐগী ইহুৎনি। মাগী নুংঙাইজগদবা মতমনি। অদুনা রানী অনিমক ইচাগী তৌজমল মাংহল্লোইশি। ঐনা হায়খিবা ৱা অরেম্বদা তাহল্লোইশি। নচানিপা পুরু কৌরকউ।

শর্ম্মিষ্ঠা : ফরে মহারাজনসু অদুক কন্না তাকপিরবনিনা ইচেগী অপাম্বসু থুংনবা তৌবিরো । ইমাগী পুরু নংবু নপাবুংগা নমা মহারানীগনা কৌরিয়ে। তারবরো (কৌখিবা) পুরু চৈশুপাইরগা য়াম্না ৱানা মঙৈ থক্ থক্ নিক্লা থোরকই। অহলগী খোনফমদা খুমমকই। ইমা নচা লাকচরে।

দেবযানী : ও!! ইচা ইবুঙো! নংদি ওহোক্ল ৱানা খাংলম্লেদকো নপাবুংবু নুংশিবসি নং মঙাইরে। মঙোন্দা নিংথৌ খুবম শিন্নদনা কনাদা শিন্নরুনি। ঐনা পোকচবা নয়াম্বা অনিমকসু নংগুম্না থম্মোই চাউবা অমত্তা য়াওদে।

পুরু : (মখোল থক্ থক্ নিক্ল) ইমা ইবেম্ম মহারানী । নিংথৌ খুভম শিন্নবগী ৱা ওইরবদি ইয়াম্ব অহল যদুদা শিন্নবিবনা ফগনি। নচা অতোম্বা ঐনা ইয়াম্বা লৈনা লৈনা নিংথৌ ওইবা ঙমজরোই নচাবু ঙাকপীয়ু।

দেবযানী : ইমাগী ইবুংঙো— ঐ শক্তগী অপাম্বা নত্তেনহে— নপাবুং মহারাজগীসু য়াথঙনি নংনা নিংথৌ ওইদবা য়াদে।

যযাতী : আঃ ইপাগী পুরূ! নঙোন্দা ইপানা প্রজাগী সেবা তৌনব শিন্নগে খল্লি। ইপানা নংগী যৌবনগী ফজবা শক্তম, অমসুং শক্তি অসি অমুক পিথোকঅগে লাও। অদুগা ইপানা ঐগী (জরা) হনুবা কৌবা তমথিরবা লায়না ইচাবু ৱাহল্লিবদো ঐ অমুক লৌশিনবিরগে। নংগী নশাগী অশেংবা যৌবন অসি লৌশিঙ্জরো। (হায়রগা মন্ত্র শোল্লগা নচা পুরুদা কোনবিবা খুদক্তা পুরু ফজরবা পাখঙগী শক্তম মশাগী ওইফম থোক্লবদু ফংজখ্রে। অদুগা যযাতী না মচা পুরুনা ওইরম্বা হনুবগী শক্তম অদু ফংবদা খুদক্তা হনুখিদুনা খঙ কোন কোহুখ্রে মঙৈ থক থক নিখখ্রে। মদু উবদা শর্ম্মিষ্ঠা দেবযানী অনিমক চেনশিল্লক্তুনা কোনখৎখ্রে। পোক্লা পুমজৌ জৌখ্রে।)

পুরু : ও ! পাবুং মহারাজ অমুক শোহুখ্রে, পাবুংনা অকনবা নিংথৌ ওইদুনা

লৈবাক ভাকপদো নচানা নুংঙাইজবনিকো হায়রগা মপাবুং খুরুম্মী।

যযাতী ঃ (থক্ থক্ নিক্লা খুম্মকই) য়ারে য়ারে ইপা পেল্লে। যৌবনগী নুংঙাইবা মতম শাংনা পেন্না ফংখ্রে। হৌজিক ঐগী চহিসিগী মতাং চানা ফংফম থোক্লবা অহল ওইবগী ফিভম অসি ফংবদা হেন্না নুংঙাইরে। হৌজিক অমুক ইচানা অকনবা নিংথৌ ওইরগা ইপা অমুক পোথারগে ইচাগী কুম্মে য়েংঙগে অদুগা ইপা পেঞ্জরগে। মহারানী অনিমক ঐবু শৈয্যাদা পোথাহল্লো। দেবযানী শর্ম্মিষ্ঠানা হায়রবদি য়ারকওই দেবযানী নংনা নচা পুরুসে নিংথৌ ওইনবা খর থেম্মু। মাগী পুকচেন অসি গুম্বদি অতাংবনি।

দেবযানী ঃ ফগনি মহারাজ ঐনা য়ানবা থেমজগে। মহারাজ পোথাবীয়ু হায়রগা পুরুগী মনাক্তা চংলকই।

[ইমাগী ইবুঙো শাগৈগী মৈতাল অরাবা নপাবুংসে শোঙ্খ্রে। অদুনা ইমানা নংঙোন্দা নপাবুংগী মহৎ নিংথৌ খুভমসে শিন্নরগে ]

পুরু ঃ ইমা ইবেম্মা মহারানী ! ঐনা নিংথৌ ওইবসে মতিক চাদ্রি ইথক্তা ইয়াম্বা মরি লৈরি ইয়াম্বা যদুবু নিংথৌ ওইহনবিয়ু নচাবু ৱারৌবিগনু।

দেবযানী ঃ ইস ! ইতা শর্ম্মিষ্ঠা ঐদি ওহ্লোক্লা ইকাইজখ্রেদা। ঐনা থম্মোই শেংনা নুংশিজদুনা রাজ মুকুত শিন্নগে তৌবসি ইচানা কয়া পামদ্রমাল্লে। মরমদি ঐনা মমাংঙৈদো ইচাদা প্রেম খর ৱাৎখিবদুনা ইচানা ঐবু লৎনরী মাল্লে। ইতা নংনা হায়রবদি য়াগদরা— অমুক্তা হায়দুনা য়েংও লাও।

পুরু ঃ নত্তে নত্তে ! ইমা ইবেম্মা ৱাখল অদু ওল্লখ্রে। ঐনা ইমাবু পেন্দবা করিসু লৈখিদে। নচানা হায়জবদি ইচম চম্না ইথক্তা ইয়াম্বশিং লৈরি হায়জবতনি। ইয়াম্বশিংগী ব্যবহার থমদবা য়াদে খঞ্জবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইমাগী পুরু নম্মা মহারানীবু ৱারৌহল্লগনু নপাবুং মহারাজগীসু য়াথঙ য়াওরি। নপাবুং মহারাজগী য়াথঙ লৈখা তাহল্লগনু।

পুরু ঃ ইস ! ইমা ! ইমা মহারানীনা নচাবু নুংশিবী ঐনসু খংজে। অদুগা ঐনসু ইমাবু নুংশিজবনি। ইমা মহারানী অহন্না হায়বা ইন্দনা কনানা হায়বা ইনগনি। ইমা অহন্না নিংথৌগী লুহুপ উপ্পীগদবনি। অদুগা নচাগী য়েক্লতিংখঙ্ লৈরোইদৌবনি।

দেবযানী ঃ ইতা শর্ম্মিষ্ঠা ! ইচানা য়ারবনিনা রাজ অভিষেক তৌরশি ইচম চম্না হেক্তা নিংথৌ হাপ্পা য়াদে ইচাগী শুভ কর্ম্মনি। আচর্য্য কৌবিরকউ তৌফম

থোকপা অজা পুজা তৌরশি। শঙ্গোম অনৌবনা ইচাগী কোক্তা হান্না লুগদবনি।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ফগানি ইচে শর্ম্মিষ্ঠা শঙ্গোম অনৌবা খুজাই অমা পুরক্তুনা ব্রাহ্মন্দা পিরে রাজ অভিষেক তৌফম থোকপা তৌরে। আচ্চার্যনা মন্ত্র পাঠ তৌদুনা লোইরবা মতুংদা যযাতী মহারাজবু শমদুনা পুখোরকলে। অদুগা মচা পুরুদা মুকুত উপ্পীরে। (শর্ম্মিষ্ঠা হরাওনা মচাবু য়েংজৈ)

দেবযানী ঃ তো নুংঙাইজরেদনা। অসুম্না হরাও হরাও হেক য়াবিরবদি ফরেদনা। ক...খ্রবা, কয়াদা ফজখ্রবা ইচাগী অসুক ফজখ্রবা মমল য়ামখ্রবা ...গুন অসি লৈরোল চন্দুনা লৈরম্বা তম্ফাগুম, মনিমুক্তাগুম ফজবা নহাল মখৈ মপাবুংগী জরা হায়বা লায়না অদুনা হেক মাংহল্লম্মীদা। হো ইতা শর্ম্মিষ্ঠা য়েংউনে ইচা পুরুসে নিংথৌ ওইগদবা মায়থোঙ মক হেক ওইবনি। লৈনুংদা মুল্লম্বা ফজরবা থৈবোঙ অমা লৈরোল চেখায়না ফাওরক্লে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ (হরাওনা নোকচবা) ঐখোই ইচেসিনা পঙথাদা হেক থাগৎলি মচাসিদা।

দেবযানী ঃ হায়জিন্নবা নত্তেকো ইচাসে শোরারেনগী ইন্দ্ররাজগুম ফজখ্রে।

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইচেনা নুংশিবিবা অদুদা খরসু হেন্না ফজহল্লে। ইহে! ইচে ইচেগীদা লৈরম্বী দাঙাং রাতা য়াম্না নুংঙাইবী ইতা ঘুর্নিকাসু ফজরবী লৈশাবী অমা পুবগা সোমদা লাকইয়ে।

দেবযানী ঃ হৈমা ঐখোইগী ঘুর্নিকা নৎত্রো? হায় ঘুর্নিকা নং উখিদবা কুইরেদা লাও ফম্মো লাও, নং য়াম্না ফজরম্মেনা।

ঘুর্নিকা ঃ খুরুমজরি মহারাজ! যযাতীদা খুরুম্বা। অদুগা দেবযানীদা খুরুম্বা মথঙদা শর্ম্মিষ্ঠাদা খুরুম্বা অদুগা হরাও হরাও ফম্মী।

দেবযানী ঃ ঙসিগী শুভ কর্ম্ম তৌরিঙৈসিদা ইতা নংসু লাকই য়াম ফরে, ইতাগী পুজাগী পোৎলম খর পুরকউ। (মনাই অমনা অথুম অহাও পিবা) ইতা নংবু থাইনগী ঙাংনিংবদা ঙাংবদু খর হনখ্রমাল্লেদা।

ঘুর্নিকা ঃ হন্দদি। সুম ঙাওদুনা লৈরগদ্রো? হনুর ফাওবা। ঐবুদি হংবিরি। অদোমগী থাইনগী ৱারৌগনবীদুদি চিথহৌদ্রো?

দেবযানী ঃ নোকপা ইতা ঐগী থাইনগী য়াম্না শাউগনবী, ব্রাহ্মনী হায়দুনা পঙচাউদ চাউজবী, অঙাওবগী নুংশিত্তো অমতা লৈত্রবনি। নোংলৈনা পুখ্রে।

যযাতী : (থক থক নিক্ল) ইবেম্মা ঘুর্নিকা নংগা লাকমিন্নরিবী কন্যা অসিদি কনানো ? নুংশিখ্রেদা মশক অসে।

ঘুর্নিকা : মহারাজ ! ননাই ঐগী ইচানি।

দেবযানী : এ ! ঘুর্নিকা অসিবু নংগী নচানুপীরো। ওহোক্লা রূপ গুন চংখোনখ্রেদা অসিদি অচম্বা মান্দে।

ঘুর্নিকা : থাইনা নংনা গুহাদা তাদুনা লৈবা মতাংদা নংবু মহারাজসিনা চিংখৎপিবা মতমদা ঐনা লংনরুকগী নংনা শাউদুনা ঐঙোন্দা শাপ অমা তৌরকখিবদু নিংশিংবিরিবরো ? ইবেম্মা মহারানী।

দেবযানী : (নোকফেৎ তৌবা) ঐনসু নঙোন্দা করম্বা শাপ তৌখিবা লৈবগে ? ইতা ইবেম্মা নংদি থাইনগী মিহুন্দু খরদি চিখহৌরমান্নে।

ঘুর্নিকা : অদুবুদি করিনো খরবুদি পকহৌদবা য়াবরো ? ইমিংসু হোংদ্রি মপোকসু হোংদ্রি। অদুবু নংনা হায়খিবদো অদুদুম অমুক্তা হন্না নিংশিংবিখোনে।

দেবযানী : ঐদি নিংশিংফম খোকত্রে নংনা হেক্তা হায়রো কৈদৌরগে ইতা।

ঘুর্নিকা : ঐনা ফাগী ওইনা হায়খিদনা, দেবযানী নংদি মহারানী ওইরকনি। হৌজিক নংগীনখুৎ পাইদুনা চিংখৎখিবা ফজব নিপাদো সর্বভুমাপতী যযাতী নিংথৌনি। মদুদা নংনা খুমখিদনা (যযাতীবোমদা ওন্নিলগা) ঙাকপিগনি মহারাজ ব্যবহার কায়বা বা য়াওখ্রমান্নে।

যযাতী : (থক থক নিক্লা নোক্ল নোক্লা খুন্নকই) ঙসিগী নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা ইবেম্মা নংনা ননিং তৌনা ঙাংব কনানসু খিংহল্লোই।

দেবযানী : (নোক্ল নোক্ল) ঐনা করি খুমখিবা ঐদি কাউথোকখ্রে। ইতানা লৌখুপ লৌকোই লৈতনা ননিং থুংনবা হেক্তা হায়বিরো মহারাজগী য়াথঙসু ফংলবনিনা।

ঘুর্নিকা : অদুদি হায়জরগেকো, দেবযানী ঐনবু মহারানী ওইববু ফংলবদি নংগী নচানুপীবুসু ঐনা শোইদনা মহারানী ওইহনগনি। হায়খিবদুদি কাউবিরবরো ? (কোনুংদা লৈরিবা ময়াম পুম্নমক বাঃ বাঃ নোকপা যযাতীসু দেবযানীসু শর্মিষ্ঠাসু পুরুসু মচানুপী পৌঠিকুমারীসু খিক খিক নোকই)

দেবযানী : ওঃ চুম্মে । ঐনা হায়খি অদুদি নংগী নচানুপী ফজবীসিদি করম্না ফংলিবনো ? (নোক্ল নোক্লহায়বা)

ঘুর্নিকা : অদুদা ঐনা বাবাজী শুক্রাচার্যদা হায়জরুবনি।

দেবযানী : অদুদা ঐখোইগী বাবাজী করিদি হায়রকই।

ঘুর্নিকা : বাবাজীনা হায়রে - নচানুপীদি কয়াম চাউরে। ঐনা খুম্মে - ইচানুপী লৈজদ্রি বাবাজী।

শুক্রাচার্য : হে ! অঙাওবী নচানুপীসু লৈত্রিঙৈদা মহারানী ওইহনবা বরদি ঐদি করম্না পিগনি। অদুদি নপুরোইবদি কনানো ? কদায়দা লৈবনো ? মমিং করি কৌবা।

ঘুর্নিকা : ইপুরোইবদি লৈসু লৈতনা কদায়দগী মমিং লৈগনি। (ময়াম ব্রা নোকপা)

দেবযানী : অদুদি ঐখোই বাবাজীনা ফুরকত্রো ?

ঘুর্নিকা : ফুরক্তে; নোক্রই অদুগা হায়রকই। মদুগী বরদুদি অঙাওবা লাঙ্গ মহাদেবদা নিরুচো মহাদেবনা পিগদবা বরনি। অদুদগী ঐ প্রভু মহাদেব অমুক নিংজরে। চহি কয়া ওঁ নমো শিবায় শোন্দুনা লৈজরে। নোংমদি প্রভু আর্বিভাব ওইদুনা স্বয়ং লেংথোকপিরক্রে।

শর্মিষ্ঠা : ও ! প্রভু মহাদেব স্বয়ং চোংথোরক্লবা অদুদি ইতা নংদি নরাইবক ওহ্লোক্লা ফখ্রেদা। ঐখোইদি অদুগুম্বকাদি ফংবগী লাইবক লৈরম্মোই। ইতাদি পুন্য চেম্লিদা অদুদগী করম তৌরবা ?

ঘুর্নিকা : তাবিয়ু ইতা মহারানী প্রভুনা পেনবিরদুনা তাকপিরকই, ইবেম্মা; "ঘুর্নিকা ঐ নংগী তপস্যাদা পেম্লে। হৌজিক নংনা অপাম্বা বর নিজরো।"

দেবযানী : অদুদি ইতা নংদি করি বর নিজরে ?

ঘুর্নিকা : ঐনা নিজরে। প্রভু ননাই ঐগী ইচানুপীনা মহারানী ওইহনবিয়ু। মদুদা মহাদেবনা হংবীরকই অদুদি নংগী নচানুপীদি মমিং করি কৌই। ননাই ঐগী ইচানুপীদি কদায়দগী লৈগদগে, ইপুরোইবসু লৈজদ্রি।

মহাদেব : ইয় ! অঙাওবীসিদি মঙাও থীদা। অদুদি নং শিবি কৌবা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চৎলু, অদুগা ইচানুপী অমতা পোকচগে নিরুচো মানা শোইদনা পিবিরক্কনি। মাগুম্না দান পিবদা পুকচেন চাউবা লৈতবনি। ঐনা হায়রকপনি হায়য়ু হায়রম্মগা প্রভু মহাদেব অন্তর ধ্যান ওইখ্রে।

দেবযানী : অদুদগী করম তৌবা ? নংদি প্রভু মহাদেবগসু ব্রারী শানবা ফংলে।

ঘুর্নিকা : অদুদগী ঐ হায়ফম তৌফম খঙদনা শিবি নিংথৌ মনাক্তা খুরুমদুনা হায়জরম্মী।

দেবযানী : করম্না হায়জরুই নিংথৌদুদা।

ঘুর্নিকা : ঐনা ইকাই ইকি ৱাংম লান্না মহারানী ওইব য়াগদবী ইচানুপী অমতা ফংহনবিয়ু হায়জরুবদা শিবি নিংথৌনা হায়রকই।

দেবযানী : করি হায়রবা। ঘুর্নিকা!

ঘুর্নিকা : ইবেম্মা ঐদি নিবা লাকপা খুদিংমক পিগনি হায়বা ৱাশক অমদি লৈ। অদুবু নংনা ঙসি নিররিবা দান অসিদি ঐনা করম্না পিগনি। অদুগা করিগীনো নংনা নচানুপীবু মহারানী অদুক ওইহন্নিংলিবদি হায়না হংবিরকই।

দেবযানী : নংনা করি খুম্মে।

ঘুর্নিকা : ঐনা হায়রে। ইচানুপীনা মহারানী ওইরবদি ঐগী ইয়ানুপা অদু শোইদনা নিংথৌ ওইরগনি।

শিবি : মহারাজনা ওন্থোক্লা পুকচেল শেংইদা হায়রগা ঐবু মাগী কোনুংদা মতম খর থম্বীরগা ইচা নুপী অসি ফংহনবিবনি।

[দেবযানী শর্ম্মিষ্ঠা অমসুং যযাতী অমগা অমগা য়েংনরগা মমাংঙৈ শর্ম্মিষ্ঠানা যযাতীদা মচা নিখিবগী মতাং অদু নিংশিংনখি]

দেবযানী : অদুনদি নংগী নচানুপীসিদি রাজকুমারীনি অচম্বা নত্তেনে। শিবি মহারাজগী মচানিনে, য়ারে য়ারে ঐ খঙলে। নংগী থৌনাসিদি অঙকপনি। ঐখোই কনামতদা নংগী অসিগুম্বা থৌনাসি লৈরোই।

ঘুর্নিকা : অদুনা মহারানী দেবযানি! ঐগী ইচা অসি ওন্থোক্লা ৱানা ফংজরকপনি নংনা মহারানী ওইরিবনিনা ইচা সিবুসু মহারানী ওইহনবিয়ু। (ময়াম ৱা নোকপা)

শর্ম্মিষ্ঠা : ঐখোইগী ইতা ঘুর্নিকাগী ৱাখল অসি ওন্থোক্লা নুংশিজখ্রে শিদ্ধা শিদ্ধি লৌথুপ.লৌকোই লৈজদবা শেংখ্রবা পুকচেলনি।

দেবযানী : ইতা শর্ম্মিষ্ঠা ঘুর্নিকাগী ৱারীসি তাবিরে। ইচা পুরুনা নিংথৌ খুভম ফংবা নুমিৎসিদা শুভ মঙ্গল ওইগদবা ঘুর্নিকাগী মচা রাজকুমারী অসি ইমৌ মহারানী ওইহল্লিসি রূপ গুনবু ফন্ন চংখোল্লি করি হায়গে, ইতা।

শর্ম্মিষ্ঠা : ইচেনা নচানিপাগী মৌ থিবিবদা ঐগী য়ানিংদবা করিসু লৈজদে। ইচেগী ননিং তৌবিয়ু।

দেবযানী : অদুদি ইতা ঘুর্নিকা নংগী নচানুপী রাজকুমারীসি মমিং করি কৌবা।

ঘুর্নিকা ঃ ইচানুপী অসিগী মিং পৌঠি কুমারী কৌজে।

দেবযানী ঃ মপাবুং মহারাজগী আজ্ঞা খক্তা ঙাইজরে। মহারাজগী আজ্ঞা ঙাইজরি।

যযাতী ঃ থক থক নিক্লা ঐদি ঙসাইনা ইমৌ ওইজবা পামখ্রবনি। ইচাগী ৱা অমা লৌখিগে। ইপাগী পুরু ইপা ৱা হায়গে মুন্ন তাও য়েংঙোই ইপাগী ঙক্তা শিরম্বা হীরা পরেং, মনিমুক্তা পরেংশিং ইপানা নঙোন্দা পিরিবশিংদো ফজদরা?

পুরু ঃ ফজৈ পাবুং, য়াম-ফজৈ, মমল য়ামখ্রবা পোৎঙাক্তনি।

যযাতী ঃ চুম্মী ফজবনি মমলসু য়াম্বনি। অদুবু অদুক ফজবা হীরা পরেং, মণিপরেং, মুক্তা পরেংশিংসে অনানবসনা কোনুং মনুংদা ইলায়লায়না ফংবা নত্তেদো। শুক্রবা নারকশিংলক শা, কৈনা থল্লবা মোৎলবা মফম কয়াদা লৈনুংদা লৈরম্বনিদো।

পুরু ঃ অহোই। পাবুং।

যযাতী ঃ অদুবু থৌনা ফবা, থিব তন্দবা কনাগুম্বনা মথ্বাই খুবাক্তা হাপ্লগা শিবা কিদনা য়াম্না ৱানা পুরকঅগা ইপাগী লৈতেং ওইররিবনি।

পুরু ঃ হোই পাবুং ৱানা ফংই হায়না তাজৈ। সড়ক্তা তাবা নুংগুম্বদি ওইরোই।

যযাতী ঃ অদুগুন্না ঙসি ঘুর্নিকানা য়াম্না ৱানা শিবকিদনা ফংজরকপা মাগী মচানুপী রাজকুমারী অসি থৌনা ফন্ন ঐখোইগী কোনুংসিদা নংগী লৈতেং ওইনবা ইচাগী হাংলিবা ওইদা ফমহল্লিশি হায়ববু ইবুঙো নংগী য়ানিংদবা করি লৈবগে?

পুরু ঃ পাবুং মহারাজ নচানা ইমা অনিগী য়াথঙ সু তাজরে, অদুগা পাবুংগী য়াথঙসু তাজরে। অদুবু রাজকুমারী অসিগী মপাও হংবিরগা পাবুংনা য়াথঙ তাবিবনা ফগাদরা?

শর্ম্মিষ্ঠা ঃ ইচে ইবেম্মা নচানিপানা হায়রিবসি ইচেনা বিচার তৌবিয়ু।

দেবযানী ঃ হোইনহে, য়াম্না ফজবা ৱানি। অদুদি ইতা ঘুর্নিকা নচানুপীগী ৱা অমা তাবনা চুম্মী।

ঘুর্নিকা ঃ চুম্মী ইচানুপীদি ঐনা হায়বা ইনগনি নিংই, অদুম য়ারে হায়না খল্লসি। ইকাই থিবী মান্দি করম্না ইশানা য়ারে হায়রক্কনি।

যযাতী ঃ (নিক্লা নিক্লা) নুংশিদা মীওইবগী পুন্সি নুংঙাইবগী মখলসি কয়াদা য়ামখ্রবা ঐখোইনা অঙাং ওইরম্বদগী খর খর চাউখৎলকপগী নুংঙাইবা মখল

অমা অদুদগী বিবাহ ধর্ম্মগী মতাংদা পুন্সিগী অনৌবা মখলগী নুংশাইবা অমা, অদুগী হেক মথঙদা ইমিংতা ইচা নুংশিবা উবা ফংবগী তোপ তোপ্পা নুংশাইবা অমা ইচানা কাফে কাফে চৎপা ঙম্মকপা, মরোল থোক্তকপা মদুদনা কয়া হয়াওনা নুংশিখিবা থবাই ফাওবা পাম্মুদনা হেক নুংশি। অদুদগী খর খর চাউখৎলক্তুনা ঙসিদি ইচা অতোম্বনা নিংথৌ ওইবা ঙম্মকপা, অদুগা বিবাহ কর্ম্মসু তৌবা য়ারকপা অসিদা নুংশাইমন্দুনা হন্নুরকপগী অৱাবা পুম্বা কাউহনগ্রে ঐ নুংশাইরে। (কপ্ল কপ্ল নোকপা)

শর্ম্মিষ্ঠা : (কপ্ল কপ্ল) অদুগুম্বা নুংশাইবগী চৈখল মরক্তা খাঙঙমদবা অৱাবগী চৈথেঙসু থাশি পুর্নিমাগুম হেক হেক য়াওখি মহারাজ। মদুনা নুংশাইবসু হেন্না মমল য়াম্না তাঙনা ফজহল্লি। অৱাবা লৈরমদ্রবদি নুংঙাইবগী মমল লৈরলোইদ্রা খঙ্গরী ননাই ঐদি।

যযাতী : ৱাফম অদু নংগী পুন্সিদা খর থোকখি মদুনা ঙসি নংনা নুংশাইবগী মমলবু হেন্না য়ামহল্লি।

দেবযানী : মহারাজগী ৱারী অমদি রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠাগী ৱারী অনিমক ঐগী ইমাঙদা থোকখিবা ভাক্তনি। শ্বশুরবদগী ঐখোইনা থৌদোকশিং অদু নুংশিফম খঙঙমদবনি। নুংশিপ্রবা ৱারী ভাক্তনি।

যযাতী : অদুগা নাকল অমরোমদা ঐখোইগী পুন্সিনা লেপ্পা লৈতনা শুম চৎখিদুনা নুমিদাংৱাইরম য়ৌশিল্লমলে। হৌজিক নখোই ঐখোইগী নুমিৎ তাখিগদৌবা খজিক্তা ওইরে। ইহৎ শিনবিনবা ইচাগী মথঙদা ইশু ফাওবা লাক্কদৌরে। মসিসু নুংশাইবা মখল অমনি।

শর্ম্মিষ্ঠা : অশেংবনি মহারাজ মহারাজগী মহৎ শিন্দুনা ইচা অতোম্বনা নিংথৌ ওইবা হৌখরে অদুগা ইমৌ লাক্তুনা ঐখোইগীসু ইহৎ শিনবিনবা থুংলরে। মসিসু নুংঙাইবা মখল অমনি।

যযাতী : অদুদি ইচাগী বিবাহ কর্ম্ম পাংথোক্লবা অচ্চার্য কৌরো পুজাগী পোৎলম শুনবা হোৎনরো। শুভ কর্ম্মনি শোইহনবা য়াদে।

দেবযানী : মহারাজগী য়াথঙ পাংথোক্লবা তৌরশি। (অসুম তৌদুনা বিবাহগী হৌনবী ব্রাহ্মন অচ্চার্যনা মন্ত্র পাঠ তৌদুনা বিবাহ তৌগ্রে)

দেবযানী : ইতা ঘুর্নিকা, ঐনা হায়খিবা ৱাফম পুখদরেকো নচানুপীনা মহারানী ওইরেদনা। অদুসু অতোপ্পগী নত্তে ইচা নিংথৌগী ইমৌ মহারানী। হৌজিক্তী নংগা ঐগসু মরি মতা থোক্লরে নুংশাইত্রা —

ঘুর্নিকা ঃ য়াম্না নুংঙাইজরে ইতা ইবেম্মা ব্রাহ্মনগী শাপ [illegible] লৈরে। (মহাদেব স্বয়ং ওইনা চোংথোরক্তুনা নোংথক্তগী হায়রকই) [illegible] ইবেম্মা ঘুর্নিকা নংগী নচানুপীনা মহারানী ওইবা ফংলবরা ?

ঘুর্নিকা ঃ হে ভোলেনাঠ শিব শঙ্কর ননাইনা নহাল মখৈ চাদ থক্তনা নিংজরকপগী মহৈ (ফল) ফংজরে ইয়ানা নিংথৌ ওইবা উজরে। পুন্নমক প্রভুগী দয়ানি ননাই পেঞ্জরে।

জয় শিব শঙ্কর ভোলেনাঠকী জয় !
জয় কৈলাসপতী প্রভু মহাদেবগী জয় !
জয় দেবোংকী দেব মহাদেবগী জয় !

পোখাবিরশি।





## ফোংজখ্রবা লাইরিক থর

১। মনিরঞ্জন। - উপন্যাস

২। দ্বাপরদা কে কু লোংখিবা কলিযুগতা ফোঙবা। - উপন্যাস

৩। লৈকম থিরকই থবাইনা। - শৈরেং

৪। লৌশিং পুকৈ। - নাটক

৫। রাজকুমারী অমবু অউনপোং ওইহনখিবা। - উপন্যাস

৬। লৌশিং লৈবা নাপোং। AIR approved - নাটক

৭। কবোকী লোঙ চুখিরা। DDK, Imphal & AIR approved - নাটক

৮। ঐখোয় মঙলান্দা ওইনা লাকচরগে। AIR approved - নাটক

৯। ইশানা ইশাবু ভাকচশি। . - নাটক
Song & Drama Division, Govt. of Manipur approved